ফোঙ্গজবী
শ্রীমতী এল. সনাহনবী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম, ফুড়ামখোঙ, ইম্ফাল।

মখুম য়েকপা
শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

অহানবা খূৎনম—১৯৯৫
শেমদোক্রবা খূৎনম— ২০০২

কোপী মশী— ১,০০০
মমল— লুপা ৫০/-




নম্ফম— পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# শরৎচন্দ্রগী 'দেবদাস'

ডাঃ কমলগী 'মাধবী' গী মতৌগুম শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী (১৮৭৬-১৯৩৮) 'দেবদাস'না নহারোল অপাবশিং কনাগী থম্মোয় হুদবগে? মতম অমা দেবদাস অমসুং পারুগী নুংশি ৱারীনা অপাবশিংগী থম্মোয় শুমহৎখিদুনা অঙাওবগী মতৌগুম দেবদাস নত্রগা পারু শাদুনা পুন্সি-মঙলান-জগৎ অমদা তাউখিবা ঙাকনি। থোইদোক হেন্দোক্লা ঈশিং শোকফম ঘাটতা দেবদাসনা পারুদা খোইজৈনা কন্দুনা পারুগী মমায়দগ্গী দাগ লৈহনবগী থৌদোক অমসুং ডাইলোগ অদু চীন্দা পুদুনা তত্তনা লাইশোল ওইনা শোন্নখি। ড্রামা, শুমাঙলীলা, ফিল্মনচিংবা মেদিয়ম কয়াদা 'দেবদাস' শান্নখি। হেন্না পাকশন্না খঙনখি।

'দেবদাস (জুন ৩০, ১৯১৭) শবৎকী অঙনবা রোমান্টিক নোভেল অমনি। শরৎচন্দ্র মশানদি 'দেবদাস' অসি অফবা নোভেল অমনি হায়না লৌজদে। মানা হায়, "It's no good. It's even obscene and many other things besides you must ignore it as I have written it when I was a novice." অইবনা মশাগী খুৎইগী মবমদা হায়বসি লৌবা য়াবা অমসুং য়াদবা মতাঙ কয়া লৈ। শরৎচন্দ্রগী মশাগী ৱাফমসিদা অচুম্বা খবদি য়াওই। উপন্যাস অসি কলাগী মীৎয়েংদা অশোযবা কয়া লৈ হায়না অখঙ-অহৈশিংনা পুথোরকপা ৱাফম কয়া লৈ। মখোযনা হায়— উপন্যাস অসি মমুন ফাবা ৱাথলি, য়াম্না হোঙবা থম্মোয ঈহুলদা শাগৎপনি, মেলোড্রামাটিকসু ওই। থোইদোক্লা পার্ব্বতীনা মাগী মপুবোইবদা নুপী অমগী তৌফম থোকপা থৌদাং কায়দনা চৎলি। অদুগা অমরোমদনা মাগী হান্নগী অঙাং ওইবিঙৈগী নুংশিনবকপা দেবদাসতা মাগী থম্মোয় পুম্বা কৎথোকই। লুহোংদ্রিঙৈগী মমাঙদা দেবদাস লাক্কুনা মাগা লুহোংসি হায়না থাঙ্গৎলকপা ৱাফমদা পারুনা তুম্মিন লৈখি। তৌববুদি পারুনা লুহোংবগী ফিরেপ লৌরবা মতুংদা লাকপা ৱাফম্নি। কবিগী পারুনা য়াখিদ্রিবা? ৱাহংশিং অসিগী মতীকচাবা পাউখুম শরৎচন্দ্রনা পীবা ঙমখিদে। মসিনা প্লোটনচিংবা কলাগী খুৎশেমদা টেকনিকেল ওইবা অশোয়বা ওইরবসু 'দেবদাস'বু মীয়াম্না কাউবা ঙমদনা শোন্নরিবগী মবমদি, নহা ওইরিঙৈগী নুংশিনবগী থম্মোয় কায়রবা নুংশি মৈচাক্কী কাউঙমদ্রবা মিৎকুপশিং অদুনি। মসিদা নুংশিনবগী য়ৌশিনবা থম্মোয় ঈহুনবু য়াম্না মনুং হুনজিন্না ফোঙদোক্লি। নহা ওইরিঙৈদা নুংশিনরকপা অদুগা ৱাইথুংনখিদ্রবা দেবদাসকী মাঙথরক্লবা, অমসুং কেথরক্লবা পুন্সিগী অৱাবা শন্দোক্লা অপাবশিংদা য়ৌনা মীনুংশি

পোকহনবা ওমই। মীগী ওইগ্নবী পারুগী ৱাখন্দা য়ু থক্নুনা অমসুং ওক্তবী চন্দ্ৰমুখীগা সঙ্গ তৌদুনা পুন্সি কেমহনজরবা দেবদাসকী অৱাবা পুন্সিদা অপাবশিংগী মীনুংশি অখাকপা লৈতনা চীংশিনবা ওস্মী। অরোইবা পুন্সিগী তানফমদা, হিংবগী আশা লৈত্রবা দেবদাসনা অরোয়বা ওইনা ষণগাড়ী তোংদুনা পারুগী লৈফম খুঙ্গংদা লাকপা, পারুগা উন্নবা ফংদনা সনাখোংনাং মখোঙদা অরোয়বা পুন্সি য়াহিপ তানখিবা, থৌদোকশিং অসি নুংশিবগী ঈপোম হৌরবা থম্মেয়শিংদদি কাউওমদ্ৰবা পিরোয়নবা শং-শং উহনবা ওস্বা থৌদোক ওাক্তনি। কপ্লি, কপ্তবা ওমদে, পারুনা কপ্লগুম ঐখোয়সু থম্মোয় ফুক্লা কপনিংবা পোকই।

শরৎচন্দ্রী পুন্সি কুপ্না নৈনবা মীশকশিংনা (The Great Vagabond: biography and Immortal Works of Sarat Chandra Chetterjee by Vishnu Pravakar, 1990) 'দেবদাস'কা শরৎকী পুন্সিগা লৈনবা মরী পুথোক্লকপা য়াওই। শরৎনা ওক্তবী নুপীগা ইফোং ফোংনা লোয়নবা, য়ু অমসুং গঞ্জা থকপা, জ্বার শান্নবা মথোঙ হুক্তবা থবক কয়া তৌবগীদমক্তা ৱাথোক ওইবা ৱারী কয়া লৈ। মানা চহী ১৯ শুবগী মতমসিদা মনসুরগঞ্জদা লৈবী কালীদাসী কৌবী ঈশৈ শকপী নুপী অমগা-মরী লৈনবগী ৱারী অমা লৈ। শরৎ ঈশৈ ফজনা শকপা ওস্মী। নুংশিবা খোঞ্জেল অমা লৈ। মসিমক্তা নুপীশিংনা মঙোন্দা মিকাবা অমসুং নকশিন্নিংবগী মরম ওই। নুপী অসি য়াম্না ইনাক খুল্লি। নোংমা মাগী মরুপ রাজুগা মখোদা ঈশৈ তাবা চৎপদা য়ু ওাওবদগী রাজুগী পৈশা খরা মফম খঙদনা মাঙখিরম্মী। পূকচেল চাউরবী ঈশৈ শকপী অদুনা পৈশাশিং অদু খুনজিল্লগা মখোয়দা অমত্তা চিংথদনা শীন্নরকখি। নুপী অসিগী মরন-মথুম পূন্নমক দান তৌথোকখিদুনা মহাক লাইনীংবী অমা ওইখিরম্মী। অদুবু সমাজনদি মাবু ওক্তবী হায়না চৈবিরম্মী। শরৎচন্দ্রনা পুকচেল চাউবী, থম্মোয় শেংবী ঈশৈ শকপী নুপী অসিগী লমচৎতা হায়নিংঙাই লৈতনা মীনুংশি পোক্লম্মী। মানা খনখি- মীওইবগী লমচৎতি মপানথোংগী শক্তমনা লেপকদবা নত্তে, নুংগী অশেংবা থম্মোয়না লেঙদ্রবা লমচৎ ওইগদবনি। 'দেবদাস' ইরিঙৈদা শরৎচন্দ্রনা ঈশৈ শকপী অসিগী মনাক্তা য়াম্না তোয়না চৎলি হায়। হৌজিক মীওই খরনা হংনরি— 'দেবদাস' গী চন্দ্রমুখী অসি ঈশৈ শকপী অসিগী লমচৎতগী শাগৎপা চরিত্র নত্রা? অইবগী অশেংবা পুন্সি ৱারীগা মাগী কলাগী খুৎইগা লৈনবা মরী অসি য়াম্না চয়েৎনবা, খঙবদা ৱারবা অমনি। অদুম ওইনমক, শরৎচন্দ্রনা লৈখা তারবা নুপীশিংগীদমক্তা ঈচঙ থৌনা, থৌনা ফনা লেপখী হায়বসিদি অশেংবনি। মাগী উপন্যাসশিংদি লৈখা তারবী, সমাজনা মীরায়বীরবী, মরায়বক থিরবী চনুরাশিংগী জাগরণগী মিৎকপ শৈরোম্নি। মতমদুদা বেঙ্গলগী সমাজদা নুপাশিংনা নুপীদা য়েংলিবা তোম্বা, হম্বা মীৎয়েং অদু অরানবনি হায়না শীংনবা অমগা লোয়ননা শরৎচন্দ্রনা চুমথোক্লবা হোংনখি। মাগী উপন্যাস কয়াদা শরৎচন্দ্রনা

নুপী কয়াবু অরাংবো পদবীদা থাঙ্গৎপীদুনা অয়ান-খুভম ফংহনবিখিবা কোঙ্গায়নি। মীৎয়েং অশোমদা 'দেবদাস' কী চন্দ্রমুখী য়াম্না ফজবা চরিত্র অমনি। মশক মতৌ ফজরবী, ওস্তবী চন্দ্রমুখীগী দেবদাসতা লৈবা প্রেমদি মক্তবা আত্মা প্রেমনি। পৈশাগী মিহৌবা লৈত্রবী ত্যাগীনি। দেবদাসকী সেবা তৌজবতনা মাগী পুন্সিগী পেনজবনি। মমৈথংদা দেবদাসনা চন্দ্রমুখীদা নুংশিবা পোক্লকখি। অদুবু হায়খি- পাপ পুণ্যগী বিচার-মপুনা নহাক্কী করি বিচার তৌবিরমগদগে খঙদে। অদুবু শিরবা তুংদা করিগুম্বা থেংনবা থোক্লবদি ঐ করিগুম্বদসু নঙোন্দগী থাপতোক্লা লৈবা খক ঙন্নোই।" শরৎচন্দ্রনা চন্দ্রমুখীদা তস্তনা 'বৌ' (মৌ) কৌই। মসি মাগী আত্মাগী 'বৌ' নি।

দেবদাসতি য়াম্না শ্রাওশিন্নবা ইনাক খুনবা বামোন জমিন্দারগী মচানি। মঙোন্দা "পোৎ অমতবু মতম চঙনা খস্থদুনা য়েংননবগী অখাঙ-কনবা লৈতে, করিগুম্বা অমতং মখুস্তা ফংবমক্তদা হেক্তা ফিরেপ লৌই- মসি ফৈ নত্রগা ফত্তে। লাইবক্তা ফনা তম্লম্লবদি মখোয়দু চাওখৎপগী খ্বাইদগী বাংবা মফমসিদা কাখৎখিবসু য়াওই। অদুগা মদু নত্রবদি লৈখা তাবগী লৈরোনগী লৈখোম-লৈনোং মরক্তা পুন্সি চুপ্লগী ওইনা লৈতাদুনা লৈ। মদুদগী অমুক হন্না কাখৎলকপা ঙমদে, অমুক হন্না ফম্বা ঙমদে, অমুক হন্না মঙালগী মাইকৈদা য়েংলুবা ঙমদে। লেঙদবা অশিবা হকচাংগী মতৌগুম তাদুনা লৈ। দেবদাস অসি কাঙলুপ অসিগী মীনি।" (৮শুবা পন্দুপ)। দেবদাসকী মমা-মপানা লায়রবী বামোন নিঙোল, লুহোংবদা পৈ শা পীগদবী পার্ব্বতীবু থম্মোয় শোক্লা নুংশিবা হৌখিবদি মহাক্লা বিদায়গী চিঠি পীথোকত্রবদা পার্ব্বতীনা অহল লমনগী য়াথং ঙাক্কনি হায়দুনা অয়াবা পীত্রবা মতুংদগীনি। পার্ব্বতীগী বাখল কাউবা ঙমদ্র দুনা য়ু থকখি। মাগী বাখলদা মশাবু খম থেংনা মাঙহনজখি। অরোয়বদা পার্ব্বতীগীদমক মথবায় থাখি।

'দেবদাস' থম্মোয় ঈপোম হৌহনবা গুম্বা নুংশিনবগী বারীনি। দেবদাস, পারু অমসুং চন্দ্রমুখী- মচীন অহুম লোংবা নুংশি বারী অসিনা অপাবগী থম্মোয়দা তাশোন্না খিনবগুম নুংশিবগী অহকপা চৈনা অমা পীবা ঙম্মী। পাবদা হৌজিকসু নুংঙাইহিরি। পাবা হৌত্রবদা চেনা খুমজিনবা কনা য়াওবগে? মতম কুইনা কাউনরুরবা উপন্যাসসিবু নৌহৌনা পাবা ফংহনবগীদমক শ্রীরঘুমণি শর্ম্মবু থাগৎফম থোকই। ইশাগী ওইনা নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি।

ইম্ফাল,
নবেম্বর ২০, ১৯৯৫

ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশাম্পাৎ লৈমজম লৈকাই।

# বাহৈ খরদং

**লাইরিক** অসি থোইদোক্লা নুপীগী পুক্লিং-ইন্থন খঙনা ইবদা শিংথানারবা অথোইবা উপন্যাসকার শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী দেবদাস হায়বা রোমান্টিক নোভেল অদুনি। মসিদা য়াওরিবা থৌদোক-বাথোক খরমখে অইবা মশাগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোকশিংগা য়ান্না চানৈ হায়না থাজনৈ। শরৎচন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুমথংননা লৈবী নুপীমচা অমগা শান্নমিন্নদুনা চান্ন-চিন্ননা চাউরকখি। মপুং-মরৈ ফারবদা মখোয় অনীগী অচম্বা চান্ন-চিন্নবদু অপাম-নুংশি ওল্লকখি। অদুবু লৈশাবী অদুদি য়ান্না ঈনাকখুনবা মচা ওইবা অদুগা শরৎচন্দ্রদি লাইরবা মচা ওইবনা নুংশি-পম্থুং য়ৌবা ঙমখিদে, খাংউথক্তা কায়নবা তাখি। নুপীমচা অদুনা পারুগী শক্তম ওইনা নুংশি-মৈশা লাংলবা শরৎচন্দ্রনা মতম অদুদা উপন্যাস অসি থম্মোয়গী পাউদম ওইনা ইখিবনি হায়নৈ।

অসিগুম্বা মশক নাইবা লাইরিকপু লোল অমদগী লোল অমদা হন্দোকপা হায়বসি তরায়-তরায় নত্তে। অদুবু শক্লাইরবা ওজা শ্রীযুক্ত এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, ডাঃ আই. আর. বাবু অমসুং ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ অসিনচিংবা কয়ানা শরৎচন্দ্রগী লৈরিবা লাইরিক পুম্নমক হন্দোকউ হায়না তাকপিবা মতুং ইন্না উপন্যাস অসি হন্দোকচরুবনি।

লাইরিক অসিগী মখুম ছবি মমল লৌদনা য়েকপিরক্লুনা তেংবাংবিরিবা শ্রীযুক্ত অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

—অনুবাদক

# লাইরিক অসিগী পরিচয়

দেবদাস অসি শরৎচন্দ্রনা নহা ওইরিঙৈদা ইবনি। শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা লৈরিঙৈদা মাগী অথিংবা লৈদুনসু মরুপ প্রমথনাথ ভট্টাচার্য্যনা দেবদাসকী খুৎই লাইরিক অদু মাগী মামা সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়দগী লৌরগা থাগী চেফোঙ ভারতবর্ষদা ইচেল নাইনা হাপখি। মতুংদা তাং ৩০-৬-১৯১৭ ইংদা গুরুদাস চট্টোপধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা পুথোকখিবনি।

উপন্যাস অসি খ্রীঃ ১৯০০ দা হায়বদি মশাগী চহী ২৪ দা শরৎচন্দ্রনা ইখিবনি।

শরৎচন্দ্রনা চবিত্র অয়াম্বা বেচ তৌরিবা মিংশিংসি মাগী মামাখোয়গী পরিবারদগীনি হায়নৈ। মহাক্না বেচ তৌবা অসি পরিবাবসিদা নত্তনা মীনাই-মীশল ফাওবা থাদোক্তে। পরিবার অসিগী মীনাই মুশাইগী মতৌগুম্বা থাজনিংঙাই ওইবা মপু নীংবা মীনাই মতম চুপ্পদা তাংনা থোকই। মহাক গয়াদগী লাক্কুনা ইমুং অসিদা লৈরখিবনি অমসুং চাউরাক্না চহী কুন্থ্রা থবক তৌবম্মী। মুশাইবু অমব ওইহন্নবগীদমক মাগী 'দেবদাস' তা ধর্ম্মদাসকী চবিত্র অসি যেকখিবনি।

লাইবিক অসিদা য়াওরিবা থৌদোক-বাথোক খরমখৈ অইবা মশাগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোকশিংগা য়াম্না চানৈ হাযনা লৌনৈ। শরৎচন্দ্রখোয়গা য়ুমথংননা লৈবী নুপীমচাদুগী ৱাদি ৱাহৌদোক্তা যাওখ্রবনিনা অমুক পঞ্জরবোই।

শবৎচন্দ্রনা মাগী মরুপ ঈনাকখুনবা মচা অমগা লোয়ননা ঈশৈ তাবা মিংচৎ থিরবী নুপী অমগী য়ুমদা হেক হেক চৎলম্মী। নোংমদি মখোয় য়ু কাহেন্না ঙাওবনা মাগী মরুপ অদুদগী লুপা তরা চৎপী মপুলমক্তি ফাদ্রবা অমা মফম খঙদনা তাহৌই। অদুবু মখোয় অনী মথংগী নুমিৎতা মফম অদুদা চৎলুবদা ঈশৈ শকপী অদুনা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা মখোযগী তাহৌবা শেলফম অদু ঙরাং তাহৌবনি হায়দুনা পীরকখি। মপূকচেল শেংলবী ঈশৈ শকপী বদনাম লৈবী অসিমকপূ শবৎচন্দ্রনা লেম্না মাঙহন্দনা দেৱদাসতা চন্দ্রমুখী ওইনা পুথোক্রম্বনি।

—হন্দোকপা

# লবুক্তোংবম রঘুমণি শর্ম্মা

**শ্রীলবুক্তোংবম রঘুমণি শর্ম্মা** তাং ২৫-১২-১৯৪০ ইংদা ব্রহ্মপুর, নহাবম লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিং ৺রাধামোহন শর্ম্মা অমসুং অপোকপীনা ৺লৈরিকতোম্বী দেবী কৌই।

শ্রীশর্ম্মনা য়াম্না নহা ওইবিঙৈদগী প্রবন্ধ, রারীনচিংবা কয়া ইদুনা মেগাজিন কয়াদা ফোঙলকই। 'বাশক' (১৯৬৪) না মহাক্কী অহানবা লাইরিক্নি। মতম অদুদগী হৌজিক ফাওবদা মশানা ইবা ৪৩ অদুগা হন্দোকপা ৪৭ ফোঙলে।

শ্রীশর্ম্মনা ডাইরেক্টর ওফ্ এডুকেশন (এস), মণিপুরনা শীনবা অঙাংগী লাইরিক অথোই-অহেন তাম্নবগী মনা ৩০ হেন্না ফংলে। শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী 'চরিত্রহীন' হন্দোকপগী সাহিত্য একাদেমি, দিল্লীনা 'সাহিত্য একাদেমি অনুবাদ পুরস্কার' (১৯৯৩) পীরকই। 'তেলেম ইন্দুবালা (হন্দোকপা) মনা' (১৯৯৭) ফংই। ২০০০ ইংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামনা 'সাহিত্য ভূষণ' উপাধি পীবকই।

শ্রীশর্ম্মা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল; নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল; কলচরেল ফোরম, মণিপুর, ইম্ফাল অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী লাইফ মেম্বরনি।

—অফোঙবী

# অমা

নোংমা শজিবুগী নুমিৎয়ুংবো মতুংদা নুংশা য়ক-লাউনা শারম্মী, ওলাং-ওনশাওবনসু খাংফম খঙলমদে। মতম অদুমক্তদা মুখুয্যেখোয়গী দেবদাস পাঠশালা শঙগী কাচিন অমদা মখুৎতা শ্লেট পায়দুনা ফক শেগায়বা অমদা ফমদুনা লৈরম্মী; মমীৎ অমুক পাঙথোকই অমুক উইশিন্নি, অমুক মখোঙ তিংথোকই, অমুক তিংলি-য়াংলি, অসুন্না তৌদুনা লৈরম্বদগী মমৈথংদা খঙহৌদনা শাথীনা চিন্তা পুরকই; অদুগা মীৎনা কুপ্পদা ফিরেপ অমা লৌগ্রে, থোইদোক্লা নিংথিজরবা মতম অসিদা লৌবুক-লমহাংদা তেলঙ্গা পাইরুবগী মহুৎতা পাঠশালাদা নৈশিন্দুনা লৈবসি করিসু কান্নদে। রাখল থৌরবা মকোক্তা উপায় অমসু ভাবনা শাগচ্চগ্রে।

পাঠাশালাদা হৌজিক টিফিন্নগী ছুটি ওইরি। নুপামচাগী কাংবুনা মখল মখলগী শকফম পুথোক্তুনা অদুগা খোংনাং মখোঙদা চৈতেক্কোৎপী শান্নরি। দেবদাসনা মায়কৈ অদোমদা অমুক্তং য়েংথোরকই। মহাক্তি টিফিন্নগী ছুটি ফংদে— করিগীনো হায়বদা দেবদাসনবু অমুক্তং মপালদা থোকপ্রবদি অমুক হঞ্জিল্লকপা থোইদোক্লা পামদে হায়বা অসি গোবিন্দ পণ্ডিতনা কয়ারক হন্না উগ্রবনি। মাগী মপাগী অথিংবসু লৈ। মরম কয়াদগী অসিগুম্বা মতমসিদা চন্নদবা সর্দ্দার ভুলোবু শেন্নহন্দুনা থম্বা হায়না লেপ্পখিবনি।

হৌজিক কা মনুংদা পণ্ডিত মহাশয়দি নুমিৎয়ুংবা মতমগী হৌনবী মুম্থরক্তুনা মমীৎ উইশিন্দুনা তুম্নি অমসুং চন্নদবা সর্দ্দার ভুলো কাচিন্দা মখোঙ তেক্লবা বেঞ্চ অমগী মচি অমদা পণ্ডিত-মচা শাদুনা ফম্নি। অদুগা মহাক্লা মরক মরক্তা থোইদোক্লা হৈনিংদবগা লোয়ননা করিগুম্বদা নুপামচাশিংনা শান্নরিবদু য়েংই, করিগুম্বদনা দেবদাস অমদি পার্ব্বতীদা তন্দে-মান্দে য়েংলকই।

পার্ব্বতীসু থা ফারক্লে পণ্ডিত মহাশয়গী লমজিং-লমতাক মখাদা লাকপা। তেনগ্রবা মতমসিগী মনুংদা মহাকপু থোইদোক্লা পেলহনখিবনা মঙোন্দা মহাক্কী পূক্লিং চিংশিনখিবা ওইরম্বা য়াই, অদুনা মহাক্লা মপূক্লিং চঙনা থোইদোক্লা মোং-হাদবগা লোয়ননা উইদুনা লৈরিবা পণ্ডিতকী শক্তমদু বোধোদোয়গী (মপী লাইরিক্কী) অরোইবা চেনাদা মুক্লা য়েক্লি অমসুং হৈ-শিংলবা চিত্রকারগী মতৌগুম য়াম্না চেকশিন্না লাই অদু মওং কয়াদা য়েংলি, লাই অদু অশেংবা শক্তমগা কয়া য়াম্না চাশিন্নরবগে হায়বা। য়াম্না চাশিন্নৈ হায়বদি নত্তে; অদুবু পার্ব্বতীগী থম্মোয়দদি মদুখক্তদা থোইদোক্লা হরাওজবা অমদি পেঞ্জবা পোকচে।

মতম অসিদা দেবদাস শ্লেট পায়দুনা হৌগৎলক্লে অমসুং ভুলোদা অতম্নদা কৌদুনা হায়রকই, "অঙ্ক ফল তাদ্রে।"

ভুলোনা ঈংনা চীংলেম্বা মায়থোংদা হায়রকই, "করি আঁকনো?"

"চিলহোৎ—"

"শেলেটতু য়েংগে—"

মসিগী ভাবতি অসিনি, মহাক্কী মফমদদি অসিগুম্বা থবকশিংদা শ্লেট অদু মখুৎ চনশিনবনা অথোইবগুম্না থোকই। মহাক্কী খুৎতা শ্লেট পীরগা দেবদাস মনাক্তা লেপ্লুনা লৈ। ভুলোনা খোঙ্গেল হৌনা পাদুনা হায়রকই, "থাউ মন অমগী মমল করিগুম্বা লুপা তরামরিমখায় পৈশা মরি খুজিং অহুম ওইরবদি—"

মতম অসিমক্তদা থৌদোক অমা থোকখ্রে। মখোণ্ড তেকপা বেঞ্চ মথক্তা চম্নদবা সর্দারনা মাগী ফমগী মক্তিক চাবা আসন খঞ্জদুনা লৌরগা নিয়ম নাইনা ঙসি চহী অহুম চুপ্পা নুমিৎ খুদিংগী ফম্লক্রিবনি। মদুগী নাকন্দা শুনু মপৈ অমা লৈ। মসি পণ্ডিত মহাশয়না কৈদৌঙে করম্বা যুগতনো অহোংবা মমলদা লৈশিন্দুনা থমখিবনি; খঞ্জরম্মী, খুদোংচাবা মতম লাক্লবদি মদুদা দালান মরোল অমা হাপকৎকনি। করম্বা মতমদা য়াইফ-নুমিৎ অদু থুংলগদগে হায়বা খঙবা ঙমদে। অদুবু শুনু অঙৌবা অসিবু মহাক্কা চেকশিঞ্জবা অমদি যতন তৌজবগী ঙমখৈ লৈরমদে। সংসারদা অফ-ফত্তা খঙদবা, ঙাওশিন্নবা কনাগুম্বা লমহেনবা অঙাংনা মদুগী মরিক অমা ফাওবা মাংহনবা ঙমদনবগীদমক পৈশিন্দুনা থম্লিবা পোৎ অদু ঙাক-শেম্নবগী থৌদাং মহাক্কী অচানবা মীশক ওইরিবা খ্বাইদগী চহী য়াম্নবা ভোলানাথকী মথক্তা ননশিল্লিবনি অমসুং অদুনা মহাক্কা বেঞ্চ অদুদা ফমদুনা মদু শঙলক্রিবনি।

ভোলানাথনা ইরি— "থাউ মন অমগী মমল করিগুম্বা লুপা তরামরি-মখায় পৈশা মরি খুজিং অহুম ওইরবদি— ইমা, ইমা-ও—" অদুগী তুংদা য়াম্না হৌবা মখোল অমা থোরকই। পার্ব্বতীনা য়াম্না কাহেন্না হৌনা লাউ-খোংদুনা খূবাক খুদুনা লৈমায়দা থরো থরো ওল্লকই। মীৎকপ খংথোক থোক্লক্তুনা গোবিন্দ পণ্ডিত মমীৎ ঙাংনা ফুক হৌগৎলক্লে, উরক্লে, উখাদগী নুপামচা কাংবুদু তশেংনা পরেং শানা লাউ-খোংদুনা চেন্নখ্রে, অমসুং মতমদুমক্তদা মমীৎতা উরক্লে, অতেকপা বেঞ্চ মথক্তা খোঙ জোড়া অমা ফ্রিং ফ্রিং কাওরি অমসুং শুনু মনুংদগী মৈগী চীং পোকখায়রক্লে। লাউরকই, "করিনো— করিনো— করিনোনে!"

ব্বা ঙাংগদবগী মনুংদা শুপ্নদগী পার্ব্বতী খক্তা ঙাই। অদুবু মহাক্তি মতম অদুদা লৈমায়দা থরো থরো ওল্লি অমসুং খূবাক খুরি। পণ্ডিত মহাশয়গী কাম্নদব্বা ব্বাহংদু অশাউবদা ওল্লক্লে, "করিনো— করিনো— করিনোনে?"

অদুগী তুংদা মশা পুমঙৌ ঙৌনা ভোলানাথ শুনু মনুংদগী হৌগৎলক্লে। পণ্ডিত মহাশয়না লাউরকই, "নঙ ওইরে উরোক। নঙ মদুগী মনুংদা!"

"য়েঃ— য়েঃ— য়েঃ—"

"অমুক!"

"দেবা শালা— য়েঃ— য়েঃ— চিলহোৎ—"

"অমুক ঙাওশিন্নরিবা!"

অদুবু থংনবা মীৎকুপমক্তদা ৱাফম পুন্নমক ভাব তারক্লে। ফক্তা ফমথরগা হংলকই, "ইঙ্গুরন্নগা দেবা চেনখ্রব্রা? নঙবু মদুগী মরক্তা?"

ভুলো অমুক হেন্না কপখৎলক্লে,— "য়েঃ— য়েঃ— য়েঃ—"

অদুগী তুংদা ফনা কুইনা শুনু কম্লোক-খোৎতোকই, অদুবু অঙৌবা অমদি অমুবা মচুদা চন্নদবা সর্দারদু ফনা শাথীনা ভূত মান্না উই অমসুং মতম অদুদসু মহাক কপ্লা তোক্তে।

পণ্ডিতনা হায়রকই, "ইঙ্গুরন্নগা চেনখ্রিব্রা? মদু ওইরিনিনে?"

ভুলোনা হায়রকই, "য়েঃ— য়েঃ—"

পণ্ডিতনা হায়রকই, "মসিগী লমন খুমগনি।"

"য়েঃ— য়েঃ— য়েঃ—"

পণ্ডিতনা হংলকই, "নুপামচাদুদি কদায়—"

অদুগী তুংদা নুপামচাগী কাংবুদুনা মমায়-মমীৎ ঙাংনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না চেল্লকুগা খঙহল্লরে, "দেবাবু ফারকপা ঙমদ্রে। ইস— চেক্তুন্নকা থারক্লিবনি!"

"ফারকপা ঙমদ্রব্রা?"

অতোপ্পা নুপামচা অমনা মদুগী খোঙ্থাং য়ৈরকই, "ইস— চেক্লা—"

"তোকও ইবুংঙো।"

নুপামচাদু চপ লেপ্তুনা মচি অমদা থৈদোক্তুনা লৈখ্রে। কান্নদবদা শাউদুনা পণ্ডিত মহাশয়না অহানবদা পার্বতীদা চৈ-থাংলকই, অদুগী তুংদা ভোলানাথকী খুৎ পায়দুনা হায়রকই, "চৎসি, চুমথ্রিংনা জমিদারি ওফিসতা চৎতুনা জমিদারদা ৱাকৎলুসি।"

মসিগী অর্থদি অসিনি, জমিদার নারায়ণ মুখুয্যেগী মফমদা মহাক্কী মচানুপাগী লোনচৎ-শাজৎকী ৱাকৎলুগদৌরিবনি। মতম অদু নুংথিল পুং অহল্লোম তারন্নগনি। নারায়ণ মুখুয্যে মহাশয় মপালদা ফমদুনা হিদাক বুদুক-বুদুক থক্তুনা লৈরম্মী অমসুং মীনাই অমনা হমাই পায়দুনা হম্নম্মী। ছাত্রশিংগা লোয়ননা পণ্ডিত মতম চাদনা লাকপা উবদা হাইক্লেৎ চঙক্লদুনা হায়রকই, "গোবিন্দনিদনা!"

গোবিন্দ জাতিদা কায়স্থনি— লৈমায়দা কুম্থদুনা খুরুম্নগা ভুলোবু উৎতুনা ৱাফম পুন্নমক মরিক চুন্না তন্নকই। মুখুয্যে মহাশয় শাউরক্লে; "মদুনিনে, দেবদাস অসি ৱারকপা য়ারোইদৌরি খঙলে!"

"কমদৌজৌ হায়বগে য়াথং তাকপিয়ু।"

জমিদারনা তোংজে থন্নগা হায়রকই, "মাবু কদায়দা চৎল্লবগে?"

"মদু কমদৌনা খঙগনি! ফাননবা তান্নরুবদা মখোয়বু চেক্তুন্না থাদুনা তাল্লকই।"

মখোয় অনীমক ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। নারায়ণবাবুনা হায়রকই, "য়ুমদা হল্লক্লগা করিনো'মা তৌবা হায়বদুনি।"

গোবিন্দনা ছাত্রগী খূৎ শমদুনা পাঠশালাদা হল্লক্লগা মীৎয়েং-নায়েং মওং-মতৌদা পাঠশালাগী ছাত্র পুন্নমকপু মীপাইহনখ্রে অমসুং ৱাশকখ্রে, দেবদাসকী মপা লমদম অসিগী জমিদার ওইরবসু মহাকপু অমুক হন্না পাঠশালাদা চঙহল্লরোই। নুমিৎ অদুদা পাঠশালাগী ছুটি খরা ঙনখৎনা থাদোকখ্রে। হন্নখিবা মতমদা নুপামচাশিংনা ৱা কয়া ঙাংনে-শরুখি।

অমনা হায়রকই, "উঃ, দেবা কয়াদা ঙাওশিন্নখ্রবা!"

অদুগা অতোপ্পা অমনা ভুলোগী মীচং চংদুনা হায়রকই, "ভুলোনা লমন খুম্বা উরকনি।"

"অস্— মাদি পাঠশালাদা অমুক হন্না লাক্লরোই, কমদৌনা লমন খুমগনি!" পিক্লিবা অঙাং কাংবু অসিগী মরক্তা পার্ব্বতীসু লাইরিক শ্লেট কোন্দুনা ময়ুমদা হল্লক্লিবনি। মহাক্না মনাক নকপা নুপামচা অমগী মখূৎ পায়দুনা হংলকই, "মণি, দেবদাদাবু অমুক হন্না পাঠশালাদা তশেংনা চঙহল্লরোইদ্রা?"

মণিনা হায়রকই, "চঙহল্লরোই— শুপচঙ চঙহল্লরোই।"

পার্ব্বতী লৈথোকখ্রে— ৱাফমদু মাগী মপুক্লিংদা তশেংনা পামজনা থোকখিদ্রে।

পার্ব্বতীগী মপাগী মমিং নীলকণ্ঠ চক্রবর্তী কৌই। চক্রবর্তী মহাশয় জমিদারগী য়ুম্লোম্নবনি হায়বদি মুখুয্যে মহাশয়গী য়ান্না চাউ-শাংবা য়ুম মনাক্তা মহাক্কী অপিকপা অমসুং থাইনগী অমনবা চেক্কী য়ুম লৈ। মহাক্কী লৌ বিঘা কুন লৈ। যজমান অহুম-মরি লৈ, জমিদার ইমুংগী আশাদা হিংলিবনি,— থোইদোক্না তরু-তহেনবা ইমুংনি— থোইদোক্না নুংঙাইনা মতম লেপ্লি।

অহানবদা ধর্ম্মদাসকা পার্ব্বতীগা থেংনৈ। মহাক দেবদাসকী য়ুমগী মীনাইনি। চহী অমা হায়রকপদগী ঙসি চহী তরানীথোই শুরবসি ফাওবদা মহাকপু শেন্নরক্লিবনি। পাঠশালাদা থিল্লুই অমসুং ছুটি মতমদা লৌরুদুনা য়ুমদা পুরকই। থবক অসি মহাক্না নিয়ম নাইনা নুমিৎ খুদিংগী তৌই অমসুং ঙসিসু মদুগীদমক পাঠশালাদা চৎলিবনি। পার্ব্বতীবু উবদা হায়রকই, "কদায় পারু, নঙগী দেবদাদাদি কদায়?"

"চেনখ্রে।"

ধর্ম্মদাসনা শাথীনা চঙক্লদুনা হায়রকই, "চেনখ্রে হায়বদি করিনো?"

মতম অদুদা পার্ব্বতীনা ভোলানাথকী খুদোংথীবা ৱাফমদু নিংশিংলক্তুনা অমুক নৌহৌননা নোকপা হৌরকই,— "য়েংঙোই ধর্ম্ম, দেবদা— হিঃ হিঃ হিঃ— তশেংনা শুনু

মপৈদা— হিঃ হিঃ হো হো— তশেংনা ধর্ম্ম, ফুমজিন্দুনা—"

ধর্ম্মদাসনা বাফম পুন্নমক খণ্ডলুবা ঙমদ্রবসু নোকপা উবদা খরমখৈ নোকথোরক্লে; নোক্লিংবা ফাজিন্নগা তক্লদুনা হায়রকই, "তম্মুদনা পারু, করি তৌরবগে?"

"দেবদাদানা ইষ্টুদুনা— ভুলোদু— শুনু মপৈদা— হিঃ হিঃ হিঃ—"

ধর্ম্মদাসনা হন্দক্তি অবাৎপা অদু ভাব তারে অমসুং থোইদোক্লা চিন্তা পুরক্লে; হায়রকই, "পারু, মহাক হৌজিক কদায়দা লৈরমগদগে খণ্ডব্রা?"

"ঐনা করি খণ্ডনি!"

"নঙদি খণ্ডলমগনি— হায়দোকওসে। ওষ্থোকপা হায়বদুনি, মহাক চাক য়াম্না লাম্নম্নগনি।"

"চাকপুদি লাম্নম্নগনি— অদুবু ঐ হায়দোক্লোই।"

"হায়দোক্লোইদৌরিবা করিগীনো?"

"হায়দোক্রবদি ঐঙোন্দা থিনা ফুগনি। ঐনা মাগী চাননবা থিনবিরুগনি।"

ধর্ম্মদাস খরমখৈ নে তারে— হায়রকই, "মদু থিনবিরু, অদুগা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা থেমদুনা নৌদুনা য়ুমদা পুরকউ।"

"পুরক্কনি।"

ময়ুমদা চণ্ডলকপদা পার্ব্বতীনা উরে, মহাক্কী মমা অমসুং দেবদাসকী মমা মবানিমক বা পুন্নমক তারম্নে। মঙোন্দসু বাফম অদু হংদোকখ্রে। নোক্তুনা শকফম হঞ্জিন্না মহাক্লা ঙমজবমখৈ তম্মী। মদুগী তুংদা মুড়ি ফিজিদা য়োমদুনা হৈনৌগী বাগান মনুংদা চণ্ডলকই। বাগান্দু মখোয়গী য়ুম ময়াদনি, অমসুং মদুমক্কী মচি অমদা বাকোল অমা লৈ। মহাক্লা খণ্ডই, লোৎতুনা হিদাক থক্লনবগীদমক দেবদাসনা বাকোল অসিগী মনুংদা মফম খরা শেংদোক্তুনা থম্মী। চেল্লক্তুনা লোৎপা তারবদি মদুমক মহাক্কী অরোনবা মফম্নি। মনুংদা চণ্ডলকপদা পার্ব্বতীনা উরে, অশুকপা বাকোল মনুংদা দেবদাস হিদাকফু মচা অমা পায়দুনা ফমদুনা লৈরম্মী, অমসুং অখণ্ড-অহৈগী মতৌগুম হিদাক থক্রুম্মী। মায়থোংদু শকফম য়াম্না হঞ্জিল্লি— অবা-চিন্তাগী মমি মদুদা চপ চানা তারি। পার্ব্বতীবু উবদা মহাক য়াম্না হরাওই, অদুবু মদু মপালদা ফোঙদোরক্তে। হিদাক থক্লা থক্লা চীংলেম্বা মওংমক্তদা হায়রকই, "চণ্ডলকউ।"

পার্ব্বতী মনাক্তা চণ্ডশিল্লক্তুনা ফম্লরে। ফিজিদা পুন্নক্লিবদু খুদক্তা দেবদাসকী মীৎয়েংদা তারুরে। করিগুম্বা বা অমতা ঙাংদনা মহাক্লা মদু থোক্লগা চাবা হৌরকই, হায়রকই, "পারু, ওজা-ইবুংঙোনা করি হায়বগেনে?"

"পাবুংহলদা তম্লরে।"

দেবদাসনা হিদাকফু থম্লগা মমীৎ লাওথোক্তুনা হায়রকই, "বাবাদা তমখ্রব্রা?"

"হোয়।"

"মদুগী মখাদি?"

"নহাকপু অমুক হন্না পাঠশালাদা চঙহন্নরোই হায়হৌই।"

"ঐদি লাইরিক তম্বসু পামদে।"

মতম অসিদা মাগী অচাপোৎতু চাউরাক্না লোইশিন্নরক্লে, দেবদাসনা পার্ব্বতীগী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "সন্দেশ পীরো।"

"সন্দেশতি পুরক্তে।"

"অদুদি ঈশিং পীয়ু।"

"ঈশিং কদায়দগী লৌরুগদগে?"

ৱারৌরক্তুনা দেবদাসনা হায়বকই, "কবিসু পুরক্তবা, অদুদি কৈদৌবা লাক্লিবনো? চৎলো ঈশিং লৌরুচো।"

মহাক্কী অয়াকপা খোঞ্জেলদু পার্ব্বতীদা হৈননা থোক্লে; হায়বকই, "ঐ অমুক হন্না চৎপা ঙম্লোই— নহাক নশানা চৎতুনা থকচরুচো।"

"ঐবু হৌজিক চৎপা য়াব্রা?"

"অদু ওইরবদি 'সিদা 'সুম লৈরগদ্রা?"

"'সিদা 'সুম লৈবগনি, অদুগী তুংদা চৎখিগনি—"

পার্ব্বতীদু মপুক্লিং নুংঙাইরক্লে। দেবদাসকী অওচৎনবা বৈরাগ্য উবদা অদুগা ৱাঙ্খং-শাঙাং তাবদা মমীৎতা ঈরা চেল্লরক্লে— হায়রকই, "দেবদা, ঐসু চৎকনি।"

"কদায়দা? ঐগী তুং ইন্দুনা! চৎলোহাই— মদুবু য়াব্রা?"

পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "চৎকনি—"

"নত্তে,— চৎপা য়াদে— নঙ হান্না ঈশিং লৌরুখো—"

পার্ব্বতীনা অমুক হন্না মঙক নোমদুনা হায়রকই, "ঐসু চৎকনি ঙম্লোই।"

"হান্না ঈশিং লৌরুখো।"

"ঐ চৎলোই— মদু ওইরবদি নহাক চেনখিগনি।"

"নত্তে— চেল্লোই।"

অদুবু পার্ব্বতীনা ৱাসি থাজবা ঙমদ্রে, অদুনা ফমদুনা লৈখ্রে। দেবদাসনা অমুক হন্না য়াথং পীরকই, "চৎলো হায়রিবসিনি।"

পার্ব্বতী তুমিন্না লৈ। তুংদা মহাক্কী মনঙ্গলদা কিন্না অমুক শুরকই— "চৎলরোইদ্রা?"

পার্ব্বতী কপথোরক্লে— "ঐ শুকচৎ চৎলোই।"

দেবদাস মায়কৈ অমদা চৎখ্রে। পার্ব্বতীসু কপ্না কপ্না চুমদ্রিংনা দেবদাসকী ৱাবাগী

নাক্তা লাক্লে। মুখুয্যে মহাশয়না পার্ব্বতীবু য়াম্না নুংশিবি। হায়রকই, "পারু, কপ্লিবা করিগীনো নুপীমচা?"

"দেবদানা ফুরকইবা।"

"কদায়দা লৈহৌবগে মাবু?"

"বাকোল অদুদা ফমদুনা হিদাক থকহোহ।"

অমরোমদা পণ্ডিত মহাশয়না বাকৎলবদগী হৌনা মহাক শাউদুনা লৈরিবনি— হৌজিক পাউ অসিনা মাবু তশেংনা মৈগী মূর্ত্তি ওইহনখ্রে। হায়রকই, "দেবাসি খঙলে, হিদাক্কা অমুক থকৎলক্লবনিনে?"

"হোয়, থকই, নুংতিগী থকই। বাকোলদা মাগী হিদাকফু ঙাম্বক লৈ।"

"অসুক কুইবসি ঐঙোন্দা হায়দোক্লিবা করিগীনো?"

"দেবদানা ফুগনি হায়বগী।"

বাদু অদুম ওইনমক তশেংবদি মদু নত্তে। হায়দোক্লবদি দেবদাস তুংদা চৈরাক ফংগনি, নুংশাথিবা অসিনা মহাক্না করিগুম্বা বা অমতা হায়দোক্তবনি। ঙসিদি বাফমদু শুপ্লগী বারৌবগী ময়াইদা হায়দোকখিবনি। মহাক হৌজিক তশেংনা চহী নিপালখক্তা শুরিবনি— হৌজিক খরা হেন্না বারৌগল্লি; অদুবু মদুনি হায়দুনা মহাক্কী মবুদ্ধি-মরৌশিং থোইনা হৈম্বদি নত্তে। ময়ুমদা হল্লগা ফমুংদা হিপ্তুনা যনা কুইনা কপ-খোৎলবা তুংদা তুমথখি,— মহাক নুমিদাংগী চাক ফাওবা চাখিদে।

## অনী

দেবদাসপু মথংগী নুমিৎতা য়াম্না চৈখি,— নুমিৎ চুপ্পা কা মনুংদা ফাজিন্দুনা থমখি। মদুগী তুংদা, মহাক্কী মমা-ইবেম্মনা কন্না কপখৎ-লাউখৎলক্লবা মতম অদুদদা দেবদাসপু থাদোকপিখি। মথংগী নুমিৎকী অয়ুক ঙস্তাদা দেবদাস চেল্লক্তুনা পার্ব্বতীখোয়গী য়ুমগী থোঙনাও ময়াদা লেপ্লরে— কৌরকই, "পারু!" অমুক কৌরকই, "পারু!"

পার্ব্বতীনা থোঙনাও হাংদোক্লগা হায়রকই, "দেবদা!"

দেবদাসনা ইঙ্গিত তৌদুনা হায়রকই, "থুনা থোরকউ।"

মখোয় অনী পুল্লবদা দেবদাসনা হায়রকই, "হিদাক থকপগী বাফম হায়দোকউরিবা করিগীনো?"

পার্ব্বতী তুমিন্না লৈখ্রে।

দেবদাসনা হায়রকই, "নঙ য়াম্না পঙই— মতুংদদি হায়দোক-লাকথোকনু

পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "হায়দোক্লরোই।"

"অদুদি চৎলসি খোইজৈ খাংলুসি। ঙসি পল্লিদা ঙা ফারুবা তারি।"

ৱাকোলগী অশুকপা ময়াদা নোনা (আতাফল মখল অমা) হৌরি, দেবদাস মদুদা কাখৎখ্রে। য়াম্না ৱানা ৱাতোন অমা চিংথরগা পার্ব্বতীবু য়াম্বদুনা ফমহল্লগা হায়রকই, "য়েংঙোই, থাদোকপা য়াদেকো— থাদোরক্লবদি তাগনি।"

পার্ব্বতীনা থৱায়-হকচাং য়াওনা য়াম্বদুনা থল্লি। দেবদাসনা মদুদা পায়দুনা নোনা মশা অমদা মখোঙ নেৎলগা খোইজৈ ককপা হোৎনরকই। পার্ব্বতীনা মখাদগী হায়রকই, "দেবদা, পাঠশালাদা চৎলরোইদ্রা?"

"চৎলোই।"

"পাবুংহলনা মহাকপু নমদুনা থিলহনগনি হাযহৌই।"

"বাবা মশানা হাযববনি, ঐবু অমুক হন্না মফম অদুদা তমহল্লবোই। য়ুমদা ওজা লাক্লনি।"

পার্ব্বতীনা হাইফেৎ চিন্তা তৌরকই। মতুংদা হায়বকই, "ঙবাংদগী শামনবগীদমক পাঠশালা অয়ুক্তা হাংলে, ঐ হৌজিক চৎলনি।"

দেবদাসনা উথক্তগী মমীৎ ঙাংনা হায়বকই, "নত্তে, চৎপা য়াবোই।"

তাঙ্গা অসিদা পার্ব্বতী হাইফেৎ তবং-মালংদা তাউরুরে,— মদুদা ৱাতোন্দু মথক্তা শৎ হাইগৎখ্রে অমসুং মদুগা লোযননা দেবদাস নোনা মশাদগী মখাদা তারক্লে। থোইনা ৱাংদবনা অদুক হাক্লা শোক্তে, অদুবু হকচাংগী মফম অয়াম্বদা খেবাৎখ্রে। মখাদা তাবক্লবদা দেবদাসনা শাউদুনা ৱাশা অশংবা অমা খুল্লগা পার্ব্বতীগী মনঙ্গদা মখজাযদা, অফং-অফংবা মফমদা থবৎ থবৎ কম্থৎলগা হায়রকই, "চৎখ্রো চৎলো।"

অহানবদদি পার্ব্বতী মশামক ঈকাইজরম্মী, অদুবু চৈনা ফৎ-ফৎ কম্থরক্লবা মতম অদুদা শাউনিংবা অমদি ৱারৌবনা মমীৎ ঈগুম ঙাংনা কপথোরক্লে, হায়বকই, "ঐ পাবুংহলগী মনাক্তা চৎলবনি।"

দেবদাসনা শাউদুনা অমুক্কা কল্লগা হায়রকই, "চৎলো হৌজিকমক তমজরুচো— কৈদৌজরনি।"

পার্ব্বতীনা তাদুনসু তাশিন্নখিদ্রে— অমুক খোঙথাং কনখৎনা চৎখ্রে। দেবদাসনা অমুক কৌবকই, "চচ্চখো শিজরুচো।"

পার্ব্বতী চৎখ্রে, দেবদাসনা করিগুম্বা মওং অমদা খোইজৈ অনী খাঙলে। মাগী মপূক্লিং য়াম্না ওলাং-ওনশাউনরক্লে। পার্ব্বতী কপ্পা কপ্পা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক্কী খজায়দা তারিবা চৈফমদু শৎ[illegible]শনা পোমখৎলে। অহানবমক্তদা মদু মবোক্কী মীৎয়েংদা তারুরে। মহাক্লা পাখৎনা হায়রকই, "ইমাইপেম্মা, করি মতৌনো, কনানা অসুক থিনা ফুরক্লিবনো?"

মপী তৈথোক তৈথোক্লা পার্ব্বতীনা হায়রকই, "ওজা-ইবুংঙোনা।"




মবোক্সা মহাকপু পমহল্লেগী শাথীনা শাউনা হায়রকই, "চক্রবর্তী নারাণগী মনাক্তা অমুক্তা চৎলুসি, য়েংগে মহাক কমদৌনা ওজা [illegible] — নুপীমচাবু তশেংনা শিনিংচিং য়ৌনা ফুবিরক্রে।"

পার্ব্বতীনা মাগী ঙকশমদা য়েংদুনা হায়রকই, "চৎশিন"

মুখুয্যে মহাশয়গী মনাক্তা লাকগা মতেক্তা পণ্ডিত মহাশয়গী পারোন-পুরোন চিংথোক্তুনা মখোয়গী লাইরম্লেনগী অমঙ্গল থুইহান্নিংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লরে, অমসুং চাব-থকপা ফাওবা পন্দুনা চৈরক্রে। মমৈথংদা গোবিন্দ মশামকপু চৈ-থাংলগা হায়রকই, "নারাণ, য়েংউনে অতোন-অতা মচা মাগুম্বনা তৌবা ঙমশিন্নক্রিবসে! শূদ্র ওইরগা বামোন-নিঙোলগী মশাদা খুৎ থারক্লবা! কমদৌনা ফুরকপগে অমুক্তা য়েংউনেসে!" অসি হায়রগা মখজায়দা শাংনা তারিবা দাগশিংদু হনুবীদুনা থোইদোক্সা থম্মোয় পুঙমদবগা লোয়ননা উৎলকই।

নারায়ণবাবুনা মতম অদুদা পার্ব্বতীমক্তদা হংলকই, "কনানা ফুরক্লিবনো পারু?"

পার্ব্বতী তুমিন্না লৈ। মতমদুদা মবোক্সা অমুক হন্না লাউ-খোংদুনা হায়রকই, "অতৈ কনানা ওইগনি! মথোংচাদবা ওজা অদুননি!"

"করিগী ফুরক্লিবনো?"

পার্ব্বতী হন্দকসু বা ঙাংদে। মুখুয্যে মহাশয়না ভাব তারে, করিগুম্বা মরাল অমা লৈদুনা চৈ চারক্লিবনি— অদুবু মতৌ অসুন্না ফু-চৈবসু চুম্বা নত্তে, মদুমক ফোঙদোক্তুনা হায়রকই। মদু তাবদা পার্ব্বতীনা মনম উৎতুনা হায়রকই, "সিদসু ফুরকই।"

মনমদা তারিবা চৈর্কমশিংদুনা অমুকসু হেন্না ময়েক শেংহই, অমুকসু হেন্না শাথী। অদুনা মখোয় অনীমক অকিবা ফংনা শাউরক্রে। পণ্ডিত মহাশয় কৌরগা মরম হংগনি, মুখুয্যে মহাশয়না অসিগুম্বা বাখল্লোনসু ফোঙদোরকই; অদুগা অসুন্না লেপ্নরে, অসিগুম্বা মথোংচাদবা পণ্ডিতকী নাক্তা অঙাং থাবা চুমদে হায়না।

রায় অসি তাবদা পার্ব্বতী হরাওনা মবোকপু পমহন্দুনা ময়ুমদা হল্লক্রে। য়ুম য়ৌরক্লবদা পার্ব্বতীদু মমা-ইবেম্মগী চপখৎপগী খয়াৎতা তাগ্রে।

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "মরম লৈতনা ফুরক্লিবনি।"

মমানা মচানুপীগী মনা কন্না লৈদুনা হায়রকই, "মরম লৈতনবু ফুরকপা হেক্তা য়াগদ্রা?"

মতম অদুদা দালান মথক্তা মনেম্বোক চৎলক্ষ্মী, মহাক্সা মাঙ্গোলগী য়ুম্বী ময়াদগী হায়রকই, "মৌ নঙনা মমা ওইরগা মরম চাদনা ফুবা ঙম্নবদি হৌনরাগদবা মাগুম্বনদি ঙম্নোইদ্রা?"

মমৌনুপীনা হায়রকই, "সুম হেক্তা কৈদৌঙেদসু ফুরক্লোই। ঈং-তপ্পী নুপীমচানিদনা—

করিনো অমা তৌরমগনি, অদুনা চৈ চারক্লিবনি।"

মনেম্বোক্লা বাগ্রৌদুনা হায়রকই, "ফরে, মদু ওইগে ওইজরসনু, অদুবু ঐনা বাবু অমুক হন্না পাঠশালাদা চৎহল্লরোই।"

"লাইরিক খিস্তসু তমহল্লরোইদবা।"

"কৈদৌনগদগে? চিঠি-নুংঠি খরমখৈ ইবা ঙম্লবা, রামায়ণ মহাভরত ছত্র অনীদং পাবা ঙম্লবদি ফমল্লবনি। নঙগী পাক্লবু জজ্জ ওইগদৌরিব্রা?

মমৌনুপীদু উপায় লৈত্রদুনা তুমিন্না লৈখ্রে।

নুমিৎ অদুদা দেবদাসনা য়াম্না কিথি-কিরুন্ননা ময়ুমদা চঙলকই। পার্ব্বতীনা চৈরক অসিদা পুন্নমক তম্লম্লগনি হায়বদা মহাক্লা চিংনরুনিংঙাই করিমতা লৈত্রবনি। অদুবু ময়ুম য়ৌরক্লবদা মদুগী শামিন মরিক অমা ফাওবা ফংদ্রে, থোইদোক্লদুম মমাগী মফমদগী তারে— ঙসি গোবিন্দ পণ্ডিতনা পার্ব্বতীবু তমথীবা ফংনা ফুরকই। অদুনা মহাকপু অমুক হন্না পাঠশালাদা থাররোই— মতম অদুদা হরাওবা হেনমনখিবনা মহাক নিংথিনা চাক চাবা ঙমদ্রে, করিগুম্বা মওং অমদা কিৎ কিৎ খরা নম্লগা পার্ব্বতীগী নাক্তা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্না চেল্লক্লগা হায়রকই, "নঙ পাঠশালাদা অমুক চৎলরোইদ্রা?"

"চৎলরোই।"

"কমদৌনা মসি ওইরক্লিবনো?"

"ওজা-ইবুংঙোনা ফুরকই হায়না ঐনা তম্মী।"

দেবদাসনা য়াম্না পেন্না নোকথোক্লগা মহাক্কী মনঙ্গলদা নানবিদুনা মাগী বাখল্লোন ফোঙদোরকই, মহাক্কী মতৌগুম্না লৌশিং লৈবী পৃথিবী অসিদা অতোপ্পা অমা লৈতে। অদুগী তুংদা তপ্না তপ্না মহাক্লা পার্ব্বতীগী খজায়দা শাংনা তারিবা দাগশিংদু য়াম্না যতন তৌনা নান্দুনা য়েংলগা নুংশামপী হোন্দোরকই, হায়রকই, "ওষ্ঠোকপনি!"

পার্ব্বতীনা নোকফেৎ তৌনা দেবদাসকী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "করিগীনো?"

"য়াম্না নারিনিনে পারু।"

পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "হোয়।"

"ওষ্ঠোকপনি, করিগীনো অদুম্না তৌরিবা, মদুদনি শাউরিবা মদুদনি ফুরিবা।"

পার্ব্বতীগী মমীৎতা ঈরা চেল্লক্লে; মপূক্লিংদা হৎসিরা খল্লকই, করি তৌগনি। অদুবু হংলুবা ঙমদ্রে।

দেবদাসনা মাগী কোক্তা নানবিদুনা হায়রকই, "অদুম্না অমুক হন্না তৌগনু, করি হায়বগে?"

পার্ব্বতীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "তৌরোই।"

দেবদাসনা মহাক্কী.মনঙ্গলদা অমুক্কা নানবিদুনা হায়রকই, "ফরে— কৈদৌনুংদসু ঐ নঙোন্দা অমুক হন্না ফুররোই।"

## অহুম

নোংমো নোংমগী মতম হৌখ্রি— নুপামচা-নুপীমচা অনী অসি হরাও-তয়াম্বগী গুমখে নাইরমদে— নুমিৎ চুপ্পা নুংশাদা কোয়চৎ চৎলি, য়াচংবো মতমদা হুঞ্জিল্লকপগা চৈ চাই, অমুক নোংঙানবগা চেম্মোকখি— অমুক মীরা-মীচৈ তাই, চৈ চাই। অহিংদা নিংঙাইদনা ইশি শিনা তুম্মী। লৈকাই শিন্না অত্যাচার উপদ্রব তৌদুনা কোইচৎ চৎপদা মখোয় অনীদনা হকমল্লবনি। নুমিৎ অদুদা নুমিৎ থোক্লিঙৈগী মমাঙ খরা ওইনা ঈশিং পল্লিদা চৎতুনা কুন্নম্মী। নুমিৎয়ুংবো মতুংদা মমীৎ ঙাংনা, ঈশিং 'পুম্বা কুম্বং শাহল্লগা, ফাবৌঙা তরামঙা মাগী মাগী মতিক চাবা ফংফম থোকপা মতুংইন্না য়েন্নরগা ময়ুমদা হল্লকই। পার্ব্বতীগী মমানা মচানুপীবু ফুবমখে ফুরগা কাদা ফাজিন্দুনা থম্নম্মী। দেবদাসকী রাফমদি তাংদাংবা খঙদে; অসিগুম্বা রাশিংসি মহাক্তি শুকহায় হায়দোক্তে। অদুম ওইনমক পার্ব্বতীনা ফমদুনা য়াম্না কম্না কপ্পা মতম অদু পুং অনী-অনীমখায় তারল্লগনি, থোঙনাও ময়াদা চঙশিল্লগা দেবদাসনা খোঞ্জেল য়াম্না পিক্কা কৌরকই, "পারু, হো পারু!" পার্ব্বতীনা তারম্বা য়াই; অদুবু শাউদুনা পাউখুম পীখিদে। অদুগী তুংদা নুমিৎ চুপ্পদু মহাক থোইনা লাপ্তনা হৌরিবা লৈহাউ পাম্বীদা কাখৎতুনা ফম্নগা কপ্তুনা লৈরম্মী, অমসুং সন্ধ্যা মতুংদা থেম-খোৎতুনা ধর্ম্মদাসনা মহাকপু কুমথহল্লি।

অদুম ওইনমক নুমিৎ অদুমখক্তনি। মথংগী নুমিৎতা পার্ব্বতীনা অয়ুক্তগী দেবদাসপু ঙাইরকই, অদুবু দেবদাস লাক্রে— মহাক্তি মপাগা লোয়নদুনা নরুবা খুঙ্গং অমদা নিমন্ত্রণ ফংদুনা চৎখি। দেবদাস লাক্রবদা পার্ব্বতীনা মপুক্লিং নুংঙাইতনা মতোমদা ময়ুমদগী থোরক্রে। ঙরাং পল্লিগী খোংদা কুমথরমদায়দা দেবদাসনা লুপা অহুমখক পার্ব্বতীদা পায়শিন্নবা শিন্নরম্মী। ফিজিদা মদু কিশিন্দুনা য়াওরি। মহাক্লা ফিজি হাইদুনা, মশামক কোইচৎ চৎতুনা মতোমদা লেল্লকই। মরুপ-মপিজা কনাসু থেংনদে; করিগীনো হায়ববু অয়ুক্তি পাঠশালা হাংবা মতন্নি। পার্ব্বতী মতম অদুদা থংনবা লৈকাইদা লাকই। মফম অদুদা মনোরমাখোয়গী য়ুম লৈ। মনোরমা পাঠাশালাদা লাইরিক তম্লি, চহী খরা হল্লি, অদুবু পারুগী মরুপ্নি। উনরক্তবা মতম কুইরে। ঙসি মতম ফংদুনা পার্ব্বতীনা মখোয়গী য়ুমদা চঙলক্রুগা কৌরকই, "মনো য়ুমদা লৈব্রা?"

মনোরমাগী মনে মপালদা থোরকই।

"পারুরা?"

"মানি— মনো কদায়দা লৈবগে ইনে?"

"মাদি পাঠশালাদা চৎখি,— নঙদি চৎত্রা?"

"ঐদি চৎত্রে— দেবদাসসু চৎত্রে।"

মনোরমাগী মনেনা নোক্তুনা হায়রকই, "অদুদি য়াম্না ফরে। নঙসু চৎত্রবা, দেবদাদাসু চৎত্রবা?"

"চৎত্রে, ঐখোয় কনাসু চৎত্রে।"

"মদুদি ফরবা বানি; অদুবু মনোদি পাঠাশালাদা চৎখি।"

মনেনা ফমখো হায়রকই, অদুবু পার্ব্বতী হল্লক্কে। লখীদা রসিক পালগী দুকান ময়াদা লায়বক্তা চন্দন থিনবী বৈষ্ণবী অহম খঙ্গনী পায়দুনা ভিক্ষা নিবা চৎলক্মী, পার্ব্বতীনা মখোয়দা কৌদুনা হায়রকই, "হো বৈস্টবী! নখোয় ঈশৈ শকপা হৈব্রা?"

অমনা য়েংথোরকই— "কৈদৌনা হৈতনি নুপীমচা।"

"অদুদি শকউদনা।"

মতম অদুদা মখোয় অহম্মক ওনশিল্লক্তুনা লেপ্লগা অমনা হায়রকই, "সুম হেক্তা শকপা য়াব্রা নুপীমচা, ভিক্ষা হাপ্লা তাবনি। চৎসি নখোয়গী য়ুমদা শক্কে!"

"নত্তে, মফম অসিদা শকউ।"

"পৈশা পীবা তাবনি নুপীমচা!"

পার্ব্বতীনা ফিজি উৎতুনা হায়রকই, "পৈশা লৈতে— লুপা য়াওরি।"

ফিজিদা পুল্লিবা লুপা উবদা মখোয় দুকান্দগী খরা হন্দোক্তুনা ফম্লরে। অদুগী তুংদা খঙ্গনী খোংদুনা মখোয় অহম খোম্লোক চাশিন্নগা ঈশৈ শক্লকই। করি ঈশৈ শক্লিবনো, মদুগী অর্থ করিনো— পার্ব্বতীনা মসি পুন্নমকসি করিমতা খঙলমদে। পামজদুনসু খঙবা ঙম্নমদবা য়াই। অদুবু মপূক্লিংদি মীৎকূপ অদুমক্তদা দেবদাদাগী মনাক্তা চেনখ্রে।

ঈশৈ শকপা লোইরবদা মখোয়না হায়রকই, "কদায় ভিক্ষা হপ্লোদনা নুপীমচা!"

পার্ব্বতীনা ফিজিদা কিরিবদু লৌথোক্লগা লুপা অহম মখোয়গী খূৎতা পীরে। মখোয় অহম্মক চঙক্লদুনা মাগী মায়থোংদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ।

অমনা হায়রকই, "কনাগী শেলনো নুপীমচা?"

"দেবদাদাগী।"

"মহাক্না নহাকপু ফুবিরোইদ্রা?"

পার্ব্বতীনা হাইফেৎ খল্লগা হায়রকই, "ফুরোই।"

অমনা হায়রকই, "পুন্সি নুংশাংউ নুপীমচা।"

পার্ব্বতীনা নোক্তুনা হায়রকই, "নখোয় অহম ফজনা য়েম্নবা য়ারনি, নৎত্রদো?"

মখোয় অহন্না মঙক নোমদুনা হায়রকই, "মদুবুদি য়াররনি। রাধারাণীনা মহাক্কী য়াইফ-মঙ্গল পীনবিসনু।" অসি হায়দুনা থম্মোয় শেংনো বর পীরম্লগা চৎখি, দান চাউবী নুপীমচা অসিবু চৈরাক ফংহনবিদবা ওইসনু হায়না আশীর্ব্বাদ পীরম্বগুম্মী। নুমিৎ অদুদি পার্ব্বতী অয়ুক ঙম্মা ময়ুমদা হজিল্লকই।

মথংগী অয়ুকমক্তদা মহাক্না উনে। দেবদাসকী মখুৎতা লংদুম অমা পায়রি— অদুম ওইনমক তেলঙ্গাদি লৈতে, পার্ব্বতী মনাক্তা লাক্লবদা হায়রকই, "পারু, শেল পীরো।"

পার্ব্বতীগী মায়থোং মকশিনখ্রে— হায়রকই, "শেল লৈত্রে।"

"কৈদৌনখ্রবগে?"

"বৈস্টবীশিংদা পীথোকখ্রে, মখোয়বু ঈশৈ শকহনবগী।"

"লোইনবা পীথোকখ্রব্রা?"

"লোইনমক। লুপা অহমদনিদনা।"

"চৎথোকও গধা, লোইনবা পীথোকপা হৌনব্রা?"

"বাঃ! মখোয়দি অহম শুই! লুপা অহম পীদ্রবদি মখোয় অহম কমদৌনা য়েন্নগদগে?"

দেবদাসনা শকফম হজিন্দুনা হায়রকই, "ঐ ওইরম্লবদি লুপা অনী পীরমগদবনি।" অসি হায়রগা লংদুম মচিন্না লৈবাক্তা হোৎলগা হায়রকই, "মদু ওইরবদি মখায়-আনা গণ্ডা তরামাথোই কড়া অমা ক্রান্তি অমা থুংনগদবনি।"

পার্ব্বতীনা খল্লগা হায়রকই, "মখোয়বু নহাক্কুন্না আঁক হোৎপা হৈগদ্রা?"

দেবদাসতি চিলহোৎ অঙ্ক ফাওবা তম্লরুবনি, পার্ব্বতীগী বাদা হরাওদুনা হায়রকই, "মদু ওইরম্বা য়াই!"

পার্ব্বতীনা দেবদাসকী খুৎ পায়দুনা হায়রকই, "ঐদি নহাক্লা ঐবু ফুগাদ্রা খল্লম্মী, দেবদা।"

দেবদাস ঙকখ্রে— "কৈদৌবগী ফুগদৌরিবনো?"

"নহাক্লা ঐবু ফুগনি হায়না বৈস্টবীশিংনা হায়রম্মী।"

বাসি তাবদা দেবদাসনা য়াম্না হরাওদুনা পার্ব্বতীগী লেংবান্দা মখুৎ থমদুনা হায়রকই, "বারেন্নি— নরাল লৈতনা ঐনা কৈদৌবগী ফুগদগে?"

দেবদাসনা মপূক্লিংদা খল্লম্বা য়াই, পার্ব্বতীগী থবক অসি মহাক্কী পিনাল কোডকী মনুং চল্লমদবা; করিগীনো হায়ববু, লুপা অহম্না মী অহমদা ফজনা য়েন্নহনখ্রে। মরু ওইনা বৈষ্ণবীশিংদি চিলহোৎ অঙ্ক ফাওবা তম্লম্লোই, মখোয়দা লুপা অহমগী মহৎতা লুপা অনী পীরম্লবদি মখোয়বু খরমখৈ ওৎ-নৈবা ওইনা থোক্লমগদবনি। অদুগী তুংদা মহাক্লা পার্ব্বতীগী খুৎ শমদুনা তেলঙ্গা লৈরুনবগীদমক কৈথেলমচাগী মায়কৈ তম্না চৎখ্রে— লংদুম অদু মফম অদুদা লৈবা মোংশোং অমদা লোৎশিন্দুনা থনম্মী।

মতৌ অসুন্না চহী অমা লেনগ্রে হায়বা য়াই, অদুবু অমুক লেনবা পামদ্রমাগ্রে। দেবদাসকী মমা-ইবেম্মনা য়াম্না ইরাং হৌরকই। মপুরোইবদা হায়রকই, "দেবসি অপণ্ডবা লৌমীগুম্রে,— করিনো উপায় অমতা শিনবিয়ু।"

মপুরোইবনা খল্লগা হায়রকই, "দেবা কোলকাতাদা চৎখ্রসনু। নগেনগী লৈফমদুদা লৈদুনা নিংথিনা লাইরিক-লাইশু তমজবা য়াগনি।"

নগেনবাবুদু মরিদা দেবদাসকী মামা থোকই। রাফমদু ময়াম'পূম্নমক তানরক্রে। পার্ব্বতীনা মদু তাবদা নুংশাথিজরম্মী। দেবদাদাগা অচিকপদা থেংনবদা মহাক্কী খুৎ পায়দুনা হাইনা হাইনা হায়রকই, "দেবদা, নহাকপু কোলকাতাদা চৎপা তারব্রা?"

"কনানা হায়বগে?"

'পাবুংহলনা হায়বনি।"

"ৰারেন্নি— ঐ শুকচৎ চৎলোই।"

"অদুগা করিগুম্বা নমদুনা থারবদি কমদৌগদগে?"

"নমদুনা?"

দেবদাসনা মতম অসিদা অসিগুম্বা শকফম অমা পুথোরকই, মদু উবদা পার্ব্বতীনা মুন্না খঙজবা ওম্রে, নম-হাদুনা মহাকপু করিগুম্বা থবক অমা তৌহনবা ওমগদবা মালেম অসিদা কনাসু মরু শ্বন্দ্রি। মহাকসু মদুমক পাম্লিবনি। মতৌ অসুন্না থোইদোক্না হরাওনা অমুক্কা মহাক্কী খুৎ পায়রকই, অদুগা অমুক্তং হাইরগা মহাক্কী মায়থোং য়েংদুনা নোক্তুনা হায়রকই, "য়েংঙোই, চৎখিনুকো দেবদা।"

"কৈদৌনুংদসু চৎলোই—"

অদুবু ৰাশক অসি মহাক্না ওাকপা ওমখিদে। মহাক্কী মপানা তৎতনা ওাং-শক্তুনা, অদুদা নৎতনা চৈ-থাংদুনা অমসুং ফুদুনা ধর্ম্মদাসকা লোয়ননা মহাকপু কোলিকাতাদা থাগ্রে। চৎকদবা নুমিৎতা দেবদাসকী থম্মোয়দা মৈচাক অমা ফাওরকপগুম তৌরকই, অনৌবা মফম অমদা চৎকদৌরিবনি হায়বগী মঙোন্দা হৈনিংবা নৎত্রগা হরাওবা করিমতা পোক্রমদে। পার্ব্বতীনা নুমিৎ অদুদা মহাকপু করিগুম্বা মওংদসু থ্বাদোক্লিংলমদে। কয়া কপচ-লাউজখি, অদুবু কনানা মাগী ৰা তাবিগদগে? অহানবদা ৰারৌদুনা ওাইহাক্তি দেবদাসকা ৰা ওাংনে-শক্লখিদে; অদুবু মমৈথংদা দেবদাসনা কৌদুনা হায়রকই, "পারু, অমুক য়াম্না থুনা লাক্কনি; খোয়না থিনবিরক্তুবদি হেক্তা চেন্নক্কনি।"

মতম্তু অদুদা পার্ব্বতীনা মপুক্লিং লৈতারক্তুনা মশাগী পিকচরবা থম্মোয়গী ৰা কয়া

কয়া তমজরকই। অদুগী তুংদা শগোল-গাড়ী তোংদুনা, পোর্টমাণ্টো পুদুনা, মমাগী আশীর্ব্বাদ অমদি মীৎকী পীরাংগী অরোইবা পীরিক্তু লায়বক্তা টিপ ওইনা নমদুনা দেবদাস চৎখ্রে।

মতম অদুদা পার্ব্বতী মথবায় য়াম্না নুংঙাইজখিদে; মীৎকী পীনা খজায়দা চেম্বরক্তুনা লৈমায়দা পোপ-পোপ তায়রম্মী; বারৌজবা কয়ানা মহাক্কী থম্মোয় কায়রম্মী। অহানবদা নুমিৎ কয়ানিদি মহাক মওং অম্মদা লেল্লম্মী, অদুগী তুংদা খঙহৌদনা নোংমা অয়ুক্তা হৌগৎলকপদা উরম্মী, নুমিৎ চুপ্পগী ওইনা মহাক্কী তৌনিংঙাই করিসু লৈতবগুম। মদুগী মমাগুদা পাঠশালা থাদোরকপদগী হৌনা অয়ুক্তগী সন্ধ্যা ফাওবা শুপ্পগী চরাং-চথক্লদুনা, ঙাওশিন্নদুনা লেল্লম্মী; মহাক্কী তৌনিংঙাই কয়া লৈবগুম্নম্মী,— শুপ্পগী মতম কোম্নদবদনি। হৌজিক মতম য়াম্না শাংলে, অদুবু থবক অমতসু থিবা ফংদ্রে। অয়ুক্তা হৌগৎলগা চিঠি ইবা ফম্মী। অয়ুক্কী পুং তরা হেক্তা তাখি, মমানা শাউরম্মী; মদু তাবদা মবোক্লা হায়রম্মী, "ওম্বোকপনি, ইজসনু। অয়ুক্তা চেন-চোংদনা লাইরিক তৌদুনা লৈবসি ফরবনি।"

অমুক হন্না দেবদাসকী চিঠি লাকপা নুমিৎ অদুদি পার্ব্বতীগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবা নুমিৎনি। ছিঁড়িগী থোঙজিন্দা চেদু মখুৎতা পায়দুনা নুমিৎ চুপ্পা চিঠি পাদুনা লৈ। অসুন্না থা অনী হৌখ্রে। চিঠি ইবা নৎত্রগা চিঠি ফংবা অদুক হান্না তোইশিন্নক্রে; হৈনিংবসু খজিক খজিক ময়েং তাখিবগুমখ্রে।

নোংমা পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "ইমা, ঐ পাঠশালাদা অমুক চৎলগে।"

"করিগীনো?" মমা হাইফেৎ ঙক্রপ তৌই।

পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "ঐ শোয়দনা চৎকনি।"

"অদুদি চৎলু। পাঠশালাদা চৎপদা ঐনা করিগুম্বদা নঙোন্দা থিংখ্রবা নুপীমচা?"

নুমিৎ অদুগী নুমিয়ুংবা মতুংদা পার্ব্বতীনা মীনাইনুপীগী খুৎ পায়দুনা মতম কুইনা হন্দোক্তুনা থম্নুরবা শ্লেট অমদি লাইরিক্তু থিরগা চৎখিদুনা হান্নগী মফম অদুমক্তদা অঙংবী অতপ্পীগী মতাগুম ফন্নুই।

মীনাইনুপীনা হায়রম্মী, "ওজা-ইবুংঙো, পারুবু অমুক যু-চৈবিগনু। মশানা লাইরিক তমজনিংদুনা লাক্লিবনি। মহাক্লা তম্নিংলগা তমজসনু, ময়ুমদা হন্নিংলগা হঞ্জখিসনু।"

পণ্ডিত মহাশয়না মপূক্লিংদা হায়জরকই, তথাস্তু। চিনবানথোংদা হায়রম্মী, "মদুমক তৌজসনু।"

অমুক্তি মহাক্লা অসিগুম্বা অপাম্বসু পোক্রকখি, হংসিরা পার্ব্বতীবু কোলিকাতাদা থাখিদ্রিবা করিগীনো হায়বা। অদুবু বা ঙাংদে। পার্ব্বতীনা উরে, মফম অদুদা বেঞ্চ অমদা চম্নদবা ভুলো ফমদুনা লৈ। মহাকপু উবদা অহানবদা অমুক্তি নোক্লিংবগুম তৌরকই, অদুবু থংনবা মীৎকুপমক্তদা মমীৎতা ঈরা চেন্নক্রে। মদুগী তুংদা মহাক্লা ভুলোগী মথক্তা য়াম্না

শাউরকই। মপূক্লিংদা খল্লকই, মহাক্কা শুপ্নগী দেবদাসতবু অতম্লনা ময়ুম থাদোকহনখিবগুম। মতৌ অসুম তৌনা নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে।

নুমিৎ য়াম্না কুইরবগী তুংদা দেবদাস ময়ুমদা হল্লকই। পার্ব্বতীনা মনাক্তা বারী-বাতাই কয়া শান্নে। মহাক্কীদি থোইনা করিসু হায়নিংঙাই-তম্নিংঙাই লৈরমদে— লৈরবসু হায়দোকপা ঙম্নমদে। অদুবু দেবদাসনা বা য়াম্না তন্নকই। পূন্নমক অদু চাউরাক্লা কোলিকাতাগী বা ঙাক্তনি। অদুগী তুংদা নোংমা কালেন ছুটি লোইখ্রে। দেবদাস অমুক হন্না কোলিকাতাদা চৎখ্রে। হন্দকসু কপচৈ-লাউজে হায়বা য়াই, অদুবু হান্নগী অদুগুম্না মদুদা অদুক হাক্লা হকচিনবদি নৎত্রে। মতৌ অসুম তৌনা চহী মরি হৌখ্রে। চহী খরা অসিদা দেবদাসকী লোনচৎ-শাজৎ ফমা য়াম্না হোংখ্রে, মদু উবদা পার্ব্বতীনা লোম্না কয়ারক হন্না মপী তৈথোকচৈ। মসিগী মমাঙদা খুনুংগী ওইবা দোষ পূন্নমক অদু শহরদা লৈবদগী তশেংনা পূমকোক কোকখ্রে। হৌজিক মহাক্কী বিলাতী খোঙউপ, ফজবা ফুরিৎ, ফি, লীচৈ, সনাগী ঘড়ী-চেন, কুদাম— পূন্নমক অসি নৎত্রবদি য়াম্না ঈকাইনা থোক্লে। খুঙ্গংগী তুরেল মপান্দা কোইবগী অপাম্বা অমুক লৈখিদ্রে; থোইদোক্লদুম মদুগী মহৎতা নোংমৈ পায়দুনা শিকার চৎপদা নুংঙাইবা পোক্লে। শুপ্নগী মদুখক্তরা? সমাজগী বাফম, রাজনীতি নৈনবা, সভা-সমিতি— ক্রিকেট, ফুটবলগী খন্ন-নৈনবা। ওম্লোকপা হায়বদুনি! কদায়দা চৎখ্রে পার্ব্বতী অদু, অদুগা মখোয়গী তালসোনাপুর খুঙ্গং অদু! অঙাং ওইরিঙৈগী নিংশিংনিংঙাই ওইবা বাফম অম-অনী ফাওবা হৌজিক অমুক নিংশিংখিদ্রে, মদুমক্তি নত্তে— অদুবু থবক মখল কয়াগী লীচিংনা কনখিদুনা পূন্নমক অদু থম্মোয়দা মতম শাংনা লৈবা ফংখিদ্রে।

অমুক কালেন ছুটি থারক্লে। হৌখিবা কালেন ছুটিদা দেবদাস মীরৈবাক্তা কোইবা চৎলুই, ময়ুমদা লাকখিদে। হন্দক্তি মমা-মপা অনীনা তক্লদুনা চিঠি ইখি, অদুনা ফমা লাক্লিংদদুনসু দেবদাস বেডিং য়োমদুনা তালসোনাপুর খুঙ্গংদা চৎনবগীদমক হাওড়া স্টেশন্দা লাক্লে। য়ুমদা থুংলবা নুমিৎ অদু মহাক মশা অদুক হাক্লা নুংঙাইরমদে, অদুনা মপালদা থোকপা ঙম্নমদে। মথংগী নুমিৎতা পার্ব্বতীখোয়গী য়ুমদা লাক্লগা কৌরকই, “ইন্দোল!”

পার্ব্বতীগী মমানা তরাম্না কৌশিল্লি, “চঙলকউ ইবুংঙো, ফম্মু।”

মন্দোলগা ঙাইহাক বারী শানরবা তুংদা দেবদাসনা হংলকই, “পারু কদায়দা লৈবগে ইন্দোল?”

“ইবেম্মা মথক্কী কাদা লৈরম্বা য়াই।”

দেবদাসনা মথক্তা কাখৎপদা উরে, পার্ব্বতী সন্ধ্যা-থাউমৈ থাঙথলি; কৌরকই, “পারু।” অহানবদা পার্ব্বতী ঙকচানরম্মী, অদুগী তুংদা মঙোন্দা খুরুম্নগা হন্দোক্লুনা লেপখ্রে।

"করি তৌরম্লিবনো পাক্ত?"

বাফম অদু অমুক হায়রম্বগী কাম্লবা লৈতে— অদুনা পার্ব্বতী তুমিন্না লৈখ্রে। অদুগী তুংদা দেবদাস ঈকাইরক্লে— হায়রকই, "চৎলগে, সন্ধ্যা ওইরে। হকচাংসু নুংঙাইতে।"

দেবদাস চৎখ্রে।

## মঙা

পার্ব্বতী চহী তরাহুমদোইদা খোঙ থাংজিল্লক্লে— মবোক্লা বাফম অসি পল্লকই। চহী মতাং অসিদা হকচাংগী ওইবা ফজবা খিবিক্লা ইখঙ খঙহৌদনা কদোমদগীনো চেনশিল্লক্লুনা মথোৎ কারক্লিবীগী হকচাং কয়াৎ 'পূম্বদা য়োম্লরে। মরী-মতাশিংনা ইখঙ-খঙহৌদনা নোংমা চঙক্লনা উনরক্লে, মখোয়গী অপিকপী নুপীমচাদু চাউরে। মতম অদুদা থাজ-য়োঞ্জনবগীদমক থিন-হম্লবা কম্না চৎথরকই। চক্রবর্ত্তীগী ইমুংদা ঙসি কয়ানিদগী বাফম অদুমক থম্লরক্লি। মমা চিন্তা পুরক্লে; বাগী বাপাদা মপুরোইবা তাহন্দুনা হায়রকই, "মদুনিনে, পারুবু অমুক থম্বা য়াবা নৎত্রে।"

মখোয় ঈনাকখুনবা মী নত্তে; অদুম ওইনমক থাজবা অসিদি লৈ, নুপামচাসি থোইদোক্লা মশক ফজে। তাইবংপান অসিদা করিগুম্বা শক ফজবগী ঈকাইখুম্লবা লৈবা তারবদি পার্ব্বতীগীদমক খল্লুনিংঙাই লৈতে। অদুগা বাফম অমগসু লৈ— মদু মতাং অসিদা তমহৌগে। চক্রবর্ত্তীগী পরিবারদা মসিগী মমাঙদা মচা নিঙোল থাজবগী চিন্তা তৌরুনিংঙাই মচেৎ অমতা লৈরকখিদে, মচানুপা লুহোংবদদি শেল পীরগা মৌ য়ুমদা পুরকপা তাই। নীলকণ্ঠগী মপানসু মহাক্কী মচানুপী লুহোংবদা শেল লৌখি। অদুবু নীলকণ্ঠ মশামক্তি চৎনবী অসিবু হঙ্গোইরম্মী। মহাক্লা পার্ব্বতীবু য়োন্দুনা শেল্ল লৌবা শুকপাম পামজরমদে। পার্ব্বতীগী মমানা বাফম অসি খঙলম্মী; অদুনা মপুরোইবদা মচানুপীগীদমক তক্লরম্মী। মসিগী মমাঙদা মপুক্লিংদা আশাগী মঙলান অমা শাগৎচরম্মী— খঞ্জরম্মী, দেবদাসকা করিগুম্বা মওং অমদা লুহোংবিবা ঙম্লবদি। আশা অসি শুকওই ওইথোক্লোইদবা ওইনদি মপুক্লিংদা খল্লমদে। খঞ্জরম্মী, দেবদাসতা হায়নরবদি মদুগী করিগুম্বা লম্বী অমা ফংবা য়াই। মদুনা ওইরম্বা য়াই নীলকণ্ঠগী মমানা বাগী বাপাদা দেবদাসকী মমাগী মফমদা বাফম অদু মওং অসুন্না কাংথোকখিবা— "অঙকপা মতৌনি মমৌ-ইবেম্মা, দেবদাসকা ঐখোয়গী পারুগা কয়াদা লোন্দিম্লগ্রবা। কদায় অসিগুম্বসি কদায়দসু পাক উবা ফংদেনা!"

দেবদাসকী মমানা হায়রকই, "মদু ওইবা য়ারোই ইন্দোল, মখোয় অনী মচিল-মৌপামক্কী মতৌগুম্না পুম্না হৌমিন-কামিম্লরকখিবনি।"

"হোয় ইবেম্মা, হোয়— মদুবুদি খল্লিবনি, করিগুম্বা মখোয় অনীগী— মসি উল্লিবা করিগীনো মমৌ-ইবেম্মা, দেবদাসনা কোলকাতাদা চৎখিবা মতম অদুদা নুপীমচাদি গুপ্পদগী চহী নিপালদা হায়রিবনি; চহী মত্তাং অদুদদা চিন্তা তৌমন্দুনা উচুকুমখি। দেবদাসকী চিঠি অমতং থুংলবদা মদুদনা তশেংনা মাগী লাইনিং ওইবগুম্মী, ঐখোয় পুম্নমক মদু উইদনা।"

দেবদাসকী মমানা মপুক্লিংদা পুম্নমক ভাব তারিবনি। নোকফেৎ তৌরকই। মীনোক অসিদা করেম্নবনা কয়া য়াম্বগে, পুক্লিং মকালাম্বনা কয়া য়াম্বগে খঙদে, অদুবু, মৈচাক্তি য়াম্না চেল্লি। মহাকসু বাফম পুম্নমক খঙই, পার্ব্বতীবু নুংসু নুংশিরিবনি। অদুবু লৈব-য়োনবা ইমুংগী নিঙোলনিদনা। অদুগী মথক্তা য়ুম ময়াদা ঙাই-শেল। অচ্চা। হায়রকই, "ইন্দোল, য়ুম্বুরেন্দি তশেংনো পামদে, অঙাং ওইনা মরুওইনা লাইরিক তম্লিঙে মতমদা দেবদাসপু লুহোংবিবা। অদুননিনে য়ুম্বুরেম্না ঐঙোন্দা হৌজিক ফাওবা ঙাংলিবসি, ইচানুপা অহল দ্বিজদাসপু অঙাং ওইরিঙেদা লুহোংবিদুনা মাংহল্লিবনি। লাইরিক-লাইশু শুপয়া য়াখিদ্রবনি।"

পার্ব্বতীগী মবোক তশেংনা পেদ্রে। অদু ওইরবসু হায়রকই, "মদু পুম্নমক খঙই মমৌ-ইবেম্মা, অদুবু খঙদব্রা— পারু, ঙরাংদগী অঙাংনা অসুক হাক্না চাউরক্রে হায়বা য়াই, শাহৌসু ফৈ হায়বা য়াই, মদুদা— মদুদা— করিগুম্বা নারাণগী য়ানিংদবা—"

দেবদাসকী মমানা মরক থৎলকই, হায়রকই, "নত্তে ইন্দোল, বাফম অসি ঐ মঙোন্দা হৌদোকউবা ঙমজরোই। মতম অসিদা দেবদাস লুহোংবগী বাফম হৌদোকউরবদি মহাক্না ঐগী ইশক য়েংবিখিগদ্রদো।"

বাফমদু মতাং অসিদা থুপচিনখ্রে। অদুবু নুপীগী পুক্লুংদা বা থম্বা খক ঙমদে। দেবদাসকী মমানা য়ুম্বুরেম্না চাক চারিঙেদা বাফম অদু কাংথোক্তুনা হায়রকই, "পারুগী মবোক্না মাগী লুহোংবগী বা হৌদোক্লম্মী।"

য়ুম্বুরেম্না মমায় থাঙ্গৎলকই; হায়রকই, "হোয় পারুগী চহী মতাং চারক্রে হায়বা য়াই; থুনা লুহোংথোকখিবা চুম্মী।"

"মদুননি ঙসি বা হৌদোক্লরিবসু। হায়রম্মী, দেবদাসকা লোয়ননা করিগুম্বা—"

মপুরোইবনা পীশুম শুক্তোরকই, "নঙনা করি খুমখিবগে?"

"ঐনা করি অমুক হায়রুগদগে? মখোয় অনী য়াম্না চাম্নজে, অদুবু মদুনি হায়দুনা লৈব-য়োনবা চক্রবর্তীগী ইমুংগী নিঙোলবু লৌশিনবা য়াব্রা? মদুগী মথক্তা অমুক য়ুম ময়াদা ঙাই-শেল—.পামজদে, পামজদে!"

য়ুম্বুরেন মপুক্লিং পেনখ্রে; হায়রকই, "তশেংনা মদুমক্লি। শাগৈদা মীনোক চঙনিংঙাই ওইহল্লগদ্রা? অসিগুম্বা বার্সি নাদা খক হাপ্পুনু।"

য়ুম্মুরেনবীনা কংনোক নোক্তুনা হায়রকই, "মদু ওইরম্লবদি অসুক চাউবা জামিদারি অসি নহাক্লনা পাইথিরম্লগদবনি।"

মহাক্কী জমিদারি লেঙদনা লৈসনু, মদুদা য়ানিংদবা লৈতে; অদুবু পার্ব্বতীগী অৱাবা ৱারী তমগে। ৱাফম অসি নুংশি-হৈতবা ফংনা য়ারক্তবা অদু নীলকণ্ঠগী নাকোং য়ৌগ্রে, মতম অদুদা মহাক্না মমাবু কৌশিল্লগা চৈদুনা হায়রকই, "ইমা, করিগীনো অদুগুম্বা ৱা হায়জবা চৎলুরিবা?"

মমা তুমিন্না লৈ।

নীলকণ্ঠনা হায়রকই, 'ইচানুপী লুহোংনবগীদমক ঐখোয়না মীগী মখোঙ কোইকোন কোল্লুগদবা নত্তে, থোইদোক্লদুম অয়াম্বনা ঐখোয়গী ইখোঙ কোল্লগদৌরিবনি। ঐগী ইচানুপী শকথিবী নত্তে। য়েংউ, নখোয়দা হায়হৌরিবসিনি— চয়োল অমগী মতুংদা ঐনা লুহোংনবা শিনবা লোইশিনগনি। লুহোংবগী খল্লুনিংঙাই করি লৈবগে?"

মপানদি অসুক চাউবা ৱাজাউ ঙাংলি, অদুবু মচানুপীগী কোকথক্তদি অতিয়া নিংখায়দুনা নম্বুরকপগুমখ্রে। অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক্কী নীংজরকপা অমা লৈ, দেবদাদাগী মথক্তা মহাক্কী অধিকার খরা লৈরকই। অধিকারদু কনাননো মখূৎতা শিন্নরকপনি, মদু নত্তে। অহানবদা মহাক মশামকসু চপ চানা করিসু খঙজবা ঙম্লমদে,— খঙগমদবা মওংদা লাংতক্লরবা থম্মোয়না নোংমা নোংমগী অধিকার অসি মতৌ অদুম্না মনা-মনিল নাইদনা অদুম ওইনমক অসুক হাক্লা চেৎশিন্না পৈশিল্লকখি, মপালদা মপালগী ওইবা শক্তম অমা লৈরবসু অসুক কুইবসি মদু মহাক্কী মমীৎতা খক উরকখিদে, অদুবু ঙসি মাংজবগী ৱাফম থোরকপমক্তদা মহাক্কী থম্মোয় শিন-থুংনা তমথীবা ফংনা ঈথক অমা হৌরক্লে।

অদুবু দেবদাসকী মতাংদদি ৱাফম অসি তশেংনা তায়োম্লে। অঙাং ওইরিঙৈদা মহাক্লা পার্ব্বতীদা দখল ফংখিবা মতম অদুদা মহাক্লা মদুগী রস মপূংফানা চুপখি। অদুবু কোলিকাতাদা চৎতুনা থবক্কী নেশাদা অমসুং অতোপ অতোপ্পা হরাও-তয়াম্বা মরক্তা পার্ব্বতীবু মহাক্লা অয়াম্বা শরুক থাদোকখ্রবনি। অদুবু মহাক্লা খঙলুবা ঙম্লমদে, পার্ব্বতীনা মহাক্কী চাউখৎতবা খুঙ্গং-পুল্লিগী মনুং অসিদা অয়ুক-নুংদাং চুপ্পা শুপ্নদগী মহাক্তবু নীংজদুনা লৈরি হায়বা। শুপ্নগী মদুদা নত্তে। মহাক্লা খনখিদে, অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা থোইদোক্লা মশাগীনি হায়না খঞ্জরক্লিবী, অচুম-অরান খুদিংমক্তা অসুক কুইবসি মনীং তৌনা শিজিন্নবিরক্লিবী মহাক্লা মথোৎ কারকপগী অহানবা থাক্তা কাখৎলকপদা মদুদগী মতৌ অসুম্না শৎ হেক তুংহম্নরোইদবনি হায়বা। অদুবু মতম অদুদা কনানা খনখিবগে লুহোংবগী ৱাফম? কনা খঙখিবগে মথোৎ কারকপগী লীপুন অদু লুহোংবা নত্তুনা করিগুম্বা মওংদসু লেঙদনা থম্বা য়ারোই হায়বা? 'লুহোংবা য়ারোই', পাউ অসিনা পার্ব্বতীগী নীংজবা আশা পুন্নমক

মহাক্কী থম্মোয় নুংদগী শেংতনকখীদমক চিংথোকখিবগুমগ্রে। অদুবু দেবদাসন্তি অয়ুক্তা লাইরিক ওঁরাইবা তাই, নুমিৎয়ুংবা মতুংদদি য়াম্না শাবনা য়ুমদগী মপান্দ থোকপা ওম্নমদে, নুংথিল-নুমিদাংবাইরমদা পাম্নবদি খরমখে চৎথোকপা য়াই। অসিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা নুমিৎতনা মহাক মফি মরোল মাম্রা, খোঙউপ তোংদুনা লীচে পায়দুনা লমহাংদো কোইথোকই। থোরকপদা চক্রবর্তীখোয়গী য়ুময়াদা চৎলি,— পার্ব্বতীনা মথক্তা থোঙনাওদগী মপী তৈথোক-তৈথোক্লা মদু য়েংঙ্জে। বা কয়া নীংশিংঙ্জে। মপূক্লিংদা নীংশিংলম্মী, মখোয় অনীমক চাউরে,— মতম শাংনা লোয়নরক্লবগী তুংদা মীতোপকী মতৌগুম হৌজিক অমনা অমবু য়াম্না ঈকাইনরে। দেবদাসনা নুমিৎ অদুদা মতৌ অদুম্না চংলম্মী, অদুবু ঈকাইজবনা নিংথিনা বা ওাংবা ওমখিদে। পার্ব্বতীনা মসি খঙজবদা অবাৎপা লৈখিগ্রে।

দেবদাসনসু চাউরাক্লা মদুম্না খল্লম্মী। মরক মরক্তা মহাক্লা বারী শাননিংলম্মী, মহাকপু পেম্না য়েংজনিংবগী অপাম্বা পোক্লম্মী; অদুবু অদুম হেক্তা খল্লকই, মদুবু ফজনা থোকক্রা?

মফম অসিদদি কোলিকাতাগী নিন-খোংবদু লৈতে, ইবাং-ফরাং, থিয়েটর, ঈশে-নোংমাই লৈতে— অদুনা শুপ্লদগী মহাক্কী অঙাং ওইরিঙেগী বাফমদুদা নিংশিলকই। মপূক্লিংদা খল্লকই, পার্ব্বতী অদুনা পার্ব্বতী অসি ওইখ্রবা! পার্ব্বতীনা খল্লম্মী, দেবদাস অদু— হৌজিক দেবদাসবাবু অসি ওইখ্রবা। দেবদাস হৌজিক্তি তোইনা চক্রবর্তীখোয়গী য়ুমদা চৎত্রে। করিগুম্বা নুমিৎতা করিগুম্বা মতমদা শুমাঙদা লেপ্তুনা কৌরম্মী, "ইন্দোল-বেম্মা, করি তৌরিবগে?"

মন্দোলনা হায়রম্মী, "চঙলকউ ইবুংঙো, ফম্মোলাও!"

দেবদাসনা অদুম হায়রম্মী, "য়ারে ইন্দোল-বেম্মা, অসিবাই ফাওবা কোয়থোক্লুখিগে।"

মতম অদুদা পার্ব্বতীদু করিগুম্বা নুমিৎতনা মথক্তা লৈ, করিগুম্বা নুমিৎতনা মাঙদা মায়োক্লরুই। দেবদাস মন্দোলগা বারী শান্নে, পার্ব্বতী তপ্না তপ্না থৈদোক্তুনা চৎখি। অহিংদা দেবদাসকী কম থাউমৈ থাল্লম্মী। ওলাংথাগী হাংদুনা লৈরিবা থোঙনাওদগী পার্ব্বতীনা মায়কৈ অদোমদা য়াম্না কুইনা য়েংদুনা লৈজে— অমুক করিমতা উবা ফংখিদে। পার্ব্বতী মতম চুপ্লদা বারৌচাউবীনি। মহাক্লা থম্মোয়-মৈচাক খাঙজে, বাফম অসি মনিল ফাওবা কনানসু ফংখিদনবা পার্ব্বতীনা থবায়-হকচাং য়াওনা হোৎনজে। অদুগা খঙহন্নুরগবু করি কান্নগদগে? মীনুংশি উৎলকপা খাংবা ওমগদ্রা, অদুগা মীবা-মীশা থৌওইবিদবা?— অদুনা মদুগী শরুকপুদি শিখিবনা ফৈ। মনোরমা হৌখিবা চহীদা লুহোংখ্রে। হৌজিক ফাওবা মহাক নুপাময়ুমদা চৎখিদ্রি, অদুনা মরক মরক্তা কোইথোরকই। মহৌশাদি সখী অনী পূন্দুনা মরক মরক্তা অসিগুম্বা বারী-বাতাই তৌনরম্মী, হৌজিকসু তৌনরি; অদুবু পার্ব্বতীনা মদুদা

অমুক য়াওশিন্রে— তুমিন্না লৈরগা লৈরে নৎত্রগা বা থৈদোকই।

পার্ব্বতীগী মপাদু ওরাং অহিং য়ুমদা হন্নক্রে। নুমিৎ খরনি অসি মহাক বর থিবা মপালদা চৎলুবনি। চাউরাক্লা ক্রোশ (য়ুথক) কুল-কুলমগ্ধ লাপ্পা বর্দ্ধমান জিলাগী হাতীপোতা খুঙ্গংগী জমিদারমক্লা বর ওইরগনি। মহাক্কী ফিভম ফৈ; চহী নিফুগী মখানি,— হৌখিবা চহীদা নুপী লৈখিদ্রে, অদুনা অমুক হন্না লুহোংগদৌরিবনি। ব্রাফম অদু ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্লা থম্মোয়দা লোৎশিন্নদুনা থম্মী, মদু নত্তে, থোইদোক্লদুম অবাবগী মরম্মক ওইরম্মী; অদুম ওইনমক বা অমদি লৈ, ভুবন চৌধুরীগী মফমদগী মওং কয়াদা চাউরাক্লা লুপা লিশিং অনী-অহুম য়ুমসিদা লাক্কনি। অদুনা নুপীশিং মনা-মনিল নাইনখিদ্রে।

নোংমা দেবদাস নুমিৎয়ুংবা মতুংদা চাক চাবা ফন্নম্মী। মমানা মনাক্তা ফমদুনা হায়রকই, “পারু লুহোংগদৌরে।”

দেবদাসনা মমায় থাঙ্গৎতুনা হংলকই, “কৈদৌঙৈ?”

“থা অসিমক্তদা। ওরাং নুপী মশক য়েংবা লাক্লম্লে। বর মশামক লাক্লম্মী।”

দেবদাস হাইফেৎ চঙক্লরকই,— “কদায়, ঐদি করিমতা তাদেনা ইমা!”

“মওদি কমদৌনা খঙগদগে? বরদু অমুক হন্না লুহোংগদৌরিবনি— চহী য়াম্লে; অদু ওইরবসু ফজনা শেল-থুম পায়মাম্লে, পারু নুংঙাই-য়াইফনা লৈজরুগনি।”

দেবদাস মরু লুকথদুনা চাক চারকই। মহাক্কী মমানা অমুক হন্না হায়রকই, “মখোয়না পামজরম্বদি য়ুম অসিদা হোংবনি।”

দেবদাসনা মমায় থাঙ্গৎলকই— “অদুগী মখাদি?”

মমানা নোক্লকই— “অচ্চা, মদুবু ওইবা য়াগদ্রা! অমনা লৈব-য়োনবা অতোনবা ইমুং, মদুগী মথক্তা য়ুম ময়াদা ঙাই-শেল, পামজদে পামজদে—” অসি হায়রগা মমানা মচিন পৈথোকখি। দেবদাসনা মদু উরম্মী।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা মমানা অমুক হন্না হায়রকই, “য়ুম্বুরেন্দা ঐনা হায়রুরবনি।”

দেবদাসনা মমায় থাঙ্গৎতুনা হংলকই, “বাবানা করি হায়রকপগে?”

“করি অমুক হায়রক্কনি! অসুক ব্রাংবা শাগৈ অসিদা মীনোক চঙহনবা ঙম্লোই,— মদুমক ঐঙোন্দা খঙহন্নকই।”

দেবদাস অমুক বা ঙাংখিদ্রে।

নুমিৎ অদুগী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা মনোরমা অমসুং পার্ব্বতী ব্রারী শানরম্মী। পার্ব্বতীগী মীৎতা ঈরা চেল্লি,— মনোরমাদি হৌজিক্তা তৈথোকখিবা ওইরমাম্লে। মনোরমানা হায়রকই, “অদুদি উপায় করি লৈরি ইনাও?”

পার্ব্বতীনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "উপায়বু অমুক কৌরিনো? নহাক্কী বরবু নহাক্না মশক খঙজদুনা লুহোংখিব্রা?"

"ঐগী বাফমর্দি তোংঙানবনি। ঐগীদি অপাম্বসু লৈখিদে, পামদবসু ওইখিদে; অদুনা ঐদি করিগুম্বা অবাবা অমতা মায়োক্লনিংঙাই দরকার ওইখিদে। অদুবু নহাক নশানা নশাগী নখোঙদা শীংজংনা য়ানশিঞ্জরবা, ইনাও!"

পার্ব্বতীনা পাউথুম পীদে,— খল্লকই।

মনোরমানা করি খল্লক্তুননো নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "পারু, বরদু চহী কয়া য়াম্লবগে?"

"কনাগী বরবুনো?"

"নঙগী।"

পার্ব্বতী হাইফেৎ হিসাব তৌরগা হায়রকই, "তরামাপল ওইরম্বা য়াই।"

মনোরমা শাথীনা চঙক্লব্রে; হায়রকই, "মদু করি বানো, চহী নিফুরোম শুরে হায়না তারিবসিদি!"

হন্দক্তি পার্ব্বতীসু নোকফেৎ তৌরকই, "ইচে মনো, মী কয়াগী চহী নিফু শুরবগে, ঐনা মদুগী হিসাব থম্বরা? ঐগী বরগী চহী মতাং তরামাপল-কুন অসি ফাওবদি খঙই।"

মাগী মায়থোংদা য়েংদুনা মনোরমানা হায়রকই, "মমিং করি কৌবগে?"

পার্ব্বতীনা অমুক নোকথোরক্লে— "অসুক কুইবসি মদু ফাওবা খঙদ্রিবা।"

"কমদৌনা খঙগদগে?"

"খঙদ্রা? ফরে, হায়দোক্লগে।" নোকফেৎ তৌরগা হাইফেৎ শকফম হঞ্জিন্না পার্ব্বতীনা মহাক্কী নাকোং ময়াদা মচিন থমদুনা হায়রকই, "খঙদব্রনে— শ্রীদেবদাস—"

মনোরমা অহানবদা হাইফেৎ চঙক্লরকই। মতুংদা মাবু ইষ্মোক্লগা হায়রকই, "ফাগী তৌবগী কান্নবা অমুক লৈতে। মমিং করি কৌবগে হৌজিকমক হায়য়ু, মতুংদদি বারী শানবা অমুক ফংলরোই।"

"হায়খ্রিবা অদুনি।"

মনোরমানা শাউরক্তুনা হায়রকই, "করিগুম্বা মমিং দেবদাস ওইরবদি কপ-লাউদুনা শিগদৌরিবা করিগীনো?"

খঙহৌদনা পার্ব্বতীগী মায়থোং মকশিনখ্রে। করিনো হাইফেৎ খল্লগা হায়রকই, "মদু হায়বা য়াই। অমুক হন্না কপ্পরোই।"

"পারু!"

"করিনো?"

"বা পুন্নমক তম্মু ইনাও। ঐ করিমতা ভাব তাবা ঙমদ্রে।"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "তমগদবা বা পুন্নমক শেংনা তম্নবসিনি।"

"অদুবু ভাব তাবদি করিমতা ঙমদ্রেনে!"

"তাসু তারোই।" হায়রগা পার্ব্বতী অতোপ্পা মায়কৈদা মমায় লৈথোকখ্রে।

মনোরমানা খল্লকই, পার্ব্বতীনা বা লোৎলি,— মহাক্কী মপুক্লিংগী বা ফোঙদোক্লিংবগী অপাম্বা লৈতে। য়াম্না বারৌরক্রে; মপুক্লিং নুংঙাইরক্তদুনা হায়রকই, "পারু, নঙগী নুংঙাইতবা অদু ঐঙোন্দসু পাল্লিবনি ইনাও। নঙ নুংঙাইয়ু, অসিনি ঐনা থম্মোয় শেংনা থৌনিজরিবা। নঙগী অরোনবা বা করিগুম্বা খরা লৈরবা, ঐঙোন্দা হায়দোক্লিংদ্রবা, হায়দোক্কনু। অদুবু মতৌ অসুম্না ঐঙোন্দা কুপ্পেদি তৌগনু।"

পার্ব্বতীসু নুংঙাইজরক্রে, হায়রকই, "ফাগী তৌবা নত্তে ইচে। ইশানা খঙজবমখে নঙোন্দসু তল্লিবনি। ঐগী ইপুরোইবগী মিং দেবদাস কৌই হায়বা ঐ খঙই; চহী মতাংনা তরামাপল-কুন— বাফম অদুমক্তি নঙোন্দা তল্লিবসি।"

"অদুবু অতোপ্পা মফম কদায়দনো নঙগী লুহোংবা লেপ্লখ্রে হায়না তায়।"

"লেপ্লবনা অমুক করি! অবোক্তদি লুহোংগদবা নত্তে, হোংবা তারবদি ঐগা হোংগদবনি; কদায় ঐদি পাউ অসি তাদ্রিনা!"

মনোরমানা তাখিবা বাফমদু হৌজিক তম্লকই। পার্ব্বতীনা মদুদা মরক থৎতুনা হায়রকই, "পুন্নমক অদু তারে।"

"অদুদি? দেবদাসনা নঙবু—"

"ঐবু করিনো?"

মনোরমানা নোক্লিংবা খাংদুনা হায়রকই, "অদুদি খঙলে স্বয়ম্বর তৌগদৌরিব্রা? লোম্না লোম্না পাকা ওইনা শিন্নবা লোইখ্রব্রা?"

"কাঁচা-পাকা হৌজিক করিমতা ওইদ্রি।"

মনোরমানা থম্মোয় শোকপা খোম্থোক্তা হায়রকই, "নঙনা হায়রিবসি করিনো পারু, করিমতা লৌশিনবা ঙমদ্রে।"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি দেবদাসতা হংলগা নঙোন্দা ভাব তানবা তাক্কে।"

"করি হংলুগদৌরিবনো? মহাক্কা লুহোংবিগদ্রা লুহোংবিরোইদ্রা, মসি নৎত্রা?"

পার্ব্বতী মঙক নোমদুনা হায়রকই, "হোয়, মদুমক্তি।"

মনোরমানা শাথীনা ঙক্কুনা হায়রকই, "হায়রিবদু করিনো পারু? নঙ নশামক্তা বাফম অসি হংলুগদৌরিব্রা?"

"দোষ করি লৈবগে ইচে?"

মনোরমা তশেংনা চঙক্লম্রে— "হায়র্রিবদু করিনোনে? নশামক্কা?"

"ইশামক্কা। মদু নৎত্রবদি ঐগী ওইনা অতোপ্পা কনানা হংবিরুগদগে ইচে?"

"ঈকাইরোইদ্রা?"

"ঈকাইনিংঙাই করি লৈ? নঙোন্দা তম্বদা ঈকাইদ্রা?"

"ঐদি নুপীনি— নঙগী নতানি, অদুগা মহাক্তি নুপানিনে পারু।"

হন্দক্তি পার্ব্বতী নোকথোরক্লে; হায়রকই, "নহাক ইতানি, নহাক্তি ঐগীনি— অদুবু মহাক্তি মীতোপ্পা? নঙোন্দা হায়বা য়াবা বা অদু মঙোন্দদি হায়বা য়াদদ্রা?"

মনোরমানা চঙরুদুনা মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈম্রে।

পার্ব্বতীনা মায়থোং মাকা লাম্না হায়রকই, "ইচে মনো, নঙনা কান্নদবদা শিংগ্রেংদা সিন্দুর হাপ্লিবনি। কনাবু ইপুরোইবা কৌবগে হায়বা খঙদে। মহাক ঐগী ইপুরোইবা ওইরমদ্রবা, ঐগী ঈকাইবা খিবিক ৱাংমা লাল্লমদ্রবা, ঐ অসুম তৌনা শিজনবা হোৎনরম্লোই। মদুদা নৎতনা ইচে, মীওইবনা শিজনবা হোৎনবা মতম অদুদা মহাক্না হু অদু খাৱা থুম্রা হায়বা খন্দুনা য়েংব্রা? মাগী মফমদদি ঐ ঈকাইবা করিমতা লৈতে।"

মনোরমাদু মাগী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈম্রে। ঙাইহাক লৈরবা তুংদা হায়রকই, "মঙোন্দা করি হায়রুগদৌরিবনো? খুয়াখাদা চঙজফম পীবিয়ু হায়জরুগদৌরিব্রা?"

পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "তশেংনা মদুমক হায়জরুগনি, ইচে।"

"অদুগা করিগুম্বা মহাক্না চঙজফম পীবিরক্তবা থোক্লবদি?"

হন্দক্তি পার্ব্বতী ফনা কুইনা তুমিন্না লৈ। অদুগী তুংদা হায়রকই, "মতমদুগী ৱাদি খঙদে ইচে।"-

ময়ুমদা হল্লমদায়দা মনোরমানা খল্লকই, থাগৎনিংঙাইনি মথৌনাসি। থাগৎনিংঙাইনি অচেৎপা পূকচেলসি! ঐদি করিগুম্বা শিবা তারবা ফাওবা অসিগুম্বা ৱা চিন্দা পল্লুবা ঙম্লোই।

ৱাফমসি অচুম্বনি। অদুননি পার্ব্বতীনা হায়খ্রিবা, মখোয়না কান্নদবদা শিংগ্রেংদা সিন্দুর হাপ্লিবনি, খুৎতা খুজি শিরিবনি।

অহিং পুং অমা তারম্লগনি। মতম অদুদসু থাবল ৱাওরি-ৱাওরি অতিয়াদা ঙাল্লি। পার্ব্বতীনা ফমুংদগী ফৈজুপ্পা মকোক-মরু খুন্না মশা 'পূম্বা য়োমশিন্দুনা খোঙথাং তপ্পা তপ্পা থাংদুনা সিঁড়িদা কুমথদুনা মখাদা লাক্লে। মায়কৈ মরিদা লৈদুনা য়েংলকই,— কনাসু মীৎকপ থোক্তে। মদুগী তুংদা থোঙ হাংদোক্লুনা মনা-মনিল নাইদনা লম্বীদা থোরক্লে। খুল্লক্কী লম্বীনি, পূমচিক চিকই, মী-পোং অমতা চৎতে— কনাগসু থেংনেগনি হায়বগী চিংননিংঙাই লৈতে। মহাক

অপনবা লৈতনা জমিদারগী য়ুম মমাঙদা চঙশিল্লক্লুনা লেপ্লরে। মপালগী থোঙ ময়াদা অহল ওইরবা চৌকিদার কিষণ সিংহ কাংথোন-মচা অমা থাদুনা মতম অদুদসু তুলসীদাসী রামায়ণ পাদুনা লৈরম্মী; পার্ব্বতী চঙখিবা উবদা মমীৎ হন্না য়েংলক্তনা হংলকই, "কনানো?"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "ঐনি।"

চৌকিদারনা খোঙ্গেলদু তাবদা নুপীনি হায়বা খঙলে। মীনাইনুপীনি খন্দুনা মহাক্না অমুক হন্না করিগুম্বা বা অমতা হংদনা সুর পান্দুনা রামায়ণ পারকই। পার্ব্বতী চথখ্রে। ওলাংথানি; মপালগী মাঙ্গোলদা মীনাই খরা হিপ্তুনা লৈরম্মী; মখোয়গী মরক্তা কনানা তুমখ্রে, কনানা উরোরোন তুমথবদা ঙাইরি। তুন্নিংবগী ময়াই কানা কনা কনানা পার্ব্বতীবু উবা য়াওই, অদুবু মীনাইনুপীনি খন্দুনা বা ঙাংলক্তে। পার্ব্বতী অপন-অরাক য়াওদনা সিঁড়ি কাদুনা মথক্তা লাক্রে। য়ুম অসিগী কা খুদিংমক থোঙ খুদিংমক মহাক্না খঙই। দেবদাসকী কা থিবদা মঙোন্দা মতম থোইনা চঙদে। থোঙ হাংদুনা লৈরম্মী অমসুং মনুংদা থাউমৈ থাল্লম্মী। মনুংদা চঙলকপদা উরে, দেবদাস ফমুংদা তুমদুনা লৈরম্মী। লুখুম ময়াদা লাইরিক মতম অদু ফাওবা ফাক্তোক্লুনা তারি,— খল্লুবদা মহাক হৌজিকখক্তা তুমথখিবা ওইরবোই নীংই। থাউমৈ ঙাল্লা লৈখৎলগা মহাক দেবদাসকী খোঙ ময়াদা চঙশিল্লক্লুনা মনা-মনিল নাইদনা ফল্লরে। ফক্লাংদা থেৎলিবা অচৌবা ঘড়িদা শুপ্পগী তেক তেক মখোল থোরক্লি, মদু নৎতনা পূম্নমক চিকই, পূম্নমক চপ য়ুংনা লৈ।

মখোঙ মথক্তা মখূৎ থমদুনা তপ্না তপ্না কৌরকই, "দেবদা!—"

দেবদাসনা মঙওই-হাওই তারক্লে, কনাননো কৌরকপগুম। মমীৎ পাঙথোক্লুনা খুল্লকই, "হুঁ—"

"হো দেবদা—"

হন্দক্তি দেবদাস মমীৎ নোইদুনা হৌগৎতুনা ফল্লে। পার্ব্বতীগী মায়থোংদা মায়খুম খুমদে, কাগী থাউমৈ ঙাল্লা থাল্লি; য়াম্না লায়না দেবদাসনা মশক খঙবা ঙম্লে। অদুবু অহানবদা থাজবা ঙমদবগুম্মী। অদুগী তুংদা হায়রকই, "করিনো? পারু নৎত্রা?"

"হোয়, ঐনি।"

দেবদাসনা ঘড়িরোমদা ওন্দুনা য়েংলকই। ঙকপগী মথক্তা অমুকসু হেন্না ঙকখ্রে— হায়রকই, "অসুক থেংবা অহিংসিদা?"

পার্ব্বতীনা পাউখুম পীদে, মরু লুকথদুনা ফমদুনা লৈ।

দেবদাসনা অমুক হন্না হংলকই, "অসুক থেংলবা অসিদা নথন্দা লাকপ্রা?"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "হোয়।"

দেবদাসনা মপূক্লিং লাংতক্লবা অমদি নুংশাথিবনা পাখৎতুনা হায়রকই, "হায়রিবদু

করিনো! লম্বী লাকপদা কিদব্রা?"

পার্ব্বতীনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "ভূতকী কিবা ঐদি অদুক হাক্লা লৈতে।"

"ভূতকী অকিবা লৈতস্নু, অদুবু মীগীদি অকিবা লৈ; লাক্লিবা করিগীনো?"

পার্ব্বতীনা পাউখুম পীদে, অদুবু মপূক্লিংদা হায়জরকই, মতম অসিদা ঐগী ইফমদদি মদু ফাওবা কিরমদবা য়াই।

"ইমুংদা কমদৌনা চঙলকপগে? কনাসু উহৌদেদনা?"

"চৌকিদার উহৌই।"

দেবদাসনা মমীৎ লাওথোক্তুনা হায়রকই, "চৌকিদার উহৌবা! অতৈদি কনা কনা?"

"মাঙ্গোলদা মীৎনাইশিং তুমহৌই— মখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা উরম্বসু য়াই।"

দেবদাসনা ফমুংদগী ফন চোংখৎতুনা হৌগৎলগা থোঙ লোনশিল্লুরে। হায়রকই, "কনানসু নশক খঙখিদেদনা?"

পার্ব্বতীনা পাখৎপা করিমতা উৎতনা থোইদোক্লা চম্বা মওংদা হায়রকই, "মখোয় পূন্নমক্লা ঐবু শক খঙই, কনাগুম্বনা শক খঙখিরম্বসু য়াই।"

"হায়রিবদু করিনো? অদুগুম্বা থবক তৌরক্লিবা কবিগীনো?"

পার্ব্বতীনা মপূক্লিংদা হায়জরকই, মদু নহাক্লা করি ওইনা খনবগে! অদুবু বা মচেৎ অমতা ঙাংদে,— মায়থোং লুকচান্না ফমদুনা লৈ।

"অসুক থেংবা অহিংদা? ফজদে ফজদে! হয়েং কমদৌনা নশক উৎকদগে?"

মরু লুকথদুনা পার্ব্বতীনা হায়রকই, "ঐ মদুগী থৌনা লৈ।"

বাসি তাবদা দেবদাস শাউদে, অদুবু কাহেন্না নুংশাথিনা হায়রকই, "হৌনদে হৌনদে— হৌজিকপু নহাক অঙাংমচা ওইব্রিা? মতম অসিদা মতৌ অসুন্না লাকপসি নহাক করিমতা ঈকাইদব্রা?"

পার্ব্বতীনা মঙক হাইদুনা হাযবকই, "ঈকাইদে।"

"হয়েং নহাক ঈকাইবনা নঙক কেপ্লোইদ্রা?"

বাহং অসি তাবদা পার্ব্বতীনা কষ্টা-করুন্নমা অদুম ওইনমক থম্মোয় পুঙমদবা মীৎযেংনা দেবদাসকী মায়থোংদা য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরুরগা চিংনবা লৈতনা হায়রকই, "ঙক পুবা ঙম্নম্লোইদবনি— ঐগী ঈকাইবা 'পূম্বা নহাক্লা কুপশিনবিগনি হায়বা করিগুম্বা অরেপ্পা খঙলমদ্রবদি।"

দেবদাসনা ঙক্লা মবুদ্ধি চমন্নমা হায়রকই, "ঐ! অদুবু, ঐবু মায় উৎপা ঙমখিগদ্রা?"

পার্ব্বতীনা অদুম নিক্তবা খোঙ্গোক্তা পাউখুম পীরকই, "নহাক, অদুবু নহাক্তি করিগীনো দেবদা?" হাইফেৎতং তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই, "নহাক্তি নুপানি। ঙসি নৎত্রবসু

হয়েং নহাক্কী কলঙ্কগী বা ময়াম্না কাউনবিগনি, নুমিৎ নিনিংগী তুংদদি কনানসু নিংশিংলরোই—কেদৌঙৈ করম্বা অহিংদা লায়বক থিরবী পার্ব্বতীনা নহাক্কী খুয়াখাদা মকোক থমজননবগীদমক পুন্নমক থৌওইদনা লাক্লম্মী হায়বা।"

"মদু করিনো পারু?"

"অদুগা ঐ—"

মন্ত্রনা শুমহৎলবগী মতৌগুম দেবদাসনা হায়রকই, "অদুগা নঙ?"

"ঐগী কলঙ্কগী বা হায়বিরিব্রা? নত্তে, ঐঙোন্দা কলঙ্ক পক্তে। নহাক্কী নাক্তা লোম্না লাক্লম্মী হায়বগী ঐঙোন্দা করিগুম্বা বদনাম অমতা লৈরোই, বদনাম অদুনা ঐগী হকচাংদা শোক্লবা ঙম্লোই।"

"মদু করিনো পারু? কপ্লিব্রা?"

"দেবদা, তুরেলদা ঈশিং মরাং কায়না লৈ। অদুক য়াম্বা ঈশিংদবু ঐগী কলঙ্ক লোৎচফম ফংলোইদ্রা?"

খঙহৌদনা দেবদাসনা পার্ব্বতীগী খুৎ অনী পায়শিনখ্রে— "পারু!"

পার্ব্বতীনা দেবদাসকী খোঙদা মকোক থমদুনা অপনবা লৈতনা হায়রকই, "মফম অসিদা চঙজফম খজিক্তা পীবিয়ু, দেবদা?"

অদুগী তুংদা মখোয় অনীমক তুমিন্না লৈখ্রে। দেবদাসকী খোঙথক্তা হৈথরক্লিবা পীরিক্লা অঙৌবা ফমুং মথক্তা চেঙ্খরক্লে।

ফনা কুইরবগী তুংদা দেবদাসনা পার্ব্বতীগী মায় থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "পারু, ঐ নত্তনা নহাক্কী উপায় লৈতব্রা?"

পার্ব্বতী বা ঙাংদে, অদুম মখোঙ মথক্তা মমায় শুজিন্দুনা লৈখ্রে। চিক্লবা কা মনুংদা শুপ্নগী মহাক্কী খাংঙমদবা কপ্লিংবগা লোয়ননা নুংশামপী নিক্লা নিক্লা, বিং-বিং লাওনা তোইনা তোইনা ফুকৎলক্লে। দেং দেং ঘড়িদা পুংজা অনী য়েখ্রে। দেবদাসনা কৌরকই, "পারু!"

পার্ব্বতীনা ফুঙ্গৎলবা খোঙ্গোক্তা হায়রকই, "করিনো?"

"ইমাগা পাবুংগনা তশেংনা য়াদে হায়বা তারব্রা?"

পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা ৱাফমদু তারে হায়বা খঙহল্লকই। অদুগী তুংদা মখোয় অনী তুমিন্না লৈখ্রে। য়াম্না কুইনা অসুম্না লেল্লবা তুংদা দেবদাসনা নুংশামপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "অদুদি অমুক করিগীনো?"

ঈশিংদা তারবদা মীওইবনা মীৎতাংবগী মতাগুম লৈবাক চেজেৎ কোন্দুনা খাঙবা, মদু শুপথা থাদোক্লিংদবা তশেংনা মতৌ অদুম্নমক ৱাঙ্খরবগুম পার্ব্বতীনা দেবদাসকী খোঙ অনীদু চেৎনা কোনশিন্দুনা থমখ্রে। দেবদাসকী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "ঐ করিসু

খঙলুবা পামদে, দেবদা!"

"পারু, ইমা-ইপাগী হায়বা ইন্দবা মচা ওইরগদ্রা?"

"দোষ করি লৈবগে? ওইয়ু।"

"নহাক মদু ওইরবদি কদায়দা লৈগদগে?"

পার্ব্বতীনা কপ্তুনা হায়রকই, "নহাক্কী খুয়াখাদা—"

অমুক মখোয় অনী চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈম্রে। ঘড়িদা পুংজা মরি য়ৈম্রে। ওলাংথাগী অহিংনি, অদুগা ঙাইহাক্কী মতুংমক্তদা নোংঙাল্লক্লগনি হায়বা উদুনা দেবদাসনা পার্ব্বতীগী খুৎ পায়দুনা হায়রকই, "চৎলসি, নহাকপু থিনবিগে—"

"ঐগা চৎমিন্নরগদ্রা?"

"করি কায়বা লৈবগে? করিগুম্বা বদনাম তৌনিংলবদি মখোয়গী খরমখৈ উপায় ওইবসু য়াই।"

"অদুদি চৎলসি।" মবানি মনা-মনিল নাইদনা মখোঙ থাংদুনা মপালদা থোকম্রে।

## তরেৎ

মথংগী নুমিৎতা মপাগা দেবদাসকা ঙাইহাক ৱারী শাম্নে।

মপানা হায়রকই, "নহাক্না মতম খুদিংমক্তা ঐঙোন্দা ওৎলক্রি, হিংলিবমখৈ মৈশা লাংগদৌরি। নঙগী নচিন্দগী ৱাসি তাবদা ঙক্লিংঙাই কবিসু লৈতে।"

দেবদাস ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদনা মায়থোং লুকচাননা ফমদুনা লৈ।

মপানা হায়রকই, "ঐ মদুগী মরক্তা য়াওদে। অপাম্বদু নঙগা নমা-ইবেম্মগা তানদুনা তৌজৌ।"

দেবদাসকী মমা-ইবেম্মনা ৱাসি তাবদা কপ্তুনা হায়রকই, "নুপামচা, ঐগী থিববা লায়বককসিদা মসি ফাওবা তম্নম্লবা।"

নুমিৎ অদুদা দেবদাস মপোৎ-মচৈ য়োমদুনা ক্যেলিকাতাদা চৎখ্রে।

পার্ব্বতীনা ৱা অসি তাবদা কনশিল্লবা মায়থোংদা অমুকসু হেন্না কনশিল্লবা মীনোক্না নোক্লকই। হৌখিবা অহিংগী ৱা কনাসু খঙদে, মহাক্না কনাদসু তমথোক্তে। অদুম ওইনমক মনোরমানা নোক্লুনা তক্লবে, "পারু! দেবদাস চৎখ্রে হায়না তায়— চুম্বরা?"

"হোয়—"

"অদুদি, নঙগী উপায় করি শিনবিরম্লবগে?"

উপায়গী ৱা মহাক মশামক খঙজদে, অতোপ্পদা করি হায়না তমগদগে? ঙসি নুমিৎ

কয়ানিদগী মহাক্লা মসিমক তৎতনা খঞ্জরক্লিবনি; অদুবু মহাক্কী আশানা কয়া য়াম্বগে অমসুং নীংবা কায়বনা কয়া য়াম্বগে হায়বা করিগুম্বা মওংদসু লেপথোকচবা ঙম্লমদে। অদুম ওইনমক বা অমদি লৈ, মীওইবনা মতৌ অসুন্না অৱাবা মতমগী মনুংদা আশা অমদি নীংবা কায়বগী পল্লেপফম উরক্লবা মতম অদুদা শোঙ্করক্লবা থম্মোয়না য়াম্না কিথি-কিরুন্ননা আশাগী মায়কৈ অদু চেথনা থাগোম্মজে। করি তৌরগা মাগী মঙ্গল ওইগদগে হায়বা অদুম্মক আশা তৌজে। পামজরবসু পামজদ্রবসু মায়কৈ অদোমদা ওন্দুনা থোইদোক্লা লাংতক্লবা মীৎয়েংনো য়েংদুনদা লৈজনিংই। নহাক্কী থৌওং অসিদা পার্ব্বতীনা খরমখৈ নমদুনা আশা তৌজে, ঙরাং অহিংগী বাফম অদু তশেংনো অরেম্বদা তারোই হায়না। অরেম্বদা তারবদি মহাক্কী দশা করি ওইগদগে, মসি মহাক্কী চিন্তাগী বাংমদা লৈরম্মী। অদুনা মহাক্লা খল্লম্মী, দেবদাদা অমুক লাকখিগনি, ঐঙোন্দা কৌদুনা অমুক হায়রখিগনি, পারু, ঐগী পাঙ্গলনা লৈরিঙেদা নহাকপু অতোপ্পগী খুৎতা পীথোকখিবা ঙম্লোই।

অদুবু নুমিৎ নিনিগী তুংদা পার্ব্বতীনা অসিগুম্বা চিঠি অমা ফংলে—

পার্ব্বতী, ঙসি নুমিৎ নিনিসি নহাক্কী বাদমক খল্লক্লিবনি। ইমা-ইপা কনানসু ঐখোয়গী লুহোংবা পামদে। নহাকপু পেলহনবা তারবদি মখোয়দা য়াম্না শাথীনা চৈথেং পীবা ওইনা থোক্কদৌরি, মদুদি ঐনা ঙম্বগী বাংমদনি। মদুদা নৎতনা, মখোয়গী মায়োক্তা থবক অসি কমদৌনবু তৌরুগদগে? নঙোন্দা অমুক হন্না কৈদৌঙে চিঠি ইগদগে হায়বা থোইদোক্লা অসিগুম্বা বা অসি খনবদা লাম্বা ফংদে। অদুগা চিঠি অসিমক্তদা পুন্নমক অথুপ-অকোই থমদনা ইরবনি। নখোয়গী ইমুং অনেম্বা থাক্কীনি। লৈব-য়োনবগী ইমুংগী নিঙোলবু ইমানা করিগুম্বা মওংদসু য়ুমদা পুশিনবা পামদে; অদুগা য়ুম ময়াদা ঙাই-শেল ওইবা, মসিমক মহাক্কী বাখল্লোন্দা থোইদোক্লা তুকচ্চনা থোকই। মসিগী বা— মদুদি নহাক্লা পুন্নমক খঙলিবদুনি। অহিং অদুগী বা নিংশিংলুবদা থম্মোয়দা মৈশা কয়া ফাওরকই। মরমদি নহাক্কী নতৌগুম্বী বারৌচাউবী নিঙোলনা থম্মোয়দা কয়া শাথীনা মৈশা লাংদুনা অদুগুম্বা থবক তৌরুরিবনো হায়বা ঐ খঙই। অদুগা বা অমগা— নহাকপু ঐনা য়াম্না নুংশি, মদু ঐদি করিগুম্বদসু খনখিদে— ঙসিসু নহাক্কীদমক ঐগী থম্মোয়নুংদা থোইদোক্লা নুংঙাইতবা ফাওই খন্দে। শুপ্পগী ঐনা কাহেন্না নুংঙাইজদ্রিবদি নহাক্লা ইশুংলাংগীদমক অৱাবা মায়োক্লরিবদুনি। ঐবু কাউথোক্লবা হোৎনৌ, অমসুং থম্মোয় শেংনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, নহাক য়াইফব্বী ওইসনু।

—দেবদাস

চিঠি অদু দেবদাসনা ডাকঘরদা থাদদ্রিবমখৈ বাফম অসি খল্লম্মী; অদুবু থাদখিবগী থংনবা মীৎকুপমক্তদা অতোপ্পা বাফম অমা খল্লকই, খুৎতগী লৈতুম হুনখ্রগা চপ য়ুংনো

মায়কৈ অদোমদা য়েংদুনা লৈখ্রে। পত্ত্রেপকম খঙদনা চিংনবা অমনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা অসুম অসুম চাশিল্লক্রে। মহাক্লা খল্লম্বনি, লৈতুম অদুমা মহাক্কী মকোক্তা মওং কমদৌনা পাল্লমগদগে। য়াম্না থিনা শোক্লমগদ্রা? হিংগনিদনা? অহিং অদুদা খোঙদা মকোক থমদুনা মহাক্লা মওং অমদা কপখি। পোষ্ট ওফিসতগী লৈফমদা হল্লকপা লম্বীদা খোঙথাং খুদিংগী মদুমক নিংশিংলকই। থবক অসিবু অযব্বা নত্ত্রবা? অদুগা খ্বাইগী মথক্তা দেবদাসনা অসুন্না খল্লকই, পার্ব্বতী মশাগী দোষ করিমতা লৈতে, অদুগা ইমা-ইপানা থিংলিবা করিগীনো? চহী য়ামখৎলকপগা লোয়ন্মনা কোলিকাতাদা লৈরুবদগী মহাক্লা বাফম অসি খঙজবা ওল্লবনি, শুপ্নগী মীমাঙদা উৎনবা শাগৈগী ইজ্জৎ অমসুং অতোনবা বাখল্লোন্দা তোংদুনা অরেম্বদা মীগী মথবায় মাংহল্লোইদবনি। করিগুম্বা পার্ব্বতীনা হিংনিংব্রবা, করিগুম্বা মহাক তুরেলগী লাইজ-নুংদা থম্মোয়গী মৈচাক মুৎথৎনবা চেনখ্রবা, মদু ওইরবদি ভগবানগী চরণদা মহাপাতক্কী দাগ অমা তারোইদ্রা?

লৈফমদা লাক্লগা দেবদাস মশাগী কাদা হিপ্লরে। হন্দক-মরক মহাক বোর্ডিং অমদা লৈ। মামাগীদা চঙজফম লৌরম্বদু মহাক্লা থাদোরকপা মতম কুইরক্রে— মফম অদুদা মহাক্কী খুদোংচাবা করিমতা লৈরমদে। দেবদাসনা লৈরিবা কা অদুগা থংনবা কাদা চুনিলাল কৌবা পাখং অমা লৈরকপা চহী মাপল শুরে। মহাক্লা কোলিকাতাদা মতম শাংনা লৈরক্লিবসি বি. এ. পাস তৌননবগীনি— ঙসি ফাওবা মায়পাকপা ঙমদ্রি হায়দুনা মহাক হৌজিকসু মফমসিদা 'সুম লৈবা তারিবনি। চুনিলালনা মহাক্কী নুংতিগী শিন্থা ওইরবা সন্ধ্যাদা কোইথোকপা থোকখি, নোংঙাল্লমদায়দা য়ুমদা হঞ্জিল্লকই। বোর্ডিংদা অতৈ কনাসু হৌজিক ফাওবা হঞ্জিন্নরক্ত্রি। মীনাইনুপীনা থাউমৈ থাঙ্গৎলম্নে, দেবদাস থোঙ লোনশিন্দুনা হিপখ্রে।

মতম অদু অহিংগী পুং অমা তারম্লগনি। বোর্ডিংদা দেবদাস নৎতনা কনাসু তুমদবা য়াওদ্রে। চুনিলালনা য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা দেবদাসকী কা মমাঙদা লেপ্তুনা য়েংলকই, থোঙ লোম্নি, অদুবু মৈদি থাম্নি; কৌরকই, "দেবদাস তুমদ্রিব্রনে?"

দেবদাসনা মনুংদগী হায়রকই, "তুমদ্রি, নহাক চৈরক অসিদা হল্লক্রবোইরে?"

চুনিলালনা হৌনা খিত্তং নোক্লগা হায়রকই, "দেবদাস, থোঙ অমুক্তা হাংদোকপা য়াগদ্রা?"

"য়াই, করিগীনো?"

"হিদাক্কী মপোৎ-মচৈ লৈব্রা?"

"লৈ।" হায়রগা দেবদাসনা থোঙ হাংদোক্লরে। চুনিলালনা হিদাক হানবা ফমথরগা হায়রকই, "দেবদাস, হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিবা করিগীনো?"

"নুংঙ্তি-নুংঙ্তিগীবু তুম্বা য়াব্রনে?"

"য়াদব্রা?"

চুনিলালনা হাইফেৎ করেন্নবগুম হায়রকই, "ঐনা খল্লম্বদি নখোয়গী মতৌগুম্না অফবা মচাশিংদি কৈদৌঙেদসু অহিং নোংয়াইগী মশক উরম্লোই— গুসি ঐ অনৌবা শিক্ষা অমা ফংলে।"

দেবদাস বা ঙাংদে। চুনিলালনা মন্দা নুংঙাইনা হিদাক থক্লা থক্লা হায়রকই, "দেবদাস, নয়ুমদগী হল্লকপদগী হৌনা নপূক্লিং ইনুং-নুংঙাইনা উদবগুম তৌই। নহাক্কী থম্মোয়দা মৈশা লাংবগুম তৌই।"

দেবদাস তরং-মালংদা তাউনা লৈ। পাউখুম পীদে।

"নথবায় নুংঙাইতে, নৎত্রনে?"

খঙহৌদনা দেবদাসনা ফমুংদা যুক হৌগৎতুনা ফম্মী। লাঙতক্লবা মওংদা মাগী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "ফরে চুনিবাবু, নহাক্কী থম্মোয়দা করিগুম্বা মৈশা অমতা চেন্দব্রা?"

চুনিলাল নোকথোরক্লে— "করিসু চেন্দে।"

"কৈদৌঙেদসু পুল্লি অসিদা মৈশা লাংলক্ত্রিব্রা?"

"বা অসি করিগীনো?"

"ঐ য়াম্না তানিংই।"

"অদু ওইরবদি নোংমা অমুক তারো।"

দেবদাসনা হায়রকই, "ফরে চুনি, নহাক অহিং চুপ্পা কদায়দা লৈবগে?"

চুনিলালনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "মদু নহাক খঙদব্রা?"

"খঙই, অদুবু তাংদাংবদি খঙদে।"

চুনিলালগী মায়থোং থৌনা পোক্লক্তুনা লংখৎলক্লে। অসিগুম্বা খন্ন-নৈনবশিংসিদা অতে করিসু লৈতসনু, অদুবু মীনা নোক্লখিগদ্রা হায়বা অমা লৈ, মতম শাংনা হৈনরকপগী দোষনা মহাক্লা মদু ফাওবা কাউথোকখ্রে। ফাগী তৌদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা হায়রকই, "দেবদাস, মুন্না খঙনিংলবদি তশেংনা ঐগুম্বা ওইবা তাই। হয়েং ঐগা লোয়নদুনা চৎলুসিদনা?"

দেবদাসনা অমুক্তং খম্বদুনা য়েংলকই। অদুগী তুংদা হায়রকই, "মফম অদুদা হরাও-তয়াম্বা য়াম্না ফংই হায়ব্রা করিনো তায়। পূক্লিংগী নুংঙাইতবা পুন্নমক কোকই; মসিবু চুম্বরা?"

"তশেংনা চপ চানা চুম্মী।"

"করিগুম্বা মদু ওইরবদি ঐবু পুবিয়ু— ঐসু চৎকনি।"

মথংগী নুমিৎকী সন্ধ্যা মমাঙদা চুনিলালনা দেবদাসকী কাদা চঙলকপদা উরে, মহাক

য়াম্না ফিংবা মওংদা মপোৎ-মচৈ য়োমশিন-খোৎচিন্দুনা লোইশিন-তাশিল্লি। চন্ত্রন্দুনা হংলকই, "করিগীনো, চৎলরোইদ্রা ?"

দেবদাসনা মায়কৈ অমতদা হন্না য়েংদনা হায়রকই, "চৎকনি, কৈদৌনা চৎতনি।"

"অদুদি তৌরিবা পূম্নমক অসি করিনো ?"

"চৎননবা থৌরাং তৌরিবনি।"

চুনিলালনা নোকফেৎ তৌদুনা খল্লকই, ফত্তবা থৌরাং নত্তে, হায়রকই, "য়ুম-কৈ পূম্নমক মফম অদুদা পুদুনা চৎকদৌরিব্রনে ?"

"অদুদি কনাগী মনাক্তা থনম্লগা চৎকদগে ?"

চুনিলালনা ভাব তাবা গুমদ্রে। হায়রকই, "ইপোৎ-ইচৈ ঐবু কনাগী নাক্তা থনম্লগা চৎপগে ? পূম্নমক বোর্ডিংদা হন্দোক্তুনা থনম্মী।"

দেবদাসনা খঙহৌদনা জ্ঞান তারকপগুম মমীৎ য়েংখৎলকই। ঈকাইনা হায়রকই, "চুনিলালবাবু, গুসি ঐ য়ুমদা চৎপা তারে।"

"এঃ, করিনোনে! কৈদৌঙে লাক্কদগে ?"

দেবদাসনা মগুক হাইদুনা হায়রকই, "ঐ অমুক লাক্লরোই।"

গুক্তুনা চুনিলালনা মাগী মায়থোংদা য়েংলকই। দেবদাসনা হায়রকই, "শেল অসি লৌশিল্লু; ঐনা তোনবা খরমখৈদু মসিদগী শিংদোকপিখো। করিগুম্বা লেম্লবদি বোর্ডিংগী মীনাই নুপা-নুপীশিংদা য়েম্থোকপিখো। ঐ অমুক হন্না করিগুম্বদসু কোলকাতাদা লাক্লরোই।"

মপূক্লিংদা হায়জরকই, কোলকাতাদা লাকপদা ঐগী য়াম্না মাংজখ্রে, য়াম্না মাংজখ্রে।

গুসি যৌবনগী লৈচিন-নোংফাইনা কুপ্লিবা অমম্বদু ফাওদোক্তুনা মহাক্কী মীৎতা উরক্রে, লাকগুম-ফাগুমদনা ইনখৎলক্লিবা শরেপ ফারকপগী চহী মতাংদা মরম চাদনা খোঙ্গাওনবিখিবী রত্ন অদুনা গুসি কোলিকাতাগী পূম্নমক্কা চাংদম্নরুবা ফাওবদা য়াম্না ৱাংবগুম্মী, মমল য়াম্বগুম্মী। চুনিলালগী মায়থোংদো য়েংদুনা হায়রকই, "চুনি, শিক্ষা, বিদ্যা, বুদ্ধি, জ্ঞান, চাউখৎপা— লৈরিবা পূম্নমক নুংঙাইনবগীদমক্তনি। য়েংনিংবা মওংদা য়েংউদনা কৈদৌবগে, ইশাগী নুংঙাইবা হেনগৎনবা নৎতনা পূম্নমক অসি অতৈ করিসু নত্তে—"

চুনিলালনা মরক থৎতুনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি নহাকপু লাইরিক তম্নরোইদ্রা ?"

"তম্নরোই। লাইরিক তম্বনা মরম ওইদুনা ঐগী থোইদোক্লা মাংজরে। করিগুম্বা হাম্ননা খঙজরম্নবা, অসুক হাক্লা মাংজবগী মহুৎ ওইনা লাইরিক অসিখক্তং তমগনি হায়বা, মদু ওইরবদি ঐ পুন্সিদা কৈদৌঙেদসু কোলকাতাগী মপক য়েংলম্লোই।"

"নহাকপু করি তৌরবগে ?"

দেবদাসনা ফমদুনা খল্লকই, ভাইহাক লৈরগা হায়রকই, "অমুক হন্না করিগুম্বা মতমদা উনবা খোক্লবদি বা পুন্নমক তমগনি।"

মতম অদু নুমিদাংগী পুং মাপল্লোম তারল্লগনি। বোর্ডিংগী মী পুন্নমক অমসুং চুনিলালনা চমন্নবমখৈ ঙক্না য়েংনরকই। দেবদাস গাড়ীদা মপোৎ-মচৈ পুন্নমক থাঙ্গৎতুনা মতম চুপ্পগী ওইনা ময়ুমদা চৎখ্রে। মহাক চৎখ্রবদা চুনিলালনা শাউদুনা বোর্ডিংগী অতৈ ময়ামদা হায়রকই, "অসিগুম্বা মখলগী হৌদোঙ চফু ঙম্বা মীশিংগী লোনচৎ খঙবা ঙম্বা নত্তে।"

## নিপাল

চেকশিনবা অমসুং খঙ-হৈবা মীশিংগী স্বাভাবতি মসিনি, মখোয়দি মীৎনা কুপ্পদা করিগুম্বা পোৎশক অমতগী দোষ-গুণগী মরমদা অচেৎপা মতামত ফোঙদোক্তে— পুন্নমক অদু বিচার তৌদনা পুন্নমক অদু ভাবনা শাজিন্দুনা লৌদে; মায়কৈ অনী য়েংলগা মায়কৈ মরিগী বা ঙাংদে। অদুগা অমুক মখল অমগী মী লৈ, মখোয়দি তশেংনা মদুদগী ওন্ন-তৈনৈ! করিগুম্বা পোৎ অমতবু মতম চঙনা খন্থদুনা য়েংলুনবগী অখাঙকনবা মখোয়গী লৈতে, করিগুম্বা অমতং মখুৎতা ফংবমক্তদা হেক্তা ফিরেপ লৌই— মসি ফৈ নৎত্রগা ফৎতে; হুম-হুমদুনা য়েংননবগী থবক অদু মখোয়না থাজবগী পাঙ্গলনা শিজিন্নে। অসিগুম্বা মীওইশিং সিনা জগৎতা থবক তৌবা ঙমদে, মদুদি নত্তে, থোইদোক্লদুম অয়াম্বা মতমদা থবক য়াম্না তৌই। লায়বক্তা ফনা তন্নন্নবদি মখোয়দু চাউখৎপগী খ্বাইদগী বাংবা মতোন্দা কাখৎখিবসু উবা ফংই। অদুগা মদু নৎত্রবদি লৈখা তাবগী লৈরোনগী লৈখোম-লৈনাং মরক্তা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা য়াতাদুনা লৈ; মদুদগী অমুক হন্না কাখৎলকপা ঙমদে, অমুক হন্না মঙালগী মায়কৈদা য়েংলুবা ঙমদে। লেঙদবা অশিবা হকচাংগী মতৌগুম তাদুনা লৈ। দেবদাস অসি কাংলূপ অদুগী মীনি।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা মহাক ময়ুমদা থুংলরে। মমানা ঙক্তুনা হায়রকই, "দেবা, কালেন ছুটি অমুক থারক্লবা?"

দেবদাসনা "হোয়" হায়রন্নগা বাখল অমদা তাউবগুম চৎখ্রে; মপাগী বাহংদসু মহাক্না অদুন্না করিনো অমা খুন্নন্নগা লৈথোক্তুনা চৎখি। মহাক্না মুন্না ভাব তাত্রদুনা য়ুম্বুরেনবীদা হংলম্মী, মহাক্না মবুদ্ধি শিজিন্নদুনা হায়রকই, "শাবা হৌজিক ফাওবা হন্দ্রি হায়দুনা অমুক হন্না ছুটি থারক্লিবনি।"

নুমিৎ নিনি দেবদাসনা লৈতাফম খঙদনা কোইচৎ চৎলকই। করিগীনো হায়ববু, পামজবা মওংদু ওইদ্রে— পার্ব্বতীগা অচিকপা মফমদা উনবা শুপফং ফংদ্রে। নুমিৎ নিনিগী

তুংদা পার্বতীগী মমানা দেবদাসকা থেংনবদা হায়রকই, "লাক্লবনিনা ইবুংঙো, পার্বতীগী লুহোংবা ফাওবা লৈথোকখ্রো।"

দেবদাসনা হায়রকই, "ফনি।"

নুমিৎয়ুংবা মতুংদা চাব-থকপা লোইরবা তুংদা পার্বতীনা পল্লিদা ঈশিং শোকপা হেক হেক চৎলি। মখাংদা পিথ্রাইগী কোল য়েংদুনা ওসিসু মহাক ঘাটতা লাক্তুনা লেপ্লরে; উরক্লে, থোইনা লাপ্তুনা বোরোই পাম্বীগী মরুমদা দেবদাস ফমদুনা ঈশিংদা খোই চোপ্তুনা লৈরম্মী। অমুক্তি থল্লকই, হনখ্রগে; অমুক থল্লকই, মনা-মনিল নাইদনা ঈশিং শোক্লগা চৎখ্রগে; অদুবু হাথু হাথুনা করিগুম্বা থবক অমতা মহাক্লা তৌরুবা ঙমদ্রে। কোল অদু ঘাট মথক্তা থম্বদা হাইফেৎ মখোল থোকখ্রমাগ্রে, দেবদাসনা লৈথোক্তুনা য়েংলকই। অদুগী তুংদা মখুৎ হংতুনা কৌদুনা হায়রকই, "পারু, বা তাখো।"

পার্বতী তপ্না তপ্না মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা লেপ্লরে। দেবদাসনা অমুক্তং মমায় থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই, অদুগী তুংদা য়াম্না কুইনা তরং-মালংদা তাউবা মীৎয়েংনা ঈশিংলোমদা য়েংদুনা লৈখ্রে।

পার্বতীনা হায়রকই, "দেবদা, ঐঙোন্দা করি হায়নিংবগে?"

দেবদাসনা মায়কৈ অমতদা য়েংলুদনা হায়রকই, "হুঁ,— কম্মু।"

পার্বতী ফমদে, মায়থোং লুক্লা লেপ্তুনা লৈ। অদুবু ঙাইহাক লৈরবা ফাওবা করিগুম্বা বা অমতা হায়রক্ত্রে, মতম অদুদা পার্বতীনা খোঙকাপ অমমম থাংদুনা তপ্ন তপ্না ঘাটলোমদা চৎলকই। দেবদাসনা অমুক্তং মমায় থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। অদুগী তুংদা অমুক হন্না ঈশিং লোমদা মীৎয়েং থম্মদুনা হায়রকই, "তাও।"

পার্বতী হল্লিরক্লে। অদুবু, অদুম ওইনমক হন্দকসু দেবদাসনা করিগুম্বা বা অমতা ঙাংলক্তবা উবদা মহাক অমুক হনখ্রে। দেবদাস চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈ। ঙাইহাক্তং লৈবগা মহাক্লা মমায় লৈথোক্তুনা য়েংলকই, পার্বতী ঈশিং পুদুনা চৎখিগদবগী তৌরি। মতম অদুদা মহাক খোই হাইগৎলগা ঘাট মনাক্তা লাক্তুনা লেপ্লরে; হায়রকই, "ঐ লাকএ।"

পার্বতীনা কোলদু থাংথদুনা থম্মী, বা ঙাংদে।

"ঐ লাকএ পারু।"

পার্বতীনা বা ঙাংদনা লৈরুরগা মমৈদা খোঞ্জেল য়াম্না পিক্লা হংলকই, "করিগীনো?"

"নঙনা লাকউ হায়দুনা ইরকখিবদায়, নিংশিংদ্রব্রা?"

"নিংশিংদ্রে।"

"মদু করি বানো পারু! অহিং অদুগী বাদু নিংশিংদ্রব্রা?"

"নিংশিংলি। অদুবু য়াফমদুগী কান্নবা করি লৈরিবগে?"

মহাক্কী খোঞ্জেল চেৎলি অদুবু য়াম্না য়াকই। অদুবু দেবদাসনা মদুগী অথুম্নদু খঙলুবা ওমদ্রে; হায়রকই, "ঐবু ঙাকপিয়ু পারু, ঐ মতমদুদা অদুক হাক্লা ভাব তারুদে।"

"তুম্মিন লৈয়ু। অদুগুম্বা বাদু ঐ তাবা ফাওবা পামদ্রে।"

"ঐনা করিগুম্বা মওং অমদবু ওইরবসু ইমাগা বাবাগবু য়াহনগনি, শুপ্নগী নঙনা—"

পার্ব্বতীনা দেবদাসকী মায়থোংদা খানা য়েংদুনা হায়রকই, "নহাক্কী ইমা-ইপা লৈ, ঐগীদি লৈত্রা? মখোয়গী অয়া-য়াদদি দরকার ওইদ্রা?"

দেবদাসনা ঈকাইদুনা হায়রকই, "মদু করিগী লৈতনি পারু, অদুবু মখোয়গীদি য়ানিংদবা লৈতে— নঙনা শুপ্নগী—"

"মখোয়দি য়ানিংদবা লৈতে হায়বা কমদৌনা খঙলিবনো? শুপয়া য়াদে।"

দেবদাসনা অরেম্বদা নোক্কনবা হোৎনরগা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, য়ানিংদবা মখোয়গীদি শুপ্নে লৈতে— মদু ঐ মুম্না খঙই। শুপ্নগী নঙনা—"

পার্ব্বতীনা বা ময়ায়দা থৎতুনা খোঞ্জেল কন্না হায়রকই, "শুপ্নগী ঐনা! নহাক্না? অচ্চা—"

মীৎনা কুপ্পদা দেবদাসকী মীৎ অনী মৈ হৌনা ঙাংলক্রে। খোঞ্জেল কন্থাননা হায়রকই, "পার্ব্বতী! ঐবু কাউথোক্লব্রা?"

অহানবদদি পার্ব্বতী হঙ্গানরকই; অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তা মপূক্লিং ফাথরগা তপ্না য়াকপা খোঙ্হোক্তা পাউখুম পীরকই, "কাউদে, কৈদৌবগী কাউগদগে? অঙাং ওইরিঙৈদগী নহাকপু উরক্লিবনি, ঙ্গান তারক্লবা ফাওবা কিজরক্লবনি— অদুনা নহাক ঐঙোন্দা কিহনবা লাক্লিব্রা? অদুবু ঐবুদি নহাক্ন খঙদব্রা?" অসি হায়রগা মহাক্না অকিবা লৈতনা মমায় থাঙ্গৎতুনা লেপ্তুনা লৈ।

অহানবদা দেবদাস বা ঙাংফম খঙখিদ্রে; মতুংদা হায়রকই, "মতম চুপ্নদা ঐবু কিরকই,— অতৈ করিসু নৎতবা?"

পার্ব্বতীনা অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "নত্তে, অতৈ করিসু নত্তে।"

"তশেংনা হায়রিব্রা?"

"হোয়, অশেংবনি হায়রিবসি। নঙোন্দা ঐনা থাজবা লৈতে। ঐনা মনাক্তা লৈরুগদৌরিবা মহাক অদু ঈনাক খুল্লি, মবুদ্ধি লৈ— তপ্নি, পূকচেল লেপ্নি। মহাক ধর্ম্ম চেপ্নি। ঐগী ইমা-ইপানা ঐগী য়াইফনবা খনবিরিবনি; অদুনা মখোয়না নহাক্কী মতৌগুম্বা ঙ্গান য়াওদবা পূকচেল লেপ্তবা লমকোৎ-লমহাইনা মীগী খুৎতা ঐবু করিগুম্বা মওংদসু থাজরোই। নহাক লম্বী থাদোকউ।"

অমুক্তি দেবদাস হাইফেৎ খঞ্জানরকই, অমুক্তি লম্বী থাদোকদবগী তৌবগুম্মী, অদুবু থংনবা মীৎকুপমক্তদা খোঙফম চেৎনা মমায় থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "অদুক নাপল তৌবা।"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "তৌরোইদৌরিবা করিগীনো? নঙনা ঙম্নবা ঐদি ঙম্রোইদ্রা? নহাক নশক্তি ফজে, নগুণ য়াওদে— ঐদি শকসু ফজে, গুণসু লৈ। নখোয় ঈনাক খুম্নি, অদুবু ঐখোয়গী বাবাসু ভিক্ষা নিবা কোইচৎ চৎতে। অদুদা নৎতনা, নুমিৎ নিনিগী মতুংদদি ঐ ইশামকসু নখোয়দগী করিগুম্বা শরুক অমতদা হন্না লৈরগদবা নত্তে, মদু নহাক খঙদ্রা?"

দেবদাস চঙক্লম্রে।

পার্ব্বতীনা অমুক মথা তাথরকই, "ঐগী মাংননবা তৌগনি হায়না নহাক্লা খঞ্জবা শারি। য়াম্না নৎত্রবসু খঞ্জদি তৌবা য়াই, মদু ঐ খঙই। ফরে, মদু তৌজো, ঐগী লম্বী থাদোকউ।"

দেবদাসনা মবুদ্ধি ফকচিল্লক্তুনা হায়রকই, "মাংননবা কমদৌনা তৌগদগে?"

পার্ব্বতীনা খুদক্তা হায়রকই, "তোকণ্ডা শন্দোক্তুনা। মদু শন্দোকচরুচো চৎলো।"

বা অসি তাবদা দেবদাসনা বক্লনা পাল্লবগী মতৌগুম য়েংদুনা লৈম্রে। মাগী চিন্দগী শুপ্নগী মসিদং থোরকই, "তোকণ্ডা শন্দোকদৌরিবা ঐনা!"

পার্ব্বতীনা হুগুম তমথীবা মীনোক্লা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, "চৎথ্রো, অরোইবা পুংফমসিদা ঐগী মিংদা কলঙ্ক অমা শন্দোকচরুচো; অহিং অদুদা নহাক্কী নাক্তা ঐ ইতোমদা লাক্লম্মী হায়বা ৱাফমসি মায়কৈ মরিদা শন্দোকচরুচো। থম্মোয়নুংদু ফনা য়াম্না ঈংগনি।" অসি হায়রগা থবায় চাক্লকপনা শাউবনা পার্ব্বতীগী চিনবান থক থক নিক্লম্লগা লেপখ্রে।

অদুবু দেবদাসকী থম্মোয়নুংদু শাউবনা ঈকাইবা নংবনা লম্মৈ চাকপগুম তমথীরক্রে। মহাক্লা খোঞ্জেল য়াক্লা হায়রকই, "ওইদবা বদনাম শন্দোক্লগা থম্মোয় ঈংগদ্রা ঐ?" অদুগা থংনবা মীৎকুপমক্তদা মহাক্লা নোয় নোয় লাওবা খোইজে অদু উরুক্ল লৈদুনা তমথীবা খোম্থোক্তা হায়রকই, "তাও পার্ব্বতী, অদুক হাক্লা নশক ফজবদু অফবা নত্তে। নাপল য়াম্না কারে।" হায়রগা খোঞ্জেল নেমথনা হায়রকই, "উদব্রা, থাজগী শক অদুক হাক্লা ফজে হায়দুনা মদুদা কলঙ্কগী অমুবা দাগ পক্লি; থম্বাল অদুক হাক্লা তৌই হায়দুনা অমুবা খোইমু তোংলিবনি। লাও, নঙগী মায়দসু কলঙ্কগী দাগ থমগে।"

দেবদাসকী খাঙবা ঙম্বগী ঙমখৈ লাম্থোকখ্রবনি। মহাক্লা খুৎপায় চেৎনা পায়দুনা খোইজেদু কম্না উরুক্ল লৈরগা শাফু কম্না পার্ব্বতীগী কোক তম্না কম্থ্রে; মদুগা লোয়ননা লায়বক্তগীনা ওয়থংবা পীগুম মখা ফাওবা উনশা তৎখ্রে। মীৎনা কুপ্পদা মমায় অপুম্বা ঈনা পুমঙাং ঙাংখ্রে।

পার্ব্বতীনা লৈবাক্তা কুম্থরগা হায়রকই, "দেবদা, করিনো তৌরিবসে।"

দেবদাসনা খোইজেদু মতেক মতেক থুদেক্তুনা ঈশিংদা লংথ-লংথনা পাউখুম পীরকই,

"থোইদোকপা করিসু নত্তে, ইচম চম্না খজিক্তং তৎপনি।"

পার্ব্বতীনা থম্মোয় পুণ্ডমদবা খোঙ্হোক্তা কপখৎলক্রে— "ওঃ ওঃ, দেবদা!"

দেবদাসনা মশাগী অপাবা ফুরিৎতু মচেৎ অমা শেগায়দুনা ঈশিং চোৎহল্লগা পার্ব্বতীগী লায়রকতা পুন্না পুন্না হায়রকই, "করিগী কিরি পারু! অশোকপা অসিদি থুনা তাইশিনখিগনি— দাগতনি লৈহৌগদৌবা। কনাগুম্বনা করিগুম্বা মতমদা বাফম অসি হংলক্রবদি মীনম্বা বা ঙাংউ; মদু নৎত্রগনা, অশেংবা হায়দোক্তুনা নশাগী কলঙ্ক নশানা ফোঙদোকচৌ।"

"ওঃ ওঃ— ইমা-ও!"

"অচ্চা, অদুম্না তৌবা হৌনদে পারু। অরোইবা বিদায়গী নুমিৎতা শুপ্নগী মসিদং পূক্নিংদা কাউদনবগী মশক ওইনা খুদম থনম্নবনি। অসিগুম্বা সনা অহিংবা কুচুগী মায়থোংদু নুংশেলদা মরক মরক্তা উদি উরগনি।" হায়রম্নগা পাউখুমগীদমক ঙাইরমদনা চৎখিগদবগী তৌরকই।

পার্ব্বতীনা থম্মোয় পুণ্ডমদনা কপ্তুনা হায়রকই, "দেবদাদা-ও—"

দেবদাস হঙ্গিল্লক্রে। মীৎলুদা পিরাং ঈরিক অমা থাংই।

য়াম্না নুংশি-চানবিনা ফাজিল্লবা খোঙ্হোক্তা হায়রকই, "করিগীনোনে পারু?"

"কনাদসু হায়দোকপিগনুকো।"

দেবদাসনা মীৎকুপ্তা লুকথদুনা পার্ব্বতীগী শম মথক্তা চিনবান্না শোক্রগা হায়রকই, "অচ্চা— নহাকপু মীতোপ্পনে পারু? নহাকপু নিংশিংদ্রব্রা, লম হেল্লবদি অঙাং ওইরিঙৈদা নহাক্কী নাদু কয়ারক লৈপ্লবনি।"

"দেবদাদা— ঙাকপিয়ু ঐবু।"

"মদু নহাক্না হায়নগদবা নত্তে ইবেম্মা। তশেংনমক পারু, ঐবু পূমকাউ কাউখ্রব্রা? কৈদৌঙৈবু নঙোন্দা শাউখ্রবগে? কৈদৌঙৈ ঙাকপিখিদবগে?"

"দেবদাদা—"

"পার্ব্বতী, নহাক্না খঙলিবদুনি— ঐদি বা য়াম্না ঙাংবা হৈতে। য়াম্না খম্থ-খোৎথরগা থবক তৌবসু ঙমদে। পূক্নিংদা নিংলক-নিংলকপদু তৌই।" হায়রগা দেবদাসনা পার্ব্বতীগী কোক্তা মখুৎনা শোক্তুনা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা হায়রকই, "নহাক্না তৌরিবসিমক ফরবনি। ঐগী নাক্তদি নহাক নুংঙাইবা ফংলোই; অদুবু নহাক্কী দেবদাস অসিদি অমাং-অতা লৈতবা স্বর্গদা বাস তৌরমগদবনি।"

মতম অসিদা পল্লিগী অতোপ্পা মায়কৈদা কনা কনানো লাক্রি। পার্ব্বতী তপ্না তপ্না ঈশিংদা কুমথখ্রে। দেবদাস চৎখ্রে। পার্ব্বতীনা ময়ুমদা হল্লকপা মতম অদু নুমিৎ তারে। মবোক্না উবমক্তদা হায়রকই, "পারু, পুখ্রী তৌরগা ঈশিং শোক্রকপ্রনে ইবেম্মা?"

অদুবু মাগী বাদু মচিন্দা অদুম লৈগ্রে। পার্ব্বতীগী মায়দা য়েংলুবমক্তদা লাউ-খোংলকই, "হো ইমা-ও! মাং-তাকপগী মশক অসি কমদৌনা খোকথ্রিবনো?"

অশোকপা মফম অদুদগী মতম অদুদসু ঈ শিন্থরি; ফি মচেৎ অদু চাউরাক্লা পূমঙাং ঙাংলে। কপ্পুনা হায়রকই, "মাংজরেদনা ইবেম্মা! নঙ লুহোংগদৌরিবনিনে পারু!"

পার্ব্বতীনা ইতপ তপথবা মওংদা কোলদু থাংথদুনা থমগ্রে। মমানা চঙলক্লগা কপ্পুনা হায়রকই, "মাং-তাকপগী মশক অসি কমদৌদুনা তৌরক্লিবনো, পারু!"

পার্ব্বতীনা অচম্বা মওংদা হায়রকই, "ঘাটতা খোঙ শিৎতুনা তুরুরে। চেক্তা য়েশিন্দুনা লায়বক হুবাথিবনি।"

মদুগী তুংদা ময়াম চঙদুনা হিদাক-লাংথক তৌই। দেবদাসনা অচুম্বা বামক হায়খিবনি—থিনা শোকপা নত্তে। নুমিৎ মরি-মঙানিদা শৎ কংশিনখি। অমুক্তা নুমিৎ নিপালনি-তরানি হৌখ্রে। অদুগী তুংদা শ্রীযুক্ত ভুবনমোহন চৌধুরী বরগী ফিজেৎ-লৈতেংদুনা লুহোংবা লাকই। থৌদোক অদুদা থোইদোক-হেন্দোকপা অদুগুম্বা য়াওদে। ভুবনবাবু অপঙবা মীশক নত্তে,— মীয়ায় চম্লগা অমুক হন্না লুহোংবা লাকপদা অঙাং শারুবা অফবনি হায়না খন্দে।

বরগী চহী মতাং নিফুদগী তাবা নৎত্রে,— খরমখৈ মথক ওইরবনি; কুচু ঙৌই, মশা নোয়তক-লাক্তক তৌনা মশা খিংবা মওংগী হকচাংনি। কোয় অমুবগা অঙৌবগা য়ান্নরে, চিরায় খরা তাংলে। বরদু উবদা কনানা নোকই, কনানা তুমিন্না লৈ। ভুবনবাবু ঈংন-চীংলেম্বা মায়থোংদা খরমখৈ মরাল লৈবগী মতাগুম ছাঁদ মথক্তা কাখৎতুনা লেপ্পরে। না লৈবনচিংবা চৎনবীগী মীওৎ-মীনৈ উপদ্রব পাংথোকখিদ্রে। য়াইফ-মীৎয়েং মতমদা পার্ব্বতীনা খানা য়েংদুনা লৈ। চিনবান মতায়দা নোকফেৎ তৌবগী মমি তাই,— ভুবনবাবু অঙাংগী মতৌগুম মীৎয়েং হন্থনা লৈ। লৈকাইগী লৈশাবী মচাশিংনা থিক থিক নোকথোরকই। চক্রবর্তী মহাশয় নোমজেন চেন্দুনা থুংনবা চৎতুনা লৈ। চহী য়াম্লবা মমহাকনুপাগী মতাংদা মহাক খরমখৈ মথৌ চিন্নি। জমিদার নারায়ণ মুখুয্যেনা ঙসি নুপীময়ুমগী থৌবুরেন ওইরি। হৈ-শিংবা মীনি। করিগুম্বা কাংলুপ অমতদা করিগুম্বা মায়কৈ অমতদা অশোয়-অঙাম থোক্তে। য়াইফ-থৌরম অপন-অয়াক য়াওদনা পাংথোকথ্রে।

থংনবা নুমিৎকী অয়ুক্তা চৌধুরী মহাশয়না লিক-কোল হাপ্লা বোক্স অমা পুথোরক্তুনা শিন্নখ্রে। পার্ব্বতীগী মশা অপুম্বদু পুন্নমক অদুনা পুন্নং লংখৎহনখ্রে। মমানা উবদা ফিজিনা মপী তৈথোকচরকই। মনাক্তা জমিদারগী য়ুম্বুরেনবী লেপ্পুনা লৈরম্মী,— মহাক্লা নুংশিবিবগা লোয়ননা চৈহৎতুনা হায়রকই, "ঙসি মীৎতগী পী তাহন্দুনা নশানা অমঙ্গল কৌশিল্লগনু ইচে।"

সন্ধ্যা মমাঙ খরা ওইনা মনোরমানা পার্ব্বতীবু অচিকপা কা অমদা চিংদুনা পুশিল্লগা

আশীর্ব্বাদ তৌরকই— "থোক্লিবা অসি ফরবমক্লি। হৌজিক্তগী উরক্লগনি— য়াম্না নুংঙাইনা পাম্লুগনি।"

পার্ব্বতীনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "মদুবুদি ওইরগনি। যমগা ভরাং পরিচয় খরমখে লৈনখ্রেদনা।"

"মদুবু করি বানো?"

"মতম লাক্লগা পুন্নমক উরক্কনি।"

মনোরমানা মতম অদুদা অতোপ্পা বাফম হৌদোরকই; হায়রকই, "দেবদাসপু কৌহল্লুরগা সনাগী প্রতিমা অসি অমুক্তং মশক উৎপা পামজরম্বনি।"

পার্ব্বতী মঙফাওনবগুমখ্রে। "ঙমগদ্রনে ইচে? অমুক্তা কৌহল্লুবা য়ারোইদ্রা?"

খোঞ্জেলদু তাবদা মনোরমা মতু চুংখ্রে,— "করিগীনো পারু!"

পার্ব্বতীনা মখুৎতা শিরিবা খুজি লৈ লৈদুনা বাখল অমদা তাউবগী মওংদা হায়রকই, "খুয়া-উফুল কোক্তা অমুক্তা হাপচগে— ঙসি চৎলগদবনিদনা!"

মনোরমানা পার্ব্বতীবু মথাদা চিংশিল্লগা মখোয় অনী পেন্না কপমিন্নরকই। সন্ধ্যা ওইখ্রে, কা মন্নে— মবোক্লা থোঙ হাংদোক্লগা মপালদগী হায়রকই, "হো পারু, হো মনো, নখোয় মপালদা থোরক্লো ইবেম্মা!"

অহিং অদুমক্তদা পার্ব্বতী মপুরোইবগী য়ুমদা চৎখ্রে।

## মাপল

অদুগা দেবদাসতি? অহিং অদুমক মহাক কোলিকাতাগী ইডেন কার্ডেনগী বেঞ্চ অমদা ফমদুনা লেপ্লম্মী। মহাক মপূক্লিং য়াম্না নুংঙাইখ্রে, মৈচাক্লা থম্মোয় কায়রে, মদুদি নত্তে। করিনো মওং অমদা পৎথরকপা হৈনিংলক্তবা অমনা তপ্না তপ্না থম্মোয়নুংদা অসুম অসুম ওমখৎলক্রে। মঙদা হকচাংগী করিগুম্বা কয়াৎ অমা ইখঙ খঙহৌদনা শিথখিবদা মীৎকপ থোরক্লগা মফম অদুদা করি তৌববগে হায়বা থিবা ফংদে, অমসুং চঙক্লরবা নুংবংনরবা থম্মোয় মীৎকুপ্তা তৌফম খঙলক্তে, করিগীনো মহাক্লা পোকপদগী লোয়নরক্লিবা থাজনিংঙাই ওইরবা হকচাং-কয়াৎ অদু মহাক্লা কৌবদা খুন্নক্ত্রিবা; অদুগী তুংদা তপ্না তপ্না জ্ঞান তারকই, মহাক অমুক মহাক মশাগী নৎত্রে হায়বা; দেবদাসনা মতৌ অসুম্না তপ্না তপ্না অহিং চুপ্পা চঙনা খঙননবা হোৎনজরকই, মতম্না সংসারবু ইখঙ খঙহৌদনা পঙথহনখিদুনা মহাক্কা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা কায়নহনবিখ্রে। হৌজিক মহাক্কী মথক্তা অরেম্বদা শাউরুদুনা বারৌরুদুনা অমুক করিসু কান্নররোই। চপ চানা হক্কী বাফমসু খল্লুবমক লানগ্মনি। মতম অদু নুমিৎ থোরক্রে। দেবদাসনা হৌগৎতুনা লেপ্লগা খল্লকই, কদায়দা চৎসিগে। মহাক্কী কোলিকাতাগী

লৈফমদু খঙনিং নিংশিংলক্রে। মফম অদুদা চুনিলাল লৈ। দেবদাসনা চৎলকই। লম্বীদা অনীরক খুদি থিজিল্লি, তৎতুনা খোঙবী ঈহিং-নাহিং শারে— উপথুনা মী অমগী মথক্তা তুশিল্লুই,— মহাক্না য়ুঙাওবনি খন্দুনা ইল্লোরকই। অসুম তৌনা কোইচৎ চৎলুরগা নুমিং তারমদায়দা বোর্ডিংগী থোঙজিন্দা চঙলক্লুনা লেপ্লরে। চুনিবাবু মতম অদুদা ফিজেৎ-লৈতেংদুনা মপালদা কোইথোকপা থোরকই। —"এঃ করিনো, দেবদাসনিনা!"

দেবদাসনা তুমিল্লা য়েংদুনা লৈ।

"করম-কালদা লাকপগে? মায়থোং ইমক মকশিল্লি, ঈরু-মাইথজবা চাব-থকপা তৌদ্রিমাপ্লে— মদু করিনো— করিনো?"

দেবদাস লম্বী ময়ায়দা ফমথগ্রে, চুনিলালনা মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলগা মনুংদা পুশিনখ্রে। মশাগী ফমুংদা ফমহল্লগা তপ্না ঈংনা হংলকই, "করি তৌরবগে দেবদাস?"

"ঙরাং য়ুমদগী লাকপনি।"

"ঙরাং? নুমিৎ চুপ্পা মদু ওইরবদি কদায়দা লৈরুবগে? অহিংনা কদায়দা লেকউবগে?"

"ইডেন-গার্ডেন্দা।"

"ঙাওরব্রনে! করি তৌরবগে, তম্মু তাসি!"

"তারগা করি কান্নগদগে?"

"তম্মনু, হৌজিক চাথোক-থক্তোকখো। নহাক্কী পোৎ-চৌদি কদায়?"

"করিমতা পুরক্তে।"

"মদু ফরে, হৌজিক চাথোক্লরো।"

মতম অদুদা নমদুনা চুনিলালনা করিনো খরা পীজরগা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈননবা য়াথং পীরম্লগা থোঙ থিংনা থিংনা হায়রকই, "ঙাইহাক্তা তুম্ননবা হোৎনৌ, ঐ অহিংদা হল্লক্লগা নহাকপু হৌদোক্লগনি।" হায়রগা মহাক মতমদুগী ওইনা চৎখ্রে। অহিং পুং তরাগী মনুংদা মহাক্না হল্লকপদা উরে, দেবদাস মহাক্কী ফমুংদা ইশি শিনা তুম্নি। হৌদোক্লদনা মহাক কম্বল অমা চিংথোক্লগা মখাদা ফক থাদুনা হিপখ্রে। অহিং চুপ্পা দেবদাস মীৎকপ থোক্তে, নোংঙাল্লবদসু মীৎকপ থোক্তে, অয়ুক পুং তরা তাবা মতমদা মহাক্না হৌগৎতুনা ফম্লগা হায়রকই, "চুনিবাবু, করম-কালদা লাকপগে?"

"য়ৌরকপদা ঙাইরি।"

"অদু ওইরবদি নঙোন্দা করিগুম্বা খুদোংচাদবা অমতা থোক্তেদনা?"

"করিমতা থোক্তে।"

দেবদাসনা মাগী মায়থোংদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা হায়রকই, "চুনিবাবু, ঐগী করিসু লৈতে, নহাক্না ঐবু য়োকপি-থাকপিগদ্রা?"

চুনিলাল নোকথোরক্লে। মহাক খঙই, দেবদাসকী মপা য়াম্না ঈনাকখুনবা মীশক্তি হায়বা। অদুনা নোক্নুনা হায়রকই, "ঐনা য়োক-থাকদৌরিবা! নুংঙাইবা বানি। নহাক্না লৈনিংবমখে লৈয়ু, করিসু খল্লুনিংঙাই লৈতে।"

"চুনিবাবু, নহাক্কী শেম্থোক কয়ানো?"

"ভাই, ঐগী শেম্থোক্তি খরখক্তনি। য়ুমদা বিষয়-সম্পত্তি খরা লৈ, দাদাদা শিন্নথোক্লন্নগা মফম অসিদা বাস' তৌরিবনি। মহাক্না থা খুদিংগী লুপা হুম্ফু তরাগী হিসাবতা থাবিরকই। মসিনা নঙ-ঐগীদি কোন্না চৎনবা য়াগনি।"

"নহাক য়ুমদা চৎত্রিবা করিগীনো?"

চুনিলালনা নোকফেৎ তৌনা মমায় লৈশিল্লক্লগা হায়রকই, "মদু বা য়াম্না য়াম্মী।"

দেবদাসনা অমুক হন্না করিসু হংলুদ্রে। চান-থক্লবগী মখোয়বু কৌররে। অদুগী তুংদা মখোয় অনী চাব-থকপা লোইরগা অমুক হন্না কাদা ফম্লরবদা চুনিলালনা হায়রকই, "দেবদাস, বাবাগা খৎনরক্লব্রা?"

"খৎনদে।"

"অতৈ কনাগা?"

দেবদাসনা অদুম্না অদুম পাউখুম পীরকই, "খৎনদে।"

অদুগী তুংদা চুনিলালনা অতোপ্পা বাফম অমা খঙনিং নিংশিংলক্লে। হায়রকই, "উহো, নহাক হৌজিক ফাওবা লুহোংদ্রিবনিদনা!"

মতম অসিদা দেবদাস অতোপ্পা মায়কৈদা ওম্থোক্নুনা হিপ্পুনা লৈ। ঙাইহাক্কী মতুং মক্তদা চুনিলালনা উরক্লে, দেবদাস তুমথখ্রে। মতৌ অসুন্না তুমদুনদা অমুকসু নুমিৎ নিনি হৌখ্রে। হন্নি শুবগী অয়ুক্তা দেবদাস মশা খিংনা হৌগৎতুনা ফম্মী। মায়থোংদা তারম্বা অমুবা মমিদু ফনা য়াম্না কোকখ্রবগুম তৌরে। চুনিলালনা হায়রকই, "ঙসিবু হকচাং কমদৌবগে?"

"য়াম্না নুংঙাইবগুম তৌই। ফরে চুনিবাবু, অহিংদা নহাক কদায়দা চৎপগে?"

ঙসিদি চুনিলাল ঈকাইবা পোক্লে; হায়রকই, "হোয়, মদু চৎলি হায়বা য়াই, অদুবু বাফম অদু করিগীনো?— ফরে,— নহাক কলেজদা অমুক চৎত্রিবা করিগীনো?"

"চৎত্রে— লাইরিক তম্বা তোক্লে।"

চুনিলাল তুমিন্না লৈখ্রে। দেবদাসনা অমুক তপ্পা হংলকই, "কদায়দা চৎলিবনো হায়দোক্লরোইদ্রা? নঙগী তুং ইন্দুনা চৎকনি।"

চুনিলালনা দেবদাসকী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "খঙদ্রা দেবদাস, ঐনা চৎলিবসি অফবা মফমদা নত্তে।"

দেবদাসনা মপূক্নিংদা শোঙ্ক্ষবগুম হায়রকই, "অফবা নংত্রগা ফংতবা যারেমি। চুনিবাবু, ঐবু পুবিরোইদ্রা?"

"পুব্বুদি য়াই। অদুবু নহাক চংকনু।"

"নত্তে ঐ চংকনি। করিগুম্বা হৈনদ্রগনা অমুক হন্না চংতবা হায়বদুনি। অদুবু নহাক্না নুংঙাইবা, ফংবগী আশাদা নুংত্তিগী ঙাইঙমদনা লৈরি— ওইনিংবা ওইসনু চুনিবাবু, ঐ শোয়দনা চংকনি।"

চুনিবাবুনা মমায় লৈথোক্তুনা নোকফেংং তৌরকই; মপূক্নিংদা হায়জরকই, ঐগী দশা। মচিন্দা হায়রকই, "ফরে, চংথনিংলবদি চংলু।"

নুংথিলদা ধর্ম্মদাস পোং-চৈ পুদুনা থুংলরে। দেবদাসপু উবদা কপথোরক্রে। "দেব্‌তা, ঙসি হন্নি-মরিনিসি ইমা কপ্তুনদা—"

"করিগীনোনে?"

"করিমতা তাক্রমদনা খঙহৌদনা চথলিবা করিগীনো?" চিঠি অমা লৌথোক্তুনা মখুৎতা শিন্নরগা হায়রকই, "ইমাগী চিঠিনি।"

চুনিলালনা মনুংগী পাউ খঙননবগীদমক লাঙতক্লবা মওংদা য়েংদুনা লৈ। দেবদাসনা চিঠি পারগা খমথ্রে। মমানা য়ুমদা হন্লকউ হায়দুনা পীরকপা য়াথংনি অমসুং হায়জদুনা ইরকপা চিঠিনি। ইমুং হন্লগী মনুংদা মহাক্তদি দেবদাসনা ইখঙ খঙহৌদনা চেংমাং-মাংথিবগী মরম ভাবনা শাদুনা খঙজবা ঙম্লম্মী। ধর্ম্মদাসকী খুৎতা শিন্নদুনা লোম্না লুপা ময়াম অমা থাবিরকই। ধর্ম্মদাসনা মদু পুন্নমক মখুৎতা শিন্নরগা হায়রকই, "দেব্‌তা, য়ুমদা হন্লসি।"

"ঐ চংলোই। নহাক হনব্রো।"

নুমিদাংদা মরুপ অনী ফিজেৎ-লৈতেংদুনা মপালদা থোরক্লে। দেবদাসতি মসিগুম্বসিদা অদুক হাক্লা পামজবা লৈরমদে, অদুবু চুনিলালনা করিগুম্বা মওংদসু অচম্বা ফিজেৎতা মপালদা থোকহন্দে। অহিং পুং মাপল তাবদা ভাড়াগী গাড়ী অমা চীৎপুরগী মরোল অনীগী য়ুম অমগী মমাঙদা লাক্তুনা খান্নরে। চুনিলালনা দেবদাসকী খুৎ পায়দুনা মনুংদা চঙথ্রে; য়ুমগী মবেশ্মগী মিং চন্দ্রমুখী কৌই— মহাক্না থোরক্তুনা ওক্লরে। হন্দক্তি দেবদাসকী মশা 'পুম্বা হমাং কারক্রে। মহাক্তি নুমিৎ কয়ানিদগী মশা খঙজদনা নুপীগী হকচাংগী মমিবু ফাওবা হঙ্গোইরক্রবনি, মদু মশামক খঙজদে। চন্দ্রমুখীবু উবমক্তদা থম্মোয়নুংগী তুকচ্চবা শয়োম অমনা লম্মে চাকপগী মতৌগুম থম্মোয় 'পুম্বা মৈবায়রক্রে। চুনিলালগী মায়থোংদা য়েংদুনা পীগুম শুক্লা হায়রকই, "চুনিবাবু, মসিবু করম্বা লায়বক থিবা মফমদনো পুবক্রিবসি?"

মাগী অয়াকপা খোঞ্জেল অমসুং মীৎয়েং উবদা চন্দ্রমুখী অমসুং চুনিলাল মবানিমক তুফক-তুফাই চনখ্রে। থংনবা মীৎকুপমক্তদা চুনিলালনা মশাবু ফাথজরগা দেবদাসকী খুৎ নাম্মা পায়দুনা অথোৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "চৎসি চৎলো, মনুংদা চঙদুনা ফম্মুসি।"

দেবদাসনা অমুক করিঁসু হায়রক্তে— কা মনুংদা চঙলক্লগা মখাদা থারিবা মোম্পাক মথক্তা মায়থোং মকশিন্না মরু লুক্লা থন্নরে। চন্দ্রমুখী থোইনা লাপ্তনা ফন্নরে। মীনাইনুপীনা হিদাক হান্দুনা লুপা তোপ্পা হিদাকফু লানশিন্নরে— দেবদাসনা শোকপা ফাওবা শোক্লুদে। চুনিলাল মায়থোং লুক্লা তুমিন্না ফমদুনা লৈ। মীনাইনুপীনা করি তৌগদগে খনবদা লাম্বা ফংদ্রদুনা মমৈথংদা চন্দ্রমুখীগী খুৎমক্তদা হিদাকফুদু লানশিল্লন্নগা চৎখ্রে। মহাক্লা অনী-অহুন্নক চিংলকপা মতমদা অখাবা মীৎয়েংনা দেবদাসনা মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈরুরগা খঙহৌদনা কাহেম্না তুকচ্চবা মওংদা হায়রকই, "কয়াদা হৌন-খঙখিদ্রবা! অদুগা কয়াদা ফজদবা লীচৎ উৎলিবা!"

মসিগী মমাঙদা চন্দ্রমুখীদা কনানসু কৈদৌঙৈদসু করিগুম্বা নমহৎপা ঙম্নকখিদ্রিবনি। মঙোন্দা ঈকাইবা পীবা থোইদোক্লা অরুবা থবক্লি। অদুবু দেবদাসকী থম্মোয়নুংগী ওইবা তুকচ্চবগী চন্নবা অমদি কল্লবা ব্রা অদুনা মহাক্কী থম্মোয়দসু চৈথেং পীররে। ঙাইহাক্তি মহাকসু তৌফম খঙখিদ্রে। অদুবু, ঙাইহাক্কী তুংদা অমুক্কসু হন্না পোদোক পোদোক মখোল অনীরক থোরক্লে। অদুবু মদু য়াম্না কিথি-কিরুন্নবগুম্মী। মরুপ-মপাংশিংগী মরক্তা নিংঙাই-শংদানরক্তুনা খঙহৌদনা কান্নদবদা খৎনবা অমা থোকখ্রবদা ময়াম পুন্নমক তুমিন তুমিন নিংদোন পোম্নরকই অমসুং শাউনিংবনা থম্মোয়নুংদা কান্নদবদা ঙংদুনদা লৈ, মদুনিদনা! মতৌ অসুন্না মখোয় অহুম্মক্লা মপুক-মপুক্লিংদা হায়নরি, মদুনিনে! মসি কমদৌনা থোকখ্রিবনো! মওং কমদৌনবু ওইরবসু কনাসু নাম্থোকপা ফংদ্রে। চুনিলাল হিদাকফু থন্নগা মখাদা কুমথখ্রে, করি তৌগদগে হায়বা লাম্বা ফংদ্রদুনা ওইরম্বা য়াই,— মদুমক্লি। কাদা মখোয় অনীদা ফমদুনা লৈহৌরে। দেবদাসনা মমায় থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "নহাক শেল লৌব্রা?"

চন্দ্রমুখীনা পাক হেক পাউখুম পীবা ঙমদ্রে। ঙসি মহাক চহী কুনমরি শুরবীনি, চহী মাপল-তরা অসিগী মনুংদা মীওই মখল কয়াগা মহাক্লা নকশিন্নবা পরিচয় লৈখ্রবনি, অদুবু অসুক হাক্লা অঙকপা মীশক্তি মহাক্লা নোংমতসু উখিদ্রি। হাইফেৎ হঞ্জানরগা হায়রকই, "অদোমগী খুয়া-উফুল তাহনবিররবনিনা—"

দেবদাসনা ব্রাদু লোইশিনহন্দনা হায়রকই, "খুয়া-উফুল তাবগী ব্রা নত্তে। শেল লৌইদনা?"

"কৈদৌনা লৌদনি। মদু নৎত্রবদি ঐখোয়গীদি করিনা চৎনগদগে?"

"য়ারে, অদুক হাক্লা তানিংদে।" হায়রগা মহাক্লা পোকেটতা হমজিন্দুনা নোট অমা

লৌথোরকই অমসুং চন্দ্রমুখীগী খুৎতা পীরম্লগা চৎখিগদবগী তৌরকই— অমুক্তসু হন্না ফাওবা য়েংলমদে শেল কয়া পীরিবনো হায়বা।

চন্দ্রমুখীনা নোল্লুকপা মওংদা হায়রকই, "তাঞ্জা অসিদা চৎপিরগদ্রা?"

দেবদাস বা ঙাংদে— মাঙোলদা থোরক্তুনা লেপ্লরে।

চন্দ্রমুখীনা অমুত্তি পাল্লকই, শেল অদু হন্দোকখিবা; অদুবু কমদৌননো কাহল্লো চিংনবা অমগী ময়াইদা ঙমখিদ্রে, মহাক্না খরমখৈ কিরিবসু য়াই। মদুদা নৎতনা তুহৎপিবা খোঙ্গাওনবিবা অমদি ঈকাইবা নংবা কয়া কয়া খাংবগী হৈনবী মখোয়গী লৈ হায়দুনা নুংবংননা স্বর থিংবগুম থোঙবাদা পায়দুনা লেপ্তুনা লৈপ্রে। দেবদাস সিঁড়ি কুমথদুনা মখাদা চৎখ্রে।

সিঁড়ি মচিনমক্তদা চুনিলালগা থেংনরে। মহাক্না ঙক্তুনা হায়রকই, "কদায়দা চৎলিবনো দেবদাস?"

"বোর্ডিংদা চৎলবনি।"

"মদুবু করি বানোনে!"

দেবদাসনা অমুক্কসু সিঁড়ি থাক অনী-অহুম কুমথরক্লে চুনিলালনা হায়রকই, "চৎলসি, ঐসু চৎলগে।"

দেবদাসনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা মখুৎ পায়দুনা হায়রকই, "চৎলসি।"

"ঙাইহাক্তা ঙাইরমখো, মথক্তা অমুক্তা কারুখিগে।"

"নত্তে, ঐ চৎলম্লগে, নঙ কোম্না লাকও—" হায়রম্লগা দেবদাস চৎখ্রে।

চুনিলালনা মথক্তা কারকপদা উরে, চন্দ্রমুখী মতম অদু ফাওবা মওং অদুম্না অদুম থোঙবা পায়দুনা লেপ্তুনা লৈরম্বা।

মহাকপু উবদা হায়রকই, "মরুপ চৎখ্রব্রা?"

"হোয়।"

চন্দ্রমুখীনা মখুৎতা পায়রিবা নোটতু উৎতুনা হায়রকই, "মসি য়েংউ। অদুবু ফগনি খল্লবদি পুখো, নহাক্কী মরুপ্তুদা হন্দোকপিরু।"

চুনিলালনা হায়রকই, "মহাক্না পীনিংদুনা পীরম্লবনি, ঐনা অমুক হন্দোক্লগদৌবিবা করিগীনো?"

অসুক কুইরবগী তুংদা চন্দ্রমুখী নোকফেৎ তৌবগুম্বী; অদুবু মীনোক অসিদা হরাওবা চেন্দে। হায়রকই, "পীনিংদুনা পীরম্বা নত্তে, ঐখোয়না শেল লৌই হায়দুনা শাউদুনা পীরম্লগা চৎখিবনি। হোয় চুনিবাবু, নুপাদুবু ঙাওব্রা?"

"শুপঙাও ঙাওদে। অদুদি ওইরগা নুমিৎ খরনিদগী মহাক মপুক্লিং ইনুং নুংঙাইতবগুম তৌই।"

"মপূক্লিং নুংঙাইত্রিবা করিগীনো— খরা খঙ-লাকপ্রা?"

"মদু খঙদে। ময়ুমদা করিগুম্বা খরা থোক্লম্বা য়াই।"

"অদুদি মফম অসিদা পুরক্লিবা করিগীনো?"

"ঐদি পুরকপা পামদবনি। মহাক মশানা নমদুনা লাকচবনি।"

চন্দ্রমুখী হন্দক্তি তশেংনা চঙক্লম্লে। হায়রকই, "মশানা নমদুনা লাকচরিবা পুন্নমক খঙনা খঙনা।"

চুনিলালনা হাইফেৎ খল্লগা হায়রকই, "মদু কৈদৌনা নৎতনি। পুন্নমক খঙলিবনি। ঐনা থেমদুনা পুরকপা নত্তে।"

চন্দ্রমুখীনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈদুনা করিনো খল্লগা হায়রকই, "চুনি! ঐগী কান্নবা থবক অমত্তা তৌবিগেরা?"

"করিনো?"

"নহাক্কী মরুপ্তু কদায়দা লৈবগে?"

"ঐগী নাত্তা।"

"মাবু নোংমা অমুক পুরকপা ঙমগদ্রা?"

"মদু ঙমগনি নীংদে। মসিগী মমাঙদা কৈদৌনুংদসু মহাক অসিগুম্বা মফম অসিদা খক লাকখিদ্রি; মতুংদসু অমুক হন্না লাক্কদবা মান্দে। অদুবু, করিগীনো হায়য়ু তাসি?"

চন্দ্রমুখীনা থম্মোয় পুঙমদবা মীনোক্লা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "চুনি, করিগুম্বা মওংদবু ওইরবসু থেমদুনা মাবু অমুক্তং পুরকউ।"

চুনি নোক্লক্লে; মীৎতা তৌদুনা হায়রকই, "ফিজেৎ-লৈতেং উবদা নুংশিবা পোক্লম্লবনে?"

চন্দ্রমুখীসু নোক্লকই, হায়রকই, "ইশক য়েংদনা নোট পীরম্বনি— মসি খঙবিদব্রা?"

চুনিনা চন্দ্রমুখীবু মুন্না খঙজবা ঙম্লবনি। মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে-নত্তে, শেলগী মীনা তোংঙানবনি— মদু নঙদি নত্তে। অদুবু অশেংবা বাদু হায়দোকউদনা?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "তশেংনা মায়া খরমখৈ পোকই।"

চুনিনা থাজবা ঙমদ্রে; নোক্তুনা হায়রকই, "মিনিট মঙাদুগী মনুংদা?"

হন্দক্তি চন্দ্রমুখীসু নোকথোরক্লে। হায়রকই, "মদু ওইজসনু। মপূক্লিং নুংঙাইরক্লবা মতমদা নোংমা অমুক পুরকউ— অমুক্তগা উনিংই। পুরক্কনিদনা?"

"কনানা খঙগনি!"

"ঐবু হাৎপা পাপ পুজনি।"

"ফরে— য়েংলক্কে।"

পার্ব্বতীনা লাকপদা উরে, মহাক্কী মপুরোইবগী য়ুম য়াম্না চাউ-শাংই। সাহেবকী ওইবা অনৌবা ফেশন্দা নত্তে, থাইনগী মতম অদুগী মওংগীনি। মপালগী শঙলেন, মনুং শঙলেন, পূজাগী দালান, নটমন্দির, অতিথিশালা, ওফিস ওইনরিবা য়ুম, ফৌগে-লনগে, মীনাই নুপা-নুপী কয়া কয়া— পার্ব্বতী চঙক্লগ্রে। মহাক্লা তাখি, মহাক্কী মপুরোইবা অচৌবা মীনি, জমিদারনি। অদুবু অসুক হাক্লদি খল্লুদে। অবাৎপদি শুপ্নগী মীদনি। মরি-মতা, ঙাই-শেল কনাসু থোইনা লৈতে হায়বা য়াই। অদুক চাউবা মনুংগী শঙলেন্দু মী লৈতে। পার্ব্বতী লুহোংবদা ঙাইরিবনি, অদুবু তশেংনা য়ুম্বুরেনবী ওইগ্রে। ওকপিদুনা পুশিনবিনবা অহল ওইরবী মনে অমা লৈ। মহাক নৎতনা অতৈদি মীনাই নুপা-নুপীগী কাংবুমক্তনি।

সন্ধ্যা মমাঙদা চুং-ফিরাল চারবা মশক ফজবা চহী কুনগী পাখং অমনা চঙলক্লুনা খুরুম্লগা লাপ্তক্লা লেপ্তুনা হায়রকই, "ইমা, ঐ নহাক্কী নচানুপা অহলনি।"

পার্ব্বতীনা মায়খুম মনুংদগী হাইফেৎতং লৈথোক্লুনা য়েংলকই, ৱা ঙাংদে।

পাখংদুনা অমুক্কা খুরুমদুনা হায়রকই, "ইমা, ঐ নহাক্কী নচানুপা অহলনি— খুরুমজরি।"

পার্ব্বতীগী চোল্লবা মায়খুম লায়বক ফাওবা হাইগৎলগা অমুক্তং ৱা ঙাংলকই। খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "চঙলকউ ইবুংঙো, চঙলকউ।"

মচানুপাদুগী মিং মহেন্দ্র কৌই। মহাক্লা ঙাইহাক পার্ব্বতীগী মায়থোংদা চঙক্লনা য়েংলকই; অদুগী তুংদা থোইনা লাপ্তুনা ফমথরগা নোল্লুকপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ঙসি চহী অনী ফারে ঐখোয়গী ইমা নোঙ্গাখিবা। চহী অনী অসি ঐখোয় ৱানা নুংঙাইতনা মতম লেপ্লকই। ঙসি নহাক লাকপিরে,— আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু ইমা, হন্দক্তি য়াইফনা লৈজবা ফংনবা।"

পার্ব্বতীনা থোইদোক্লা অচম্বা খোঙ্হোক্তা ৱা ঙাংলকই। করিগীনো হায়ববু তশেংনা য়ুম্বুরেনবী ওইবা তারবদি ৱা য়াম্না খঙজিনবা অমসুং ঙাংবগী মথৌ তাই। অদুবু ৱারী অসি অয়াম্বগী মফমদা খরমখৈ মহৌশাগা তায়োন্নবা তারম্বসু য়াই। অদুম ওইনমক পার্ব্বতীবু অমুক্কা খরা হেন্না খঙহন্নবা তাকপিরিবা মহাক্লদি উবা ফংবিগনি, ফিভমগী মখাপোল্লা অনৌবা শক্লোন লৌরিবা পার্ব্বতীবু মশাগী চহী মতাংদগী ফনা য়াম্না অহল ওইশিলহনগ্রে হায়বা। মদুদা নৎতনা অরেম্বদা ঈকাই-হঙ্গোইবা, মরম চাদনা ফুম্বংনবা— খঞ্জানবদি মত্তোন্দা করিগুম্বা নুমিৎতসু লৈরকখিদে। মহাক্লা হংলকই, "ঐগী অতৈ ইচা নুপা-নুপীশিংদি কদায়দা লৈবগে ইবুংঙো?"

মহেন্দ্রনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "হায়জগে। নহাক্কী মচানুপী অহল, ঐগী

ইচলনুপীদি মাগী নুপামযুমদা লৈ। ঐনা চিঠি ইখিবনি, অদুবু যশোদা করিগুম্বা মওংদসু লাকপা গুমখিদ্রে।"

পার্ব্বতী মথৱায় নুংঙাইত্রে; হংলকই, "লাকপা গুমদবনরা, নৎত্রগা লাক্লিংদদুনা লাক্লিব্রা?"

মহেন্দ্রনা ঈকাইরক্লদুনা হায়রকই, "তাংদাংবা খঙদে ইমা।"

অদুবু মহাক্কী ৱাঙাং অমদি মায়থোংগী মওংদা পার্ব্বতীনা ভাব তারে, যশোদা শাউদুনা লাক্তবনি; হায়রকই, "অদুগা ঐগী ইচানুপা অতোম্বদি?"

মহেন্দ্রনা হায়রকই, "মা য়াম্না থুনা লাক্লগনি। কোলকাতাদা লৈ, পরীক্ষা থারগা লাক্কনি।"

ভূবন চৌধুরী মশামক্লা জমিদারগী থবক-ইথ্বাং য়েংশিল্লি। মদুদা নৎতনা মখুৎমক্লা নুংতিগী শালগ্রাম শিলা পূজা তৌই, ব্রত-নিয়ম-উপবাস— লাইশঙ অমসুং অতিথিশালাদা সাধু-সন্ন্যাসীগা থম্ন-নৈনবা— থবক ময়াম অসিদা মহাক অয়ুক্তগী অহিংগী পুং তরা-তরামাথোই ফাওবা শংলমদে। নৌনা লুহোংই হায়বগী করিগুম্বা মখলগী অনৌবা হরাও-তয়াম্বা অমতা মদুদা চেনবা উদে। অহিংদা করিগুম্বা নুমিৎতা মনুংদা চঙলকই, করিগুম্বা নুমিৎতনা চঙলকপা শংলমদে। চঙলক্লবসু য়াম্না চম্বা ৱারী-ৱাতাই শারবদনি— ফমুংদা হিপথরগা নাকন্দগী মোন্দু চিংশিন্দুনা খাংলগা মমীৎ উইশিন্দুনা ইচং থৌনা হায়রম্মী, "অদুদা নঙমক্লা য়ুমগী মবেম্মা ওইরবনি, পূম্নমক নশানা য়েংশিন-খোৎচিন্দুনা থিজিন-হমজিন্দুনা য়েংউ—"

পার্ব্বতীনা মঙক নোমদুনা হায়রম্মী, "ফনি।"

ভূবন্না হায়রম্মী, "অদুগা য়েংঙোই, অদুনা ইচানুপা-নুপীশিংসি— হোয়, মখোয়সি নহাকমক্কীনি লোইনবা—"

মপুরোইবনা ঈকাইবা উবদা পার্ব্বতীগী মীৎলু নাপোমদা নোক্লিংবা পোমশাৎনরম্মী। মপুরোইবনা নোকফেৎ তৌনা অমুক হান্না হায়রম্মী, "হোয়, অদুগা মসি য়েংউ, মহেন অসি নঙগী নচানুপা অহলনি, মতমদুদা বি. এ. পাস তৌরবনি— অসুক ফবা ইচানুপা, অসুক দায়া-মায়া লৈবা— খঙদ্রা, খরা হেন্না লুনা-চান্না—"

পার্ব্বতীনা নোক্লিংবা খাংদুনা হায়রম্মী, "ঐ খঙই, মহাক ঐগী ইচানুপা অহল—"

"মদু কৈদৌনা খঙদনি। অসিগুম্বা নুপামচাদি কনানসু কৈদৌঙদসু উরম্লোই। ঐগী যশোমতী, নুপীমচা নত্তে— প্রতিমানি। মা কৈদৌনা লাক্তনি! হনুবা মপাবু য়েংল-থিরবা লাক্লোইদবা! মহাক লাক্লবদি মঙোন্দা—"

পার্ব্বতীনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা মকোক [illegible]ঙবদা থোৎ-নৌরবা মখুৎনা নান্দুনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রম্মী, "নহাক্লা খনবিরুনিংঙাই লৈতে। যশোবু লৌহল্লুনবা ঐনা মী

থাগনি— নথক্রগনা মহেন মশামক চৎহনগনি।"

"লৌহল্লুগদবনি! লৌহল্লুগদবনি! ওহোকপনি, মশক উরক্তবা মতম কুইরক্লে— নঙনা মী থাগদৌরিব্রা?"

"থাবা তাইদনা। ঐগী ইচানুপীনি, ঐনা লৌহল্লুনবা মী থারোইদবা।"

হনুবদু মতমদুদা মপূক্লিং চাউথৎলক্লদুনা হৌগৎতুনা ফল্লম্মী। মখোয় অনীগী মরিদু কাউথোকথিদুনা পার্ব্বতীগী কোক্তা মখুৎ থমদুনা আশীর্ব্বাদ তৌবিদুনা হায়রম্মী, "নঙগী য়াইফবা ওইগনি। ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি— নহাক নুংঙাইনা পাল্লু। ঈশ্বরনা নহাকপু পুক্নি নুংশাংহনবিসনু।"

অদুগী তুংদা হনুবগী পূক্লিংদা বাফম পূন্নমক খঙনিং নিংশিংলকপগুম্মী। অমুক ফমুংদা হিপথরগা মপী তৈথোক্তুনা মপূক্লিংদা হায়জরম্মী, ইচানুপী অহলনি, ইচানুপী অদুমতনি,— মহাক্না য়াম্না লুনা চান্না তৌরম্বনি—

মতম অসিদা অমুবগা অঙৌবগা য়াম্নরবা মকোয়দুগী ময়াদা পী মবিক অমা চেম্থরক্তুনা মোন্দা তারম্মী। পার্ব্বতীনা মপী তৈথোকপিরম্মী। করি করিগুম্বদনা তুমিন তুমিন হায়রম্মী, "কয়াদা নুংঙাইগদবা, মখোয় লোইনবা লাক্লবদি, অমুক হন্না য়ুম থনগনি— আঃ হান্নদি কয়াদা হরাও-তয়াম্বা য়ুম্বাল ওইরমগ্রবা! ইচানুপা অনী, ইচানুপী, য়ুম্বুরেনবী— পূন্নিল নিল্লম্মী— নুংতিগী দুর্গা পূজাগী কুম্মৈগুম্নম্মী। অদুগী তুংদা নোংমা পূন্নমক চুপ লুপখি। ইচানুপা অনীমক কোলকাতাদা চৎখি, যশোবু মাগী মকুবোক্লা পুখি। অদুগী তুংদদি অমম্বা মোংফম—"

মতম অসিদা কোয়গী নাকল অনীদা অতৎ-অখম নাইদনা পী চেম্থরকপা অমুক হৌরম্মী। পার্ব্বতীনা পেহৌ পেহৌ তৌনা তৈথোকপিরগা হায়রম্মী, "মহেন লুহোংবিদ্রিবা করিগীনো?"

হনুবনা হায়রম্মী, "আঃ, মদুদি ঐগী নুংঙাইবা নুমিৎ ওইগদৌরিবনি। মদুমক খল্লম্বনি, অদুবু খঙদ্রে মপূক্লিংদা করি খল্লিবনো, কয়াদা কন্না শিখাং খাংগ্রবা— করিগুম্বা মওংদসু লুহোংলোই হায়দুনা। অদুননি অহল ওইরবসিদা— য়ুমসে ইহাং হাংই, লক্ষ্মী চেন্দবা য়ুমগী মতৌগুম পূন্নমক মকশিল্লকই, হরাও-তয়াম্বা মচেৎ অমতা উবা ফংদে— মদুমক্লা— "

বাসি তাবদা পার্ব্বতী মথবায় নুংঙাইরমদে। পীরাং থাংবা খোম্থোক্তা নোকশিন্নদুনা মঙক হাইদুনা হায়রম্মী, "নহাক্না হনুরবদি ঐসু থুনা অহল ওইশিল্লক্লগনি। নুপী-নহানা অহল ওইশিনবদবু থোইনা থিম্বব্রা?"

ভুবন চৌধরীনা হৌগৎতুনা ফল্লগা মখুৎ নাম্বনা মহাক্কী খদাং পায়দুনা মনা-মনিল নাইদনা য়াম্না কুইনা য়েংদুনা লৈরম্মী। লাইশাবনা লৈতেংবিবা মতমদা মকোক্তা লুহুপ

উপ্পিরগা য়েংলোমদা অমুক ওয়রোম্বদা অমুক চেপথদুনা য়াম্না কুইনা য়েংদুনা লৈ, হাইফেৎ চাউথোকচে, অদুগা য়াম্না নুংশি-চানবিবনা ফজরবা মায়থোংদুগী নাক-য়েংতা পৈশিল্লকই, ভুবনবাবুনসু তশেংনা মদুন্নমক তৌরম্মী। করিগুম্বা নুমিৎতনা মহাক্কী পূক্লিংগী বা চিনবান থোকখি, "তৌরুরিবসি চুমদবনি—"

"চুমদবা করি তৌবিরুরবগে?"

"খল্লিবনি,— মফম অসিদা নহাকপু পুরকপসি মতিক চাদবনি।"

পার্ব্বতীনা নোকথোক্লগা হায়রম্মী, "য়াম্না লায়বক ফবনি! ঐখোয়গীবু অমুক মতিক চাব-চাদবা করিনো?"

হনুবনা হিপথরগা মপূক্লিংদা শোঞ্জবগুম হায়রম্মী, "মদু খঙই— মদু খঙই। অদুম ওইনমক, নহাক্কী য়াইফগনি। ঈশ্বরনা নহাকপু চানবিগনি।"

মতৌ অসুম তৌনা চাউরাক্লা থা অমরোম হৌখ্রে। মরক অদুদা অমুক্তি চক্রবর্ত্তী মহাশয়না মচানুপী লৌরবা লাক্লম্মী,— পার্ব্বতী মশানা চৎনিংদদুনা চৎখিদে। মপাদা হায়রম্মী, "বাবা, য়ুম্বালসি মনুং য়াম্না হোরি— মতম খরা লৈরগা লাক্লগে।"

মপানা লোন্না খোইরুম মোমোন তৌজরম্মী। মপূক্লিংদা হায়জরম্মী, নিঙোল হায়বসি অসিগুম্বা জাতনি হায়বা য়াই।

মহাক চৎথ্রবদা পার্ব্বতীনা মহেন্দ্রবু কৌশিল্লগা হায়রম্মী, "ইবুংঙো, ঐগী ইচানুপী অহলদু অমুক্তা লৌবিরুচো।"

মহন্দ্রে হঞ্জানরম্মী। যশোদা করিগুম্বা মওংদসু লাক্লোই হায়বা মহাক্লা খঙজরম্মী। হায়রম্মী, "বাবানা অমুক্তং চৎপিরুরবদি ফগদবনি।"

"অচ্চা! মদুবু ফজগদ্রা! মদুগী শরুকপুদি চৎসি, ঐখোয় ইমা-ইচা, ইচানুপী লৌবিরুসি।"

মহেন্দ্র চঙরুরম্মী— "নহাক চৎকদ্রা?"

"করি কায়বগে ইবুংঙো? ঐদি মদুদা ঈকাইদে; ঐনা চৎলুবদা যশোদা করিগুম্বা লাক্লবা— করিগুম্বা শাউবা নেমথরবা, ঐনা চৎপবু অদুক হাক্লা লুবা থবক্লনে!"

মরম অদুনা মহেন্দ্র থংনবা নুমিৎতা মতোমদা যশোদাবু লৌরুনবা চৎখি। মফম অদুদা মহাক্লা করি লৌশিং তৌরকখিবগে খঙদে, অদুবু নুমিৎ মরিনিগী তুংদা যশোদা লাক্লুনা থুংলে। নুমিৎ অদুদা পার্ব্বতী মখল মখলগী লিক-কোলনা লৈতেংলম্মী; মদু নুমিৎ অদুদা ভুবনবাবুনা কোলিকাতাদগী লৌহল্লুবনি, পার্ব্বতীনা ঙসি মদুমক্লা লৈতেংজরিবনি।

লাকপা লম্বীদা যশোদানা শাউবা অমদি বারৌবনা মপূক্লিংগী বা কয়া ঙাং-শক্লকখিবনি। মৌ অনৌবী উবদা মহাক তশেংনা চঙক্লখ্রে। য়েংথিবগী বাফম 'পূম্বা মাগী থম্মোয়দা নিংশিংখিদ্রে। শেংকাৎতবা খোঙ্গোক্তা অসুন্নদা হায়রকই, "মসি!"

পার্ব্বতীনা যশোদাবু মখূৎ পায়দুনা কাদা পুশিল্লক্লে। পার্ব্বতীনা মহাকপু মনাক্তা ফমহল্লগা হুমাই পায়দুনা হায়রকই, “ইবেম্মা, মচানবু মমাদা শাউবা হৌনব্রা?”

যশোদাগী মায়থোং ঈকাইবনা ঙাংখ্রে। পার্ব্বতীনা মতম অদুদা লিক-কোল পুম্নমক লৌথোক্লগা যশোদাদা শিজিনবিরকই। চঙক্লরবী যশোদানা হায়রকই, “মসি করিনো?”

“করিসু নত্তে। শুপ্নগী তোল্লবী নমা ঐগী পামজবনি।”

লিক শিবিবদা য়ানিংদনা থোক্তে অমসুং শিবিবা লোইরবদা মহাক্কী চিনবান মতায়দা হরাও-মীনোক্কী মমি তারকই। মশা ’পুম্বদা লৈতেংবিরগা মশাদা লৈতেং পত্লবী পার্ব্বতীনা হায়রকই, “ইবেম্মা, নমা ঐঙোন্দা শাউরিব্রা?”

“নত্তে, নত্তে— শাউগদৌরিবা করিগীনো? কৈদৌবগী শাউগদৌরিবনো?”

“অদুম ওইনমক ইবেম্মা, নখোয়গী পাবুংগী য়ুম অসি চাউই, অদুনা মীনাই নুপা-নুপী কয়া দরকার ওই। ঐদি মীনাইনুপী অমদগী হেনবা নত্তে। হৌনদে ইবেম্মা, করিসু লৈতবা মীনাই-মীশনগী মথক্তা শাউরুবা নঙোন্দা লেমজনা থোক্কদ্রা?”

যশোদানা চহীদদি অহলনি. অদুবু বা ঙাংবদদি য়াম্না অঙাং ওইরি। মহাক খুম্ফম খঙদবগুমখ্রে। হুমাই হুম্না হুম্না পার্ব্বতীনা অমুক হায়রকই, “ঐদি লাইরবা ইমুংগী নিঙোলনি, নখোয়গী থৌজালদগী মফম অসিদা শাইদাংফম মচেৎ অমা ফংজরিবনি। অতোনবা, লাইববা, কনা লৈজদবা কয়া নখোয়গী থৌজালদগী মফম অসিদা নুংতিগী চাব-থকপা ফংজরি; ঐদি ইবেম্মা, মখোয়দুগী মনুংদা অমনি। শাইদাংলিবা—”

যশোদানা শুমহৎনা তারক্লিবনি, হৌজিক তশেংনা মপূক্লিং থোক ওল্লক্তুনা মখোঙ ময়াদা কুপ্থরগা হায়রকই, “নহাক্কী খুয়াখাদা তুজরি ইমা—”

পার্ব্বতীনা মখূৎ তাপ পায়শিনখ্রে।

যশোদানা হায়রকই, “দোষ লৌবিগন্ ইমা।”

থংনবা নুমিৎতা মহেন্দ্রনা যশোদাবু অচিকপদা কৌশিল্লগা হায়রকই, “করিনোনে, শাউবা ফরব্রা?”

যশোদানা খুদক্তা মবুংগী খোঙ শোক্তুনা হায়রকই, “দাদা, শাউদুনা— ঈকাইজে ঈকাইজে, বা কয়া হায়খ্রে। য়েংঙোই, মদুশিংদু ফোঙদোকখিবা য়াবা নত্তে।”

মহেন্দ্র নোকথোরক্লে। যশোদানা হায়রকই, “ফরে দাদা, মমা পোক্তবীনবু অসুক হাক্লা লুনা তৌবিবা ঙম্বরা?”

নুমিৎ নিনিগী তুংদা যশোদানা মপাগী মফমদা হায়রকই, “বাবা, অসোমদা চিঠি খরা থাবিখো— ঐ হৌজিক সিদা থা অনী লৈখিগনি।”

ভূবনবাবুনা হাইফেৎ ঙকচানদুনা হায়রকই, “করিগীনো ইবেম্মা?”

যশোদানা ঈকাইজবা মওংদা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "ঐ হকচাং অদুক হাল্লা নুংঙাইতে— হৌজিক নুমিৎ খরনি ইমাতোনগী নাক্তা লৈখিগনি।"

হরাওখিবনা হনুবগী মীৎতগী পী শিন্থরবাই। সন্ধ্যা মতুংদা পার্ব্বতীবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "নঙনা ঐবু ঈকাইবদগী কল্লে! পুন্সিযু, নুংঙাইনা পাল্লু।"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "মদুনা অমুক করিনো?"

"করিনো হায়বা নঙোন্দা খঙহনবা ঙমদে। হে নারায়ণ, ঈকাইবা কয়া, থম্মোয়-মৈচাক কয়াদগী ঙসি ঐবু কোকহনবিরে।"

সন্ধ্যগী অমম্বদা মহাক্কী মপুরোইবগী মীৎ অনীমক পীনা থল্লে হায়বা পার্ব্বতীনা উবা ফংলমদে। অদুগা বিনোদলাল— মহাক ভূবনমোহনগী মচানুপা অতোম্বনি, পরীক্ষা থারম্লগা ময়ুমদা লাকপদগী লাইরিক তম্বা অমুক চৎখিদ্রে।

## তরামাথোইহ্

অদুগী মতুং নুমিৎ নিনি-হুন্নি দেবদাসনা কান্নদবদা লম্বীদা কোইচৎ চৎতুনা লেল্লকই— ফন্না য়াম্না অঙাওবগী মতৌগুম্মী। ধর্ম্মদাসনা করিনো অমতং হায়জগদবগী হোৎনরুবদা মমীৎ ঙাংখৎলক্তুনা হেক্তা চৈহৎলি। মওং-মতৌদু উবদা চুনিলালসু ব্রা ঙাংলুনবা থৌনা ফরুবা ঙম্নমদে। ধর্ম্মদাসনা কপ্তুনা হায়রকই, "চুনিবাবু, অসুন্না তৌরিবসি কমদৌদুননো?"

চুনিবাবুনা হায়রকই, "করি তৌরবগে ধর্ম্মদাস?"

মীৎতাংবা অমনা মীৎতাংবা অমদা লম্বীগী ব্রা হংবগুম্বনি, মনুংগী ব্রাফম মবানিগী মরক্তা কনাসু খঙলমদে; মপী তৈথোক-তৈথোক্লা ধর্ম্মদাসনা হায়রকই, "চুনিবাবু মওং অমদবু ওইরবসু দেবতাবু মাগী মমাগী নাক্তা থাননবা শিনবিয়ু। অদুগা লাইরিক করিগুম্বা তম্মোইদবা ওইরবদি মফম অসিদা লৈবগী করি কান্নখিগদগে?"

ব্রাফম অসি য়াম্না চুম্মী। চুনিলালনা চিন্তা তৌরম্মী। নুমিৎ মরিনি-মঙানিগী তুংদা নোংমা চুনিবাবু মপালদা চৎথোক্কদবগী থোরকই— দেবদাসনা কদোমদগীনো শৎ লাক্তুনা মখুৎ পায়ররে, "চুনিবাবু, মফম অদুদা চৎলিব্রা?"

চুনিবাবুনা মপূক্লিং নুংনাংনা হায়রকই, "হোয়— চৎকনু হায়রবদি অমুক হন্না চৎলরোই।"

দেবদাসনা হায়রকই, "নত্তে, চৎপা থিংদে। অদুবু ব্রা অমতা হায়গে, করি আশাদা নহাক মফমদুদা চৎলিবনো?"

"আশা করি অমুক লৈগদগে? অসুম মতম লেন্ননবনি।"

"মতম লেন্নবা? কদায় ঐদি মতম লেনবা ঙমদে। ঐ মতম লেনবা পাম্মী।"

চুনিল্লালনা ঙাইহাক মাগী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈরকই, মাগী ব্রাখল্লোন মায়থোংদা

পাননবা হোৎনবা ওইরম্বসু য়াই। অদুগী তুংদা হায়রকই, "দেবদাস, নহাক করি তৌরবগে শেংনা তম্বা য়াদব্রা?"

"করিসু তৌদে।"

"তমথোক্লরোইদ্রা?"

"নত্তে চুনি, তম্নিংঙাই করিসু লৈতে।"

চুনিলালনা য়াম্না কুইনা মায়থোং লুকচাননা লৈরগা হায়রকই, "দেবদাস, বা অমতা ঙাকউদনা?"

"করিনো?"

"মফম অদুদা নহাক অমুক্তং চৎপা তারি। ঐনা য়াথোক্লম্লবনি।"

"নোংমা চৎলুবা মফম অদুদা নৎত্রা?"

"হোয়!"

"তুকচৈ— ঐ হৈনদে।"

"নুংঙাইনবা ঐনা শিনগনি।"

দেবদাসনা তরং-মালংদা তাউবগুম ঙইহাক তুমিন্না লৈরম্লগা হায়রকই, "চৎসি চৎলো।"

লৈখা তাবগী থাক অমা মখাদা চিংথরম্লগা চুনিলাল কদায়দনো লৈথোক্তুনা চৎখ্রে। দেবদাস মতোমদা চন্দ্রমুখীগী কাদা মখাদা ফমদুনা য়ু থক্রি— থোইনা লাপ্তুনা ফমদুনা চন্দ্রমুখীনা মায়থোং মকশিন্না য়েংনা য়েংনা কিজবগা লোয়ননা হায়রকই, "দেবদাস, অমুক থকউবনু।"

দেবদাসনা য়ুগী গ্লাস মখাদা থম্লগা পীশুম শুক্তুনা হায়রকই, "করিগীনো?"

"য়ু থক্লকপা কুইদ্রি, কাহেন্না থকচিল্লবদি খাংবা ঙম্লোই।"

"খাংগে হায়দুনা য়ু থকপা নত্তে। সিদা লৈগে হায়বগী লাকপনি।"

বাফম অসি চন্দ্রমুখীনা কয়ারক হন্না তাব্রবনি। মরক মরক্তা মাগী মপূক্লিংদা খল্লকই, ফক্লাংদা মকোক শুগায়জদুনা ঈহিং-নাহিং শানা শিরসিরা। দেবদাসপু মহাক্লা নুংশিজরক্লবনি। দেবদাসনা গ্লাস হন্দোকখ্রে। কৌচ (Couch) মখোঙদা পান্দুনা মদু কায়খ্রে। মতম অদুদা ইরেক-লেকথনা মোন্দা শুপ্তেক-নাতেক তাশিল্লগা খোঞ্জেল ফাইনা হায়রকই, "হৌগৎতুনা চৎননবা পাঙ্গল ঐগী লৈত্রে, অদুনা সিদা ফমদুনা লৈরিবনি— জ্ঞান তাদে, অদুনা নহাক্কী নশক য়েংদুনা বা ঙাংলিবনি— চন্দ-র— অদুম ওইনমক জ্ঞান পুম্মাঙ মাংবদি নত্তে— জ্ঞান খর-খরদি তারি— নহাকপু শোকউবা ঙমদে— ঐ য়াম্না তুকচৈ।"

চন্দ্রমুখীনা মপী তৈথোক্লগা তপ্না হায়রকই, "দেবদাস, মী কয়া মফমসিদা চঙলকই, মখোয়না করিগুম্বদসু য়ু শোকপা ফাওবা শোক্তে।"

দেবদাস মমীৎ লাওথোক্লুনা হৌগৎলুনা ফমে। হাইরং-তুরংলবা নিক্রবা মখুৎ শিংদুনা হায়রকই, "শোক্তরা? ঐগী নোংমৈ লৈরম্লবদি মখোয়বু নোংমৈনা কাপখায়গদবনি। মখোয়দি ঐঙোন্দগীসু হেন্না পাপ চেল্লি— চন্দ্রমুখী!"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈদুনা করিনো খল্লকই; অদুগী তুংদা অমুক হায়রকই, "করিগুম্বা য়ু থাদোকপা থোক্লবদি— থাসু থাদোক্লোই— করিগুম্বা মদু ওইরবদি অমুক হন্না কৈদৌঙৈদসু মফম অসিদা লাক্লোই। ঐগীদি উপায় লৈ, অদুবু নখোয়দি কমদৌগদগে?"

লেপকক তৌরগা হায়রকই, "থবায় য়াম্না নুংঙাইতবদগী য়ু শিজিন্নরিবনি— ঐখোয়গী খুদোংথীবগী, অৱাবগী মরুপ! নহাকপু অমুক থাদোকপা ঙমদ্রে—"

দেবদাসনা মোন্দা মমায় শ্রু শ্রু নৈরকই। চন্দ্রমুখীনা থুনা য়াংনা মমায় লোংথোকপিররে। দেবদাসনা পীশুম শুক্লুনা হায়রকই, "তুকচ্চে শোক্লক্কনু— হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তারি। চন্দ্রমুখী, নঙনদি খঙদে, শুপ্নগী ঐদনা খঙই, ঐনা নহাকপু কয়াগী মতিক তুকচ্চবগে হায়বা। পুন্সি চুপ্না তুকচ্চগনি— অদুম ওইনমক লাক্কনি, অদুম ওইনমক ফন্নগনি, অদুম ওইনমক ৱা ঙাংলগনি— মদু নৎতনা উপায় লৈতে। মদু করিগীনো হায়বা নখোয় কনানা খঙবগে? হাঃ— হাঃ— মীনা পাপ তৌরি অমম্বদা, অদুগা ঐনা মফমসিদা য়ু ঙাওরি— অসুক হাক্লা মতিক চাবা মফম জগৎসিদা অতৈ করি লৈগনি! অদুগা মখোয়—"

দেবদাসনা মীৎয়েং লেঙদনা থমদুনা মহাক্কী মকশিল্লবা মায়থোংদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "ওন্থোকপনি! অখাংকনবগী শং-শং উবা মূর্ত্তিনি! থৌওইবিদবা, খোঙ্গোয়নবিবা, ঈকাইবা নংবা, মীওৎ-মীনৈ, উপদ্রব— নুপী ওইবীশিংনা কয়াগী মতিক খাংবা ঙম্বগে— নখোয়মক্লা মদুগী খূদম্নি।"

মদুগী তুংদা পোপ তানা হিপ্পুনা লৈরুরগা তুমিন তুমিন হায়রকই, "চন্দ্রমুখীনা হায়রি, মহাক্লা ঐবু নুংশি— ঐদি মদু পামদে— পামদে— পামদে— মীনা ড্রামা শান্নরি, মমায়দা শুনু-হামুক তৈশিল্লি— হূরানবা ওইরি— ভিক্ষা নিরি— নিংথৌ ওইরি— রাণী ওইরি— নুংশিরি— নুংশি-নুংওনগী ৱা কয়া হায়রি, ঙাংলি— কয়া কপ্লি— পূন্নমক অদু তশেংনা থোকপগুম্মী! চন্দ্রমুখীনা ঐঙোন্দা ড্রামা শান্নরি, ঐনা য়েংলি! অদুবু মাবু পূক্নিংদা হেক্তা নিংশিংলকই— মীৎকুপ অমদা পূন্নমক করিনো অমা ওইখিবগুম তৌই। কদায়দনো মহাক চৎগ্রে— অদুগা ঐনা করম্বা লম্বীদনো লাক্রে। হৌজিক পুন্সি চুপ্নগী ওইবা অভিনয় অমা হৌগ্রে। শাথীনা য়ু ঙাওরবা অমা— অদুগা মসি অমগা— ওইজসনু, মদু ওইজসনু— ফৎতবা করি লৈ। আশা লৈত্রে, থাজবা মাংগ্রে— নুংঙাইবসু লৈত্রে, পামজবসু লৈত্রে— বাঃ! বহুৎ অচ্ছা—"

মদুগী তুংদা দেবদাসনা নাকল্লোমদা য়াওল্লগা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা করি করিনো ঙাংলকই।

চন্দ্রমুখীনা মদু ভাব তাবা ঙম্লমদে। ঙাইহাক লৈরগা দেবদাস তুমথখ্রে। মতম অদুদা চন্দ্রমুখী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা ফম্লে। ফিজি চোৎহল্লগা মমায়-মমীৎ নাহ্যোকপি, অকংবা মোন শিন্দোকপি। হুমাই অমা পায়দুনা ঙাইহাক হুপ্বি, য়াম্না কুইনা মায়থোং লুকচাননা ফমদুনা লৈ। মতম অদু অহিংগী পুং অমা তারে। থাউমৈ মুৎথৎতুনা থোঙ থিংজিল্লম্নগা অতোপ্পা কাঁদা চৎখ্রে।

## তরানীথোই

দ্বিজদাস অমসুং দেবদাস মচিনী-মনাও অনীনা খুঞ্জাশিংগা লোয়ননা নারায়ণ মুখুয্যেগী পোৎলোইবা লোইদুনা য়ুমদা হল্লক্লে। দ্বিজদাস লাউ-খোংদুনা কপ্পদা অঙাওবগী পাংখক ওইখ্রে। লৈকাইগী নুপা মঙানা মহাকপু ফানবা ঙমখিদ্রে। অদুগা দেবদাসতি মোং-হাদবা মওংদা উখোঙ অমগী ময়াদা ফমদুনা লৈ। ব্রা মচেৎ অমতা ঙাংদে, মমীৎতা পী মরিক অমা ফাওবা পক্তে। কন্নানসু মাবু ফানদে— কন্নানসু থেমজিনবিনবা হোৎনদে। মধুসূদন ঘোষনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা অমুক্তি হায়রৈ,— "অদুনা ইবুংঙো লাযবক্তা— ।"

দেবদাসনা দ্বিজদাসরোমদা মখুৎ থিন্দুনা হাযরকই, "অসোমদা।"

ঘোষজা মহাশযনা পেঞ্জরক্ত্রদুনা হায়বকই, "হোয়, মদু মহাক— য়াম্না চাউবা মীনি", অসিনচিংবা ঙাংনা ঙাংনা চৎখ্রে। অতে কনাসু মনাক্তা চঙলক্তে। নুমিৎয়ুংবা মতুং ওইরবদা দেবদাস জ্ঞান মচেৎ মচেৎ মাংলবী মমা-ইবেম্মগী খোঙ ময়াদা চঙশিল্লক্তুনা ফম্লরে। মফম অদুদা নুপী ময়াম অমনা মহাকপু কোইশিন্দুনা ফমদুনা লৈরম্মী। পার্ব্বতীগী মবোকসু য়াওরম্মী। লুখ্রাবী ওইবদা ঙাইরিবী কায়ন-মৈশা লাংলবী মমাগী মফমদা খোনফম শোক্লা হায়বকই, "মমৌ-ইবেম্মা, অমুক্তা হন্না য়েংউ ইবেম্মা, দেবদাস লাক্লে।"

দেবদাসনা কৌরকই, "ইমা!"

মমানা অমুক্তং হন্না য়েংলগা হায়রকই, "নুপামচা!" অদুগী তুংদো উইরুম্নরবা মমীৎতগী পী অতৎ-অখম লৈতনা শিন্থরকই। নুপীশিংগী কাংবুনা খোঙ্খাং হাপ্লুনা তেংথা-নাওইদুনা কপখৎনরকই। দেবদাসনা মমাগী চরণদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ; মদুগী তুংদা তপ্না হৌগৎতুনা চৎখ্রে।

নোঙ্গাখ্রবা মপাগী তুম্মম কাদা চঙলক্লে। মমীৎতা পীরাং থাংদে, শকফম হঞ্জিনবা অঈংবা মূর্ত্তিনি। ঙাংলবা মমীৎ নোংথক্তা য়েংখৎতুনা লৈমায় থক্তা ফমথখ্রে। কনাগুম্বনা মূর্ত্তি অদু উবা থোক্রবদি অকিবা পোকপা য়াই। লায়বক্কী চিদায় অনীগী শিংলি অনীমক কাপথোরক্লে, মশমদু য়াম্না খ্রং-খ্রং লাউনা ফাই। সনা অহিংবগী কুচুদু কাহৎখ্রে— কোলিকাতাদা মশাবু কাহেন্না থৌওইরকখিদবগী মতুংদা অহিং শাংনা তুম্লক্তবা অসিনি,

অদুগী তুংদা মপাবুং নোঙ্গাখ্রে। চহী অমগী মমাঙদা মহাকপু উখিবা কনাগুম্বনা হৌজিক মহাকপু উবদা পাক হেক মশক খঙবা ঙমদবা য়াই। ঙাইহাক্কী মতুংদা পার্ব্বতীগী মমানা থিরক্তুনা থোঙ হাংদুনা মনুংদা চঙলক্লে,— "দেবদাস।"

"করিনো ইন্দোল-বেম্মা?"

"অদুন্না তৌরবদি চৎনবা য়াররোই ইবুংঙো।"

দেবদাসনা মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "করি তৌরবগে ইন্দোল-বেম্মা?"

মন্দোলনা ভাব তারে, অদুবু পাউখুম পীবদি ঙমদ্রে। দেবদাসকী মকোক্তু মথা ময়াদা চিংশিল্লগা হায়রকই, "দেবৃতা ইবুংঙো?"

"করিনো ইন্দোল-বেম্মা?"

"দেবৃতা-চরণ— ইবুংঙো—"

মথা ময়াদা মমায় থমদুনা দেবদাসনা অমুক্তি পী মরিক অমা শিঙ্থরকই।

কায়ন-মৈশা লাংলবা ইমুংদসু মতম হৌখি। অসুম তৌনা নোংঙাল্লক্লে, কপ্ন-লাউনবা য়াম্না হঙ্থরক্লে। দ্বিজদাস তশেংনা জ্ঞান তারে। মমাসু হৌগৎতুনা ফম্লে,— মপী তৈথোক তৈথোক্লা নোংমগী শিঙ্থা পায়রক্লে। নুমিৎ নিনিগী তুংদা দ্বিজদাসনা দেবদাসপু কৌশিল্লগা হায়রকই, "দেবদাস, পাবুংগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্মদা কয়া য়াম্না চঙহনবা চুমগদগে?"

দেবদাসনা পোকমিন্নবা ময়াম্বগী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "অদুন্না ফগনি খনবদু তৌবিয়ু।"

"নত্তে, ইনাও, হৌজিক্তি ঐদগী ৱাখলদনা চৎনবা য়াদ্রে। নহাক চাউরে, নহাক্কী অপাম-পামদসু খঙবা দরকার ওই।"

দেবদাসনা হায়রকই, "শেলগং ওইনা কয়া লৈবগে?"

"বাবাগী শেলগং ওইনা লুপা লাক্ষ অমগা মখায় লৈ। ঐনা খনবদদি লুপা লিশিং তরা খরচ তৌরগা য়ারগদ্রা নীংই— করি হায়বগে?"

"ঐগী ফংনিংঙাই কয়া লৈবগে?"

দ্বিজদাসনা হাইফেৎ ইক-আক তৌরগা হায়রকই, "নঙসু মদুগী তঙ্খায় অমা ফংবনি। লুপা লিশিং তরা খরচ তৌথোকখ্রবদি নঙগী লুপা লিশিং হুম্ফুতরা অদুগা ঐগী লিশিং হুম্ফুতরা থুংগনি।"

"ইমানা কয়া ফংগদগে?"

"ইমাদা শেলগং কৈদৌনগদগে? মহাক্তি য়ুমগী য়ুম্বুরেনবীনি— ঐখোয়না য়োক-থাক্কদবনি।"

দেবদাসনা হাইফেৎ চিন্তা তৌরগা হায়রকই, "ঐনা খঞ্জবদদি দাদাগী শরুক্তগী লুপা

লিশিং মঙা খরচ তৌবিরো, অদুগা ঐগী শরুক্তগীনা লুপা লিশিং কুনমঙা তৌরগে অসিনি। লেমহৌরিবা লিশিং য়াম্খৈগী মনুংদা ঐনা লুপা লিশিং কুনমঙা লৌরগে, লেমহৌরিবা লিশিং কুনমঙানা ইমাগী মিংদা জমা লৈরসনু। মসিদা দাদানা করি খনবিবগে?"

দ্বিজদাস অহানবদা ঈকাইবগুম তৌই; মতুংদা হায়রকই, "য়াম্না ফবা বানি। অদুবু ঐগীদি খঙলিবদুনি— নুপী-অঙাংশিং লৈ; মখোয়গী লুগুন থাংবা, লুহোং-খোংদোংবা— খরচ য়াম্না চৎকনি। অদুনা হায়রিবদুমক ফরে।" লেপকক তৌরগা হায়রকই, "মদু মচেৎ অমতং ইদুনা পীরবদি—"

"ইন-খোৎনবা দরকার ওইগদ্রা? থবক অদু ফজনা উরোই। ঐনা পামজবদি শেল-থুমগী বাফম মতম অসিদদি লোৎশিনবনি।"

"মদু অফবা বানি; অদুবু খঙদ্রনে ইনাও—"

"ফনি, ঐ ইদুনা পীজরগে।"

নুমিৎ অদুমক্তদা দেবদাসনা ইদুনা পীখি।

থংনবা নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা দেবদাসনা মখাদা কুমথরকপদা সিঁড়ি ময়াদা পার্ব্বতীবু উবদা চপ লেপখ্রে। পার্ব্বতীনা মাগী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈরম্মী— শক খঙবদা মঙোন্দা বানা থোকপগুম্মী। দেবদাসনা শকফম হঞ্জিন্না মায়থোং ঈংনা মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রকই, "করম্বা কালদা য়ৌরকপগে পার্ব্বতী?"

খোঞ্জেল অদুমক্তি। ঙসি চহী অহুমগী তুংদা উনবনি। মায়থোং লুকচাননা পার্ব্বতীনা হায়রকই, "অয়ুক্তা য়ৌরকই।"

"য়াম্না কুইরে উনদবা। য়াম্না নুংঙাই-য়াইফরিদনা?"

পার্ব্বতীনা মঙক নোম্লকই।

"চৌধুরী মহাশয় য়াইফরিদনা? অঙাংশিং অমতা না-য়েক্তেদনা?"

"পুন্নমক য়াইফরি।" পার্ব্বতীনা মহাক্কী মায়থোংদা অমুক্তং য়েংলকই। অদুবু অমুক্তসু হংলুবা ঙমদ্রে, মহাক কমদৌরিবগে— করি তৌরিবগে হায়বা। হৌজিক করিগুম্বা বাহং অমতসু হংলুবা ঙমদ্রে।

দেবদাসনা হায়রকই, "হৌজিক মতম খরা লৈখিগদ্রা?"

"হোয়।"

"অদুদি অমুক করি—" হায়রগা দেবদাস মপালদা থোকখ্রে।

শ্রাদ্ধ লোইখ্রে। বাফম অদু তম্বা তারবদি য়াম্না ইবা তাই, অদুনা মদুদা দরকার লৈত্রে। শ্রাদ্ধগী মথংগী নুমিৎতা পার্ব্বতীনা ধর্ম্মদাসপু অচিকপদা কৌশিল্লগা মঙোন্দা লিক্লাং পরেং অমা পীদুনা হায়রকই, "ধর্ম্ম, নহাক্কী নচানুপীবু শিনহল্লু।"

মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা ধর্ম্মদাসনা ঈরা চেল্লবা মমীৎতা অমুক হল্লো পীল্লাং থাংনা হায়রকই, "ওহ্রোকপনি, নহাক্কী নশক উরক্তবা মতম কুইরক্রে। পূন্নমক য়াইফরিদনা ইচল-ইবেম্মা ?"

"পূন্নমক য়াইফরি। নহাক্কী নচাশিংদু য়াইফরিদনা ?"

"য়াইফরি পারু।"

"নহাকসু য়াইফরিদনা ?"

নুংশামপী অমা হোন্দোক্লগা ধর্ম্মদাসনা হায়রকই, "য়াইফরিবদি অমুক কদায়! হন্দক্তি চৎথ্রসিরা খল্লে— য়ুম্মুরেনসু লৈখিদ্রে।" ধর্ম্মদাসনা কায়ন-মৈচাক্কী ঈথক্তা কয়া কয়া ঙাংলকখিবা য়াই, অদুবু মদুদা পার্ব্বতীনা অপনবা পীরকই। অসিগুম্বা পাউশিংসি তাননবা মহাক্না লিক পীবা নত্তে।

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "মদু করি য়ানো ধর্ম্ম, নহাক চৎথ্রবদি দেবদাদাবু কনানা শেন্নবিগদগে ?"

ধর্ম্মদাসনা লায়বক্তা খূদুম্না শুজদুনা হায়রকই, "অঙাংমচা ওইরিঙৈদগী ঐনা শেন্নরকপনি। হৌজিক মশকপু উদ্রবদি হিংলগনি, পারু!"

পার্ব্বতীনা অমুক্কসু খরা চঙশিল্লক্লগা হায়রকই, "ধর্ম্ম, য়া অমতা হংগে শেংনো খুমগদ্রা ?"

"করিগী খুমদনি ইচল-ইবেম্মা!"

"অদুদি শেংনা হায়য়ু, দেবদাবু হৌজিক করি তৌরিবগে ?"

"ঐগী কোক শায়রি।"

"ধর্ম্মদাস, শেংনা হায়দোক্লরোইদ্রা ?"

ধর্ম্মদাসনা অমুক হন্না লায়বক্তা খূদুম্না শুজরগা হায়রকই, "শেংনা করি অমুক হায়গনি ইচল ইবেম্মা! মসিবু অমুক তমথোকপা য়াবা য়ারা! হৌজিক্তি য়ুম্মুরেন লৈখিদ্রে, দেবতাগী খূৎতা অচৌবা শেল্লাও ফংথ্রে; হন্দকপু অমুক হিংখিগদ্রা ?"

পার্ব্বতীগী মায়থোং তশেংনা কাহৎথ্রে। মহাক্না শামিন ওই ইঙ্গিত ওই খরমখৈদি তাথ্রবনি। শুকথনা হায়রকই, "হায়রিবদু করিনো ধর্ম্মদাস ?" মহাক্না মনোরমাগী চিঠিদা য়া কয়া তাখিবা মতম অদুদা থাজরুবা ঙমখিদে।

ধর্ম্মদাসনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "চাগনি-থক্কনি খঙখিদ্রে, তুমগনি-হিপকনি খঙখিদ্রে, শুপ্পগী য়ু লিক্লি লিক্লি! হন্নি-মরিনি চুপ্পা কদায়দা তুদুনা লৈরুবগে— অরেপ্পা লৈতে। শেল য়াম্না মাংহনথ্রে— লুপা লিশিং কয়া চঙনা লিক-কোল শারগা মঙোন্দা পীখি হায়না তায়।"

পার্ব্বতীগী খোঙদগী তোনফাওবা তু চুংথ্রে— "ধর্ম্মদাস, পূন্নমক অসি অচুম্বরা ?"

ধর্ম্মদাসনা ৱাখল অমদা তাউবগুম হায়রকই, "নঙগী ৱাদি তাবসু য়াই— অমুক্তা থিংউ। হৃক্চাংদু য়েংবা য়াদ্রে— মতৌ অসুন্না মশাবু ওৎ-নৈজরবদি কয়া কুইনবু হিংখিগদগে? ৱাফম অসি কনাদা হায়রুগদগে? মমা, মপা, ময়াম্বা— মখোয়গী মফমদদি ৱাসি হায়রুব্বা য়াবা নত্তে।" ধর্ম্মদাসনা লায়বক্তা খুদুম্না হন্না হন্না শুজদুনা হায়রকই, "কোকসে শুগায়জদুনা শিনিংলবনি পারু, অমুক হিংনিংবগী অপাম্বা লৈত্রে।"

পার্ব্বতী হৌগৎতুনা চৎখ্রে। নারায়ণবাবু শিবগী পাউ ফংদুনা মহাক চেল্লকখিবনি। খঞ্জরম্বনি, খুদোংথীবা মতম অসিদা দেবদাসকী মনাক্তা অমুক্তং চৎলুবা চুম্মী। মহাক্না অসুক হাক্না নীংজরিবা দেবদাদাদু মসি ওইরম্লবা। ৱাফম কয়া মপুক্লিংদা নিংশিংলকই, মদুগী ঙমখৈ লৈতে। মহাক্না দেবদাসতা ৱারৌজরকপা মদুদগী শরুক লিশিং অমা হেন্না মশাবু ৱারৌজরকই; লিশিংলক মপুক্লিংদা খল্লকই, মহাক লৈরম্বা থোক্লবদি ফিভম অসি ওইরমগদ্রা। অহানবমক্তদা মহাক মৃশানা মশাগী মখোঙদা শীংজংনা য়ানশিঞ্জখি, অদুগা মহাক্না মীগী ইমুংগী য়াইফনবা হোৎনদুনা লৈরি! মীতোপ্পু মশাগীনি খঞ্জদুনা মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী চাক পীজরি, অদুগা মহাক্কী পূন্নমক ওইরিবা মহাক অদুনা ঙসি চাদদুনা শিগদৌরবা! পার্ব্বতীনা ৱাশকখ্রে, ঙসি মহাক দেবদাসকী মখোঙদা লায়বক শুগায়জদুনা শিরগনি।

হৌজিকসু সন্ধ্যা ওইগদবা খরা ৱাৎলি,— পার্ব্বতী লাক্লুনা দেবদাসকী কাদা চঙলক্লে। দেবদাস ফমুংদা ফমদুনা হিসাব য়েংশিল্লম্মী, লৈথোক্লুনা য়েংলকই। পার্ব্বতীনা নাশোন পিক্না থোঙ থিংজিল্লম্লগা লৈমায়খক্তা ফম্লরে। দেবদাসনা মমায় থাঙ্গৎতুনা নোক্লকই। মহাক্কী মায়থোং মকশিল্লি, অদুবু ঈংই। খঙহৌদনা ফাগী তৌদুনা হায়রকই, "করিগুম্বা বদনাম পীশিল্লবদি?"

পার্ব্বতীনা ঈকাইজরবা শংবানবা মমীৎ অনীদুনা মঙোন্দা অমুক্তং য়েংলুবগা থংনবা মীৎকুপমক্তদা মরু লুকথরে। মীৎকুপ্তা খঙহনরে, ৱাফম অসিনা থম্মোয় লকা-নুংদা মতম খুদিংমক্তা থৌরবা তেঁঞ্জেগী মতৌগুম লেঙদুনা লৈরি। অমুক্না করিগীনো? ৱা কয়া হায়গে হায়দুনা লাকপনি, পূন্নমক কাউথোকখ্রে। দেবদাসকী মফমদা মহাক্না ৱা ঙাংলুবা ঙমখিদ্রে।

দেবদাসনা অমুক নোক্লকই। অদুগা হায়রকই, "ভাব তারে, ভাব তারে। ঈকাইরে, নৎত্রা?"

মদু ফাওবদা পার্ব্বতী ৱা ঙাংবা ঙমখিদ্রে। দেবদাসনা হায়রকই, "মদুদা ঈকাইনিংঙাই অমুক লৈরিব্রা? ঐখোয় অনী পূন্দুনা অঙাংগী থৌদৌ অমা তৌখি— মসি য়েংউদনা— মরক অদুদা ইরাং অমা থোকখি। শাউদুনা নঙনা ঙাংনিংবদা ঙাংখি, ঐনসু লায়বক্তা দাগ অদু থমখি। মওং অমা হায়বদু ওইখ্রে।"

দেবদাসকী ৱাসিদা করেম্নবা নৎত্রগা লক্লবা মরিক অমতা চেন্দে; হরাওনা

নোকমি-নোকমি তৌদুনা হৌখিবা অৱাবগী ৱারী নিংশিংলকপদনি। অদুবু পার্ব্বতীদি থম্মোয় কায়খিগদৌরক্লে। মচিন্দা ফি নমশিন্নগা স্বর থিঙ্গৎতুনা মপূক্লিংদা হায়জরকই, দেবদাদা, দাগ অসিনা ইপূক্লিং ফাথজরিবনি, মসিমক্লা ঐগী পাঙ্গল ওইরিবনি। নহাক্লা ঐবু নুংশিবি— অদুনা থৌজালবিদুনা ঐখোয়গী অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারী লায়বক্তা ইখিবনি। মসি ঐগী ঈকাইনিংঙাই নত্তে, কলঙ্ক নত্তে, ঐগী চাউথোকচনিংঙাই ওইবা প্োৎশক্লি।

"পারু!"

মচিন্দগী ফিজি লৌথোক্লগা পার্ব্বতীনা হায়রকই, "করিনো?"

"নঙোন্দা ঐ য়াম্না শাউনিংই—" হন্দক্তি দেবদাসকী খোঞ্জেল কায়রক্লে— "বাবা লৈখিদ্রে, ঙসি ঐগী কয়াদা ৱারবা মতম্নোদো; অদুবু নহাক লৈরম্লবদি খল্লুনিংঙাই লৈরম্লেইদবনি। ইতৈমবু খঙইদনা, দাদাগী স্বভাবসু নঙগী নফমদা অরোৎপা করিসু লৈতে; হায়য়ু তাসি, হৌজিক ইমাগী মতাংদা করি তৌবা তাবগে? ঐগীনা করি ওইরগদগে হায়বা খল্লুবদা করিমতা লাম্বা ফংদে। নহাক লৈরম্লবদি পূক্লিং লৈতানা পূম্নমক নঙগী খুৎতা শিন্নথোক্তুনা— মদু করিনোনে পারু!"

পার্ব্বতী হিক হিক কপথোরক্লে।

দেবদাসনা হায়রকই, "কপ্লিবা ওইরিনিনে? অদুদি ৱা ঙাংবা অমুক য়াররোই।"

পার্ব্বতীনা মপী তৈথোক-তৈথোক্লা হায়রকই, "হায়য়ু।"

দেবদাসনা চরম শেংদোক্লগা হায়রকই, "পারু, নঙদি য়াম্না হৈ-শিংবী য়ুম্বুরেনবী ওইরমাম্লেনে?"

নুংগী মৈচাক খাংনবা পার্ব্বতীনা মচিনবান চিকশিম্লকই, মপূক্লিংদা হায়জরকই, উৎ ওইখ্রসনু য়ুম্বুরেনবী! তেরা-মপালবু ঈশ্বরগী সেবাদা চন্নব্রা?

দেবদাস নোকথোরক্লে; নোক্তুনা হায়রকই, "য়াম্না নোক্লিংই! নঙ শুপশিংদা চাউরম্বনি— কয়াদা চাউরম্লবা। অচৌবা য়ুম, অচৌবা জমিদারি, চাউরবা নচানুপা-নুপী— অদুগা চৌধুরী মহাশয়, লোইনবা চাউই— করিনোনে পারু!"

চৌধুরী মহাশয় পার্ব্বতীগী য়াম্না হরাও-তয়াম্নিংঙাই ওইবা শান্নপোৎকুম্বনি; মাবু হেক নিংশিংলুবদা মহাক হেক্তা নোক্লিংলকই। অদুনা অসুক হাক্লা অৱাবা মরক্তসু মহাক নোকথোরক্লে।

দেবদাসনা শকফম হঞ্জিনবা শাদুনা হায়রকই; "য়াইফনবা অমতা শিনবিবা ঙমগদ্রা?"

পার্ব্বতীনা মমায় থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "করিনো?"

"নখোয়গী লমদা অফবা নিঙোল ফংগদ্রা?"

পার্ব্বতীনা তিন য়োৎথরগা খৌদেম্লকই, হায়রকই, "অফবা নিঙোল? কৈদৌনবগীনো?"

"ফংলবদি লুহোংগে। অমুত্তং য়ুম্বান্দুনা য়েংননিংই।"

পার্ব্বতীনা অফবা মীগী মতৌগুম হায়রকই, "মশক য়াম্না ফজবী ওইরিনিনে?"

"হোয়, নঙগুম্বী।"

"অদগা মপুক-মপাউ য়াম্না ফবা মীশক?"

"নত্তে, মপুক-মপাউ য়াম্না ফবা মীশক ওইরুবগী কান্নবা লৈতে— থোইদোক্লদুম খরমখৈ ফংতবা,— নঙগী নতৌগুম্না ঐগা খন্নবা ঙমগদবী।"

পার্ব্বতীনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, মদুদি কনানসু ঙম্লোই দেবদাদা; করিগীনো হায়ববু মদুদা ঐগী ইতৌগুম্না নুংশিবা ঙম্বা চঙই। মচিন থোক্লা হায়রকই, "ঐদি লায়বকথিবীনি, ঐগুম্বী লিশিং কয়া নহাক্কী খুয়াখাদা চঙজফম ফংলবদি লায়বক ফগদৌরিবনি।"

দেবদাসনা ফাগী তৌদুনা নোক্নুনা হায়রকই, "মরুওইনা অমতংদি পীবা ঙম্লোইদ্রা ইচল?"

"দেবদাদা, তশেংনমক লুহোংবিরগদ্রা?"

"হায়রিবসিনি।"

শুপ্পগী মসিমদি মহাক্লা ফোঙদোক্নুনা হায়দোক্লে, মাবু নংতনা পুন্দি অসিদা অতোপ্পা নুপী কনাবু মহাক্লা খোইদাক্লবা লৈতে হায়বা।

"দেবদাদা, বা অমতা হায়গে?"

"করিনো?"

পার্ব্বতীনা মশাবু খরমখৈ ফাথজরগা হায়রকই, "য়ু থকপা তম্মুরিবা করিগীনো?"

দেবদাস নোকথোরক্লে, হায়রকই, "করিগুম্বা অমা থকপ-চাববু অমুক তম্নখিবা তারিব্রা?"

"মদুগী বা নত্তে, হৈনহল্লিবা করিগীনো?"

"কনানা হায়বগে, ধর্ম্মদাসনরা?"

"হায়নিংবনা হায়সনু, বাফমসি অচুম্বরা?"

দেবদাসনা অরৈ-অরা তৌদ্রে; হায়রকই, "খরমখৈ চুম্মী হায়বা য়াই।"

পার্ব্বতীনা ঙাইহাক চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "অদুগা লুপা লিশিং কয়াগী লিক-কোল শাদুনা থোনবিখ্রে, নংত্রদো?"

দেবদাসনা নোক্নুনা হায়রকই, "থোদ্রি, শাজিন্দুনা থম্মি। নঙ লৌগেরা?"

পার্ব্বতীনা মখুৎ তিংথোক্নুনা হায়রকই, "পীয়ু। য়েংঙউনে ঐগী লিক-কোল অমতসু লৈতে।"

"চৌধুরী মহাশয়না নঙোন্দা পীদব্রা?"

"পীখি; ঐনা পূন্নমক অদু মাগী মচানুপীদা পীথোকখ্রে।"

"খঙলে নঙগীদি দরকার লৈরিরোইনে?"

পার্ব্বতী মঙক নোমদুনা মরু লূকথখ্রে।

হন্দক্তি তশেংনা দেবদাসকী মীৎতা ঈরা চেন্নক্রে। দেবদাসনা থম্মোয় নুংদা খঙজবা ঙমখ্রে, থোইনা অবাবা লৈতনা অতোপ্পা নুপীদা মশাগী মরিক-মকোল লৌথোক্লুনা থক পীথোক্লোই হায়বা। অদুবু মপী থিঙ্গৎলগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মীনম্বা বানি, পারু। কনাগুম্বী নুপী অমতসু ঐনা নুংশিরুদে, কনাদসু লিক-কোল পীখিদে।"

পার্ব্বতী নুংশামপী হোন্দোক্লগা মপূক্লিংদা হায়জরকই, মদুমক ঐ থাজে।

য়াম্না কুইরবা ফাওবা মখোয় অনী তুমিন তুমিন লৈ। অদুগী তুংদা পার্ব্বতীনা হায়রকই, "অদুদি বাশর্কউ— অমুক হন্না য়ু থক্লরোই হায়না।"

"মদু ঙম্লোই। নঙবু বাশকপা ঙমগদ্রা, ঐবু অমুক্তসু নিংশিংদে হায়না!"

পার্ব্বতী বা ঙাংখিদ্রে। মতম অসিদা মপালদগী সন্ধ্যাগী মোইবুং মখোল তারক্রে। দেবদাসনা চঙক্লনা থোঙনাওরোমদা য়েংদুনা হায়রকই, "সন্ধ্যা ওইরে, হৌজিক্তি নয়ুমদা চৎখ্রো পারু!"

"ঐ চৎলোই। নহাক বাশকখো।"

"ঐ মদু ঙম্লোই।"

"করিগী ঙম্লোইদৌরিবনো?"

"মী খুদিংমকপু থবক পূন্নমক ঙম্নব্রা?"

"ইশানা পাম্নবদি শোয়দনা ঙমগনি।"

"নঙবু ঙসি অহিং ঐগা লোয়নদুনা চেনমিন্নখিবা ঙমগদ্রা?"

পার্ব্বতীগী থম্মোয় মিছন ইখঙ খঙহৌদনা চপ লেপখিবগুমখ্রে। মশা খঙহৌদনা মচিন্দগী শেংফাৎতবা খোছোক্তা শৎ হায়দোকখ্রে, "মদু ওইবা য়াগদ্রা?"

দেবদাসনা ফমুংদগী খরা হন্দোক্লুনা ফম্নগা হায়রকই, "পার্ব্বতী, থোঙ হাংদোকউরো।"

পার্ব্বতীনা হন্দোক্লুনা থোঙদা মনঙ্গল থেংনা ফম্নগা হায়রকই, "বাশকখো।"

দেবদাসনা হৌগৎতুনা লেপ্লগা তপ্না হায়রকই, "পারু, নমদুনা বাশকহনবনা অফবা ওইগদ্রা? মদুদা থোইদোক্না কান্নবা ফংগদ্রা? ঙসি বাশকপা হয়েং কাউখিবা য়াই— করিগীনো ঐবু মীনম্বা বা অমুক ঙাংহনগদৌরিব্রা?"

অমুক ফনা কুইনা মনা-মনিল নাইদনা লেনখ্রে। অসিগুম্বা মতম অসিদা করম্বা কাগী ঘড়িদনো দেং-দেং খিংদুনা পূং মাপল তাখ্রে। দেবদাস তৌফম খঙলক্লে; হায়রকই, "হাই পারু, থোঙ হাংদোকউনে—"

পার্ব্বতী ব্বা ঙাংদে।

"হো পারু—"

"ঐ করিগুম্বা মওংদসু চৎলোই।" অসি হায়রগা ইখঙ খঙহৌদনা ফুকৎলকপা থম্মোয়-মৈচাক পুঙমদদুনা পার্ব্বতী মফম অদুমক্তদা হাইহৎতুনা তাখ্রে— য়াম্না কুইনা থম্মোয় শোক্লা কপ্লকই। কা মনুংদু হৌজিক মন্নে— করিমতা উবা ফংদ্রে। দেবদাসনা শুপ্নগী ভাবনা শাদুনা খঙলে, পার্ব্বতী লৈমায়দা তুদুনা কপ্পি। তপ্না তপ্না কৌরকই, "পারু!"

পার্ব্বতীনা কপ্না কপ্না খুল্লকই, "দেবদা, ঐ য়াম্না ব্বারে!"

দেবদাস মনাক্তা চঙশিল্লক্নে। মহাক্কী মীৎলুদসু পীরাং থাংই— অদুবু খোঞ্জেলদি কায়হন্দে। হায়রকই, "মদু কৈদৌনা খঙলোইদগে?"

"দেবদা ঐ শিগদৌবে। কবিগুম্বা মতমদসু নঙগী সেবা তৌজবা ফংদ্রে— ঐগী মপোক অসিদা পামজবা—"

অমম্বদা মপী তৈথোক্লগা দেবদাসনা হাযরকই, "মদুগীদি মতম লৈবি।"

"অদু ওইরবদি ঐগী নাক্তা চৎলসি; মফম অসিদা নহাকপু য়েংবি-থিবিনবা কনাসু লৈত্রেনে!"

"নখোয়গী য়ুমদা চৎলবদি যাম্না লুনা তৌবিগদ্রা?"

"ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী নীংজরকপা! স্বর্গগী দেবতা! ঐগী নীংজবা অসি থুংহল্লু। অদুগী তুংদা শিগে— মদু ফাওবদসু নুংঙাইতবা তৌরোই।"

হন্দক্তি দেবদাসকী মীৎতগীসু পী শিন্থরক্লে।

পার্ব্বতীনা অমুক হন্না হায়রকই, "দেবদা, ঐখোয়গী য়ুমদা চৎসি।"

দেবদাসনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "শোয়দনা চৎকনি।"

"ঐবু পন্দুনা ব্বাশকউ, চৎকদ্রা?"

দেবদাসনা ভাবনা মাদুনা পার্ব্বতী খোঙদোন্দা শোক্তুনা হায়রকই, "ব্বাফম অসি কৈদৌঙৈদসু কাউরোই। ঐবু লুনা তৌবদা নহাক্কী অব্বাবা কোক্কদবা লৈরবদি ঐ চৎকনি। শিরমদায় ফাওবা ঐ ব্বাফম অসি খক কাউরোই।"

## তরাহুমদোই

মপা শিগ্রবা তুংদা থা তরুক চুপ্না ময়ুমদা লৈরক্লবদা দেবদাস তশেংনা মৈশা লাংলক্লে। নুংঙাইনা লৈতে, শান্তি ফংদে, মতোমদা নাইতোম তাবা পুন্সিনি। মদুগী মথক্তা পার্ব্বতীগী চিন্তাসু অসুম অসুম হেনগৎলক্লে; হন্দক-মরক থবক খুদিংমক্তা মহাকপু হেক্তা নিংশিংলকই।

অদুগ্া ময়াম্বা দ্বিজদাস অমসুং মপুরোইবা নিংবী মতৈমনা দেবদাসকী মৈশা অমুক্কসু হেনগৎহনখ্রে।

য়ুম্বুরেনবীগী ফিভমসু দেবদাসকী মতৌগুম্মী। মপুরোইবা নোঙ্গাখিবগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্কী নুংঙাইবা খিবিক মমি শামখ্রে। মীখা পোনবগী মওংদা য়ুমসিদা অসুম অসুম লৈনিংলক্ত্রে। ঙসি নুমিৎ কয়ানিদগী মহাক্না কাশীদা বাস তৌরুনবা ফিরেপ লৌখ্রে; দেবদাসপু লুহোংবিরমদনা খোঙ থাংদোকপা ঙম্নোইদৌরি। হায়রম্মী, "দেবদাস, লুহোংও— ঐ মদু উরগা চৎখিগে।" মদুবু মদু মতৌ কমদৌনা ওইথোক্কদগে? অমনা য়ুম মাঙলিবা ফিভম্নি, মদুগী মথক্তা মপূক্লিং তাবা কন্যা অমুক থিনখিবা তারিবনি। অদুনা হন্দক-মরক য়ুম্বুরেনবী মথৱায় নুংঙাইজরক্ত্রে। মতম অদুদা পার্ব্বতীগা লুহোংবিরম্লবদি য়াম্না ফরমগদবনি। নোংমা মহাক্না দেবদাস কৌশিল্লগা হায়রকই, "দেবদাস, খাংবা অমুক ঙমদ্রে— নুমিৎ খরনি কাশীদা চৎলগে খল্লে।"

দেবদাসসু মদুমক পাম্নিবনি, হায়রকই, "ঐসু মদুমক হায়নিংলিবনি, থা তরুক্কী মতুংদা হল্লকপিদবদি য়াদে।"

"হোয় নুপামচা, মদুম্না তৌরসি। নঙগী য়ুম্বাল উরগা ইমা কাশীদা বাস তৌথ্রগনি।"

দেবদাসনা য়াদুনা অপোকপী মমাবু মতম খরগী ওইনা কাশীদা থিন্দোক্লুরগা কোলিকাতাদা চৎখ্রে। কোলিকাতাদা লাকপগা নুমিৎ হুম্নি-মরিনি চঙনা দেবদাসনা চুনিলালবু থিরকই। মহাক লৈরমদ্রে; লৈফম হোংদুনা কদায়দনো চৎখ্রে; নোংমা সন্ধ্যা মতমদা দেবদাসনা চন্দ্রমুখীগী বা নিংশিংলকই, অমুক্তং উনরুবদা করি কায়গদগে? নহালমখৈ মহাকপু শুক্লিং নিংশিংলুদে। দেবদাস হাইফেৎ ঈকাইবগুম তৌরকই, গাড়ী অমা ভাড়াদা লৌদুনা সন্ধ্যা মতুং খরা ওইনা চন্দ্রমুখীগী য়ুম মমাঙদা লাক্নুনা থুংলরে। য়াম্না কুইনা কৌথোক-কৌশিন তৌনরবা তুংদা ইমুংদগী নুপীগী খোঞ্জেলদা পাউখুম পীরকই, "মফম অসিদা নত্তে।"

মমাঙদা গ্যাসপোস্ট অমা লৈ। দেবদাসনা মদুগী ময়াদা হন্দোক্লগা হায়রকই, "নুপী অদু কদায়দা চৎখ্রবগে তাকপিবা ঙমগদ্রা?"

থোঙনাও হাংদোক্নুনা নুপীদুনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা হায়রকই, "নহাকপু দেবদাস নৎত্রা?"

"মানি।"

"ঙাইরমখো, থোঙ হাংদোরক্কে।"

থোঙ হাংদোক্লগা নুপীদুনা হায়রকই, "চঙলকউ।"

খোঞ্জেলদু ফম্না নিংথিনা খঙবগুম তৌই। অদুম ওইনমক মশক মুম্না খঙবদি ঙমদ্রে। খরমখৈ মমতকস তৌই। চিংননা হায়রকই. "চন্দ্রমুখী কদায়দা লৈবগে তাকপিবা ঙমগদ্রা?"

নুপী অদুনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "ঙমগনি, মথন্তা কাখৎসি।" হন্দক্তি দেবদাসনা মশক খঙবা ঙম্লে— "এঃ, নহাক?"

"হোয় ঐনি। দেবদাস, ঐবু পূমকাউ কাউথোক্লব্রা?"

মথন্তা কাখৎপদা দেবদাসনা উরে, চন্দ্রমুখীগী ফিজেৎতু মপাল অমুবা চনবা ফৈজোম্নি, অদুবু মোৎলি। মখুৎতা শুপ্নগী খুজি অনীথক শিরি, অতোপ্পা লৈতেং অমত্তা য়াওদে। কোক্কী শম ফাই। ঙক্কুনা হায়রকই, "নহাক?" মুম্না য়েংলকই, চন্দ্রমুখী হান্নদগী য়াম্না ময়াং কংশিল্লে। হায়রকই, "নহাকপু নারুরব্রা?"

চন্দ্রমুখীনা নোক্কুনা হায়রকই, "হকচাংগী ওইনদি শুপ্পা নাদে। নহাক নিংথিনা ফম্মু।"

দেবদাসনা ফমুংদা ফমথবদা উরকই, কাদু তশেংনা মপুং ফানা শকওং অমা পূমহোং হোংলম্লে। য়ুম্বু নুপীদুগী মতৌশুম মদুগীসু অবা-দশাগী ঙমখৈ লৈরমদ্রে। পোৎ-চৈ অমতা লৈত্রে— আলমারি, টেবিল, চেয়ার থাফমদু ইহাং হাংলম্লে। শুপ্নগী ফমুং অমতং থারি; ফৈজুপ তরু-তরুদ্রে। ফক্লাংদা থেৎলম্বা লাইশিংদু লৌথোকখিরম্লে, য়োৎপীদি হৌজিক ফাওবা য়ুদুনা লৈরি, অঙাংবা ফিতা অমা-অনী হৌজিকসু য়ান্দুনা লৈ। মথন্তা থেৎলম্বা ঘড়িদু হৌজিকসু ব্রাকেট মথক্তা তারি, অদুবু মখোল থোক্রে। নাক-য়েংতা মিরাংনা মনীং তৌনা থুরি। কাচিন অমদা থাউমৈ অমা মুশি মুশিবা মঙাল শন্দোক্লি— মদুমক্কী মতেংনা দেবদাসনা ইমুংগী অনৌবা মখলগী লৈতেং য়েংলকই। খরমখৈ শাউনিংনা হায়রকই, "চন্দ্র, অসুক হাক্লা খুদোংচাদবসি কমদৌনা থোকখ্রিবনো?"

চন্দ্রমুখীনা মমি শাম্বা মীনোক্লা নোক্কুনা হায়রকই, "খুদোংচাদ্রে হায়বা নঙোন্দা কনানা হায়বগে? ঐদি লায়বক ফরবনি!"

দেবদাসনা ভাব তাবা ঙমদ্রে; হায়রকই, "নঙগী নশাদা শিরম্বা লিক-কোলশিংদু কদায়দা চৎখ্রবগে?"

"য়োহ্থোকখ্রে।"

"পো-চৈশিংদুদি?"

"মদুসু য়োহ্থোকখ্রে।"

"কা অসিদা থেৎলম্বা লাইশিংদুসু য়োহ্থোকখ্রব্রা?"

হন্দক্তি চন্দ্রমুখীনা নোক্কুনা মমাঙগী য়ুম অম্বা উৎতুনা হায়রকই, "য়ুম অসিগী ক্ষেত্রমণিদা পীথোকখ্রে।"

দেবদাসনা মহাক্কী মায়থোংদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "চুনিবাবুদি কদায়দা লৈ?"

"হায়বা ঙমদে। থা অনী ফারে খৎনদুনা চৎখিবা, অমুক হল্লকখিদ্রে!"

দেবদাস অমুক হেন্না চঙক্লখ্রে— "কৈদৌবগী খৎনরিব্বনো?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "মীবু খৎনদব্রা?"

"খৎনৈ। অদুবু করিগীনো?"

"দলালি তৌবা লাক্লম্মী, অদুনা তাহোকখিবনি।"

"করিগী দলালি?"

চন্দ্রমুখীনা নোক্তুনা হায়রকই, "লিমোনগী।" অদুগী তুংদা হায়রকই, "নহাক্লা করিমতা ভাব তাবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? অচৌ-অশাং অমা ফাদুনা পুরকই, থাদা লুপা চনী, লিক-কোল ময়াম অমা, অদুগা থোঙ ময়াদা সিফাই শঙহনগদৌরিবনি। ভাব তারব্রা?"

দেবদাসনা ভাব তারক্তুনা নোক্তুনা হায়রকই, "মদুশিংদুদি উদেনা?"

"লৈরম্লবদি উগদবনি। ঐনা মখোয়বু তাহোকখ্রে।"

"মখোয়গী মরাল?"

"মরালদি থোইনা করিসু লৈখিদে, অদুবু হৈনরকখিদে।"

দেবদাসনা ফনা কুইরবা ফাওবা খন্দুনা লৈরুরগা হায়রকই, "মদুদগী হৌনা অতোপ্পা কনাসু মফম অসিদা চঙলকখিদ্রব্রা?"

"চঙলক্তে। মদুদগী হৌনা করিগীনো, নহাক্লা চৎখিবা মতুংমক্তদগী মফম অসিদা কনাসু লাক্তে। শুপ্নগী চুনিদদি মরক মরক্তা লাক্লম্মী, মাসু লাকখিদবা থা অনী ফারে।"

দেবদাস ফমুংদা হিপথখ্রে। ৱাখল অমদা তাউবগী মতাংগুম ফনা কুইনা তুমিন্না লৈরুরগা তপ্না হায়রকই, "চন্দ্রমুখী, মদু ওইরবদি লুকমাই হৌগৎলব্রা?"

"হোয়— ইরোন-ইরান তাক্লে।"

দেবদাসনা ৱাফম অদুগী পাউখুম পীদনা হায়রকই, "অদুবু করি তৌদুনা চাগদৌরিবনো?"

"হৌজিক্তা হায়খিবদুনি— লিক-কোল খরা লৈরম্বদু য়োহোকখ্রে।"

"মদুনা অমুক কয়া য়াম্বগে?"

"য়ামদে। লুপা চানিপাল-চামাপল ঐগী লৈ, হৱায়-চেংৱায় য়োনবা দুকান অমদা শান্দোক্তুনা থম্লি— মহাক্লা ঐঙোন্দা থাগী লুপা কুন-কুন পীরকই।"

"লুপা কুম্না হান্নদি নহাক্কী চৎনবা য়ারমদেদনা?"

"য়ারমদে, হৌজিকসু নিংথিনা কোন্নদে। থা অহুম শুরে য়ুমগী ভাড়া তোল্লকপা, অদুনা খল্লিবনি, খুৎতগী খুজি অনী অসি য়োহোক্তুনা শেন্দোল পুন্নমক শিংদোক্লম্লগা অতোপ্পা মফম কদায়দনো চৎখ্রগে।"

"কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

"মদু হৌজিক মাওনা লেপরি। অহোংবা নম অমদা চংকনি— করিগুম্বা খুদং অমদা— লুপা কুপ্পা কোম্বাদবা।"

"নংগীমখে চংখিবা করিগীনো? করিগুম্বা তশেংনা নহাক্কী অতে করিসু দরকার লৈরবদি অসুক কুইরবসি কাম্নদবদা মীগী শেন্দোল হেনগৎহল্লিবা করিগীনো?"

চন্দ্রমুখীনা মায়থোং লুক্না ওইহাক খন্দুনা য়েংলকই। মহাক্কী পুশিদা বাকম অসি হায়দোকপবা ওসি অহানবা ওইনা মতোন্দা ঈকাইজবা মাওরক্লে।

দেবদাসনা হায়রকই, "তুমিন লৈরব্রা?"

চন্দ্রমুখীনা ফমুং মচি অমদা কিখি-কিক্লম্বা মওংদা ফমথরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "শাউরকনু। চংখিবগী মমাঙদা মহাক্না উনবা ফমল্লা হায়না আশা তৌরম্মী। খল্লম্বনি, নহাক অমুক হল্লা লাকপসু য়াই। ওসি নহাক লাক্লে। হৌজিক্তি চংনবা হয়েংমক থৌরাং তৌরনি। অদুবু কদায়দা চংকদৌরিবনো হায়বা তাক্লম্মুরা?"

দেবদাস ওকচাননা ফমদুনা লৈ; হায়রকই, "শুপ্পগী ঐগা উননবগী আশাদা? অদুবু করিগীনো?"

"বাখল অমনা— নহাক্না ঐবু য়াম্না তুকচৈ। অসুক হাক্না তুকচ্চবদি কনানা কৈদৌঙেদসু তৌরমগনি নীংদে, অদুননি! ওসি নহাক্না নিংশিংগদ্রা-নিংশিংলরোইদ্রা খঙদে, অদুবু ঐদি মুন্না নিংশিংলি— নহাক্না মফম অসিদা ইহান হাম্না লাকখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা নঙোন্দা ঐগী মীথয়েং চিংশিনখি। ঈনাকখুনবা মচানি হায়বসু খঙই; অদুবু শেলগী আশাদা নহাক্কী মায়কৈদা থম্মোয় চিংশিনখিবা নত্তে। নহাক্কী মমাঙদা নুপা কয়া মফমসিদা লাকখ্রবনি, অদুবু কনাগী থম্মোয়নুংদা করিগুম্বদসু মতিক-মঙাল খক উখিদে। অদুগা নহাক্না লাকপগা ঐঙোন্দা চৈথেং পীরখি; হঙোইদুনা মায় লৈথোক্লুনা লৈখি, মমৈথংদা দ্রামাগী মতৌগুম খরা পীরম্নগা চংখি। পূন্নমক অসি নিংশিংলিব্রা?"

দেবদাস তুমিল্লা লৈ। চন্দ্রমুখীনা অমুক হন্না হায়রকই, "মদুদগী হৌনা নঙোন্দা ঐগী মীথয়েং থমখি। নুংশিদুনসু নত্তে, তুকচ্চদুনসু নত্তে। অনৌবা পোৎশক অমবু উবদা পূক্নিংদা কাউওম্নদবা অদুগুম্না নহাকপু করিগুম্বা মওংদসু কাউথোকপা ওল্লমদে। নহাক লাক্লবদি য়াম্না কিখি-কিক্লম্না চেকশিন-খমজিন্না লৈরম্মী, অদুবু লাক্লবদি ইন্নুং-নুংঙাইরমদে। অদুগী তুংদা অমুক হন্না ককঙাওনবগুম তৌরকখি— মীৎ অসিনা পোৎ কয়া মওং অমতদা উরকখি। হায়গী 'ঐ' অদু অসুক হাক্না তোয়োমখি— 'ঐ' অসে 'ঐ' অদু নৎত্রবগুম্মী। অদুগী তুংদা নহাক য়ু শিজিন্নরকখি। য়ুবু ঐদি য়াম্না হঙোইজে। কনাগুম্বনা য়ু ঙাওরবদি ঐ য়াম্না শাউনিংই! অদুবু তুংদা নহাক্না য়ু ঙাওবদি শাউনিংদে, অদুবু থবারদি য়াম্না বারম্মী।" অসি হায়রগা চন্দ্রমুখীনা দেবদাসকী খোঙথক্তা মখুৎ থমদুনা পীরাং থাংনা হায়রকই, "ঐদি

শাখীনা লৈখা তারবীনি, ঐগী ইয়াল লৌবিগনু। নহাক্পা বা কয়া হায়রি, কাহেন্না তুকচ্চবি; অদুবু ঐদি নহাক্কী নাক্তা অদুক্কী মতিক নকশিনবা পামজবি। মমৈদা নহাক্পা তুমব্রকদা— তোক্লসি মদুগুম্বা বাদু পন্নরোই অমুক শাউগৎপিরকপসু য়াই।"

দেবদাস করিমতা ভাংদে— অনৌবা মওংগী বারী-বাতাই মতোম্দা খরমখৈদি হৈনদবা ওইনা থোকই। চন্দ্রমুখীনা লোম্না মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "নোংমা নঙনা হায়রি— ঐখোয়না কয়া খাংলি, খৌওইবিদবা, ঈকাইবা নংবা— তমথীবা মীওৎ-মীনে, উপদ্রবকী বা— নুমিৎ অদুদগী হৌনা কন্না বারৌবি— ঐনা পুন্নমক তোকথোকবি।"

দেবদাসনা হৌগৎতুনা কন্নগা হংলকই, "অদুবু কমদৌনা পুন্সি লেনগদগে?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "মদুদি হাপ্পনা হায়রব্রদুনি।"

"খন্নু, মহাক্না করিগুম্বা লৈজবা শেল-থুম পুন্নমক্তু নমথাক তৌব্রবদি—

"অদুবু মদুসু খন্নকই। খুদোংথীবদা তারবদি নহাক্কী নকমদা ভিক্ষা নিদুনা খরা লৌগনি।"

দেবদাসনা খন্নগা হায়রকই, "মদুবুদি লৌ। হৌজিক অতোপ্পা মকম কদায়দনো চৎখিনবা থৌরাং তৌরো।"

হয়েংমক থৌরাং তৌরগনি। খুজি অনীসি য়োম্হোক্লগনি, অদুগা দুকান্দারদু অমুক্তং উনরুখিগনি।"

দেবদাসনা ফুরিখাওদগী লুপা চামা চংপী নোট মন্তাখক লৌথোক্তুনা মোন মখাদা থন্নগা হায়রকই, "খুজি য়োম্হোক্নু, অদুম ওইনমক দুকান্দরগদি উনরু। অদুবু, কদায়দা চংকদৌরিবনো? করিগুম্বা তীর্থস্থান অমদরা?"

"নত্তে দেবদাস। তীর্থ-ধর্ম্মদা ঐদি অদুক হাক্পা থাজরুবা লৈতে। কোলকাতাদগী থোইনা লাপ্তুনা চংকনি, অনকপা খুঙ্গং অমদা লৈরুগনি।"

"কনাগুম্বা ভদ্রলোক্কী য়ুমদা মীনাইনুবী ওইনা লৈরুগদৌরিব্রা?"

চন্দ্রমুখীগী মীৎতগী পী অমুক শিন্থরক্রে। তৈথোক্লগা হায়রকই, "মদু হৈনরক্তে। নীংতম্বা মওংদা ইনীং তন্না লৈরুগনি। কৈদৌবগী অবাবা নংবা চংলুগদৌরিবনো? পান্সল শিজিন্নবা থবক করিগুম্বা নুমিৎতসু তৌরকখিদে, হৌজিকসু তৌরুবা ভন্নরোই অদুগা কাহেন্না শু-নোন্নবদি থবায় তৎখিবসু য়াই।"

দেবদাসনা মায়থোং মকশিন্না মোকফেৎ তৌরকই; হায়রকই, "অদুবু শহর ময়াদা লৈরবদি অমুক মীহৌরকপসু য়াই— মীওইবগী পূক্লিং হায়বসি থাজনিংভাই লৈতে।"

হন্দক্তি চন্দ্রমুখী মায়থোং মকালান্নক্রে; নোক্তুনা হায়রকই, "বাফম অদু অচুম্বনি, মীওইবগী পুক্লিং থাজনিংভাই লৈতে হায়বা য়াই; অদুবু ঐদি মীহৌ-লাংদা অমুক থুন্নরোই। নুপীনা য়ান্না কাহেন্না মীহৌচাউই হায়বসু য়ানিংই, অদুবু মীহৌনিংভাই ওইবা পোৎশিংদু

ইশানা পান্না থাদোকচত্রবা মতমদদি ঐগী কিরুনিংঙাই অমুক লৈত্রে। করিগুম্বা মীহৌ-লাং অমদগী ইখঙ-খঙহৌদনা থাদোকপা ওইরম্লবদি চেকশিনবা দরকার ওই, অদুবু অসুক কুইরবসিগী মনুংদা নোংমতসু ঐদি অনুতাপ তৌরুদে। ঐদি য়াম্না নুংঙাইনা লৈরিবনি।"

. অদুম ওইনমক দেবদাসনা মঙক হাইরকই, হায়রকই, "নুপী ওইবীগী পূক্নিংদি তথক তথকই— কাহেন্না থাজনিংঙাই ওইদে।"

হন্দক্তি চন্দ্রমুখী তশেংনা মনাক নক্না চঙশিন্দুনা ফম্লরে। কৌরকই, "দেবদাস।"

দেবদাসনা মহাক্কী মায়থোংদা য়েংলকই, হৌজিক অমুক হায়রুবা ঙমদ্রে — ঐঙোন্দা শোক্রুক্কনু।

চন্দ্রমুখীনা মীনুংশি চেনবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা খোঞ্জেল হাইফেৎ নিক্রুপ তৌনা মাগী খূৎ অনীদু চিংশিন্দুনা মতম্বাক্তা থম্লগা হায়রকই, "ঙসিনা অরোইবা নুমিৎনি, ঙসিদি অমুক শাউরক্কনু। বা অমা নঙোন্দা য়াম্না হায়নিংই। অসি হায়রগা মহাক্না ঙাইহাক মীৎয়েং হোংদনা দেবদাসকী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "পার্ব্বতীনা নঙোন্দা য়াম্না কাহেন্না চৈথেং পীখিব্রা?"

দেবদাসনা পীশুম শুক্রুকই, হায়রকই, "বাফম অসি করিগীনো?"

চন্দ্রমুখী ফিঙ্গৎলক্তে। ঈংনা অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ঐগী থবক লৈ। নঙোন্দা শেংনা হায়রিবসিনি, নহাক্না নথবায় নুংঙাইত্রবদি ঐগী থম্মোয়দসু পাম্লি। মদুদা নৎতনা মনুংগী বা য়াম্না খঙই হায়বা য়াই। মরক মরক্তা নেশাদা তাউদুনা মহাক্না চোইরোল ওইনা ঙাংলকপা কয়া তাখি। অদুবু মদু ওইরবসু পার্ব্বতীনা নঙোন্দা নমথাক তৌখি হায়বদি ঐনা থাজরুবা ঙমখিদে। থোইদোক্নদুম খল্লিব্নি, নহাক নশানা নশাবু লৌনমজবনি। দেব্দাস, ঐনা নঙোন্দগী চহী হল্লি, সংসারসিদা পোৎ য়াম্না উরক্রে। ঐনা করি খনবগে খঙব্রা? তশেংনা খল্লিবনি, নহাক্না লাম্লনা লৌখিবনি। খল্লিবনি, তথকই অদুগা পূকচেল লেপ্তে হায়না নুপী ওইবীশিংদা মিংচৎথিবগী বদনাম অদুক হাক্না নখোয়না পীরুবা চুমদবনি। মিংচৎথিবা থবক তৌরিবসু নখোয়নি। নখোয়না ঙাংনিং-শক্লিংবদু অপনবা লৈতনা শৎ ঙাংথোকপা ঙম্মী! মখোয়দি অদু ঙমদে। মপূক্নিংগী বা ফোঙদোকচবা ঙমদে, ফোঙদোকউরবসু ময়াম্না ভাব অবা ঙমদে। করিগীনো হায়বব্রু থোইদোক্না ময়েক শেংদে— নখোয়না চিন কাংথোক্তনা থুপচাননা থমখি। অদুগী তুংদা অথিবা মিংচৎ অদুমক মীয়ামগী চিন্দা ময়েক শেংলকই।"

চন্দ্রমুখীনা লেপকক তৌরকই, খোঞ্জেল অমুক্কসু খরমখে শেংহম্না হায়রকই, "পুন্সিসিদা নুংশি-ললোনবা মতম য়াম্না শাংনা চৎথরুরে, অদুবু অমখক্তংবু নুংশিখি। নুংশিবা অদুগী মমল য়াম্না য়াম্মী। য়াম্না তম্লক্রে, খঙলিবদুনি নুংশিবনা অমনি, অদুগা শক্কী মীহৌবনা

অমনি হায়বা। অনী অসি য়াম্না খেম্নে, অদুগা নুপানা অমুক হেন্না খেন্নহল্লি। শক্কী মীহৌবদু নখোয়দগী ঐখোয়না য়াম্না হৈহে হায়নৈ, অদুনা মীৎকুপ অমদা ঐখোয়দি নখোয়গী নতৌগুম অঙাও-চুদে। নখোয়না লাক্তুনা নুংশিবা য়াকাইহল্লরবা, ৱাহৈ কয়ানা মওং কয়াদা যোঙদোক্লরবা মতম অদুদসু ঐখোয় তুমিন্না লৈ। অয়াম্বা মতমদা নখোয়গী থম্মোয়দা চৈনা পীরক্লগদবা ঈকাইজে, থৱায় ৱাজে, হঞ্জানবা পোকই। মশক উবদদা ফাওবা হঙ্গোইবা পোক্লবা মতম অদুদসু ঈকাইদুনা হায়দোকচবা ঙমদবা য়াই— ঐ নহাকপু নুংশিবা ঙম্মোই। অদুগী তুংদা মপালগী ওইবা নুংশি-নুংঙলগী ড্রামা চৎথে; নোংমা নেশাদু কোকখিবা মতমদা নুপা ওইবনা শাউদুনা ফিঙ্গৎনা হায়রকই, কয়াদা লৌনম চাউখ্রবা! ময়াম্না ৱা অদুমক তাবি, ঐখোয়দি মতমদুদসু তুমিন্না লৈ। থম্মোয়দা মৈশা কয়া লাংই, অদুবু কনানা মদু উবিবগে?”

দেবদাস ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদে। চন্দ্রমুখীসু ঙাইহাক তুমিন্না মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈরুরগা হায়রকই, “মীনুংশি অমা উৎলকপা য়াই; নুপী ওইবীনা খঞ্জে, খঙলে নুংশিবা হায়বদু মসিনি। ঈংনা তপ্না ইমুংগী থবক-ঈংখাং নোম্মী, অৱা-অনা মতমদা মথৱায় খূবাক্তা হাপ্পুনা তেংবাংই। মখোয়না কয়া পূক্লিং থৌগৎপি— চিন থোক্লা থাগৎ-ৱাহৈ কয়া হায়বি। অদুবু মতমদু ফাওবা মহাক্তি নুংশিবগী ময়েক অমা ফাওবা খঙলমদবা য়াই। মদুগী তুংদা করিগুম্বা ফৎতবা পূংফমদা মহাক্কী থম্মোয়নুংদগী খাংঙমদবা মৈচাক মপাল থোরকপা থোক্লবদি মতমদুদা—” অসি হায়রগা মহাক্লা দেবদাসকী মায়থোংদা থৌরবা মীৎয়েং থমদুনা হায়রকই, “মতমদুদা নখোয়না লাউ-খোংদুনা হায়রকই, কলঙ্কিনী! অচ্চা-চা!”

ইখঙ খঙহৌদনা দেবদাসনা চন্দ্রমুখীগী চিন মেন্দুনা হায়রকই, “চন্দ্রমুখী, করিনো হায়রিবদু?”

চন্দ্রমুখীনা মাগী খূৎ তপ্না ইথোক্লগা হায়রকই, “নুংশাথিরুনিংঙাই লৈতে দেবদাস, ঐ নহাক্কী পার্ব্বতীগী ৱা হায়বা নত্তে।” অসি হায়রগা মহাক তুমিন্না লৈখ্রে।

দেবদাসসু ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা ৱাখল অমদা তাউবগী মতাগুম হায়রকই, “অদুবু থৌদাংদি লৈদনা! ধর্ম্ম-অধর্ম্ম লৈদনা!”

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, “অদুদি লৈরিবমক্লি। অদুগা মদু লৈ হায়দুনমক্লি দেবদাস, তশেংনা নুংশিজরিবা মহাক অদুনা খাংদুনা লৈরিবা। থম্মোয়দদা নুংশিজবা ফাওবদা কয়াদা নুংঙাইজরিবা, কয়াদা পেঞ্জরিবা— শামিন ফংলবা মহাক অদুনা অরেম্বদা সংসার মরক্তা অৱাবা অমদি শান্তি কায়বা পুশিঞ্জরকপা পামদে। অদুবু করিনো ঐনা হায়খিবদু দেবদাস,— ঐ তশেংনা খঙই, পার্ব্বতীনা নঙোন্দা শন্না মফৈ অমা ফাওবা লৌনমখিদে, নহাক নশানা

নশাবু লৌনমজবনি। ঙসি ৱাফম অসি খঙবা ঙম্বগী শক্তি নহাক্কী লৈতে হায়বা ঐ খঙই; অদুবু করিগুম্বা মতম লাকপা থোক্লবদি ঐনা অচুম্বা হায়খি হায়বা মতম অদুদা উবা ফংলকপা য়াই।"

দেবদাসকী মীৎ অনীমক পীনা থুমহৎলক্লে। ঙসি কমদৌননো মহাক্কী থম্মোয়দা খঙলকপগুম তৌরকই, চন্দ্রমুখীনা হায়রিবা পূন্নমক অচুম্বনি। মীৎকী পীদু চন্দ্রমুখীনা উব্রে, অদুবু তৈথোকপিনবা হোৎনরুদে। মপূক্লিংদা হায়জরকই, নহাকপু ঐনা কয়ারক হন্না মওং কয়াদা উরক্লবনি, ঐ নহাক্কী পূকচেল খঙই। য়াম্না মুন্না খঙলবনি, সাধারণ নুপাশিংগী মতৌগুম্বা নহাক্না শেমজিন-শাজিন্দুনা নুংশিবা উৎপা ঙম্লোই। অদুম ওইনমক শক্কী ৱা—ফজববু কনানা পামদবগে? অদুবু মদুনি হায়দুনসু নহাক্কী অদুক হাক্না মতিক-মঙাল লৈরবা শক্কী থূয়াখাদা থৱায়-হকচাং শৎ-হেক কৎথোক্কনি হায়বা অসিদি থাজবা ঙমদে। পার্ব্বতী মশক য়াম্না ফজবম্বা য়াই, অদুম ওইনমক পূক্লিংদা খল্লকই, মহাকমক্না হাম্না নহাকপু নুংশিরমগনি, মহাক্না হাম্না ৱাফম অদু কাংথোক্লমগনি।

মপূক্লিংদা মতোমদা অসুম হায়জবম্বদগী খঙহৌদনা শেংফাৎতবা খোম্বোক্তা চিনথোক্না শৎ হায়দোকখ্রে, "ইশাদা পান্দুনা খঙলবনি, মহাক্না নহাকপু কয়াগী মতিক নুংশিবগে হায়বা।".

দেবদাসনা ফুক হৌগৎতুনা ফম্লগা হায়রকই, "কবিনো হায়বিবদু?"

চন্দ্রমুখীনা হায়বকই, "কবিসু নত্তেদা! মহাক নহাক্কী শক্তা ঙাওবা নত্তে হায়বনি। নহাক শক ফজ্জে হায়বা য়াই, অদুবু মদুদা শুমহৎনিংঙাই য়াওদে। কাহেন্না মতিক-ময়াই কল্লবা শকফম অসিদি ময়ামগী মীৎতা পাক হেক উবা ফংদে। অদুবু উরুবা মহাক অদুদি অমুক হন্না মীৎফম হোংবা ঙমদে।" অসি হায়রগা শাংলবা নুংশামপী অমা হোন্দোরকই, হায়রকই, "নঙোন্দা করম্বা লীচিং লৈবগে হায়বা নহাকপু নুংশিরুবা মহাক্তনা খঙই। স্বর্গ অসিদগী মশানা পামজনা হন্দোক্তুনা চৎখিগদবী অদুগুম্বী নুপী মালেমসিদা লৈরমখিগদ্রা?"

ঙাইহাক অমুক তুমিন্না মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা লৈরুরগা খোঞ্জেল পিক্না হায়রকই, "শকফম অসিদি পাক হেক উবা ফংদে! তশেংনা থম্মোয় লকানুংদা মসিগী মুৎনাইদ্রবা মমি তাখি। অদুগী তুংদা পুন্সি-থাউমৈ মুৎখ্রবদা চিতাগা লোয়ননা মৈ চাকখিদুনা তাঙ্গোই ওনখিগনি।"

দেবদাসনা চন্দ্রমুখীগী মায়থোংদা তঙক তঙক য়েংদুনা হায়রকই, "ঙসি নহাক্না হায়রিবা ময়ামসি করিনো?"

চন্দ্রমুখীনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "নুংশিদবা মহাক অদুনা করিগুম্বা নমদুনা নুংশি-ৱারী শারকপা অদুগুম্বা খুদোংথীবা অমমুক লৈত্রে দেবদাস! অদুবু ঐদি শুপ্নগী পার্ব্বতীগী উকল ওইবদনি — ইশাগী ৱা নত্তে।"

দেবদাসনা হৌগৎকদবগী তৌদুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি ঐ চৎলগে।"

"অমুক ঙাইহাক্তগা ফমখো। কৈদৌঙেদসু নহাকপু জ্ঞান তারিঙেদা উবা ফংদে, কৈদৌঙেদসু নখুৎ অনী পায়দুনা বা ঙাংজবা ফংলকখিদে— মসি কয়াদা পেনখ্রবা!" অসি হায়রগা খঙহৌদনা নোকথোরকই।

দেবদাসনা ঙক্লুনা হায়রকই, "নোক্লিবা করিগীনো?"

"করিসু নত্তে, অরিবা বাফম অমা নিংশিংলক্লুননি। মদু ঙসিদগী চহী তরাগী মমাঙগী বানি— নুংশিনদুনা ঐনা য়ুম থাদোক্লুনা চেল্লকখিবা মতম অদুগী। খল্লম্মী, কয়াগী মতিক নুংশিজবা, খঙলে থবায় ফাওবা থাদোকপা ঙমগনি হায়না মতমদুদা খল্লম্মী, অদুগী তুংদা নোংমা করিসু লৈতবা সনা মচেৎ অমগী বাহৌদগী ঐখোয় অনী খৎনখি। মদুদগী কৈদৌঙেদসু ইবানি অমুক হন্না শক য়েংনখিদে। মহাক্না ঐবু তশেংনা নুংশিবিদে,— মদু নৎত্রবদবু সনা মচেৎ অমা ফাওবা শাবিরোইদ্রা হায়দুনা থম্মোয় ফাজিঞ্জখি।"

চন্দ্রমুখীনা অমুক হন্না মপূক্লিং তানা নোকথোরক্লে। থংনবা মীৎকুপমক্তদা ঈংনা শকফম হঞ্জিন্দুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "উৎ ওইখ্রসনু সনা। মতমদুদবু খঙলম্বরা, কোক খজিক্তং চিকপগীসু চিংনবা লৈতনা থবায় অসি থাদোকপা য়াই! মতমদুদদি খঙলমদে সীতা-দময়ন্তীগী মৈচাক, থাজরমদে জগাই-মাধাইগী বারী। ফরে দেবদাস, জগৎ অসিদা পুন্নমক ওইথোকই, নৎত্রা?"

দেবদাসনা করিসু হায়রুবা ঙমদ্রে; মবুদ্ধি ফকচিনবগী মতাগুম তঙক-তঙক য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "ঐ চৎলগে।"

"কিনিংঙাই করি লৈবগে, ঙাইহাক্তগা ফামখো। ঐনা নহাকপু ফাজিন্দুনা থম্বা পামদে— ঐগী মতমদু হৌখ্রে। হৌজিক নহাক্না ঐবু তুকচ্ছরিবা অদুক হান্না ঐনসু নহাকপু তুকচৈ; অদুবুনে লুহোংদ্রিবা করিগীনো?"

দেবদাস হৌজিক চনিং তানা স্বর হোঞ্জবা ফংবগুম্মী; নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "তৌফম থোকপনি হায়বদি য়াই, অদুবু পাম্মুদে।"

"পামদ্রবসু হোংউ। নুপী-অঙাংগী মশক উরগসু য়াম্না শান্তি ফংবনি। মদুদা নৎতনা ঐগীসু উপায় ওইগনি। নহাক্কী য়ুমদা মনাই-নুপীগী মতৌগুন্না লৈরবসু নিংঙাইদনা পুন্সি লেনবা য়াগনি।"

দেবদাসনা নোক্লুনা হায়রকই, "ফরে, মতম অদুদা নহাকপু কৌরবা হায়বদুনি।"

চন্দ্রমুখীনা মহাক্কী মীনোক অদু উবা ফংদবগুম্মী; হায়রকই, "দেবদাস, অদুগা বা অমগা হংনিংই।"

"করিনো?"

"নহাক্না অসুক কুইবসি ঐগা ব্না ঙাংনে-শক্নবা পাম্লম্রিব্নবসি করিগীনো?"

"করিগুম্বা দোষ লংশিনখিবা য়াওব্রা?"

"মদুদি খঙদে। অদুবু অনৌবনি হায়বদি য়াই। য়ু থক্তুনা জ্ঞান মাংব্রিবমখৈ কৈদৌঙৈদসু মহৌশাদি ইশক মুন্না য়েংবিখিদে।"

দেবদাসনা মসিগী পাউখুম পীদনা মায়থোং মকশিন্না হায়রকই, "হৌজিক্তি য়ু শোক্লে— ঐখোয়গী বাবা লৈখিদ্রে।"

চন্দ্রমুখীনা ফনা কুইনা থম্মোয় পুঙমদবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা লৈরগা হায়রকই, "মসিগী তুংদদি অমুক হন্না থকখিগদ্রা?"

"হায়বা ঙমদে।"

চন্দ্রমুখীনা মহাক্কী খুৎ অনীদু খরগা অমুক চিংশিল্লগা পীরাংনা থুমহৎলবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "করিগুম্বা ঙল্লবদি থাদোকউ। মতম চাদনা অসিগুম্বা সনা অহিংবা কুচুগী হকচাং অসি মাংহগনু।"

দেবদাসনা খঙহৌদনা ফুক হৌগৎতুনা লেপখৎলগা হায়রকই, "ঐ চৎলে; মফম অমদবু চৎলবসু পাউ পীরকউ— অদুগা দরকার খিৎতং ওইরকপদা ঐঙোন্দা খঙহল্লকপা কৈদৌঙৈদসু ঈকাইগনু।"

চন্দ্রমুখীনা খুরুমদুনা খূয়া-উফুল লৌরগা হায়রকই, "আশীর্ব্বাদ তৌরিবস্মু, নুংঙাইবা ফংজনবা। অদুগা ভিক্ষা অমতংগা— ঈশ্বরনা ওইহনবিদবদি ওইসনু, অদুবু করিগুম্বা মতমদা মীনাইনুবীগী দরকার ওইরকপা থোক্রবদি ঐহাকপু নিংশিংবিরকউ।"

"হোয়।" অসি হায়রম্লগা দেবদাস চৎখ্রে। চন্দ্রমুখীনা মখূৎ লোম্নদুনা কপ্তুনা হায়রকই, "হে ঈশ্বর! অমুক্তগা উজবা ফংহনবিয়ু।"

## তরামরি

চহী অনী ফারে পার্ব্বতীনা মহেন্দ্রবু লুহোংবিদুনা চিন্তা ফনা য়াম্না কোকখিবা। জলদবালা মবুদ্ধি লৈবী অমসুং থবক তৌবদা চঙখোনবীনি। পার্ব্বতীগী মহুৎ শিন্দুনা ইমুংগী থবক অয়াম্বা মহাক্না তৌখ্রে। পার্ব্বতী হৌজিক অতোপ্পা মায়কৈদা মপূক্লিং থিংজিনখ্রে। ঙসি চহী মঙা ফারে মহাক লুহোংলকপা, অদুবু মচা পোক্লে। মশাগী মচা চেন্দবনা অতোপ্পগী অঙাংশিংদা মহাক্কী লীচিং কনখৎখ্রে। লাইর-অনংবগী বাদি থাপ্পবু থমখো, পান্থৈ খরমখৈ লৈরিবা মখোয়দুগী মচাশিং ফাওবগী খরচকী অয়াম্বা শরুক মহাকমক্না পুই। অসিদা নৎতনা মন্দিরগী থবক নোমদুনা, সাধু-সন্ন্যাসীগী সেবা তৌদুনা, মীৎতাংব-খোঙতেকপগী তেংবাংদুনা মহাক মতম লেপ্লকই। মপুরোইবদা হায়নদুনা পার্ব্বতীনা অতোপ্পা অতিথিশালা

অমগা শাহনখ্রে। মফমদুদা চঙজফম লৈত্রবা, সহায় লৈত্রবা মীওই মনীংতম্না লৈবা য়াই— জমিদারগী ইমুংদগী মখোয়গী শেন্নচানবা ফংই। অদুগা থবক অমদি পার্বতীনা য়াম্না লোম্ন-থুপ্না তৌই, মপুরোইবা ফাওবা খঙহন্দে। লাইরবা ভদ্র-পরিবারদা লোম্না শেলগী মতেং পাংই। মসি মহাক মশাগী খরচনি। মপুরোইবগী মফমদগী থা-থাগী ফংবা পুন্নমক অদু মদুদা শিজিন্নথোকই। অদুবু ফনা মওং অমদা খরচ তৌবা ওইরবসু জমিদারি ওফিসকী নায়েব-গোমস্তানা মদু খঙদবা লৈরমদে। মখোয়-মশেল মরক্তা চিবোন-চিরোন ঝারী শানৈ। মীনাই নুপীশিংনা লোম্না তারম্মী, ইমুংগী খরচ হন্দক-মরক ডবল ওইরক্লে; লনগৈ হাংলে— জমা করিমতা লৈত্রে? ইমুংদা বাজে-খরচ হেনগৎলক্লবদি, মীনাইশিংগী মফমদা মদু থম্মোয় শোক্লিংঙাই মশক ওইবগুম্মী। মখোয়গী মফমদগী জলদবালানা ঝাফম পুন্নমক অসি তারম্মী। নোংমা নুমিদাংদা মহাক্না মপুরোইবদা হায়রকই, "নহাকপু য়ুমসিগী কনাসু নৎত্রবা?"

মহেন্দ্রনা হায়রকই, "করিগীনো হায়য়ুদনা তাসি?"

মাগী নুপীনা হায়রকই, "মীনাই নুপা-নুপী খুদিংমক্না উনরবনি, অদুগা নহাক্তি উবা ফংদ্রব্রা? য়ুম্বুরেনবী অনৌবীদি য়ুম্বুরেনগী থবায়নি, মহাক্তি অমুক ঙাংলক-শরুকদবা লৈতে; অদুবু হায়হৌবা চুম্মী।"

মহেন্দ্রনা ঝাফমদু ভাব তাবা ঙমদ্রে, অদুবু মপুক্লিংদা লাঙতক্নরক্লে, হংলকই, "কন্নম্বা ঝাফম্নো?"

জলদবালানা শকফম হঞ্জিন্না মপুরোইবদা চিরোল তৌরকই— "ইমানৌবী মচা নুপা-নুপী অমতা লৈতে, মানা ইমুংসিগী য়াইফনবা কৈদৌনা খনগদগে, লোইনবা উড়াইথোক্লবনি, উবা ফাওবা ফংদব্রা?"

মহেন্দ্রনা পীগুম শুক্লুনা হায়রকই, "কমদৌনা!"

জলদবালানা হায়রকই, "মীৎ পাল্লন্নবদি উরমগদবনি। হন্দক-মরক অসি ইমুংগী খরচ শরুক অনী হেনগৎখ্রবনি— সদাব্রত খাঙবদা, দান-নুং তৌবদা, অতিথি-ফকিরগী সেবাদা। ফৈ, মহাক্না লাইরম্লেনগী পুণ্য তানশিঞ্জসনু; অদুবু নহাক্কীসু নচা-নশু পোক্লকখিগনিদনা? মতমদুদা মখোয় করি চাগদগে? ইশাগী ইপোৎ-ইরন য়োম্হোকত্রগা মমৈদা ভিক্ষা নিবা তারিব্রা?"

মহেন্দ্রনা হৌগৎতুনা ফমুংদা ফম্নগা হায়রকই, "নঙনা হায়রিবসি কনাগী ঝানো, ইমাগী ঝারা?"

জলদবালানা হায়রকই, "ঐগী লায়বকসে থিগ্রেদকো— অসিগুম্বা ঝাসি চিনসিনা অমুক পনবা তারি!"

মহেন্দ্রনা হায়রকই, "অদুনা নঙ ইমাগী মিংদা ৱাকৎপা লাক্লিব্রা?"

জলদবালানা শাউরংনৈনা হায়রকই, "ঐগীদি ৱাকৎপগী দরকার করিসু লৈতে। শুপ্নগী মনুংগী পাউদু খঙহল্লবদনি। মদু নৎত্রবদি মমৈদা ঐঙোন্দা দোষ তৌবিগে হায়রক্কনি।"

মহেন্দ্রনা য়াম্না কুইনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরগা হায়রকই, "নপামদদি নুংত্তিগী চাকখুম মৈ হৌবা নত্তে, জমিদার ইমুংগী খরচকী ৱাফম নঙনা কমদৌনা খঙগদগে?"

হন্দক্তি জলদবালাসু ক্রং শাউগৎলক্লে; হায়রকই, "নখোয়গী বাবাগী য়ুমসিদা অতিথিশালা কয়া শুবগে হায়য়ু তাসি?"

অমুক য়েৎনরুদনা মহেন্দ্র তুমিন্না হিপ্তুনা লৈখ্রে। অয়ুক্তা হৌগৎলগা পার্ব্বতীগী নাক্তা লাক্লে, হায়রকই, "কনাগা লুহোংবিরিবনো ইমা, মাগা য়ুম্বামিন্নবা য়ারোইদৌরি। ঐ কোলকাতাদা চৎথ্রগনি।"

পার্ব্বতীনা চঙক্রুদুনা হায়রকই, "করিগীনো ইবুংঙো?"

"নখোয়গী মিংচৎ থিগদবা ৱা ঙাংই— মাবু খায়নরবনি।"

পার্ব্বতীনা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদগী মমৌ অহলগী লোনচৎ-শাজৎ উরক্লবনি; অদুবু মদুগী ৱাফমদু লোৎশিল্লগা নোক্লুনা হায়রকই, "হৌনদে ইবুংঙো, মাদি য়াম্না ফবা ইমৌনি।"

অদুগী তুংদা মহাক্না জলদবালাবু অচিকপদা কৌশিল্লগা হায়রকই, "ইবেম্মা, খঙলে খৎনরুরৈনিনে?"

অয়ুক্তগী জলদবালানা মপুরোইবা কোলিকাতাদা চৎননবা থৌরাং তৌবা উবদা মপুক্লিংদা মিপাইজরক্লবনি; মনেম্বোক্কী ৱা তাবদা কপথোরক্লে, হায়রকই, "ঐমক্কী ইরালনি ইমা। অদুবু মীনাই নুপীশিংসিনা খরচ-পরচকী ৱা য়াম্না ঙাংনৈ।"

পার্ববতীনা ৱা পুন্নমক তারে। মশানা ঈকাইজরক্রদুনা মমৌনুপীগী পী তৈথোকপিরগা হায়রকই, "ইবেম্মা, নঙনা হায়রিবদু অচুম্বনি। অদুবু ঐদি অদুক হাক্লা য়ুম্বাল-হৈবী নত্তে, অদুনা খরচকী মায়কৈদু ঐ খল্লুদ্রে।"

অদুগী তুংদা মহেন্দ্রবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "ইবুংঙো, মরাল লৈতবদা শাউরুনু— নঙদি মপুরোইবনি, নহাক্কী য়াইফনবা খনবনা নুপীগী মফমদদি অতৈ পুন্নমক করিসু লৈতনা লৌবদি চুল্লিবনি। নহাক্কী নুপী অসি লক্ষ্মীনি।"

অদুবু নুমিৎ অদুদগী পার্ব্বতীগী খুৎ চিংশিঞ্জখ্রে। অতিথিশালা অমসুং মন্দিরগী সেবা অদুক হাক্লা অমুক তৌখিদ্রে; মপী-মপা লৈতবা, মীৎতাংবা, ফকির অয়াম্বনা হন্নখ্রে। য়ুম্বুরেন্না তারক্লুনা পার্ব্বতীদা হায়রকই, "মৌ-অনৌবী, লক্ষ্মী ভাণ্ডার মনুং হাপ্পব্রনে?"

পার্ব্বতীনা নোক্লুনা পাউখুম পীরকই, "শুপ্নগী পীথোকপদনা চৎনবা য়াগদ্রা? মতম খরা জমা তৌবসু ফৈ— য়েংবিয়ুদনা খরচ য়াম্না হেনগৎথ্রিবসে!"

"হেনগৎসনু। ঐবু কয়া কুইনা হিংখিগনি। মতম খরা অফবা থবক তৌদুনা লাইরম্লেনগী খরমখৈ য়েংহৌবা চুম্মী।"

পার্ব্বতীনা নোক্তুনা হায়রকই, "মসিদি য়াম্না ওইজবা থিবগী ৱানিদনা। ইশাগীদা য়েংবা অদুগা ইচা-ইশুগীদি য়েংবিররোইদ্রা? মতম খরা তুমিন্না লৈবিখো, অদুগী তুংদা অমুক লোইনবা তৌসি। মীওইবগী থবক্তি অমুক লোইবা নাইবা নত্তেদনা।"

মরম অদুনা চৌধুরী মহাশয়না মসিগী মরমদা অমুক হন্না তক্করুদ্রে।

হৌজিক পার্ব্বতীগী শিষ্ঠা হন্থখ্রে, অদুনা ৱাখল খনবা খরমখৈ হেনগৎখ্রে। অদুবু ৱাখল্লোন খুদিংমক্কী পরিং অমমম লৈ। আশা লৈরিবা অদুদি পরিং অমদা খল্লি; অদুগা আশা লৈত্রবা অদুনা অতোপ্পা পরিং অমদা খল্লি। হান্না পনখ্রিবা ৱাখল্লোন অদুগীদি তেকখৎপা লৈ, অপেনবা, অৱাবা লৈ। নুংনাংবা লৈ; অদুনা মীওইববু চোকথহল্লি— য়াম্না কুইনা খনবা ঙমদে। অদুবু আশা লৈত্রবদি নুংঙাইবা লৈতে, অৱাবা লৈতে, নুংনাংবা লৈতে, অদুম ওইনমক অপেনবা লৈ। মীৎতগী পীসু তাই, হকচিনবসু লৈ— অদুবু নুংতিগী নৌহৌননা থম্মোয় কায়দে। পারপ্পা মঙবা নোংগী মতৌগুম কোয়পাই পাইদুনা চৎলি। নুংশিৎকী শহুম ফংদবা মফমদুদা চপ লেপ্তুনা লৈ; অদুগা নুংশিৎকী শহুম হেক ফংবদা মফমদু অদুম থাদোক্তুনা চৎখি; হাংলবা অপাম-মীহৌ চেন্দবা থম্মোয়দা পেঞ্জবা অমা ফংবা ঙম্মী। পার্ব্বতীদু হন্দক-মরক্তি মতৌ অদুম্না তৌখ্রে। লাই খুরুম্বা ফম্বদা পূক্লিং লৈচংদ্রে, মফম খঙদবা নীংবা-কায়বা পূক্লিংনা অমুক হন্না তালসোনাপুরগী ৱাকোল, হৈনৌগী বাগান, পাঠশালাগী শঙ, ঈশিং পল্লি ৱাংমনচিংবা শৎ কোইরুই। অদুগা অসিগুম্বা মফমদা লোৎতুনা লৈখি, মদুদগী পার্ব্বতী মশানা মশাবু থিদুনা মপালদা পুথোরকপা ঙমজদে। হান্নদি চিনবান মতায়দা নোকপগী মমি তারকপু য়াওই, হৌজিক্তি পী মরিক অমা পূজাগী পাত্রদা তাখিবসু য়াওরে। অদুম ওইনমক মতমদি লেল্লি। থবক নোমদুনা, খোইথুম্নবা ৱারী-ৱাতাই তৌদুনা, মীগী য়াইফনবা তৌদুনা, সেবা-নুংবা তৌদুনসু মতম লেল্লি, অদুগা অমুক পূন্নমক কাউথোক্তুনা ধ্যান্দা লুপ্লবী যোগিনী মতৌগুম্নসু লেল্লি! কনাগুম্বনা হায়, লক্ষ্মীগী মশক ওইবী অন্নপূর্ণানি! কনানা হায়, ৱাখল অমদা লুপশ্লবী সংসারগী অপাম-মিহৌ চেন্দ্রবীনি। অদুবু ঙরাং অম্মুক অতোপ্পা ৱাফম অমগী কদোমদগীনো হুমজিল্লকপা ঈথক অমনা ফুররে। শাফু খরমখৈ কনবগুম, খরমখৈ তমথীবগুম তৌই। মপূক তপ্লবী গঙ্গাদা ইখঙ খঙহৌদনা কদোমদগীনো অকনবা ঈথক হৌরকপগুম্মী। ইমুংগী মী কনাসু মদুগী মরমদা খঙলমদে, গুপ্লগী ঐখোয়দদি খঙই। মনোরমানা ঙরাং খুঙ্গংদগী চিঠি অমা ইরকই। ইরক্লিবদু অসুন্না তৌই—

পার্বতী, ঐখোয় অনী অমনা অমদা চিঠি ইনরক্তবা য়াম্না কুইরে, দোষ ইবানিমক্কীনি। চমথোক্লবা অমা ঐ পাম্মী। ঐখোয় অনীমক্কা ইশানা য়ানদুনা পুক্লৌ-পাউরৌনবা হস্থহল্লসি। অদুবু ঐনা অহলনি, অদুনা ঐনা শাউনরনুসি হায়বা তাবনি। থাজে থিন্দনা পাউখুম পীরকনি। ঐ মফমসিদা লাকপা থা অমরোম ফারে। ঐখোয় য়ুম্নিংবা ইমুংগী নিঙোলশিংদি হকচাংগী অফ-ফত্তা থোইনা খল্লুদে। শিরগনা গঙ্গা প্রাপ্তি ওইখ্রে হায়; হিংদুনা লৈরগনা হায়, য়াইফরি। অদুনা ঐসু য়াইফরি। অদুবু মসিদি ইশাগী ৱাফম্নি, ৱারেম্নি। থবক্কী ৱা থোইদোক্না লৈ হায়বসু নত্তে। অদুম ওইনমক, পাউ অমা য়াম্না পীনিংই। ঙরাংদগী পাউসি পীসিরা পীনুসিরা খল্লক্লিবনি। পীরবদি নহাক নথবায় নুংঙাইরোই, পীদ্রবসু ঐ হিংলোইদৌরি— নুং অনীগী মরক্তা হা হায়বদু ওইরে। দেবদাসকী ৱা তাবদা মহাক শোয়দনা নথবায় নুংঙাইরোই, অদুবু ঐসু নহাক্কী ৱা নিংশিংদুনা কপ্পুনা লৈবা ঙমদে। ঈশ্বরনা কনবিখিবনি, মদু নৎলমদ্রবদি নহাক্তি ৱারৌচাউবীনিদনা, মাগী খূৎতা তারম্বা থোক্লবদি নহালনা ঈশিংদা চোংথখিরমগনি, নৎত্রগনা হু চারমগনি। অদুগা মাগী ৱাসি হৌজিক তাদ্রবসু নুমিৎ নিনিগী তুংদদি তাগদবা মরৈরে, তাইবং পুম্বনা খঙনরবা ৱাফম অদুদবু অমুক থুপচানরুনিংঙাই লৈরিব্রা?

ঙসি চাউরাক্লা নুমিৎ তরুক-তবেৎনি শুরে, মহাক লম অসিদা লাকপা। নঙনা খঙলিবদুনি, জমিদারগী য়ুম্মুরেনবী কাশীদা বাস তৌখ্রে, অদুগা দেবদাসনা কোলিকাতা-মচা ওনখ্রে। মহাক্লা য়ুমদা লাকপসি ময়াম্বগা খৎনবা অদুগা শেল লৌরবদনি। মতৌ অসুম্না মহাক মরক মরক্তা লাকই; শেলগী থৌরাং লোইদ্রিবমখৈ লৈরৈ,— শেল হেক ফংবগা চৎখি হায়না তায়।

মহাক্কী মপা শিখিবা চহী অনীগা মথায় ফারে। তাবদা ঙক্কনি। মতম খরদং অসিগী মনুংদা মাগী সম্পত্তি তথ্বায় অমা উড়াইথোকখ্রমাল্লে। দ্বিজদাসতি য়াম্না কুপ্পা মীশক ওইরমাল্লে, অদুনা করিগুম্বা মওং অমদা মপা-মপুগী সম্পত্তি তেক্ত-কায়দনবা লৌশিন্দুনা থম্নি, মদু নৎলমদ্রবদি নহালনা ময়াম চঙদুনা শায়েন-ঙায়েন্নখিরম্নগদবনি। য়ু অমদি ওক্তবীদা দেবদাসনা পুন্নমক মাঙ-তাকহনখ্রে, কনানা মাবু কনবিরগদগে? মদু ঙমগদবা অমনা যমনি! অদুগা মদুগীসু থোইনা কুইররোই। খ্বাইদগী শাফরিবদি লুহোংদবা অসিনি।

ওহোকপনি, নুংঙাইতবসু পোকই। সনা অহিংবা কুচুদু য়াওদ্রে, শক অদুসু লৈত্রে, নিংথিবা অদু চেদ্রে— মাসি অতোপ্পা মীশক অমগুম্নে। ফারবা মশমদু নুংশিৎতা পাইরি, মমীৎতু মীৎকোমদা চঙখ্রে, মনাতোন থাঙ অকোনবী শাখ্রে। য়াম্না শাথীনা অকি-তৃজুংনিংঙাই মশক ওইরে, নঙোন্দা করি হায়না তম্নগনি। উবদা তুকচ্চবা পোক্রে, অকিবা ফংলে। নুমিৎ চুপ্পা তুরেল মপান্দা, ঈশিং পম্লিদা নোংমৈ পায়দুনা উচেক কাপ্পা কোইচৎ চৎতুনা লৈ। অদুগা নুংশাদা মকোক ঙাওরক্লবদি পম্লি মপান্দা হৌরিবা বোরোই পাম্বী

অদুগী মখোঙদা মরু লুকথদুনা ফমদুনা লৈ। সন্ধ্যা মতুংদা ময়ুমদা হজিল্লগা য়ু থকই— অহিং তুম্না নৎত্রগা কোইচৎ চৎতুনা লৈত্রা হায়বা ঈশ্বরদনা খঙলিগনি।

নুমিৎ অদুগী সন্ধ্যা মতমদা ঈশিং শোকপা চৎলুই; দেবদাস নোংমৈ পায়দুনা মমায় মকশিন্না তপ্না তপ্না লাকপা উরম্মী। ঐবু উবঁদা শক খঙলক্তুনা ইনাক্তা চঙলক্তুনা লৈপ্লে— ঐদি কিজবনা শিগদৌরম্মী। ঘাটতা মী-পোং অমতা লৈরমদে— নুমিৎ অদুদা ঐসে ঐ অমুক ওইখিদে। ঈশ্বরনা কনবিবনি, করগুম্বা মখলগী য়ু ঙাওবা নৎত্রগা মওং-চাদবা শাজৎ অমতা চৎলখিদে। স্তান তাবা হৌন-খঙবা মীগী মতৌগুম ইতপ তপ্না হায়রকই, "মনো, য়াইফরিদনা ইচল?"

ঐনা করি অমুক তৌরুগনি, কিন্না কিন্না ঙক নোমদুনা হায়রম্মী, "হুঁ।"

মতমদুদা মহাক্না নুংশামপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "নুংঙাইনা পাল্লু ইবুংগী ইবৈম্মা, নখোয় উরগা পূক্সিং মকালাম্মী।" অদুগী তুংদা তপ্না তপ্না চৎখি। ঐ নাম্থোকপা ফংহৌই— থৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লকখি। হো ইমা! লায়বক ফবনা খুৎ-শা করিমতা শোক্লকখিদবনি! তোক্লসি মাগী ৱা— অদুগুম্বা মথোং-চাদবা মীগী ৱাসি ইরুবা তারবদি চিঠি চল্লরোই।

য়াম্না অৱাবা পীবা ওইনা থোক্লগদ্রা ইনাও? ঙসি ফাওবা মহাকপু কাউবা ঙম্লমদবা থোক্লবদি নথৱায় নুংঙাইতবা মশানা তাবনি। অদুবু উপায় করি লৈ? অদুগা মদুগীদমক ইখোঙনা থোংনো ইরাল লংশিঞ্জবা ওইনা থোক্লবদি নশাগী নগুণনা নহাক্কী য়াইফনবা খঞ্জবী নচে মনোবু ঙাকপিয়ু।

ঙরাং চিঠি থুংলবনি। ঙসি মহাক্না মহেন্দ্রবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "দোলাই অনীগা দোলাইরেং কুম্ব্রানিথোইগা পাম্মী, ঐ হৌজিক তালসোনাপুর চৎকনি।"

মহেন্দ্রনা ঙক্তুনা হংলকই, "দোলাই দোলাইরেংবুদি লৌজল্লগে, অদুবু অনীদি করিগীনো ইমা?"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "নঙসু চৎমিন্নগদবনি ইবুংঙো! লম্বীদা করিগুম্বা শিবা থোক্লবদি মৈ চুবিনবা ইচানুপা অহল দরকার ওইদনা।"

মহেন্দ্রনা অমুক হন্না করিসু হায়খিদ্রে। দোলাই থুংলবগা মখোয় অনী চৎখ্রে।

চৌধুরী মহাশয়না মদু তাবদা ফিংনা মীনাই নুপা-নুপী কৌশিল্লগা হংলকই, অদুবু কনানসু মদুগী মরম করিমতা হায়বা ঙমদ্রে। মতমদুদা মহাক্না মবুদ্ধি শিজিন্নদুনা ঙাক-শেনবা অমসুং মীনাই নুপা-নুপী মঙা-তরুক্কা অমুক থাদ্রে।

ঙাক-শেনবা অমনা হংলকই, "লম্বীদা থেংনরবদি দোলাই হল্লকহনগদ্রা?"

মহাক্না খন-খোৎতুনা য়েংলগা হায়রকই, "নত্তে, মদুগী কান্নবা লৈতে। নখোয়সু লোয়নদুনা চৎখো— করিগুম্বা খুদোংথীবা অমতা থোক্তনবা।"

নুমিৎ অদুগী সন্ধ্যা মতুংদা দোলাই অনী অদু তালসোনাপুরদা থুংলৈ, অদুবু দেবদাসতি খুঙ্গংদা লৈরমদ্রে। নুমিৎ অদুগী নুমিৎয়ুংবেদা কোলিকাতাদা চৎখিরম্লে।

পার্ব্বতীনা লায়বক্তা খুদুম্না শুরগা হায়রকই, "থিগ্রেদকো লায়বকসে!" মনোরমাগা উনৈ।

মনোরমানা হায়রকই, "পারু, দেবদাসকা উনবা লাক্লিব্রা?"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "নত্তে, লোয়নদুনা পুখিগে হায়দুনা লাকপনি। মফমসিদা মাগী মশাগী মী কনাসু লৈতে।"

মনোরমা চঙরুখ্রে, হায়রকই, "হায়রিবদু করিনো, ঈকাইদ্রা?"

"কনাবু অমুক ঈকাইরুখিগদগে? ইশাগী ইপোৎ ইশানা পুখিবদা ঈকাইনিংঙাই করি লৈ?"

"অচ্চ-চা— মদুবু করি বানো। মরি অমতা ফাওবা থোরুবসু নত্তে— অদুগুম্বা বা চিন্দা পনগনু।"

পার্ব্বতীনা থম্মোয় পুঙমদবা মীনোক্লা নোক্তুনা হায়রকই, "ইচে মনো, জ্ঞান তারকপদগী হৌনা ইশাগী থম্মোয়নুংদা শাগৎচদুনা থম্লকপা বাফমদু মচেৎ-মকায় ওইনা চিন থোকখিবনি। নঙদি ইচেনি, অদুনা নঙোন্দা বা অসি হায়রিবনি।"

থংনবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা মমা-মপাগী চরণদা খুরুম্লগা পার্ব্বতী অমকু হন্না দোলাইদা কাখৎখ্রে।

## তরামঙা

ঙসি চহী অনী শুরে অশথঝুরি খুঙ্গংদা চন্দ্রমুখীনা য়ুম হোংলকখিবা। তুরেল মচা অমগী মপান্দা অতোংবা মফম অমদা মহাক্কী তরু-তরুবা লৈরং তাবা য়ুম অনী লৈ; মনাক্তুদা শঙ মচা অমা লৈ, মদুদা নোয়-পেল্লবা যণবী অমুবী অমা পুল্লি। য়ুম অনীদুগী অমদনা চাকশঙ অমসুং শুদাম ওইনৈ, অতোপ্পা অদুদনা মহাক্কী তুম্ফম ওইনৈ। শুমাঙ তরু-তহেল্লি, রমা বাগ্‌দীগী মচানুপীনা নুমিৎ খুদিংগী তৈথোক-নাম্থোক্লে। মায়কৈ মরিদা শম্বল খায়, শুমাং ময়ায়বাইদা বোরোই পাম্বী অমা হৌরি, অদুগা মচি অমদা তুলসীবুং লৈ। মমাঙদা তুরেলগী হিদেন তাফম লৈ— মী থাজিন্দুনা খেজুর পাম্বী য়াম্থৎহন্দুনা থাক শেমহনখিবনি। মহাক্লা নৎতনা হিদেন অসি কনাসু শিজিন্নদে। নোংজু-থা মতমদা তোর্ব্বান অনী থুমগৎলক্তুনা চন্দ্রমুখীগী য়ুমগী জুরি য়ৌনা ঈশিং হাইগৎলকই। খুঙ্গংগী মীশিংনা পাখৎতুনা য়োৎপাক পায়দুনা চেন্নরকই। লৈবাক হাপকৎতুনা থোনগৎপিরে। খুঙ্গং অসিদা ভদ্রলোক অমতা খুন্দাদে। লৌমী, খোলা, বাগ্‌দী, কলুগী য়ুম অনী, অদুগা খুঙ্গংগী মতায়দা মুচীগী য়ুম অনী

তারি। চন্দ্রমুখীনা খুঙ্গং অসিদা লাকপগা দেবদাসতা পাউ পীখি; পাউখুম পীরকপদা মহাক্না অমুক্তসু শেল খরগা থারকই। শেলদু চন্দ্রমুখীনা খুঙ্গংগী মীদা পুথোকই। থৌদোক-থাথোকশিংদা ময়াম পুন্নমক মহাক্কী নাক্তা চেন্নরকই— শেল পুদুনা ময়ুমদা হন্নখি। চন্দ্রমুখীনা শেন্দোয় লৌদে— মদুগী মহৎতা লফোই, মুলা, লৌবুক্কী ইঙ্গুাং-নাপী মখোয়না অপাম্বা মতুংইন্না পীরে; শেলেপকীদমকসু কৈদৌঙেদসু নৈরুদে। পীবা ঙমদবা মীনা পীদে।

চন্দ্রমুখীনা নোক্তুনা হায়, "নঙোন্দা কৈদৌঙেদসু অমুক হন্না পীররোই।"

মহাক অদুনা নোল্লুকপগা লোয়ননা হায়, "আজ্ঞা-ইবেম্মা, বর পীবিয়ু, হন্দক্তি মহৈ-মরোং চুন্ননবা।"

চন্দ্রমুখীনা আশীর্বাদ তৌবি। অমুক হন্না পীখি। নোক্তুনা মপূক্লিংদা হায়জে, মহাকপু হিংহনবিবা ওইসনু, ঐগীবু শেলগী থারুনিংঙাই করি লৈ।

অদুবু মহাক্তি কদায়? থা অনী ফাগ্রে, মহাক্কী করিগুম্বা পাউ অমতা ফংলক্তবা। চিঠি ইখিবদা পাউখুম হল্লক্তে, রেজেষ্ট্রি তৌদুনা থারুরবসু অদুম হল্লকই। খোলা ইমুং অমা চন্দ্রমুখীনা ময়ুম ময়াদা লৈহল্লি, মহাক্কী মচানুপা লুহোংবদা খূজিং তরা-মখায়গী শেলফম নুপী-ময়ুমদা পীনবা তোংবাংবিখি, লাঙ্গোল জোড়া অমা লৈদুনা পীবিখি। মখোয়গী ইমুং-হুপ্পা চন্দ্রমুখীগী সেবক ওইখ্রে অমসুং থোইদোক্না মহাক্কী য়াথং মখাপোন্না চৎলি। নোংমা চন্দ্রমুখীনা ভৈরবপু কৌরগা হায়রকই, "ভৈরব, তালসোনাপুরবু মফম অসিদগী কয়া য়াম্না লাপ্পগে খঙব্রা?"

ভৈরবনা থাখল তৌরগা হায়রকই, "লৌবুক অনীদং লানবদা জমিদারি ওফিস অদুম লৈরে।"

চন্দ্রমুখীনা হংলকই, "খঙলে, মফম অদুদা জমিদার লৈরিনিনে?"

ভৈরবনা হায়রকই, "হোয়, জমিদার লমসিগী মচানি, খুঙ্গং অসিসু মাগীনি। ঙসি চহী অহুম ফারে মহাক নোঙ্গাখিবা; থা অমা চুপ্পা প্রজাশিংনা মফম অদুদা তল-নুং চাখি। হৌজিক মাগী মচানুপা অনী লৈ। অচৌবা মীনি— নিংথৌনি।"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "ভৈরব, ঐবু মফমদুদা পুবিবা ঙমগদ্রা?"

ভৈরবনা হায়রকই, "কৈদৌনা ঙমদনি আজ্ঞা-ইবেম্মা, চৎপিনিংবা নুমিৎতা হেক্তা চৎসি।"

চন্দ্রমুখীনা মপূক্লিং লাঙতক্নদুনা হায়রকই, "অদুদি চৎসিদনা কৈদৌবগে ভৈরব, ঐখোয় ঙসিমক চৎসি।"

ভৈরবনা ঙক্লুনা হায়রকই, "ঙসিমক?" অদুগী তুংদা চন্দ্রমুখীগী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি আজ্ঞা-ইবেম্মা, নহাক খরা থুনা চাক থোংদোকপিরুরো, ঐসু মুড়ি খুয়া

অনীদং য়োম্মুখিগে।"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "ঐ অমুক চাক থোংলরোই ভৈরব, নঙদুম মুড়ি য়োম্মুরো?"

ভৈরবনা ময়ুমদা মুড়ি খরগা চিনি অঙাংবা খরগা চাদরদা য়োম্নগা মরেংবান্দা হাইগৎখ্রে। চৈশাং অমা পায়দুনা ঙাইহাক্কী তুংদা হল্লক্লগা হায়রকই, "অদুদি চৎলসি; অদুবু করিসু চাররোইদ্রা আজ্ঞা-ইবেম্মা?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "চাররোই ভৈরব, ঐ হৌজিক পূজা-আহ্নিক তৌগ্রি; করিগুম্বা মতম ফংলবদি মফম অদু য়ৌরগা মদুশিংদু লোইশিনবা হায়বদুনি।"

ভৈরবনা মাঙ থাদুনা লমজিংদুনা চৎলি। মতুং ইন্দুনা চন্দ্রমুখীনা য়াম্না ৱানা লৌরিদা চৎলি। হৈনরক্তবনা থোং-নৌরবা মখোঙ অনীদু থিনগায়-য়েখায়দুনা ঈহিং-নাহিং শারক্রে, নুংশানা য়েবদা মমায় পূমঙাং ঙাংলক্রে। ঈরু-মায়থজবা, চাব-থকপা করিমতা তৌরক্ত্রিবনি; অদুবু চন্দ্রমুখীনা লৌবুক অমগী মথংদা লৌবুক অমা লান্দুনা চৎলি। লৌবুক্তা লৈরম্বা লৌমীশিংনা মহাকপু ঙক্লা য়েংনহৌই।

চন্দ্রমুখীগী ফিজেৎতা মপাল অঙাংবা চনবা শাড়ি অমা শেৎলি, মখূৎতা খুজি অনী শি, কোকখুম ফিনা লায়বক মথক ফাওবা চোম্থনা খুম্মী; মশা পুম্বদু অথাবা ইম্নফি অমনা য়োমশিল্লি। নুমিৎ তাগদবা থোইনা ৱাৎলক্ত্রবা মতম অদুদা মখোয় অনী খুঙ্গং অদুদা থুংলৈ। চন্দ্রমুখীনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "ভৈরব, নঙগী লৌবুক অনী হায়বদু হৌজিক ফাওবা লোইদ্রিব্রা?"

করেম্নরিবদু খঙবা ঙমদদুনা ভৈরবনা ইচম চম্না হায়রকই, "আজ্ঞা-ইবেম্মা, হৌজিক্তি য়ৌরক্লে; অদুবু নহাক্তি নুংঙাই-য়াইফনা লৈরকপনি, ঙসিবু অমুক হনবিবা ঙমগদ্রা?"

চন্দ্রমুখীনা মপূক্লিংদা হায়জরকই, ঙসিদি কদায়দগীনোদা, হয়েং ফাওবা লম্বীসিদা খোঙনা চৎপা ঙমগদবা মান্দে।

ফোঙনা হায়রকই, "ভৈরব, গাড়ী ফংগদ্রা?"

ভৈরবনা হায়রকই, "কৈদৌনা ফংদদগে আজ্ঞা-ইবেম্মা, ষণগাড়ী হায়নজরুচোরা?"

গাড়ী হায়নরুনবা য়াথং পীরম্লগা চন্দ্রমুখী জমিদারগী য়ুমদা চঙখ্রে।

ভৈরব গাড়ীগী থৌরাং তৌরুনবা অতোপ্পা মায়কৈ অমদা চৎখ্রে। মনুংগী মথক্কী মাঙ্গোলদা মৌ অহল (হৌজিক্কী জমিদারগী য়ুম্থরেনবী) ফমদুনা লৈরম্মী, মীনাইনুপী অমনা চন্দ্রমুখীবু মফমদুদা পুশিন্দুনা চঙলক্লে। মখোয় অনী অমনা অমবু য়েংনরকই।

চন্দ্রমুখীনা নমস্কার তৌরকই। মৌ অহলগী হকচাংদু সনানা তেকথরে, মীৎলু নাপোমদগী মাপল পোকখায়রক্লে। চিনবান থক-খা অমসুং ময়াশিংদু ক্বা চাবা অমদি মীসী (য়া হিদাক) থোম্বদা চাউরাক্লা পুংমু মুরে। খজায় নাকল অমা পোমথোকই, হিদাক মনাগা

ক্বাগা চখোম থম্না উম্বা ওইরম্বা য়াই। মশম চেৎমন্না পূনবনা শম্বুলদু লম্বাইরোম্মদা হাইগৎখ্রে। না অনীদুদা মরোং-মরোং লোংবা সনাগী লৈ য়াম্লি। নাতোন নাকল অমদা নাশিকা য়াম্লি। অতোপ্পা নাকলদুদি লাওনা হোরে— মনেম্বোক্কী মতমদা মদুদা য়ান্নরম্বা য়াই।

চন্দ্রমুখীনা উরে, মৌ অহলগী মশাদু থোইদোক্লা নোয়-পেল্লি, তকপগা নানবগা তৌদুনদা লৈবা হকচাংনি, কুচুদি হাইফেৎ নিংথিনা লৈশিল্লি, মীৎতু হাইফেৎ তোংই, মায় কোয়দানৈ— ফিজেৎতা মপাল অমুবা চনবা শাড়ি শেৎলি। মশাদা মমল য়াম্বা ফুরিৎ লিৎলি, মদু উবদা চন্দ্রমুখীনা হঙ্গোইবা পোকপগুম তৌরকই। অদুগা মৌ অহলনা উরকই, চন্দ্রমুখী চহী য়াম্লবসু মশক ফজবগী মপা লৈতে। মখোয় অনী চহী লোঙ্গা ওইরম্বা য়াই, অদুবু মৌ অহলনা মপূক্লিংদা মদু থাজরব্বা ঙম্নমদে। খুঙ্গং অসিদা পার্ববতী নৎতনা অদুক হাক্লা শক ফজবী কনাগুম্বী অমতা মহাক্লা উখিদ্রি। ঙক্কুনা হংলকই, "নহাকপু কনানোনে?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "ঐ অদোমগী প্রজা অমনি; খাজনা খরা তোন্দুনা মদু থিদোকপা লাকচবনি।"

মৌ অহলনা মপূক্লিং হরাওরদুনা হায়রকই, "মদু মফম অসিদদি করিগীনো? ওফিসতা চৎলুদনা।"

চন্দ্রমুখীনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "ইমা-ইবেম্মা, ঐখোয়দি লাইরবা মীনি, খাজনা লোইনবা থিদোকপা ঙমজদে। ইমা-ইবেম্মদি য়াম্না থৌজাল হে হায়না তাজে; অদুনা ইমা-ইবেম্মগী নাক্তা লাকচরিবনি। থৌজালবিদুনা খরদংদি কোকপিয়ু!"

অসিগুম্বা বা অসি মৌ অহলনা মপূল্সিদা অহানবা ওইনা তারিবনি। মহাক থৌজাল হে, খাজনা কোকপিবা ঙম্মী— মরম অদুমক্তা চন্দ্রমুখী তশেংনা অচানবী ওইখ্রে। মৌ অহলনা হায়রকই, "অদুনা ইবেম্মা, নোংমদা অসুম্না লুপা কয়া কয়া ঐনা কোকপিবা তারিবনি, মী কয়ানা ঐঙোন্দা চঙজররিবনি; ঐনা ঙম্মোই হায়রব্বা ঙমদে, মদুগীদমক্তা য়ুম্বুরেন্না কয়া শাউরিবনি। ফরে, নঙনা লুপা কয়া তোল্লিবগে?"

"থোইনা য়াম্বা নত্তে ইমা-ইবেম্মা, পুন্না লুপা অনীনি; অদুবু ঐখোয়গী ইফমদদি মদুমক চীংজাওগুম্মী, ঙসি নুমিৎ চুপ্পা লমশাং অসিদা লাকচরিবনি।"

মৌ অহলনা হায়রকই, "ওহোকপনি, নখোয় লাইরবা মীনি, ঐখোয়না থৌজালবিবমক চুম্মী। হো বিন্দু, মাগা মপালদা অমুক্তা চৎমিন্নরুচো। দেবান মহাশয়দা ঐগী মিং পন্দুনা হায়রু, লুপা অনী কোকপিগদবনি। অদু ইবেম্মা, নখোয়গী য়ুম্বু কদায়দনো?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "ইমা-ইবেম্মগী জমিদারি মনুং চনবনি— অশথঝুরি খুঙ্গং অদুদনি। ফরে ইমা-ইবেম্মা, য়ুম্বুরেন্দি হৌজিক মীশক অনী শুরে, নৎত্রা?"

মৌ অহলনা হায়রকই, "লায়বক থিবা হায়বদুনি। অতোম্বগী শরুকপু করি অমুক

লৈরিবগে? নুমিৎ নিনিগী তুংদদি লোইনমক ঐখোয়গী ওইরগনি।"

চন্দ্রমুখীনা মপুক্লিং লাংতক্লনা হংলকই, "করিগীনো ইমা-ইবেম্মা? খঙলে বাবুমচানা য়াম্না পুশিন-খোচিন্নেনিনে?"

মৌ অহলনা মোমোন তৌনা হায়রকই, "ঐখোয়না লোইনমক বাঙ্কান লৌরে। ইনাওনুপাদি তশেংনা তাউথপ্লবনি। কোলকাতাদা য়ুগা ওক্তবীগদা লুপ্তুনা লৈগ্রে। শেল উড়াইথোকপগী অরোই-অখম নাইরিব্রদো!"

চন্দ্রমুখীগী মায়থোং মকশিনগ্রে, ওইহাক তু মিন্না লৈরগা হংলকই, "হোয় ইমা-ইবেম্মা, অদু ওইরবদি বাবুমচাবু য়ুমদা ফাওবা লাক-লাকখিদ্রব্রা?"

মৌ অহলনা হায়রকই, "কৈদৌনা লাক্তনি! শেল দরকার হেক ওইরকপদা লাকই। শেল পুরে, সম্পত্তি পীথোক্রে— অদুগা হেক্তা চৎখি। থা অনীগী তুংদা অমুক লাক্লুনা লুপা লিশিং তরানীথোই পুদুনা চৎখি। হিংখিগনি হায়বসু মান্দ্রে, মশা 'পুম্বদু তুকচচনিংঙাই ওইরবা লায়না লোয়রবনি— তুকচৈচে—তুকচৈচে—"

চন্দ্রমুখী মতু চুংলক্রে, মকশিন্নবা মায়থোংদা হংলকই, "মহাকপু কোলকাতাদা কদায়দা লৈবগে?"

মৌ অহলনা লায়বক্তা খুদুম্না অমুক্তং শুজরগা মায়থোং মকালাম্না হায়রকই, "মথোং চাদবা দশা হায়বদুনি! মদু কনানা খঙগদগে? কদায়দনো হোটেলদরা করিনো চারমগনি— থুংলু থুংলুবা য়ুম্মা তুদুনা লৈরমগনি-- মাদনা খঙই,— অদুগা যমগা খঙই!"

চন্দ্রমুখীনা খঙহৌদনা ফুক হৌগৎলক্লগা হায়রকই, "ঐ— চচ্চরগে—"

মৌ অহলনা চঙরুদুনা হায়রকই, "চৎলগদ্রা? হাই তারিব্রা বিন্দু—"

চন্দ্রমুখীনা মরক থৎতুনা হায়রকই, "য়ারনি, ইমা-ইবেম্মা, ঐ ইতোমদা জমিদারি ওফিসতা চচ্চরুবা ঙমগনি।" হায়রগা তপ্না তপ্না চৎথ্রে। য়ুমদগী মপালদা থোরকপদা উরে, ভৈরবনা ঙাইদুনা লৈরম্লে— যণ গাড়ীসু থাদুনা লৈরম্লে। অহিং অদুমক্তদা চন্দ্রমুখী ময়ুমদা হল্লকই। অয়ুক্তা ভৈরবপু অমুক কৌরগা হায়রকই, "ঐ ঙসি কোলকাতাদা চৎকনি; নহাক্তি চৎপা ঙম্নরোই, অদুনা নহাক্কী নচানুপাদু লোয়নখিগে, করি হায়বগে?"

"নহাক্কী অপাম্বনি। অদুবু কোলকাতাদা করিগীনো আজ্ঞা-ইবেম্মা, করম্বা অরুবা থবক লৈবিবগে?"

"লৈ ভৈরব, অরুবা থবক লৈ।"

"কৈদৌঙে অমুক হল্লকদগে আজ্ঞা-ইবেম্মা?"

"মদুদি হায়বা ঙমদে ভৈরব। থুনা হল্লকপসু য়াই, কুইরকপসু য়াই। করিগুম্বা ঐহাক অমুক হল্লক্তবা থোক্লবদি য়ুম-কৈ পুন্নমক অসি নহাক্কী ওইহৌরগদবনি।"

ভৈরব অহানবদা চঙক্লখ্রে। অদুগী তুংদা মহাক্কী মীৎ অনীমক পীনা থুমহৎলক্লে। হায়রকই, "অদুবু করি ব্বানো আজ্ঞা-ইবেম্মা! নহাক লাক্ত্রবদি খুঙ্গং অসিদা মী কনাসু হিংলরোই।"

চন্দ্রমুখীনা মমীৎতা ঈরা চেন্না নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "মদু করি ব্বানো ভৈরব, ঐ সিদা লাকপা চহী অনীদা ঙাইরি। মদুগী মমাঙদা নখোয় হিংলমদব্রা?"

মসিগী পাউখুম অপঙবা ভৈরবনা পীবা ঙমদ্রে, অদুবু চন্দ্রমুখীনা থম্মোয়-নুংদা পূন্নমক ভাব তাই। ভৈরবকী মচানুপা কেবলরামদমক লোয়নদুনা চৎখিগদৌরি। গাড়ীদা দরকার ওইবা পোৎ-চৈ হাপকৎলগা কাখৎতুনা ফম্বা মতমদা খুঙ্গংগী নুপা-নুপী পূন্নমক উনবা লাকই, উবদা কপ্পকই, চন্দ্রমুখী মশাগী মীৎতসু পী কংবা নত্তে। কৈদৌননি কোলিকাতা! দেবদাসকীদমক নৎত্রবদি কোলিকাতাগী রাণী ওইগনি হায়রবসু চন্দ্রমুখীনা অসুক নুংশিবা অসিবু থৌওইদনা চৎপা ঙম্নদ্রোই।

মথংগী নুমিৎতা মহাক ক্ষেত্রমণিগী য়ুমদা লাক্তুনা চঙলক্লে। মহাক্কী হান্নগী য়ুমদুদা হৌজিক অতোপ্পা লৈরম্লে। ক্ষেত্রমণি চঙক্লখ্রে— "ইচেনিনা! অসুক কুইবসি কদায়দা লৈরুবগে?"

চন্দ্রমুখীনা অশেংবা ব্বাফম লোৎশিল্লগা হায়রকই, 'এলাহাবাদতা লৈরুই।"

ক্ষেত্রমণিনা মশা 'পূম্বা য়েংলগা হায়রকই, "নহাক্কী লিক-কোলশিংদু কদায়দা চৎখ্রবগে ইচে?"

চন্দ্রমুখীনা নোক্তুনা শন্না হায়রকই, "লোইনবা লৈ!"

নুমিৎ অদুদা দুকান্দারদুগা উনরুই, হায়রকই, "ঐগী ফংনিংঙাই কয়া য়াম্না লৈরবগে?"

দয়াল খুদোংথীবদা তারে— "মদু ইবেম্মা, চাউরাক্লা লুপা হুম্ফু-হুম্ফুতরারোম লৈরমগনি। ঙসি নৎত্রবসু নোংম-নিনি লৈরগা পীগে?"

"করিগুম্বা ঐগী থবক অমতং নহাক্লা তৌব্বিরবদি করিমতা পীরক্তবা য়াগনি।"

"করি থবক্নো?"

"নুমিৎ নিনিদং খরা ব্বাবিগদবদনি। ঐখোয়গী লৈকাইদুদা য়ুম অমখক ভাড়া লৌবা তারি— ভাব তারব্রা?"

দয়ালনা নোক্তুনা হায়রকই, "ভাব তারে ইবেম্মা।"

"য়ুম অফবা, নিংথিজবা ফমুং, মোন, ফৈজুপ, থাউমৈ, অয়েকপা লাই, চেয়ার অনী, টেবিল অমা— ভাব তারেদনা?"

দয়ালনা মঙক নোক্লকই।

"নুংশেল, শমজেৎ, ফি অরাংবা জোড়া অনী, লিথনবা ফুরিৎ, অদুগা— অরূপ-অতাউগী

লিক-কোল অফবা কদায়দা ফংবগে খঙইদনা?"

দুকান্দার দয়ালনা ঠিকানা তাক্লকই।

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মদুসু ফজবা সেট অমা লৈবা তাই— ঐ নতুং ইন্দুনা অপাম্বা খন্দুনা লৌগে।" অদুগী তুংদা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐখোয়না পাম্বা পুন্নমক খঙইদনা— মীনাইনুপী অমসু থিখিবা তারি।"

দয়ালনা হায়রকই, "কৈদৌঙে পাম্বগে ইবেম্মা?"

"য়াম্না থুনা। নুমিৎ নিনি-হুম্নিগী মনুংদা ফংলবদি নুংঙাইগনি।" হায়রগা চন্দ্রমুখীনা মহাক্কী খুৎতা লুপা চামগী নোট অমা পীরগা হায়রকই, "অফবা পোৎ লৌরকউ, অহোঙবা থিরক্নু।"

নুমিৎ হুম্নি শুবা নুমিৎতা মহাক য়ুম অনৌবদা হোংজিল্লে। নুমিৎ চুপ্পা কেবলরামগী মতেংনা মপূক্লিংনা পাম্মা মওংদা য়ুমদু লৈতেংই অমসুং সন্ধ্যা মতুংদগী মহাক মশা কে-মৌবা হৌই। সাপোন নোইদুনা মমায়-মমীৎ তাথোক্লগা পাউদর থারে, আলতা শেল্লগা মখোঙদা য়েক্লে, ক্বা চাদুনা চিনবান তঙাং তঙাংহল্লে। অদুগী তুংদা ফুরিৎ লিৎশিল্লি, মশা 'পুম্বা লিক-কোলনা লৈতেংই, শাড়ি অরাংবা শেৎচিল্লি; মতম কুইরবগী তুংদা শম পুন্দুনা অমুক হন্না টিপ নম্মী। নুংশেলদা মায়থোং য়েংদুনা মপূক্লিংদা হায়জরকই, "থিরবা লায়বকসিদা অতৈ করিবু তম্লিবা!"

খুঙ্গংমচা কেবলরাম্না ইখঙ খঙহৌদনা অঙকপা ফংনা ফিজেৎ-লৈতেংবদু উবদা নুংশাথিরক্লুনা হায়রকই, "ইচে-বেম্মা, তৌরিবসি করিনো?"

চন্দ্রমুখীনা নোক্লুনা হায়রকই, "কেবল, ঙসি ঐগী বর লাক্কনি।"

কেবলনা চঙরক্লা য়েংদুনা লৈখি।

সন্ধ্যা মতুংদা ক্ষেত্রমণি কোয়থোরকই,— "ইচে, মসিনা অমুক করিনো?"

চন্দ্রমুখীনা মচিন খুমদুনা নোক্লগা হায়রকই, "পুন্নমক অসি পাম্মীদনা অমুক!"

ক্ষেত্রমণিনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা হায়রকই, "ইচেসি চহী য়ামখৎলক্লিবমখৈ শক ফজবসু হেলগৎলকই।

মহাক চৎখ্রবা তুংদা য়াম্না কুইরবগী মমাঙগী মতৌগুম্না অমুক হন্না থোঙনাও ময়াদা ফম্নরে। মমীৎ কুপ্তবমখৈ লক্ষ্মীদা য়েংদুনা লৈরে। মসিনি মাগী থবক; মসি তৌননবা মহাক লাক্লিবনি— মফম অসিদা লৈরিবমখৈ মসি তৌগদৌরিবনি। কনাগুম্বা মীনৌনা চঙলকপা পাম্নম্মী, থোঙ থিম্লে; কেবলরাম্না চিনফাগী মতৌগুম মনুংদগী হায়রম্মী— "মফম অসিদা নত্তে।"

কনাগুম্বা অরিবা মীশক লাকপসু য়াওই। চন্দ্রমুখীনা ফমহল্লগা নোক্লা নোক্লা ব্রারী শাই, বাগী বাপাদগী দেবদাসকী বা হংই। মখোয়না খুম্বা ঙম্নমদে— অদুম তৌনা থাদোকখি। অহিং থেঙজিল্লক্লবদা মহাক মপালদা থোরকই। লৈকাই লৈকাইদা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙদা

কোইরকই। লোম্না থোঙজিন-থোঙজিন্দা মনা থাঙ্গৎতুনা বারী শানবা তাননবা হোৎনরুই— মখল মখলগী মীওইশিংনা মখল-মখলগী বারী শানৈ, তানিংলিবা অদুদি তাবা ফংলমদে— কনাগুম্বনা শক লোৎতুনা মমাঙদা চঙলক্তুনা লেপ্লে— শোক্কদবগী মখূৎ তিংথোরকই— পাখৎনা চন্দ্রমুখীনা থৈদোক্তুনা চৎলি। নুংথিলদা হাম্নগী খঙন-চান্নবীশিংগী য়ুমদা কোইথোকই। বাগী বাপাদা হংই— "নথোয় দেবদাসপু খঙব্রা?"

মখোয়না হংলম্মী, "দেবদাস হায়বদি কনানো?"

চন্দ্রমুখীনা মপূক্লিং নুংনাংনা পরিচয় পীরম্মী, "কুচু ঙৌবনি, মকোক ফাবনি, ওয়থংবা লায়বক্তা দাগ অমা লৈবনি, ঈনাক খুনবা মীনি— লুপা লিশিং লিশিং খরচ তৌবনি, কনাসু মশক খঙদব্রা?"

কনানসু মাগী মরি-মখোঙ তাকপা ঙম্লমদে। নীংবা কায়দুনা মমায় মকশিন্না চন্দ্রমুখী ময়ুমদা হল্লম্মী। থেংলবা অহিং ফাওবা তুমদনা লম্বীরোমদা ওন্দুনা লৈ। তুম্নিংলক্লবদি বারৌজরম্মী; মপূক্লিংদা হায়জরম্মী, হৌজিকপু নঙগী তুম্বা মতম্না?

মতৌ অসুম্না থা অমা হৌখ্রে, কেবলরামসু লৈতাফম খঙলক্ত্রে। চন্দ্রমুখী মশামকসু চিংনবা পোক্লক্রে। খঙলে মহাক লম অসিদা লৈরম্লোই। অদু ওইরবসু আশাগী মতেংনা ঈশ্বরগী চরণদা প্রার্থনা তৌজদুনা মতম লেপ্লকই।

কোলিকাতাদা লাকপা মতুংদা থা অমগা মখায় হৌখ্রে। ঙসি অহিং মহাকপু ঈশ্বরনা চানবিরে। মতম অদু অহিং পুং তরামাথোই তারে— নীংবা কায়না ময়ুমদা হল্লক্লিবনি, ন্তরক্লে, লম্বীগী চিদায়দা য়ুম অমগী মমাঙদা নুপা অমা মতোমদা ঙাং-শক্তুনা লৈরম্বা। চন্দ্রমুখীগী থম্মোয়নুংদা থুক লাউরকই। খোঞ্জেল অসি খঙই! মী কোটি কোটিগী মরক্তসু চন্দ্রমুখীনা খোঞ্জেল অদু খঙবা ঙম্মী। মফম অদু খরা মম্মী, মদুদা অমুক নুপা অদু শাথীনা য়ু ঙাওদুনা উপ্না তাশিন্দুনা লৈ। মনাক্তা চঙশিল্লগা মখূৎনা মশাদা পায়রকই— "নহাকপু কনানো, মতৌ অসুম্না তুদুনা লৈরিবা করিগীনো?"

নুপা অদুনা সুর পান্দুনা হায়রকই, "তাওনে সখী, খোইদাজবা মীশক্তুদি কদায়; করিগুম্বা ফংজরবদি কানাইগুম্বা ইপুরোইবা—"

চন্দ্রমুখীনা চিংনবা অমুক লৈখিদ্রে, কৌরকই, "দেবদাস!"

দেবদাসনা মওং অমদা অদুম্না অদুম হায়রকই, "উঁ।"

"মফম অসিদা তুদুনা লৈরিবা করিগীনো, য়ুমদা চৎসিরা?"

"নত্তে, য়াম্না নুংঙাইরি—"

"য়ু খরা থকখিগেরা—"

"থক্কে" হায়রগা মহাক্না তশেংনা চন্দ্রমুখীগী ঙকশমদা কোনশিল্লক্লে, হায়রকই,

"পৃকচেল চাউবা মরুপ নহাকপু কনানোনে?"

চন্দ্রমুখীগী মীৎলুদগী পী শিন্থরক্রে। মতম অদুদা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা তুরোই-ঙাম্রোই মহাক্কী ঙকশমদা কোন্দুনা করিগুম্বা মওং অমদা হৌগৎলুবদা মহাক্কী মায়থোংদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা দেবদাসনা হায়রকই, "বাঃ, মসিদি মমল নাইদবা মালনিদনা।"

চন্দ্রমুখী কপ্পিংবগা নোক্লিংবগা য়াম্নব্রে, হায়রকই, "হোয়, অফবা মালনি; হৌজিক্তি থোইদোক্লদুম ঐগী লেংবান্দা শৌদুনা খিৎতং চৎনবা হোৎনসি, গাড়ী অমা পাম্মীদনা!"

"মদুবুদি পাম্মী," লম্বী চৎনা চৎনা খোঞ্জেল ফাইনা হায়রকই, "শকহেনবী, নঙ ঐবু শক খঙব্রা?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "খঙই।"

দেবদাসনা শক্লকই,— "মীনা লৌনম তৌনৈ, লায়বক ফবনা ঐদি খঙই—" অদুগী তুংদা গাড়ীদা কাখৎতুনা ফম্লগা চন্দ্রমুখীগী লেংবান্দা শৌদুনা য়ুমদা লাক্রে। থোঙজিন ময়াদা লেপ্তুনা ফুরিৎখাওদা খুৎ হমজিল্লগা হায়রকই, "শকহেনবী। খুনগৎতুনদি পুরক্রে, অদুবু ফরিৎখাওদি হাংই—"

চন্দ্রমুখীনা ৱা-লাং ঙাংদনা মাগী খুৎ পায়দুনা চিংবোই করিবোই তৌনা পুশিল্লক্লুনা তশেংনা ফমুংদা হিপহল্লগা হায়রকই, "তুম্মো।"

দেবদাসনা অদুম লৈয়েং ফাইনা হায়রকই, "ওইজগদবা খরমখৈ লৈ-লাকপ্রা? ফুরিৎখাও হাংই হায়খিবা অদুনি,— আশা করিসু তৌনিংঙাই লৈতে। ভাব তারেদনা শকহেনবী।"

চন্দ্রমুখীনা মদু খঙলবনি; হায়রকই, "হয়েং পীয়ু?"

দেবদাসনা হায়রকই, "অদুক হাক্লা থাজবদি অফবা নত্তে— করি পাম্লিবনো শেংনা হায়য়ু তাসি।"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "হয়েং তারো।" অসি হায়রম্লগা থৎনবা কাদা চঙখ্রে। দেবদাসনা মীৎকপ থোরকপা মতম অদু নুমিৎ য়াম্না কারম্লে। কাদুদা কনাসু লৈরমদে।

চন্দ্রমুখী ঈরুজরগা থোং-থাক্লবা থৌরাং তৌবা চৎখি। দেবদাসনা লৈদুনা য়েংলকই, য়ুম অসিদা মহাক করিগুম্বদসু লাকখিদ্রি, পোৎ অমতসু মশক খঙদে। ঙরাং অহিংগী করিগুম্বা ৱা অমতা মহাক্লা নিংশিংবা থোক্তে; শুপ্পগী থৱায় য়াওনা সেবা তৌবদদি নিংশিংলি। কনাননো য়াম্না নুংশিবিনা চিংদুনা পুরক্লগা শুম্বিখি। মতম অসিদা চন্দ্রমুখী কাদুদা চঙলকই। অহিংগী লৈতেং-ফাতেং অদুদগী মহাক হৌজিক য়াম্না হোংখ্রে। মশাদা লিক-কোল শিরি হায়বদি য়াই, অদুবু ফি অরাংবা, লায়বক্কী টিপ, চিনবান্দা কাগী দাগ— পুম্নমক অদু লৈত্রে। থোইদোক্লা অচম্বা ফিজেৎ শেৎতুনা চঙলকপনি। মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা দেবদাস নোকথোরক্লে, হায়রকই, "কদায়দগী ঐবু লুট তৌদুনা পুরকপগে?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "লুট তৌদুনা নত্তে— লম্বীদগী খুন্দুনা পরকপনি।"

দেবদাসনা খঙহৌনা শকফম শৎ হৃজিন্দুনা হায়রকই, "মদুবুদি ওইরমগনি, অদুদা নহাক্কা অমুক হন্না তৌরম্লিবসি করিনো? কৈদৌঙে লাকপগে? নশাদু লিক-কোলনা তেকথরে— কনানা পীবগে?"

চন্দ্রমুখীনা দেবদাসকী মায়থোংদা মুন্না য়েংদুনা হায়রকই, "অমুক হন্না।"

দেবদাসনা নোক্কুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে— মদু নত্তে; ফাগী অমতং তৌবদবু দোষ লৈব্রা? কৈদৌঙে লাকপগে?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "থা অমগা মখায় ফারে?"

দেবদাসনা করিনো হিসাব তৌবগুম্মী। অদুগী তুংদা হায়রকই, "ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্রম্বা অদুগী মতুংমক্তদা লাকপ্রা?"

চন্দ্রমুখীনা নোক্কুনা হায়রকই, "নখোয়গী য়ুমদা লাক্রম্মী হায়বা কমদৌনা খঙলিবনো?"

দেবদাসনা হায়রকই, "নহাক চৎখিবা মতুংমক্তদা ঐ য়ুমদা চৎলুই। মীনাইনুপী অমনা— নহাকপু ইতৈমা-ইবেম্মগী নাক্তা থিনজিল্লম্বা মহাক অদুগী মফমদগী তাবনি,— ঙরাং অশথঝুরি খুঙ্গংদগী নুপী অমা লাক্রম্মী, মহাক মশক য়ান্না ফজে। মদুদবু অমুক খঙদনিংঙাই লৈখিগদ্রদো। অদুবু অসুক হাক্লা লিক-কোল শারুরিবা করিগীনো?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "শারুবা নত্তে, অরুপ-অতাউ ঙাক্তনি, কোলকাতাদা য়ৌরক্লগা লৈবনি। অদুন্না ওইরগসু য়েংঙউদো, নহাকথক্কীদমক অরেম্বদা খরচ কয়া তৌথ্রবনো! অদুম শুইনমক ঙরাংদি ঐবু শক খঙবা ফাওবা ঙমখিদে।"

দেবদাস নোকথোরক্লে; হায়রকই, "শুপখঙ খঙদে, অদুবু লুনা তৌবিবা অদুদি খঙই। কয়ারক হন্না পুক্লিংদা খল্লকখি, ঐগী চন্দ্রমুখী নৎতনা কনানা অসুক হাক্লা লুনা তৌবিগদগে হায়না।"

হৃাওমনখিদুনা চন্দ্রমুখী মপী তারক্কদৌই। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "দেবদাস, ঐবু অমুক অদুক হাক্লা তুকচ্চদ্রে— নৎত্রা?"

দেবদাসনা হায়রকই, "তুকচ্চদ্রে। থোইদোক্লদুম নুংশি।"

নুমিৎয়ুংবা মতমদা ঈরুজরিঙৈদা চন্দ্রমুখীনা উরে, দেবদাসকী পূক্তা ফ্লনেল মচেৎ অমা য়েৎলি। নুংশাথিদুনা হায়রকই, "মদু করিনো, ফ্লনেল য়েৎলিবা করিগীনো?"

দেবদাসনা হায়রকই, "পূক্তা খরা নাবগুম তৌই— নহাক্লা অদুক পাখৎলিবা করিগীনো?"

চন্দ্রমুখীনা লায়বক্তা খূদুন্না শুজরগা হায়রকই, "মাং-তাক্লিংঙাইদি নত্তেদনা? লিভরদা নাবদি নত্তেদনা?"

দেবদাসনা নোক্তুনা হায়রকই, "চন্দ্রমুখী, মদুমক ওইরম্বা য়াই।"

নুমিৎ অদুদা ডাক্তর লাক্তুনা য়াম্না কুইনা য়েংলগা তশেংনা মদুগী চিংনবমক ফোঙদোক্লম্লগা চৎখি, হিদাক পীরম্মী, অময়ুং য়াম্না চেকশিন্দ্রবদি শাথীনা অমাংবা থোক্রবা য়াই হায়বা খঙহল্লম্মী। অর্থ মবানিমক খঙলম্মী। লৈফমদা-পাউ থাদুনা ধর্ম্মদাসপু কৌহল্লুরে, লায়েংনবগীদমক বেঙ্কতগী শেল লৌথোকউরে। নুমিৎ নিনি মতৌ অসুম্না হৌখ্রে, অদুবু ছুম্নি শুবদা মহাক নাবা কনশিল্লকই।

দেবদাসনা চন্দ্রমুখীবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "মতম চানা থুংলরে, মদু নংলমদ্রবদি উনবা অমুক ফংলমদবা য়াই।"

মপী তৈথোক্তুনা চন্দ্রমুখীনা থবায়-হাকচাং য়াওনা সেবা তৌরকই। মখূৎ লোম্নদুনা খুরুমজরকই, 'হে ঈশ্বর, খুদোংথীবা মতমদা মাগী থবক্তা চন্নরগনি হায়বা আশা অসি মঙদা ফাওবা তৌজরমদে, অদুবু দেবদাসপু ফহনবিয়ু।'

চাউরাক্লা থা অমরোম হেন্না দেবদাস কোক্কা মোনগা তাইনদুনা লৈরম্মী। মদুগী তুংদা তপ্না তপ্না ফগৎলকই, লায়না অদু অদুক হাক্লা শাথীবদি ওইখিদ্রে।

মতম অসিদা নোংমা দেবদাসনা হায়রকই, "চন্দ্রমুখী, নঙগী মিংসি য়াম্না শাংই, মতম খুদিংমক্তা কৌবদা য়াম্না খুদোংচাদে— খরা তেনশিলহন্নিংই।"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "ফৈনে।"

দেবদাসনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি নহাকপু ঙসিদগী 'মৌ' হায়না কৌরগে।"

চন্দ্রমুখী নোকথোরক্লে। হায়রকই, "মদুম্না কৌবা তারবদি অদুম ওইনমক অর্থ অমদি লৈবা পাম্মী।"

"বাহৈ খুদিংমক্কী অর্থ লৈব্রা?"

"করিগুম্বা অদুম্না কৌবা পাম্বিরবদি কৌবিয়ু, অদুবু অদুম্না কৌবা পাম্লিবা করিগীনো হায়বদুদি হায়ররোইদ্রা?"

"হায়ররোই; করিগুম্বা মতমদসু মরম হংলকপা য়ারোই।"

চন্দ্রমুখীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "ফরে, মদু য়ারে।"

দেবদাসনা য়াম্না কুইনা তুমিন্না লৈরুরগা খঙদৌদনা শকফম হঞ্জিনবা মওংদা হংলকই, "ফরে মৌ, নঙবু ঐগী কনানো অসুক হাক্লা নথবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা সেবা তৌরিবসি?"

চন্দ্রমুখী ঈকাইথিগনবী মৌ নত্তে, বাঙাং হৈত্রিবী নুপীমচাসু নত্তে, মহাক্কী মায়থোংদা অঈংবা মীৎয়েং থমদুনা নুংশি-চানবিবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "নহাক্তি ঐগী পূন্নমক্লি— মদুবু ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদ্রিব্রা?"

দেবদাস ফঙ্গাংরোমদা ওন্দুনা লৈরিবনি। মায়কৈ অদোমদা অদুম মীৎয়েং থমদুনা তপ্না-তপ্না হায়রকই, "মদুবুদি খঙলে, অদুবু অদুক হাক্নদি হরাওবা ফংদে। পার্ব্বতীবু য়াম্না নুংশি, মহাক্নসু ঐবু য়াম্না নুংশি, অদুম ওইনমক কয়াদা য়াগ্রবা! অব্বাবা য়াম্না ফংলকপদগী খল্লকখি, অমুক হন্না কৈদৌঙৈদসু অসিগুম্বা লম্বীদা খোঙদাগ্নরোই; পামদদুনা খোঙদারকখিদবনি। অদুবু নহাক্না অদুম্না তৌরুরিবদি করিগীনো? নমদুনা ঐবু পুনশিল্লিবা করিগীনো?" হায়রগা ঙাইহাক অমুক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "মৌ, নঙসু পাবর্বতীগী মতৌগুম অব্বাবা নংলবা য়াই।"

চন্দ্রমুখী মচিন্দা ফিজি নমশিন্দুনা ফমুং মচি অমদা মনা-মনিল নাইদনা ফমদুনা লৈম্রে। দেবদাসনা অমুক হন্না খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "নখোয় অনী কয়াদা চাশিন্নখিদ্রবা, অদুগা অমুক কয়াদা চাশিন্নখ্রবা। অমনা কয়াদা য়ারৌচাউখ্রবা, নাপল কাখ্রবা অদুগা অমনা কয়াদা ঈং-তপখ্রবা, পুকচেল ফাথবা কয়াদা ঙমখ্রবা? মহাক্না করিমতা খাংজবা ঙমদে, অদুগা নহাক্না কয়াদা অখাং কনখ্রবা! মাবু কয়াদা থাগৎনরিবা, কয়াদা মিংচৎ লৈরিবা; অদুগা নহাক্তি কয়াদা কলঙ্ক পকখ্রবা! মীপুম খুদিংমক্না মাবু কয়াদা নুংশিবিরিবা, অদুগা নহাকপুদি কনানসু নুংশিবিদে। অদুম ওইনমক ঐদি নুংশি, কৈদৌনা নুংশিদনি!" হায়রগা শাংলবা নুংশামপী অমা হোন্দোরকই, অদুগা অমুক হায়রকই, "পাপ-পুণ্যগী বিচার-মপুনা নহাক্কী করি বিচার তৌবিরমগদগে খঙদে। অদুবু শিরবা তুংদা করিগুম্বা থেংনবা থোক্রবদি ঐ করিগুম্বদসু নঙোন্দগী থাপ্তোক্না লৈবা খক ঙম্লোই।"

চন্দ্রমুখীগী মনা-মনিল নাইদনা শিম্বরকপা পীনা মথবাক পূমতাউ-তাউখ্রে; মপুক্লিংদা প্রার্থনা তৌজরকই, 'হে ঈশ্বর, করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা মপোক অমদা পাপ চেল্লবী ঐগী প্রায়শ্চিত ওইরবদি ঐঙোন্দা খূদোল অসি পীবিবা ওইসনু।'

থা অনী হৌখ্রে। দেবদাস নাবদি ফরে অদুবু মশাদি ফগৎত্রি। ঈশিং-নুংশিৎ ওনবা দরকার ওই। হয়েং নোংচুপ্তা কোইবা চৎলগনি, ধর্ম্মদাস খক্তা লোয়নখিগনি।

চন্দ্রমুখীনা তক্লররে, "নহাক্কী মীনাইনুবী অমা দরকার ওই, অদুনা ঐবু পুবিয়ু।"

দেবদাসনা হায়রকই, "হৌনদে, মদু য়াদে। ফনা অমা অমা তৌরবসু অদুক হাক্না ঈকাইবা খঙদবদি ওইবা ঙম্লোই।"

চন্দ্রমুখী তশেংনা মচিন ফাজিনখ্রে। মহাক জ্ঞান লৈতবী নত্তে, অদুনা শৎ হেক্তা ভাব তাই। অদুগা ওইনিংবা যনা ওইসনু, জগৎ অসিদা মাগী সম্মান লৈতে। মহাক্না তোৎন-তীন্নবদা দেবদাস নুংঙাইবা ফংগনি, সেবা ফংগনি, অদুবু কৈদৌঙৈদসু সম্মান ফংলোই। মমীৎ উইশিন্দুনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈ অমুক উজবা ফংগদগে?"

দেবদাসনা হায়রকই, "হায়বা ঙমদে, অদুম ওইনমক হিংদুনা লৈরবদি নঙবু করিগুম্বা নুমিৎতসু কাউরোই, ঐনা নঙবু উনিংবগী থৌরাংবা কৈদৌনুংদসু কোক্লরোই।"

খুরুম্লগা চন্দ্রমুখী মচি অমদা থেদোক্লুনা লৈ। তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "মসি ঐঙোন্দা মতিক চাম্লবনি। মসিদগী হেল্লা আশা তৌদে।"

চৎলমদায়দা দেবদাসনা অমুক্কসু লুপা লিশিং অনী চন্দ্রমুখীগী মখুৎতা পীদুনা হায়রকই, "থমজিল্লু। মীওইবগী হকচাং হায়বসি থাজনিংঙাই লৈতে; মমৈদা নঙবু মপাল নাইদবা ঈয়াইদা তাহৌবা তারগদ্রা।"

চন্দ্রমুখীনা মদুসু খঙই, অদুনা মখুৎ তিংথোক্লুনা শেল লৌশিল্লি। মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "নহাক্লা ঐঙোন্দা অয়াবা অমদদি পীবিরম্মু।"

দেবদাসনা মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা হায়রকই, "করিনো?"

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "মমৌ-ইবেম্মা অহল্লনা হায়খি, নহাক্কী হকচাংদা ফৎতবা লায়না পক্লে— মসিবু অচুম্বরা?"

বাহংসি তাবদা দেবদাসসু মথবায় নুংঙাইরক্লে; হায়রকই, 'ইতৈমদি ঙাংনিংবদা ঙাংবা ঙম্মী; অদুবু, মদু ওইরম্লবদি নঙনা খঙলোইদ্রা? নঙনা খঙদবা ঐগী করিগুম্বা বাফম লৈরিব্রা? হীরম অসিদদি পার্ব্বতীদগী নঙনা হেল্লিবনি।"

চন্দ্রমুখীনা অমুক্কা মপী তৈথোক্লগা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "হিংলে। অদু ওইরবসু য়াম্না চেকশিন্না লৈয়ু। নহাক্কী হকচাং য়াম্না শোল্লি, অদুগী মথক্তা য়েংঙোই, করিগুম্বা নুমিৎতসু কাউথোকউনু।"

মসিগী পাউখুমদা দেবদাসনা নোকপদমক নোক্লকই, বা ঙাংদে।

চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "অদুগা ভিক্ষা অমতংগা— হকচাং খজিক্তং নুংঙাইরক্তবদা ঐঙোন্দা পাউ পীরক্কদ্রা হায়য়ু?"

দেবদাসনা মহাক্কী মায়থোংদা য়েংদুনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "কৈদৌনা পীরক্তনি?"

অমুক হন্না খুরুম্লগা চন্দ্রমুখী কপ্তুনা কা মনুংদা চেনশিনখ্রে।

## তরাতরুক

কোলিকাতা থাদোক্লুনা মতম খরা এলাহাবাদতা লৈরবা মতমদুদা ইখঙ-খঙহৌদনা নোংমা মহাক্লা চন্দ্রমুখীদা চিঠি ইখি, মৌ, অমুক হন্না করিগুম্বদসু কনাগুম্বীবু নুংশিরুররোই খল্লম্বনি। কনাগুম্বী অমবু নুংশিরুবদা খুবাং তিংনো হল্লকপমক য়াম্না মৈশা লাংই, অদুগী তুংদা অমুক হন্না নৌহৌননা কনাগুম্বী অমবু নুংশিরুবগী মতৌগুম্বা তায়োম্নবা অমমুক সংসারদা লৈত্রে।

মদুগী পাউখুমদা চন্দ্রমুখীনা করি ইরকখিবগে হায়বা অদুগী কান্নবা লৈতে; অদুবু মতমদুদা দেবদাসনা অসুম্নদা খল্লকখি, মহাকপু অমুক্তং লাকপা য়াদব্রা!

থংনবা মীৎকুপ্তা কিথি-কিরুম্নবগা লোয়ননা খল্লকখি— নত্তে নত্তে, কান্নদে— করিগুম্বা নুমিৎতা পার্ব্বতীনা খঙখিবা থোক্লবদি কমদৌবা! মতৌ অসুম্না অমুক্লা পার্ব্বতীবু, অমুক্লা চন্দ্রমুখীবু মহাক্কী থম্মোয়-লায়ুমদা পুশিন্দুনা থম্মী। করিগুম্বদনা মখোয় অনীমক্কী মায়থোং মহাক্কী থম্মোয় লায়ুমদা ফাওরকই— মবানি য়াম্না চান্নবগুম্মী।

থম্মোয়নুংদা মবানিমক খন্নাংননা ঙাম্থোইদুনা লৈরম্মী। করিগুম্বা নুমিৎতনা থোইদোক্লা ইখঙ-খঙহৌদনা মপুক্লিংদা খল্লকখি, মখোয় অনীমক তুমথম্নবগুম। মতমদুদা মহাক্কী থম্মোয়দু মতৌ অসুম্না মঙাল য়াওদবগুম তৌরম্মী, শুপ্পগী মথবায় পান্দবা পেন্দবা অমনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা মীনম্বা খোম্থাংগী মতৌগুম কোইচৎ চৎলম্মী। অদুগী তুংদা দেবদাস লাহোরদা চৎখি। মফম অদুদা চুনিলাল থবক তৌদুনা লৈরম্মী; পাউ তাদুনা উনবা লাকই। য়াম্না কুইরবগী তুংদা দেবদাসনা য়ু পায়খৎখি। চন্দ্রমুখীবু নিংশিংলকই, মহাক্লা থিংখি। খল্লকই, মহাক কয়াদা স্তান লৈখ্রবা। মহাক কয়াদা ঈংখ্রবা— মুৎলমদায়গী থাউমৈ-মৈরিগী মতৌগুম করি করিগুম্বা মতমদা খংচাক-খংচাক চাকখৎলকই। নোংমা ধর্ম্মদাসনা কপ্পিং কপ্পিং তৌনা হায়রকই, "দেব্‌তা, নহাক্কী হকচাং অমুক ফৎচিল্লক্লে— অতোপ্পা মফম কদায়দনো চৎখ্রসি।"

দেবদাসনা ৰাখল অমদা তাউবা মওংদা পাউখুম পীরকই, "চৎসি।"

দেবদাসনা লৈফমদদি চাউরাক্লা য়ু থক্তে হায়বা য়াই। চুনিলাল লাক্লবদি করিগুম্বা নুমিৎতা থকপা য়াওই, করিগুম্বা নুমিৎতনা মপালদা থোকখি। অহিং মমৈদা য়ুমদা হঞ্জিল্লকই, করিগুম্বদনা অহিং শুকহন হঞ্জিল্লক্তে। ঙসি নিনি শুরে খঙহৌদনা মহাক্কী মশক উরক্ত্রিবা। কপ্পদা ধর্ম্মদাস চাক-ঈশিং শোকখিদ্রে। হুম্নিশুবদা দেবদাস অনাবা লোয়দুনা লৈফমদা হল্লকই; ফুমুংদা কাখৎখিবদগী অমুক হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমখিদ্রে। ডাক্তর অহুম-মরি কৌদুনা লায়েংই।

ধর্ম্মদাসনা হায়রকই, "দেবতা, কাশীদা ইমাদা পাউ পীখিনবা—"

দেবদাসনা খুদক্তা খামদুনা হায়রকই, "হৌনদে হৌনদে— ইমাগী মফমদা মায়সে উৎপা য়াখিগদ্রা?"

ধর্ম্মদাসনা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লুনা হায়রকই, "অনা-অয়েক হায়বসিদি মী পুম্নমক তৌনরিবনি; অদুবু মদুনি হায়দুনা অসুক হাক্লা খুদোংথীরবা মতমদবু ইমাদা লোৎলুবা য়ারিব্রা? নহাক্লা ঈকাইরুনিংঙাই করিসু লৈতে, দেব্‌তা, কাশীদা চৎলসি।"

দেবদাসনা মমায় লৈশিল্লক্লগা হায়রকই, "নত্তে ধর্ম্মদাস, মতম অসিদা ঐ মহাক্কী নাক্তা চৎপা ঙম্লোই। ফদা ফরকখিসনু, মদুগী তুংদা—"

দেবদাস মশামক্তসু ৱাফমসি কয়ারক হন্না নিংশিংলকই; অদুবু পাউ-নুং পীখি-লাকখিবা পামখিদ্রে। মরম অদুনা কনাসু লাক্ত্রে। অদুগী তুংদা নুমিৎ য়াম্না কুইনা লৈরবগী তুংদা মহাক তপ্না তপ্না ফগাৎলকই। নোংমা মহাক্না হৌগৎতুনা ফম্নগা হায়রকই, "ধর্ম্মদাস, হৌজিক অতোপ্না মফম কদায়দনো চৎপ্রসি।"

"অতোপ্না মফম কদায়দসু চৎলুবগী কান্নবা লৈতে ইবুংঙো, য়ুমদা চৎলসি, মদু নৎত্রগনা ইমাগী নাক্তা চৎসি।"

পোৎ-চৈ য়োমদুনা চুনিলালদগী বিদায় লৌরগা দেবদাস অমুক হন্না এলাহাবদতা লাক্ত্রে— মশাদু য়াম্না ফগাৎলে। মতম খরা লৈরবা তুংদা দেবদাসনা হায়রকই, "ধর্ম্ম, করিনো অনৌবা লম অমদা চৎপনা ফরোইদ্রা? করিগুম্বদসু মোম্বাইগী মশক উখিদ্রি, চৎনিংদ্রা?"

মহাক্কী অপাম্বদু উবদা য়ানিংদদুনসু ধর্ম্মদাসনা য়ানিংবা ফোঙদোকখ্রে। মতমদু কালেন থানি, বোম্বে শহর অদুক হাক্না শাদে। মফম অসিদা লাকপদগী দেবদাস মশা য়াম্না ফগাৎলে।

ধর্ম্মদাসনা হায়রকই, "হৌজিক য়ুমদা চৎপা য়াদ্রিব্রা?"

দেবদাসনা হায়রকই, "নত্তে, নুংঙাইরি। ঐ মফম অসিদা মতম খরগা লৈখিগনি।"

চহী অমা লেনখ্রে। থবান থাগী অয়ুক্তা নোংমা ধর্ম্মদাসকী লেংবান্দা শৌদুনা মোম্বাই হাসপাতালদগী মপালদা থোরক্লগা গাড়ীদা কাখৎতুনা ফম্নরে। ধর্ম্মদাসনা হায়রকই, "দেব্‌তা, ঐদি ইমাগী নাক্তা চৎপনা ফগদ্রা খল্লি।"

দেবদাসকী মীৎ অনীমক পীনা থুমহৎলক্লে— ঙসি নুমিৎ খরনি অসি মমাবু মপুক্কিংদা য়াম্না তোইনা নিংশিংলকই। হাসপাতালদা হিপ্তুনা লৈরিঙৈ মতমদুদা ৱাফম অসিমক খল্লকখি, সংসারসিদা মহাক্কী পুন্নমক লৈ, মচলনুপীদগী হেল্লবী পাবর্বতী লৈ— চন্দ্রমুখীসু লৈ! মহাক্কী পুন্নমক লৈ, অদুবু মহাক্তি কনাগীসু করিসু নৎতবগুম্মী। ধর্ম্মদাসসু কপ্লম্মী, হায়রকই, "ইবুংঙো, ইমাগী নাক্তা চৎপদা লেপ্লেদনা?"

দেবদাসনা মমায় লৈথোরক্লগা মপী তৈথোরকই, হায়রকই, "নত্তে ধর্ম্মদাস, ইমাগী মফমদা মায়সে উৎলুবা পামদে,— ঐগী মদুগী মতমদু হৌজিক ওইদ্রিমাল্লে নীংই।"

অহল ওইরবা ধর্ম্মদাসনা হিক-হিক কপ্তুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, হৌজিকসু ইমা হিংলিনে!"

ৱা অসিনা কদায় য়ৌনা ফোঙদোকপ্রবগে হায়বা মখোয় অনীমক্কী থম্মোয়দা ফাওরকই। দেবদাসকী ফিভম থোইদোক্না ফৎচিল্লক্লে। পুক-নুং শিন-থুংনা লিভরদা স্পিন লায়না শন্দোকখ্রে; মদুগী মথক্তা লাইহৌ হৌই, লোক য়াওই। মমীৎ মীৎকোম মনুংদা চঙখ্রে, শুপ্নগী মওং চাদনা ইরং লংবা অরংবা অমতা মঙাইরে। মশম ফাই অমসুং খোইজু লোপ্লে— হোৎনরবদি মশীং থীবা ঙম্বা য়াই। খুৎশাশিংদু উবদা তুকচ্চনিংঙাই মশক ফংলে—

অমরোমদা ময়াং কংবা অদুগী মথক্তা অমুক হঙ্গোইনিংঙাই ওইরবা লাইথুং পকপগী দাগ ময়াম অমা লৈ। স্টেশন য়ৌরক্লগা হংলকই, "কদায়দা চৎননবা টিকেট কক্কদগে দেব্‌তা?"

দেবদাসনা খন্দুনা য়েংলগা হায়রকই, "চৎসি য়ুমদা চৎখ্রসি— অদুগী তুংদা পূন্নমক ফরনি।"

গাড়ীগী মতম ওইরক্তুনা হুগলিগী টিকেট কক্লগা মখোয় কাখৎতুনা ফমখ্রে।

ধর্ম্মদাস দেবদাসকী মনাক্তা লৈররে। সন্ধ্যা মমাঙদা দেবদাসগী মীৎ ঙাংলক্তুনা অমুক লাইহৌ হৌরকই। ধর্ম্মদাসপু কৌশিল্লগা হায়রকই, "ধর্ম্মদাস, ঙসিদি য়ুম য়ৌবা ফাওবা লুগদমাল্লে নীংই।"

ধর্ম্মদাসনা নুংশাথিনা হায়রকই, "করিগীনো ইবুংঙো?"

দেবদাস্‌না নোক্লনবা হোৎনরগা অসুন্নদা হায়রকই, "অমুক লাইহৌ লাক্লে, ধর্ম্মদাস।"

কাশীগী লম্বী লাম্থোরকপা মতম অদুদা দেবদাস লাইহৌনা জ্ঞান তাখিদ্রে। পাটনা য়ৌরমদায়দা জ্ঞান তারকই, হায়রকই, "মদুনিনে ধর্ম্মদাস, ইমাগী নাক্তা চৎপা তশেংনা ওইথোক্লরোইদমাল্লে।"

ধর্ম্মদাসনা হায়রকই, "চৎসি ইবুংঙো, ঐখোয় পাটনাদা কুমথদুনা ডাক্তর য়েংহল্লগা—"

পাউখুমদা দেবদাসনা হায়রকই, "নত্তে তোকসি, ঐখোয় য়ুমদা চৎখ্রসি।"

গাড়ী পুণ্ডুবা স্টেশন্দা থুংলবা মতম অদু নোংঙাল্লে। অহিং চুপ্পা নোং তাখি, হৌজিক্তি হাংখ্রে। দেবদাস হৌগৎলক্লে। মখাদা ধর্ম্মদাস তুন্নি! মহাক্কী লায়বক্তা তপ্পা অমুক্তং শোক্লকই, ঈকাইবনা মহাকপু হৌদোকপা ঙমদ্রে। অদুগী তুংদা থোঙ হাংদুনা তপ্পা তপ্পা মপালদা থোরক্লে। তুন্নিবা ধর্ম্মদাসপু পুদুনা গাড়ী চৎখ্রে। তুরোই-ঙাম্লোই তৌনা দেবদাস স্টেশনগী মপালদা থোরক্লে। শগোল গাড়ীবালা অমা কৌরগা হায়রকই, "ভাই, হাতীপোতাদা থিনবিবা ঙমগদ্রা?"

গাড়ীবালানা অমুক্তং মহাক্কী মায়থোংদা য়েংলকই, অমুক নাক-য়েৎ য়েংলকই, অদুগী তুংদা হায়রকই, "নত্তে বাবু, লম্বী ফত্তে— শগোল-গাড়ী নোংজুথা অসিদা মফমদু তান্না চৎপা ঙমজরোই।"

দেবদাসনা মপুক্লিং লাংতক্লনা হংলকই, "দোলাই ফংগদ্রা?"

গাড়ীবালানা হায়রকই, "ফংলোই।"

বাখল চমন্নদুনা দেবদাস ফমথখ্রে— অদুদি চৎপা য়াররোইদ্রা? মহাক্কী মায়থোংদা মহাক্কী অরোইবা ফিভমগী মমি ময়েক লানা তারি, মীৎতাংবনা ফাওবা মদু খঙবা ঙমগনি।

গাড়ীবালানা মপী ঈরা চেল্লক্রদুনা হায়রকই, "বাবু, ষণাগাড়ী অমা হায়নরুচোরা?"

দেবদাসনা হংলকই, "করম্বা কালদা থুংলুগদগে?"

গাড়ীবালানা হায়রকই, "লম্বী ফৎতে বাবু, নুমিৎ নিনি চঙলবা য়াই।"

দেবদাসনা মপুক্লিংদা হিসাব তৌরকই, নুমিৎ নিনিদি হিংখিগনিদনা? অদুবু পার্ব্বতীগী নাক্তা চৎতবদি য়াদে। মহাক্কী মতম কয়াগী মীনম্বা বা কয়া, লৌনম্বা বাকৎ কয়া নিংশিংলক্লে। অদুবু অরোইবা নুমিৎকী থাজবা পীখিবা অদু অচুম্বা ওইহনবা তাবনি। মওং অমদসু ওইসনু, মঙোন্দা অমুক্তংদি শক উৎলুবা তারিবমক্লি! অদুবু পুন্সি অসিগী মেয়াদ থোইনা অমুক লৈশিল্লক্ত্রে। মসিমক য়াম্না কিনিংঙাই ওইবা বানি!

দেবদাসনা ষণগাড়ীদা কাখৎতুনা তোংলবা মতমদুদা মপুক্লিংদা মমাবু নিংশিংলক্তুনা মমীৎতগী পি শিন্থরক্লে। অদুগা থোৎ-নৌরবা মীনুংশি চেনবা মায়থোং অমা ঙসি পুন্সিগী অরোইবা মীৎকুপ্তা থোইদোক্লা অমকপা পক্তবী ওইনা উরক্লে— মায়থোং অদু চন্দ্রমুখীগীনি। পাপ চেনবীনি হায়দুনা মহাক্লা মতম চুপ্পদা তুকচ্চরকখিবনি, ঙসি মহাকমকপু অপোকপী মমাগী নাকন্দা চাউথোকচবগা লোযননা লৈশাৎ তম্লকপা উবদা মহাক্কী মমীৎতগী পী অর-র শিন্থরক্লে। পুন্সি অসিদা অমুক হন্না উনবা ফংলবোই, মতম য়াম্না কুইববা ফাওবা মহাক্লা পাউদু ফাওবা ফংখিদবা য়াই। অদুম ওইনমক পার্ব্বতীগী মনাক্তা চৎতবা য়াদে। দেবদাসনা বাশকখ্রবনি, অমুক হন্না শক উৎলখিগনি হায়না। ঙসি বাশক অদু মহাক্লা ঙাকপা তারিবমক্লি। লম্বী ফৎতে। মফম কদায়দনা নোংজু থাগী ঈশিং লম্বী ময়ায়দা তুংদুনা লৈরম্মী, মফম কদায়দনা লম্বী ইকায় কায়রম্মী। মফম কদায়দনা লৈখোম্না খুমিৎ থুল্লম্মী। ষণগাড়ী গদক-গদক চৎলকই, মফম কদায়দনা কুমথদুনা চাকা তাবা তারম্মী, মফম কদায়দনা ষণ অনীদু নুংশি-হৈতবমখৈ ফুবা তারম্মী— মওং অমদবু ওইরবসু ক্রোশ তরাতরুক্কী লম্বীদু লাম্থোকপা তাবনি। অঈংবা নুংশিৎ হু-হু হুম্লকই। ঙসিসু মহাক সন্ধ্যা মতুংদা লাইহৌ কন্না হৌরকই। মহাক্লা নুংশাথিনা হংলকই, "গাড়ীবালা, অমুক কয়া য়াম্না বাৎলিবগে?"

গাড়ীবালানা খুম্লকই, "হৌজিকসু ক্রোশ তরারোম বাৎলি বাবু।"

"খরা থুনা চৎসি ভাই, নঙোন্দা বকশিশ চাউনা পীগনি। ফুরিৎখাওদা লুপা চামা চৎপী অমা য়াওরি, মদু উৎতুনা হায়রকই, "লুপা চামা পীগনি, থৌগৎলো।"

অদুগী তুংদা মতৌ কমদৌনা অহিং চুপ্পদু হৌখিবগে হায়বা দেবদাসনা খঙবা ফাওবা খঙলমদে। জ্ঞান তাদনা বাহ্দুনা লৈরম্মী। অয়ুক্তা জ্ঞান তারক্তুনা হায়রকই, "হাই, কয়া য়াম্না অমুক বাৎলিবগেনে? চৎপগী লোইবা নাইররোইদ্রা?

গাড়ীবালানা হায়রকই, "অমুক্কসু ক্রোশ তরুক বাৎলি।"

দেবদাসনা নুংশামপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "খরা য়াংনা থৌ ভাই, মতম অমুক লৈশিল্লক্ত্রে।"

গাড়ীবালানা ভাব তাবা ঙমদ্রে, অদুবু অনৌবা থৌনাদা চৈ-থাংদুনা ষণ হোইদুনা

হৌগৎলকই। লৈজবী থাদুনা থৌরি, মদুদা দেবদাস ওন-থোইরি। মপূক্কিংদা অসুন্নদা খল্লকই, উনবা ফংগনিদনা? থুংলুগনিদনা? নুমিৎয়ুংবা মতমদা গাড়ী থাদুনা যণশিংদু শজিক পীজরগা মহাকসু খরদং চারগা গাড়ীবালা অমুক কাখৎতুনা ফম্লে। হায়রকই, "বাবু, নহাক করিসু চাররোইদ্রা?"

"চাররোই ভাই, অদুম ওইনমক ঈশিংদি য়াম্না থৌরাংই, ঈশিং খজিক্তা পীথকপা ঙমগদ্রা?"

গাড়ীবালানা লম্বী ময়াদা লৈরম্বা পুখ্রীদগী ঈশিং শোক্লুরগা পীররে। ঙসি সন্ধ্যা মতুংদা লাইহৌ হৌরকপগা লোয়ননা মনাতোন মনুংদগী ঈ থোরক্লুনা তপ তপ তারক্লে। মহাক্না মথবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা মনাতোন চপশিন্দুনা থম্মী। অদুগী তুংদা য়ানুংদগী ঈ হাথরকপগুম তৌই, স্বর হোন্দোক-হোঞ্জিন্দসু খক খক পনবগুম তৌরকই। স্বর থবেৎ থবেৎ হোম্না হায়রকই, "অমুক কয়া য়াম্না বাৎলিবগে?"

গাড়ীবালানা হায়রকই, 'ক্রোশ অনী; নুংদাং পুং তরাদা থুংগনি?"

দেবদাসনা য়াম্না বানা মগুক থাঙ্গৎতুনা লম্বীরোমদা য়েংদুনা হায়রকই, "হে ঈশ্বর!"

গাড়ীবালানা হংলকই, "অদুম্না তৌবিরিবা করিগীনো?"

দেবদাসনা বা অসিগী পাউখুম পীরুবা ফাওবা ঙমখিদ্রে। গাড়ী লেপ্তুনা চৎলকই, অদুবু পুং তরা তাবদা থুংদনা চাউরক্না নোংয়াইদা গাড়ীদু হাতীপোতাগী জমিদাববাবুগী য়ুমগী মমাঙদা হৌরিবা সনা-খোংনাং মখোঙদা থুংলরে।

গাড়ীবালানা কৌদুনা হায়রকই, "বাবু কুমথবিরক্নো।"

করিমতা খুম্নক্তে! অমুক কৌরকই, অদুম ওইনমক খুম্নক্তে। মতমদুদা নুংশাথিদুনা মহাক্না লালটেন্দু মমায় ময়াদা পুশিল্লক্লে, "বাবু, তুম্বিরব্রা?"

দেবদাসনা য়েংদুনা লৈ; মখদাং নোমদুনা করিনো অমা হায়রকই, অদুবু খোঞ্জেল থোক্তে। গাড়ীবালানা অমুক কৌরকই, "হো বাবু!"

দেবদাসনা মখূৎ থাঙ্গৎপা পাম্নকই, অদুবু মখূৎ লেঙবা ঙমদ্রে; শুপ্নগী মহাক্কী মীৎলুদগী পী মরিক অনীখক তারকই। গাড়ীবালানা মতমদুদা মবুদ্ধি শিজিন্নদুনা সনাখোংনাং মখোঙদা থোঙ্গৎতুনা বেদী শেম্লিবা অদুদা চরু থাদুনা ফম শেম্নরে। অদুগী তুংদা য়াম্না বানা হোৎনদুনা দেবদাসপু থাংদুনা পুরক্লগা মদুদা হিপহল্লরে। মপালদা কনাসু লৈতে, জমিদারগী য়ুম চিকই, লোইনবা তুম্নখ্রে, দেবদাসনা য়াম্না বানা হোৎনদুনা পোকেটতগী লুপা চামগী নোট অমা লৌথোক্লগা পীরকই। লালটেনগী মৈঙালদা গাড়ীবালনা উরক্লে, বাবুনা মঙোন্দা য়েংলি, অদুবু বা ঙাংথোকপদি ঙমদ্রে। ফিভম অদু ভাবনা শাদুনা নোট অদু লৌরগা চাদরদা কিশিন্দুনা থমখ্রে। শালনা দেবদাসকী মমায় ফাওবা শুপচিনবিরে; মমাঙদা লালটেন থান্দুনা থম্লি,

অনৌবা মরুপ অদু মহাক্কী খোঙ ময়াদা ফমদুনা চিন্তা তৌদুনা লৈখ্রে।

নোংঙাম্রে। অয়ুক্তা জমিদারগী মী থোক্লরক্রে,— অঙকপা দৃশ্য অমা উরে। উখোঙদা নুপা অমা শিগদৌরে। ভদ্রলোক্কি। মশাদা শাল শুপ্লি, মখোঙদা কাপ লংনা থাবা খোঙউপ তোংই, মখুৎতা খুদোপ শি। অমমম লাক্তুনা মী য়াম্না পুল্লরে। অসুম অসুম ব্রাফম অদু ভুবনবাবুগী নাকোং য়ৌখ্রে, মহাক্না ডাক্তর কৌরুনবা হায়খ্রগা মশামক লাক্লে। দেবদাসনা ময়ামদা লৈদুনা য়েংলকই; অদুবু মহাক্কী খোঞ্জেলদি ফাজিনখ্রে— ব্রা অমতসু ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে, শুপ্নগী মমীৎতগী পী শিঙ্গুরি। গাড়ীবালানা খঙজবমখৈ তম্লকই, অদুবু মদুনা কাম্নবা ফংদ্রে। ডাক্তরনা লাক্লগা হায়রকই, "স্বর শোক্লে, হৌজিকমক শিরগনি।"

ময়াম্না শোম্নরকই, "ওম্বোকপনি!"

দালান মথক্তা ফমদুনা পার্ব্বতীনা ব্বারী অসি তাবদা শোম্লকই, "ওম্বোকপনি!"

কনানো নুপা অমনা চানবিদুনা মঙোন্দা ঈশিং মরিক অমা তাহনবিরে। দেবদাসনা মঙোনলোমদা ওন্দুনা থম্মোয় পুঙমদবা মীৎয়েংনা অমুক্তং য়েংলকই, অদুগী তুংদা মীৎ উইশিনখ্রে। ঙাইহাক্তসু হিংলম্মী, অদুগী তুংদা পুম্নমক লোইখ্রে। হৌজিক কনানা পোৎলোইবিগদগে, কনানা শোক্লগদগে, করি জাতনো অসিনচিংবগী মরিদা য়েৎনরকই। ভুবনবাবুনা নক্লবা পুলিশ-স্টেশন্দা পাউ পীহনখ্রে। ইন্সপেক্টর লাক্তুনা তদন্ত তৌররে। লিভরদা স্পিন লায়নানা নাদুনা শিবনি। চিঠি অনী য়াওরম্মী। অমনা তালসোনাপুরগী দ্বিজদাস মুখুয্যেনা বোম্বেগী দেবদাসতা ইরকপনি— শেল থারকপা হৌজিক ওইথোক্তে। অতোপ্পা অমনা কাশীদগী হরিমতী দেবীনা মথক্তা পনখ্রিবা দেবদাস মুখুয্যেদা ইরকপনি— কমদৌরিবগে?

মহাক্কী খুদাংদা ইংরাজী ময়েক্না মমিং হক্তুনা থারি। ইন্সপেক্টর বাবুনা তদন্ত তৌরগা হায়রকই, "হোয়, নুপা অসি দেবদাসনি হায়বা তাই।"

মখুৎতা শিরিবা অশংবা নুং থিনবা খুদোপ অদুগী মমল চাউরাক্না লুপা চামগা য়াম্মে ওইগনি, মশাদা কুপ্লিবা শাল জোড়াদুগী মমল চাউরাক্না লুপা চনী ওইগনি। মফি-মরোল অসিনচিংবা পুম্নমক ইশিন্দুনা লৌখ্রে। চৌধুরী মহাশয় অমসুং মহেন্দ্রনাথ মবানিমক লৈরম্মী। তালসোনাপুরগী মমিং তাবদা মহেন্দ্রনা হায়রকই, "ইমাতোনগী মপামগী মীনি, মহাকপু য়েংহল্লবদি—"

চৌধুরী মহাশয়না চৈহৎতুনা হায়রকই, "মহাকপু মফমসিদা অশিবা মীশক তাক্লবা লাকহনবা তারিব্রা?"

দারোগাবাবুনা নোক্তুনা হায়রকই, "ঙাওরবনিদনা!"

ব্রাহ্মণগী অশিবা হকচাং ওইরবসু খুল্লক-লৈরক্তা কনানসু শোক্লবা পাম্নরমদে, মরম

অদুনা চণ্ডাল লাক্তুনা পুখ্রে। অদুগী তুংদা কদায়দনো ঈশিং কংলবা পুখ্রী অমগী মপান্দা কাবক-কাবক মৈ থারগা ছন্দোক্রম্লে— লংজা ক্বাক পাইরক্তুনা মথক্তা তোংলে, হুই লমহুইনা অশিবা হকচাং মুন্নবদা চিক্লগদৌই। অদু ওইরবসু অতাবনা শোম্লে, 'ওম্বোকপনি!' মীনাই-মীশলশিংসু চিবোন-চিবোন বারী শানৈ, 'ওম্বোকপনি, ভদ্রলোক্কি, অচৌবা মীনি! লুপা চনী পীবা শাল, লুপা চামগা য়াথ্বে পীবা খূদোপ! পুন্নমক অদু দারোগাবাবুগী খূৎতা লৈরি; চিঠি অনীদুসু মহাক্না লৌশিনখি।

পাউ অদু অয়ুক্তা পার্ব্বতীগী নাকোং য়ৌখি হায়বদি য়াই, অদুবু হন্দক-মরক অসি মহাক করিগুম্বা হীরম অমতদা মপুক্লিং থিংজিল্লুদে হায়দুনা থৌদোক্তু তাংদাংবা খণ্ডলমদে। অদুগা অয়ুক্তগী ময়াম্না ঝাফম অদু চিবোন-চিবোন ঙাংনদুনদা লৈরক্লবা মতমদুদা পার্ব্বতীসু থোইদোক্না তারক্লদুনা সন্ধ্যা মতুংদা মীনাই নুপী অমা কৌশিল্লগা হংলকই, "করি থোকখ্রবগে? কনা শিরবগে?"

মীনাইনুপীনা হায়রকই, "ওম্বোকপনি, কনানসু মশক খঙদে ইমা। হৌখিবা মপোক্তা লম লৈদুনা থনম্মাগ্লে, অদুনা লাক্তুনা শিররিবনি। অঙৈংবা নুংশিৎ মরক অদুদা অহিংদগী তুদুনা লৈরকখিবনি, অদুনা পূং মাপল তাবদা শিখি।"

পার্ব্বতীনা নুংশামপী হোন্দোক্লগা হংলকই, "ওম্বোকপনি, কনানো হায়বা করিমতা খঙবা ঙমদ্রব্রা?"

মীনাইনুপীনা হায়রকই, "মহেনবাবুদি মুন্না খঙবনি, ঐদি অদুক হাক্না খঙদে ইমা।"

মহেন্দ্রবু কৌহল্লুদুনা লাক্লে, মহাক্না হায়রকই, "নখোয়গী লমগী দেবদাস মুখুয্যেনি।"

পার্ব্বতীনা মহেন্দ্রগী মনাক নক্না চঙশিল্লক্লগা য়াম্না মুন্না য়েংদুনা হংলকই, "কনা, দেবদাদা? কমদৌনা খঙলিবনো?"

"পকেটতা চিঠি অনী য়াওরম্মী; অমনা দ্বিজদাস মুখুয্যেনা ইরকপনি—'

"পার্ব্বতীনা মরক থৎতুনা হায়রকই, "হোয়, মাগী ময়াম্বনি।"

"অদুগা অমনা কাশীদগী হরিমতী দেবীনা ইরকপনি—"

"হোয়, মাগী মমানি।"

"মখূৎতা হক্তুনা মমিং থাই।"

পার্ব্বতীনা হায়রকই, "হোয়; কোলকাতাদা অহানবা চৎপদা থারকখিবনি।"

"অশংবা মচুগী খূদোপ অমা—"

"লুগুন থাংবা মতমদা পাবুংহলনা পীখিবনি। ঐ চৎলে— "ঙাংনা ঙাংনা পার্ব্বতী চেম্বদুনা কূমথখ্রে।

মহেন্দ্রনা তৌফম খঙদনা হায়রকই, "হো ইমা, কদায়দা চৎপিরিবনো?"

"দেবদাগী নাক্তা।"

"মাদি সিদা লৈতে— ডোম (পোৎলোইবগী থবক তৌবা জাতি অমা) না পুন্ত্রে।"

"হো ইমা, ইমা-ও!" হায়দুনা কপ্পা কপ্পা পার্ব্বতী চেল্লকই। মহেন্দ্রনা চেনখৎলক্তুনা মমাগুদা থৎতুনা হায়রকই, "নহাকপু ঙাওরব্রা ইমা? কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

পার্ব্বতীনা মহেন্দ্রদা য়াম্না খানা য়েংদুনা হায়রকই, "মহেন, ঐবু অঙাওবী ওইনা উরব্রা? লম্বী থাদোকউ।"

মহাক্কী মীৎ উবদা মহেন্দ্রনা লম্বী থাদোক্লগা মনা-মনিল নাইদনা মতুং ইন্নরকই। পার্ব্বতী মপালদা থোকখ্রে। মপালদা মতমদু ফাওবা নায়েব গোমস্তা থবক তৌদুনা লৈরি, মখোয়না লৈথোক্তুনা য়েংনরকই। চৌধুরী মহাশয়না আনোক মথক্তা য়েংলগা হায়রকই, "চৎলিবদু কনানো?"

মহেন্দ্রনা হায়রকই, "ইমাতোন্নি।"

"করিনো? কদায়দা চৎলিবনো?"

ভুবন চৌধুরীনা লাউখৎলকই, "নখোয় লোইননা ঙাওরব্রা, ফাও— ফাও— ফাদুনা পুশিল্লকউ মাবু। ঙাওরবনি। হো মহেন, হো মৌ-অনৌবী!"

অদুগী তুংদা মীনাই নুপা-নুপী ময়াম চঙদুনা বাছরবী পার্ব্বতীগী হকচাংদু থাংদুনা ইমুংদা পুশিনখ্রে। মথংগী নুমিৎতা মহাক জ্ঞান তারকই, অদুবু মহাক করিগুম্বা বা অমতা ঙাংদে। মীনাই নুপী অমদা মসিদংদি হংলকই, "অহিংদা লাকপনি, নৎত্রা? অহিং চুপ্পা!"

অদুগী তুংদা পার্ব্বতী তুমিন্না লৈখি।

হৌজিক মতম অসুক কুইরবগী তুংদা পার্ব্বতী কমদৌখ্রবগে, করম্না লৈরিবগে হায়বা খঙদে। পাউ লৌরুবসু পামদে। শুপ্নগী দেবদাসকীদমক্তদি য়াম্না নুংঙাইতে। নখোয় কনাগুম্বনা বারী অসি পারুবদা ঐখোয়গী ইতৌগুম্বা নুংঙাইতবা পোকপা য়াই, অদুম ওইনমক করিগুম্বা মতমদা দেবদাসকী মতৌগুম্বা লায়বক থিরবা, মপূক্লিং বারকচবা ঙমদবা, পাপ চেনবা কনাগুম্বা মীওইগা শকখঙ-মায়খঙনরবদি মহাক্কীদমক খবমখৈ থৌজালবিয়ু! প্রার্থনা তৌবিয়ু, ফনা ওইনিংবা ওইজসনু, মহাক্কী মতৌগুম কনাসু শিদনবা। শিবদা অমাংবা লৈতে, অদুবু মতম অদুদা নুংশি-চানবিবা খুৎ অমনা মহাক্কী লায়বক্তা নানবিবা ফংজনবা— পীরাং থাংবা নুংশি মায়থোং অমতং উনা উনা পুন্দি অসিগী অরোইবা য়াহিপ তানবা ফংজনবা। শিরমদায় মতমদা কনাগীবু ওইরবসু মমীৎতা পী মরিক অমতং উজরগা মহাক শিবা ফংজনবা।

# লাইরবগী মরুপ শরৎচন্দ্র

হুগলী জিলাগী দেবানন্দপুর অপিকপা খুঙ্গং অমনি। খুঙ্গং অদু ইষ্টর্ন রেলবেগী ব্যাণ্ডেল স্টেশন্দগী অৱাং-নোংপোক্তা মাইল অনী লাপ্পা লৈ। খুঙ্গং অদুগী লাইরবা ইমুং অমদা খ্রীষ্টাব্দ ১৮৭৬ কী সেপ্টেম্বরগী তারিখ ১৫ দা শরৎচন্দ্র পোকখি। মহাক্কী মপাগী মিং মতিলাল চট্টোপাধ্যায় অদুগা মমাগী মমিংনা  ভূবনমোহিনী দেবী কৌই। শরৎচন্দ্রগী প্রভাসচন্দ্র অমদি প্রকাশচন্দ্র কৌবা মনাওনুপা অনী লৈরম্মী অসুং অনিলা দেবী কৌবী মচে অমগা সুশীলা কৌবী মচলনুপী অমগা লৈরম্মী। মখোয় মচিল-মনাওশিংগী মনুংদা অনিলা দেবীনা অহলনি। শরৎচন্দ্রনা য়াইমনি অদুগা সুশীলা দেবীনা খ্বাইগী অতোম্বীনি।

অঙাং ওইরিঙৈদা শরৎচন্দ্রগী মিং ন্যারা হায়না য়ুমদা কৌনরম্মী। মহাক নহা ওইরিঙৈদা লিন ফাবা হৈরম্মী। পাখংমচা ওইরিবা শরৎচন্দ্রনা লিন ফানবা হোৎনরুবদা নোংমা খাৱৌনা চিক্লুনা শিনিংচিংতা হিংহৌই। মদুদগী মহাক লিন ফাবা পুন্সিগী ওইনা থাদোকখি।

শরৎচন্দ্রগী মপা মতিলালনা এন্ট্রাস পাস তৌরগা মতম খরা এফ. এ. তম্মম্মী। মহাক পূকচেল লেপ্তবা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা ৱাখলদা চৎপা মীওই ওইরম্মী। অদুনা মহাক মতম খরদং থবক তৌরম্বা নত্তনা অমুক হন্না করিগুম্বদসু থবক অমতা তৌরমদে। ৱারী, উপন্যাস কয়া ইরম্মী, অদুবু মপূকচেল চেৎতবা অদুনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা অইবা অমতা মপূংফানা ইথোকপা ঙম্নমদে। লৈত-লাইরবগী চৈথেংদা মহাক অয়াম্বা মতমদা ইমুং-মনুংগা লোয়ননা ভাগলপুরদা নুপী-মপামদগী শাইদাংবা হেক হেক চৎপা তারম্মী। অদুনা শরৎচন্দ্রগী অঙাং ওইরিঙৈগী অয়াম্বা চহী ভাগলপুরদা মামাগী য়ুমদা লেল্লম্মী। মপানা ইবা লোইশিন্দবা ৱারী, উপন্যাসশিংদু শরৎচন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙৈদা থেংনরুবদা মাগী থম্মোয়দা অইবা  অমা ওইনিংবগী ঈথিল পোকখিবনি হায়না থাজনৈ।

শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মখৌ কেদারনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী য়ুম চৌবিশ পরগণা জিলাগী হালিশহরদা লৈরম্মী। কেদারনাথ ভাগলপুরদা কলেক্টর ওফিসকী কেরানি ওইরম্মী। কেদারনাথকী মচিল-মনাও মরিসু মাগী মাগী ইমুং-মনুংগা লোয়ননা মহাক্কী নাক্তা লৈরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা চহী মঙা শুরকপদা মহাক্কী মপানা মাবু খুঙ্গংগী হায়বদি দেবানন্দপুরগী প্যারি পণ্ডিতকী (বন্দোপাধায়গী) পাঠশালাদা মমিং চনবিরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মফম অদুদা চহী অনী-অহুম লাইরিক তম্লম্মী। পাঠশালা অদুগী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মরক্তা মহাক্না খ্বাইদগী ফবা ছাত্র ওইবগুম ঙাওশিন্নবদসু খ্বাইদগী হেল্লম্মী।

শরৎচন্দ্রনা দেবানন্দপুরদগী লাক্তুনা ভাগলপুরদা লৈরবদা মহাক্কী মমা পোকপা মধৌনা মহাকপু দুর্গাচরণ বালক বিদ্যালয়দা ছাত্রবৃত্তি ক্লাসতা মমিং চনবিরম্মী। ক্লাস অদুদা শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মধৌগী মনাও অতোম্বা অঘোরনাথকী মচানুপা অহল মণীন্দ্রনাথসু তম্লম্মী।

ছাত্রবৃত্তি পাস তৌরগা শরৎচন্দ্র ভাগলপুরগী জিলা স্কুলদা মমিং চম্লম্মী।

খ্রীষ্টাব্দ ১৮৮৯ দা শরৎচন্দ্র জিলা স্কুলগী ফোর্থ ক্লাসতা কারম্মী, মতম অদুদা মাগী মপানা ডিহিরিদা থবক তৌরম্বদু তোকখি। শরৎচন্দ্রগী মপানা মতমদুদা ইমুং-মনুং হুপ্পা পুদুনা অমুক দেবানন্দপুরদা চৎলম্মী। শরৎচন্দ্রনা মমা-মপাগী তুং ইন্দুনা দেবানন্দপুরদা লাকপা চহী অদুমক্তদা হায়বদি খ্রীষ্টাব্দ ১৮৮৯ গী জুলাই থাদা হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুলদা ফোর্থ ক্লাসতা মমিং চম্লম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯২ দা শরৎচন্দ্রনা ফাস্ট ক্লাস তম্বা মতমদা মাগী মপানা লৈত-লাইরগী চৈথেংদগী মাগী স্কুলগী থাগী ফি হুনবিবা ঙম্লমদে, অদুনা শরৎচন্দ্র লাইরিক তম্বা তোক্তুনা য়ুমদা ফমদুনা লৈরম্মী।

মতম অদুদা শরৎচন্দ্রগী চহী তরাতরেৎ শুরে, অসুম্না য়ুমদা ফমদুনা লৈরিঙৈ মতমদুদা মহাক্না মাগী পাঠশালাদা লাইরিক তম্মিন্নবকপা মরুপ কাশীনাথকী মিং লৌদুনা 'কাশীনাথ' কৌবা ৱারী অমা ইরম্মী।

দেবানন্দপুরদা মতিলালগী ফিভম নোংম-নোংমগী কাহেন্না ফৎচিল্লক্তবদগী মতম অদুদা অতোপ্পা উপায় লৈত্রদুনা অমুক হন্না ইমুং-মনুং পুদুনা নুপী-মপামদা শাইদাংবা চৎলম্মী। মদু খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯৩ গী অহানবা শরুক্তনি। শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরদা লাক্লবদা অমুক হন্না স্কুলদা মমিং চনবিনবা কন্না তক্লরম্মী। অদুবু শরৎচন্দ্রনা ফনা তক্লদুনা কৈদৌনি! হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুলগী থা কয়াগী ফিগী শেন্দোল শিংদোক্লগা সার্টিফিকেট লৌরক্লবা শেলদি কদায়? খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯২ গী জানুৱারী থাদা মাগী মমা পোকপা মধৌ শিখিবনা পুন্না চারম্বা মামাগী ইমুং অদু কায়রম্মী। শরৎচন্দ্রগী মশাগী মামা অনীগী মরক্তা মামা অহল ঠাকুরদাসতি মতমদুদা থবক তৌদ্রি। মামা অতোম্বা বিপ্রদাসসু তলব য়ামখিদ্রবা থবক অমা পায়বদা মঙাইহিরি, মহাক অতোমদনা মাগী ইমুং, ময়াম্বা ঠাকুরদাসকী অমদি মতিলালগী ইমুং থাকপা তারম্মী।

সাহিত্যিক অমদি সাংবাদিক পাঁচকড়ি বন্দোপাধ্যায় মতম অদুদা ভাগলপুরগী তেজনারায়ণ জুবিলি কলেজিয়েট স্কুল (হৌজিক্কী মিং — তেজনারায়ণ বনমালী কলেজিয়েট স্কুল) দা ওজা ওইরম্মী অমসুং ভাগলপুরদা শরৎচন্দ্রগী মামাখোয়গা য়ুমথংননা লৈরম্মী। পাঁচকড়িগী মপা বেণীমাধব বন্দোপাধ্যায় অদু শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মধৌগী মরুপ ওইরম্মী। অদুনা শরৎচন্দ্রনা পাঁচকড়িবাবুদা মামা কৌরম্মী। শরৎচন্দ্রগী লাইরিক তম্নিংবা উৱদা পাঁচকড়িবাবুনা মমৈথংদা শরৎচন্দ্রবু মখোয়গী স্কুলদা মমিং চনশিনবিখি।

শরৎচন্দ্রনা তেজনারাণ জুবিলি কলেজিয়েট স্কুল অদুমক্তদগী মথংগী চহী হায়বদি

খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯৪ গী ফেব্রুবারী থাদা এন্ট্রান্স পরীক্ষা থাদুনা সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌরম্মী। পরীক্ষা মমাঙদা স্কুলদা পরীক্ষাগী ফি অমসুং মদুগা লোয়ননা থা কয়াগী ফি থিবা মতমদসু শরৎচন্দ্রগী মামা অতোম্বা বিপ্রদাসনা লমদম অদুগী মহাজন গুলজারীলালগী মফমদগী হেণ্ডনোট ইদুনা শেল পুবা তারম্মী।

শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মতৌ অতোম্বা অঘোরনাথকী মচানুপা অহল মণীন্দ্রনাথসু চহী অদুমক্তদা এন্ট্রান্স পাস তৌখি। এন্ট্রান্স পাস তৌরগা মণীন্দ্রনাথতি নারায়ণ জুবিলি কলেজদা মমিং চল্লম্মী। অদুবু শেল লৈতবদগী শরৎচন্দ্রদি মমিং চনবা ঙম্লমদে। লৈত-লাইরগী শাফুদা বিপ্রদাসনা শরৎচন্দ্রবু কলেজদা মমিং চনবিবা ঙমখিদবনি।

লাইরিক্তা মথৱায় য়াওজবা শরৎচন্দ্র লাইরিক তম্বা ফংলরোই হায়বা উবদা মণীন্দ্রনাথকী মমা কুসুমকুমারী দেবীগী থম্মোয়দা মীনুংশিগী ঈথক হৌরকখি। মহাক্না মাগী মপুরোইবগা তানরগা মখোয়গী মচানুপা অতোম্বা অনীবু লাইরিক তাকহন্নবগী মিংদা শরচৎচন্দ্রবু কলেজদা মমিং চনবিখি অমসুং কলেজগী থা থাগী ফি হুনবিনবা থৌরাংসু তৌবিখি। মদুগী ফলনা শরৎচন্দ্রনা কলেজ কাবা ফংখিবনি। শরৎচন্দ্রনা নুংতিগী নুংদাং নুংদাংদা মণীন্দ্রনাথকী মচানুপা অতোম্বা অনী হায়বদি সুরেন্দ্রনাথ অমসুং গিরীন্দ্রনাথপু লাইরিক তাকপিরম্মী। মখোয় মতম অদুদা স্কুলগী অনেম্বা ক্লাসতা তম্লম্মী।

কলেজদা তম্বা মতমদা শরৎচন্দ্রনা লাইরবদগী কলেজগী টেক্স বুক ফাওবা লৈজবা ঙম্লমদে। মহাক্না মণীন্দ্রনাথ অমসুং অতৈ লাইরিক তম্মিন্নবা মরুপশিংগী মফমদগী লাইরিক বাইদুনা অহিং তুমদনা লাইরিক ঔরাইরম্মী, অদুগা নোং হেক ঙানবগা লাইরিকশিংদু মপু মপুদা পীথোকখিবা তারম্মী। কলেজদা মতৌ অসুম্না চহী অনী লাইরিক তমদুনসু টেস্ট পরীক্ষাগী মতুংদা এফ. এ. পরীক্ষাগী ফি শুপ্নগী লুপা কুনখক থৌরাং তৌবা ঙমদবদগী শরৎচন্দ্র পরীক্ষা থাবা ফংখিদে। তশেংবদি মতম অদুদা শরৎচন্দ্র মামাগী য়ুমদা লৈরমদে। মদুগী মরমদি খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯৫ গী নভেম্বর থাদা শরৎচন্দ্রগী মমা শিথিবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা শরৎচন্দ্রগী মপা মতিলাল নুপী-মপাম থাদোক্নুনা মচা ময়াম পুদুনা মফম অদুদগী মাইল অমরোম লাপ্না ভাগলপুরগী খঞ্জরপুর পল্লীদা লাকখি। মফম অদুদা মতিলাল ইনা কুপ্না য়ুম অমদা মচাশিংগা লোয়ননা লৈরম্মী। মাগী মচা নুপী অহল অনিলা দেবীদি মদুগী মমাঙদা হাওড়া জিলাদা বাগনান থানাগী গোবিন্দপুর খুঙ্গংদা লুহোংখ্রবনি। অনিলা দেবীদি নুপা-ময়ুমদা লৈখ্রবনি।

শরৎচন্দ্রনা কলেজ থাদোক্রবা তুংদা ভাগলপুরগী আদমপুর ক্লবতা চঙদুনা ড্রামা অমদি শান্ন-খোৎননা য়াওদুনা মতম লেল্লম্মী। মতম অদুদা ভাগলপুরগী অকী-অখং খঙদবা, মীগী য়াইফনবা তৌবা, মপূকচেল চাউবা রাজেন মজুমদার কৌবা আদর্শ লৈবা পাখং

অমগা তীন্নদুনা মহাকসু মীগী য়াইফনবা তৌবা থবক্তা শরুক য়াবা হৌরম্মী। (শরৎচন্দ্রনা তুংদা মহাক্কী উপন্যাস 'শ্রীকান্ত' দা মাগী মরুপ অসিমকপু ইন্দ্রনাথকী শক্তম ওইনা-য়েকখি।) শরৎচন্দ্রনা মতম অদুদা য়ুমথংনেবা বিভূতিভূষণ ভট্টখোয়গী ইমুংদা চান্নশিন্দুনা মখোয়গী য়ুমদা পুনফম কা অমা থৌরাং তৌরম্মী, অদুগা মফম অদুদা ফমদুনা ৱারী-উপন্যাস মশীং য়ান্না ইরম্মী অমসুং পারম্মী। শরৎচন্দ্রনা মতমদুদা মামা সুরেন্দ্রনাথ, গিরীন্দ্রনাথ অমসুং মখোয়গী মরুপ যোগেশচন্দ্র মজুমদার অমদি য়ুমথংনেবা বিভূতিভূষণ ভট্ট অদুগা মাগী মচানুপী নিরুপমা দেবী অসিনচিংবগা লোয়ননা সাহিত্য সভাগী সংস্থান অমা লিংখৎলম্মী। সভা অদুদা মশা মশানা ইবা পাথোক্ত দবা নুমিৎ অদুদা নিরুপমা দেবীদি সভাদা থোরক্রমদে। মহাক্না মবুং বিভূতিভূষণগী খুৎথাংদা মশাগী অইবা থারকই। সাহিত্য সভা অদুগী 'ছায়া' কৌবা খুৎনা ইবা চেফোঙ অমসু লৈরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মতম অদুমক্তদা মাগী বড়দিদি, দেবদাস, চন্দ্রনাথ, শুভদা অসিনচিংবা উপন্যাস অমসুং অনুপমার প্রেম, আলো ও ছায়া, বোঝা, হরিচরণ অসিনচিংবা ৱারীশিং ইরম্বনি।

শরৎচন্দ্রগী মপানা মীগী শেন্দোলগীদমক অতোপ্পা উপায় লৈত্রদুনা দেবানন্দপুরগী য়ুম-ইখোল পুম্নমক য়োম্হোকখ্রগা মরি-মতা, মরুপ-মপাংদগী নি-খোৎতুনা কবিগুম্বা মওং অমদা ইমুং পুরম্মী। শরৎচন্দ্রদি মতম অদুদা বনেলীরাজ এস্টেটতা মতম খরগী ওইনা থবক তৌদুনা লৈরম্মী। অদুবু খঙহৌদনা নোংমা মপাগী মথক্তা ৱারৌবদগী পুন্নমক থাদোক্তুনা লংফৈ চৎখি অমসুং সন্ন্যাসীগী ফিজেৎ শেৎতুনা মীরৈবাক্তা কোইচৎ চৎতুনা লৈখি। অসুন্না কোইচৎ চৎতুনা লৈরিঙৈ মতমদা মহাক মজঃফরপুরদা লাক্লম্মী, মতমদুদা নোংমা মাগী মপা শিবগী পাউ তারম্মী। মদু তাবদগী মহাক ভাগলপুরদা হল্লকখি। হল্লক্লগা করিগুম্বা মওং অমদা মপাগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম লোইশিল্লগা মনাওনুপা অনীদুনা মরি-মতাশিংদা অদুগা মচলনুপীবু য়ুম মপু মহিলা অদুগী মফমদা শিন্নদুনা থনল্লগা (অদুগী তুংদা শরৎচন্দ্রগী মামা অতোম্বনা মাবু ময়ুমদা পুশিন্দুনা থম্লম্মী অমসুং মশামক্না মাবু লুহোংবিরম্মী। ) লাইবক চাংয়েংবা কোলকাতাদা লাকখি।

কোলকাতাদা লাক্লগা মহাক মামা উপেনগী ময়াম্বা কোলকাতা হাই-কোর্টগী উকিল লালমোহন গঙ্গোপাধ্যায়গী য়ুমদা থুংলম্মী অমসুং মহাক্কী নাক্তা থাগী লুপা ৩০ দা হিন্দী পেপর বুক্কী ইংরাজীদা হন্দোকপগী থবক অমা ফংলম্মী। শরৎচন্দ্র লালমোহনগী য়ুমদা থা তরুক লৈরম্মী। অদুগী তুংদা হায়বদি খ্রীষ্টাব্দ ১৯০৩ গী জানুৱারী থাদা মফম অদুদগী বর্মাদা চৎখি। বর্মাদা লালমোহন বাবুগী মচলনুপী লৌবা মশেলনুপা রেঙ্গুনগী এডভোকেট অঘোর চট্টোপাধ্যায়গী য়ুমদা থুংলম্মী।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা চৎথ্রিঙৈগী নোংম-নিনিগী মমাঙদা কোলকাতাগী বৌবাজারদা

মামা সুরেন অমদি মামা গিরীনগা উনবা চৎপদা (মখোয় অনীমক মতমদুদা কোলকাতাদা লৈদুনা কলেজ তম্লরম্মী।) মামা গিরীন্না হায়জবদগী ফমথদুনা খুদক্তা ৱারী অমা ইদুনা কুন্তলীণ প্রতিযোগীতাদা থাগৎলম্মী। অদুবু ৱারীদুদা মশাগী মমিং থাদনা সুরেন্দ্রনাথকী মিংদা থাগৎখিবনি। ৱারীদুগী মমিং 'মন্দির' কৌই। ৱারী ১৫০ গী মনুংদা 'মন্দির' না খ্বাইদগী অহেনবা ওইনা খনখি।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা লাক্লবা তুংদা নুমিৎ খরনি লৈরগা অঘোরবাবুনা বর্মা রেলৱেগী ওডিট ওফিসতা মহাকপু তেম্পররি পোস্ট অমদা চঙহনবিখি। চহী অনীগী তুংদা ইখঙ খঙহৌদনা অঘোর বাবু শিখি। মতম অদুদা মাগী ইমুং-মনুং রেঙ্গুন থাদোক্তুনা মরৈবাক্তা হনখি। তাঙ্গা অদুদা শরৎচন্দ্রগী রেলগী ওডিট ওফিসকী থবক অদু মথুন্তুগী নাম্থোকখি। শরৎচন্দ্রনা মতম অদুদা মাগী রেঙ্গুনগী মরুপ গিরীন্দ্রনাথ সরকারগা লোয়ননা পেগুদা চৎলগা গিরীনবাবুগী মরুপ অবিনাশ চট্টোপাধ্যায়গী য়ুমদা নুমিৎ কয়ানিরোম লৈরম্মী। অবিনাশকী ময়ুম শরৎচন্দ্রগী পোক্লফম দেবানন্দপুরদগী থোইনা লাপ্তনা লৈবা বৈদ্যবাটীদনি। অদুনা অবিনাশনা মীরৈবাক অদুদা শরৎচন্দ্রবু মরম-মচানি হায়দুনা য়াম্না লুনা-চান্না তৌবিরম্মী।

অবিনাশকী য়ুমদা লৈবা মতমদা পব্লিক ৱার্কস একান্টস ওফিসকী ডিপুটি একজামিনর মণীন্দ্রকুমার মিত্রগা শরৎচন্দ্রগা নোংমা শকখঙননবগী খুদোংচাবা ফংলম্মী। মণীন্দ্রকুমারনা শরৎচন্দ্রবু থবক তৌদনা লৈ হায়বা খঙদুনা খ্রীষ্টাব্দ ১৯০৬ কী এপ্রিল থাদা মশাগী ওফিসতা থবক হাপ্পিরম্মী। থবক্তু ফংলবনা শরৎচন্দ্র পেগুদগী রেঙ্গুন্দা লাক্লম্মী। থবক অদু ফংদ্রিঙৈগী মরক্তা মহাক লাঙ্গলবিন্দা মতম খরা ফৌ ললোনবা নুপা অমগী মনাক্তা থবক তৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মণীন্দ্রকুমারনা হাপ্পিখিবা থবক অদু খ্রীষ্টাব্দ ১৯১৬ কী এপ্রিল ফাওবা তৌরম্মী। ১৯১২ দা শরৎচন্দ্রগী ওফিস অদু বর্মাগী একাউন্ট জেনরেল ওফিসতা পুনশিনখি।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা লৈরিঙৈগী অয়াম্বা মতম শহরগী চিদায়দা লৈবা বোটাটোং-পোজগ্োং লমদমদা লেম্লম্মী। মফম অদুদা শহরগী কারখানাগী মিস্ত্রীশিংনা নম্না লৈরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মিস্ত্রীশিংগা চিংনবা লৈতনা তোৎন-তীন্নরম্মী। মহাক্না মখোয়গী থবক চঙননবগী চিঠি ইবি, খৎন-চৈনবদা তাইশিনবি, অনা-অয়েক্তা মমল লৌদনা হোমিওপেথিগী লাইয়েং কাংলোন্দা লেম্না লায়েংবি, খুদোংথীবদা মতেংসু পাংবি। মরম অদুনা মখোয়না শরৎচন্দ্রদা থোইদোক্না শ্রদ্ধা-ভক্তি লৈরম্মী অমসুং দাদাঠাকুর হায়না কৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মখোয়গা লোয়ননা সঙ্কীর্ত্তনগী দল অমসু শেম্লম্মী।

শরৎচন্দ্রনা মিস্ত্রী কোলোনিদা লৈবা মতমদা মানা লৈরিবা য়ুম অদুগী লৈমায়গী মরোলদা

চক্রবর্ত্তী শাগেগী মিস্ত্রী অমা লৈরম্মী। মিস্ত্রী অদুগী শান্তি কৌবা মচানিগুোল অমা লৈরম্মী। চক্রবর্ত্তীনা মীয়াই চল্লবা য়ু থকপা মিস্ত্রী অমদা মচানিগুোলশু থাজনবা শিল্লম্মী। চক্রবর্ত্তীগী মচানিগুোল অদুনদি লুহোংবা অদু শুপয়া য়ানিংলমদে, মরম অদুনা খুদোংথীবা অদুদগী কনখিনবা মহাক্না ঈকাই-ইকী থাদোক্তুনা শরৎচন্দ্রগী মখোঙদা তুপ্পুনা হন্না হন্না হায়জরম্মী। মতম অদুদা শরৎচন্দ্রনা অতোপ্পা উপায় অমা উত্ত্রদুনা মশামক্না মহাকপু লুহোংদুনা লৌশিনখিবি।

শরৎচন্দ্র মাগী নুপী শান্তি দেবীগা লোয়য়না য়ান্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। মখোয়গী মচানুপা অমসু লৈরম্মী। মতম অদুদা বর্মাদা প্লেগকী লাইচৎনা প্রলয়গী মশক ফংনা পাক্তল্লনা শন্দোরক্লম্মী। লাইরবা কয়া কয়া লায়েংবা ফংদনা শিবা হৌরম্মী। কারখানাগী শিপ্পী-শিংগী কোল্লুপ অমদা শরৎচন্দ্রনা হোমিওপেথিগী লায়েং পথাপ্তা লায়েংবিবা চৎলম্মী। অদুবু শিম্মীশিং লায়েংবা নংদনা লাইচৎ অদুদা তুরা তুনা শিরম্মী। তশেংনা হায়রবদা শরৎচন্দ্রদু মী অশিবা পোৎলোইবদা থোইদোক্লদুম মথৌ চিল্লম্মী। মমৈথংদা মহাক খাংবা ঙন্নক্ত্রদুনা মফম অদু থাদোক্তুনা মাগী লৈফমদা হল্লকখি। মতম অদুদা মাগী অমতা পোকপা চহী অমতা ঙাইরিবা মচানুপা অমদি মাগী নুপী প্লেগনা নাদুনা লায়েংবা য়াবা মতাং লাম্থোকখিরম্লে। মমা-মচা অনীমক শিখি। মদুদা শরৎচন্দ্রগী থম্মোয় কাহেন্না শোকখি।

শান্তি দেবী শিত্রবা মতুংদা য়ান্না কুইনা লৈরগা শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন অদু মক্তদা অমুক হন্না লুহোংলম্মী। লুহোংবা মতম অদু ফাওবদা শরৎচন্দ্রগী নুপী অদুগী মমিং মোক্ষদা কৌরম্মী। লুহোংলবা তুংদা শরৎচন্দ্রনা মাগী নুপী অদুগী মোক্ষদা কৌবা মমিং অদু হোংদোকপিদনা হিরণ্ময়ী হায়না থোল্লম্মী অমসুং মতম অদুদগী হৌনা মাবু মিং অদুদা খঙনখি। লুহোংবা মতমদা হিরণ্ময়ী দেবী মশাগী চহী তরামরিদা শুরি।

হিরণ্ময়ী দেবীগী মপাগী মিং কৃষ্ণদাস অধিকারী কৌই। মাগী অশেংবা য়ুমদি মেদিনীপুর জিলাগী সালবানীগী মনাক্তা লৈবা শ্যামচাঁদপুর খুঙ্গংদনি। কৃষ্ণদাসনা মাগী নুপী শিত্রবা তুংদা চহী নিপালদা ঙাইরিবী মচানুপী অতোম্বী মোক্ষদাবু পুদুনা লায়বক চায়েংবা ওইনা মাগী মরুপ মিস্ত্রী অমগী মনাক্তা রেঙ্গুন্দা লাকখিবনি। মহাক মচানুপা পোক্লমদে। ক্ষিরোদা, সুখদা অমসুং অতোপ্পা মচানুপী অমগদি হান্নলা লুহোংত্রবনি।

হিরণ্ময়ী দেবীনা রেঙ্গুনগী মিস্ত্রী কোল্লুপ্তা মপাগী নাক্তা লৈরিঙে মতম অদুদা শরৎচন্দ্রগা মাগী মপা কৃষ্ণদাসকা য়ান্না মুন্না শক খঙনরম্মী। খঙনবদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা কৃষ্ণদাসনা নোংমা অয়ুক্তা মচানুপী পুদুনা লাক্লগা শরৎচন্দ্রগী মফমদা হায়জরম্মী — ঐগী ইচানুপী অসি হৌজিক থাজ-য়োঞ্জবগী চহী মতাং ওইরে। মাবু পুদুনা মীয়েবাক অসিদা ঐ কদায়দা লৈরুগনি। ইবুংঙোনা করিগুম্বা থৌজালবিবগা লোয়নলা ইচানিগুোল অসি লৌশিনবিদুনা মপা ঐগী দায় অসি কোকহনবিরবদি ঐ য়ান্না নুংঙাইজগনি। অদুগা করিগুম্বা তশেংনা

লৌশিনবিনিংদেবা লৈরগনা ঐঙোন্দা শেল খরা পীবিয়ু। ইচানুপী অসি পুদুনা ঐ ইরৈবাক্তা হনখ্রগে। অদুগা মফম অদুদা মাবু লুহোংবিরুরগে।

কৃষ্ণদাসনা মমৈদা শরৎচন্দ্রগী মফমদা শেলগী বা পল্লবসু মচানুপীবু লৌশিনবিনবা থোইদোক্লা কম্না শরৎচন্দ্রদা তক্করম্মী।

শরৎচন্দ্রনা অহানবা য়ানিংদ্রবসু কৃষ্ণদাসনা কম্না তকশিল্লকপা অদুনা মমৈথংদা মাগী মচানুপীবু লুহোংখিবনি।

হিরণ্ময়ী দেবী মচা পোক্তে। লুহোংবা মমাঙ ফাওবা হিরণ্ময়ী দেবী লাইরিক পাব-ইবা হৈরমদে। মতুংদা শরৎচন্দ্রনা মঙোন্দা পাব-ইবা তম্বিখি। হিরণ্ময়ী দেবী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মপূকচেল তপ্লকই, সেবা তৌবা চঙখোন্না হৈরকই অমসুং ধর্ম্ম লৈরকই। শরৎচন্দ্র মহাক্কা লোয়ননা পুন্সিগী অরোইবা পুংজা ফাওবা নুংঙাইনা শান্তি লৈনা লেনখি।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা থবক তৌবগা লোয়ননা হীরম মখল কয়াদা নত্তনা লাইরিক-লাইশু, ঈশৈ-নোংমাই অমসুং সাহিত্য নৈনবা ফাওবা য়াম্না কম্না চৎথরম্মী। হৌগৎলকপা মতমদা লাইসু য়েক্লম্মী। মিস্ত্রী কোল্লুপ্তা বোটাটোংগী লেন্সডাউন ষ্ট্রীটতা মহাক উবাক্কী য়ুম অমদা লৈরম্মী। মতম অদুদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯১২ গী ফেব্রুবারীগী তারিক ৫ দা মাগী লৈফম য়ুমদুগী মখাগী লৈমায়গী মরোলদগী মৈ হৌদুনা চাক্লম্মী। মৈ অদুনা মাগী অচৌবা উপন্যাস চরিত্রহীনগী খুৎই লাইরিক, ওৱেল পেন্টিং খরা অমসুং সাহেব অমদগী লৈহৌবা লাইব্রেরীগা লোয়ননা মাগী লৈফম অদু তুম্না মৈ চাকখি।

রেঙ্গুন্দা লৈরিঙৈ খ্রীষ্টাব্দ ১৯১২ ওক্টোবর থাদা শরৎচন্দ্রনা অমুক্তি ওফিসতগী থা অমগী ছুটি লৌরগা মরৈবাক্তা হল্লকখি। মতম অদুদা মাগী মামা উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী মতেংদগী যমুনা চেফোঙগী সম্পাদক ফণীন্দ্রনাথ পালগা মহাক্কা নোংমা শকখঙনখি। শকখঙনরবদা ফণীন্দ্রনাথনা মাগী চেফোঙগী ইবিনবা শরৎচন্দ্রদা য়াম্না কম্না হায়জরম্মী। শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা চৎলগা অইবা থারক্কনি হায়না অচেৎপা বা পীরম্মী।

হায়নখিবা অদুগী মতুং ইম্না শরৎচন্দ্রনা মাগী 'রামের সুমতি' কৌবা ৱারীদু থারম্মী। ফণীন্দ্রনাথনা ৱারী অদু মাগী চেফোঙদা বঙ্গাব্দ ১৩১৯ গী ফাইরেন অমসুং লমতাগী খুৎনমদা হাপ্লম্মী। রামের সুমতী যমুনা চেফোঙদা ফোঙদোরক্লবদা শরৎচন্দ্রবু ৱারী অমখক ইবদদা শক্তি য়াম্না লৈবা অইবা অমা ওইনা সাহিত্যিক অমদি অপাবশিংগী কাংলুপ্তা মশক খঙনখি।

মদুগী মমাংদা বঙ্গাব্দ ১৩১৪ দা ভারতী চেফোঙদা শরৎচন্দ্রগী 'বড়দিদি' হাপখ্রবনি। মতম অদুদা ময়ামগী মতৌগুম রবীন্দ্রনাথ ফাওবনসু মাগী খুৎই অদু উবদা শরচৎচন্দ্রবু মতিক-ময়াই লৈবা অইবা অমনি হায়বা খঙখ্রবনি। বিভূতিভূষণ ভট্টগী য়ুমদগী সৌরিন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায়না শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরদা ইরম্বা খাতাদগী 'বড়দিদি' শিন্দোক্লগা পুরকখি

অমসুং তুংদা শরৎচন্দ্রদা তাক্কনা ভারতী চেফোঙদা হাপখিবনি।

*'বামেব সুমতি' ফোঙলকপা মতম* অদুদা নৌনা পুথোরকপা ভারতবর্ষ অমসুং সাহিত্য *অসিনিচিংবা চেফোঙগী থৌপুবশিংনসু মখোয় মখোয়গী চেফোঙদা হাপ্পবগীদমক* শরৎচন্দ্রগী অইবা পান্নরম্মী। শরৎচন্দ্রনা যমুনাগীগা লোয়ননা ভারতবর্ষগীসু ইবা হৌবম্মী। মমৈদদি যমুনা থাদোক্কুনা শুপ্পগী ভাবতবর্ষদা ইবা হৌরম্মী অমসুং ভারতবর্ষ চেফোঙগী মপু গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা মাগী লাইরিকশিংসু ফোঙবা হৌরম্মী। মতম অদুদা ফণীবাবুগী মরুপ সুধীরচন্দ্র সরকাবনসু মখোয়গী দুকান এম বি সরকার এণ্ড সন্সদগীসু শরৎচন্দ্রগী পরিণীতা, পণ্ডিতমশাই অসিনচিংবা লাইরিক কয়া ফোঙলম্মী।

খ্রীষ্টাব্দ ১৯১৬ কী হৌগৎলকপদা শরচৎচন্দ্রগী খোঙদু ইখঙ খঙহৌদনা পোমখ ৎতুনা নাবম্মী। মতম অদুদা মহাক ওফিসতী ছুটি লৌরগা কোলকাতাদা চৎতুনা কবিবাজগী লায়েং চথকুগে হায়না লেপ্পম্মী। ওফিসতা ছুটি নিবা চৎলুবদা মথক থোংবা সাহেবকা খৎনরম্মী। মদুগী ফলনা শরৎচন্দ্র থবক তোকথোক্কুনা মতম চুপ্পগী ওইনা রেঙ্গুন থাদোক্কুনা মরৈবাক্তা হল্লকখি।

শবৎচন্দ্রনা মাগী রেঙ্গুন-পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তদি মিস্ত্রী কোল্লুপ্তা লৈরমদে। মতম অদুদা অহানবা মতম খরদি ৫৭/৯ লুইস স্ট্রীটতা লৈরম্মী। মদুগী তুংদা ৫৪/৩৬ স্ট্রীটতা লৈবম্মী।

শবৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দগী মাগী নুপীগা লোযননা লাকপা অহানবদা হাওড়া শহরদা নং ৬, বাজেশিবপুর ফাস্ট বাই লেন্দা থুংলম্মী। য়ুম অদুদা মহাক থা নিপাল্লোম লৈবম্মী। মদুগী তুংদা য়ুম অদু থাদোক্কুনা মহাক মনাক্কী নং ৪ , বাজেশিবপুর বাই লেন্দা হোংলম্মী। য়ুম অদুদা মহাক চাওরাক্লা থা মাপল লৈরম্মী। অদুগী তুংদা মফম অদুদগী হোংদোক্কুনা শিবপুব ট্রাম ডিপো মনাক্তা ৪৯/৪ কালীকুমার মুখর্জী লেন্দা গৌবীনাথ মুখোপাধ্যাযগী য়ুম ভাড়া লৌদুনা লৈরম্মী। মফমদুদা লৈরিঙে মতমদা মহাক্লা মাগী মচেখোয়গী খুঙ্গং হাওডা জিলাগী বাগনান থানাগী গোবিন্দপুরগী মনাকমক্তদা সামতাবেড়েদা ইঙ্খোল লৈদুনা লৈপলগী নিংথিজবা য়ুম অমা শারম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৬ কী ফেব্রুবারী থাদা হাওডা শহর থাদোক্কুনা মাগী সামতাবেড়েগী য়ুমদা হোংলম্মী।

শরৎচন্দ্রগী মনাওনুপা য়াইমা প্রভাস রামকৃষ্ণ মিশন য়াওদুনা সন্ন্যাসী ওইখি। সন্ন্যাস-পুন্সিদা মাগী মমিং স্বামী দেবানন্দ কৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দগী হল্লক্লগা মনাওনুপা অতোম্বা প্রকাসপু মনাক্তা কৌশিন্দুনা থম্লম্মী। মতুংদা মহাকপু লুহোংবিদুনা য়ুম্বানবা মীশক অমা ওইহনখি। প্রকাশকী মচানুপী অমগা মচানুপা অমগা পোকই।

হাওডাগী বাজেশিবপুরদা লৈবা মতমদা শরৎচন্দ্রনা লাইরিক য়াম্না ইরম্মী। অদুনা

মতম অদুবু মাগী সাহিত্যিক পুন্সিদা স্বর্ণযুগ হায়বা য়াই।

অদুবু মতম অসিদা শরৎপু য়াদবা ফিউডাল সমালোচকশিংগী লুচিংবশিংদি শক্লাইবা সুবেশচন্দ্র সমাজপতি (সম্পাদক,'সাহিত্য'), দ্বিজেন্দ্রলাল রায় (সম্পাদক, 'ভারতবর্ষ), সজনীকান্ত দাস (সম্পাদক, 'শনিবারের চিঠি'), যতীন্দ্রমোহন সিংহ (ডিপুটি মেজিস্ট্রেট) অসিনি। মখোয় অসিদা নত্তনা মতম অদুগী জমিদার ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনসু শরৎচন্দ্রবু সমাজদগী ইস্থোক্তুনা থম্লম্মী। ইস্থোকপা অসিগী মরম ফনা অমবু পীশিল্লবসু অশেংবা মরমদি শরৎ-সাহিত্যনি। জমিদার নায়েব অৱাংবা শাগৈগী ব্রাহ্মণ — লৌয়াম চাবশিংনা শরৎ-সাহিত্যদগী মখোযদা খুদোংথীবা অমতা থোরক্রোই হায়না লৌনরম্বা থোক্লবদি অদুক হাক্লা ফিঙ্গৎতুনা মহাকপু সমাজদগী ইস্থোক্লরম্লোইদবনি। মতম অদুগী শহর অমদি খুঙ্গংগী ভদ্রলোক অয়াম্বনা সরৎ-সাহিত্যবু হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংলম্মী।

বাজেশিবপুর অদুদা লৈরিঙৈ মতমদুমক্তদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯২১ দা অসহযোগ আন্দোলন হৌরকপা মতমদা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাসনা কৌথোরকপদগী মহাক কংগ্রেসতা চঙলম্মী অমসুং মহাকপু হাওড়াদা লৈ হায়দুনা দেশবন্ধুনা হাওড়া জিলা কংগ্রেসকী সভাপতি হাপ্লম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২১ দগী ১৯৩৬ ফাওবগী শাংলবা চহী ২৬ মহাক্লা হাওড়া জিলা কংগ্রেসকী সভাপতি ওইরম্মী। মরক্তা খ্রীষ্টাব্দ ১৯২২ দা মহাক্লা অমুক্তি হাওড়া কংগ্রেসকী সভাপতিগী ফম থাদোকপা পাম্লকপদা দেশবন্ধুনা খামজিনখি।

শরৎচন্দ্রনা অহিংসা কংগ্রেসকী নেতা মচা অমা ওইনা লিশাংশিংনা থৌ পুদুনসু ভারতকী নীংতম আন্দোলনগী খুৎলায় পায়বা ইরাং হৌবা বিপ্লবীশিংগসু অচেৎপা মরি লৈনরম্মী। বেঙ্গল ভলন্টিয়ার্স নৎত্রগা শম্না বি.ভি. দলগী থৌবুরেন শক্লাইবা বিপ্লবী হেমচন্দ্র ঘোষ, কাকোড়ী ষড়যন্ত্র কেসকী আসামী বিপ্লবী শচীন সান্যালদা নত্তনা বারীন ঘোষ, উপেন বন্দোপাধ্যায়, চারু রায়, অমরেন্দ্র চট্টোপাধ্যায়, বিপিন গাঙ্গুলী অসিনচিংবা মশক নাইবা বিপ্লবীশিংগসু মহাক্লা থোইদোক্লা পুকচেল তীন্নরম্মী। বিপিন গাঙ্গুলী অদু মরিদা শরৎচন্দ্রগী মামা থোকই। শরৎচন্দ্রনা বিপ্লবী কয়াদা মশামক্কী রিভলবর, নোংমৈগুলী অমসুং শেল-থুম পীদুনা মতেং পাংলম্মী। চট্টগ্রামগী খুৎলায় থম্মম লুট তৌবগী লুচিংবা ওইখিবা মহাবিপ্লবী সূর্যসেনদসু মহাক্লা মাগী থৌরাং অদুগীদমক শেলগী তেংবাং পীরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা হাওড়াদা বাজেশিবপুরদা লৈরিঙৈ মতম অদুমক্তদা রবীন্দ্রনাথকা মহাক্লা অহানবা শকখঙনখিবনি। শরৎচন্দ্রগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ ঔপন্যাসিক চারু বন্দোপাধায়না মহাকপু পুদুনা কবিগা শক খঙহনখিবনি। রবীন্দ্রনাথনা হায়জরকপদগী শরৎচন্দ্রনা বিচিত্রাগী মীফম বঙ্গাব্দ ১৩২৪ গী ফাইরেনগী তারিক ১৪ দা মাগী 'বিলাসী' কৌবা ৱারীদু পারম্মী।

তুংদা মরম কয়াদগী মখোয় অনী অমুক হেন্না নকশিন্নখি। শরৎচন্দ্রনা দরকার কয়াগী

কয়ারক হন্না শান্তিনিকেতন অমদি জোড়াসাঁকোদা কবিগী মনাক্তা চৎলম্মী। শরৎচন্দ্রনা অরোইবা পুন্সিদা কোলকাতাদা যূম শাদুনা লৈরবদা মফম অদুদা শিনবা সাহিত্যগী সভা অমদা কবিসু অমুক্তি শরৎচন্দ্রগী যূমদা চৎলম্মী।

কবিগী চহী ৭০ শুবা মতমদা দেশবাসীশিংনা কোলকাতাগী টাউন হোলদা মহাকপু ঈকাইখুম্নবা উৎপগী অভিনন্দন সভা অদুগী ফাওরবা মানপত্র অদু শরৎচন্দ্রনা ইখিবনি। কবি মশামকসু অমুক্তি শরৎচন্দ্রদা অভিনন্দন উৎখি।

শরৎচন্দ্রনা হাওড়া শহর থাদোক্লুনা সামতাবেড়েদা লৈরিঙৈ মতমদা লমদম অদুগী লাইরবা মীওইশিং নাবদা লায়েংবিবনা মহাক্কী অচৌবা মথৌ অমা ওইরম্মী। অনাবা য়েংলগা শুপ্নদগী হিদাক লেম্না থাবিবদা নত্তনা অনাবা কয়ানা চাননবা চিঞ্জাকসু লেম্না থৌরাং তৌবিরম্মী। হাওড়া শহরদা লৈবা মতমদা মফম অদুদসু মহাক্না মতৌ অদুম্না তৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা সামতাবেড়ে লমদমগী য়াম্না লাইরবা ইমুংশিংদা মরু ওইনা কনা লৈজদ্রবী লুখ্রাবীশিংদা থা থাগী তেংবাং পীবিরম্মী।

শরৎনা সামতাবেড়েদা লৈরিঙৈদা লাইরিক অহুম-মরিখক্তা ইরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা সামতাবেড়েদা লৈবগী অরোইবা মতমদা কোলকাতাগী বালীগঞ্জদা যূম অমা শারম্মী। মদু শাখিবদু খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৪ দনি। যূম অদু মরোল অনীনি অমসুং য়েংবদা ফজৈ। যূম অদুগী ঠিকানাদি ২৪, অশ্বিনী দত্ত রোডতনি। 'শরৎ-স্মৃতি' মিংথোনবা যূম অদু নোংচুপ বেঙ্গল সরকারনা লৌশিল্লগা হৌজিক হৌজিক শরৎ সমিতি কৌবা সংস্থা অমদা শিন্নদুনা থম্লি।

কোলকাতাদা যূম শারবদা শরৎচন্দ্র করিগুম্বদনা কোলকাতাদা অদুগা করিগুম্বদনা সামতাবেড়েদা লৈরম্মী। কোলকাতাদা লৈরিঙৈদা কোলকাতাগী মতম অদুগী সাহিত্যিক অমদি শিল্পীশিংগী মমিং চৎলগা প্রতিষ্ঠান রবিবাসর অমদি রসচক্রগী সদস্যশিংনা মহাকপু বার্ত্তন তৌদুনা মখোয়গী অনুষ্ঠান্দা পুবম্মী। রসচক্রগী সদস্যশিংনা শরৎচন্দ্রবু মখোয়গী প্রতিষ্ঠানগী সভাপতি খল্লম্মী।

খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৬ তা ঢাকা বিশ্ববিদ্যায়না ডি. লিট. উপাধি পীদুনা শরৎচন্দ্রদা ইকাইখুম্নবা উৎলম্মী। অদুগী মমাঙদা কোলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না মঙোন্দা জগত্তারিণী পদক উপহার পীখি। কোলকাতা বিশ্ববিদ্যায়না মহাকপু অমুক্তি বি. এ. পরিক্ষাগী কোইশন শেটর ওইনা হাপখি। মদুদা নত্তনা দেশবাসীশিংনসু মঙোন্দা মতম অদুদা 'অপরাজেয় কথাশিল্পী' 'সাহিত্য সম্রাট' মিংথোল পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎলম্মী। বৈদ্যবাটী যুব সংঘ, শিবপুর সাহিত্য সংসদ, যশোহর সাহিত্য সংঘ অসিনচিংবা সংস্থাসিং অমসুং সাধারণ ওইনা দেশবাসীশিংগী মায়কৈদগী কয়ারক হন্না থাগৎ-বাহৈ কয়া ফংলম্মী।

শরৎচন্দ্র শুপ্পদগী ঈশৈ শকপা, পুং য়েবা, যন্ত্র খোংবা, অভিনেতা অমদি লায়েংবা হৈবদা নত্তে, মহাক্কী চরিত্রদা অতৈসু গুণ কয়ামরুম্না লৈতেংলম্মী। মহাক্কী চরিত্রদা তোপ্তোপ্পা খ্বাইদগী হান্না শৎ হেক্তা উবদি অসিনি— থব্বায়-হকচাং অমতা ওইনা লাইরবা অমদি হন্থবা কাংলুপ্প নুংশি-চানবিবা মীশক অমসু ওইরম্মী। মহাক্না পাখংমচা ওইরিঙৈদা লৈত-লাইরবা অতোন-অতাংশিংগী অনা-অয়েক্তা অথেং-অমম্বা অহিংদা লালটেন পায়দুনা মাইবা, কবিরাজ কৌবা মতোমদা হেক হেক চৎলম্মী। মরম অদুনা মহাকপু মীনা 'লালটৈন পায়বা বামোনমচা' হায়না খঙনরম্মী। মীওইববু তশেংনা নুংশিবা মীশক অমা ওইবদা নত্তনা শা-উচেকশিংগী অৱা-অনা উবদা নৎত্রগা মখোয়গী অৱা-অনাগী ৱারী তাবদা মহাক্না থোইদোক্না খাংজবা ঙম্লমদে। অয়াম্বা মতমদা মদুগীদমক মহাক্কী মর্মীত্তগী মপী শিম্বরম্মী।

নোংমা শরৎচন্দ্রনা থবক অমা চৎলুবদগী ময়ুমদা হল্লকপদা লমহাং য়ৌরকপদা খঙহৌদনা য়াম্না পিক্লিবা হুইনাওমচা অমনা মহাক্কী তুং ইন্নরক্লম্মী। মখোয়গী খুঙ্গং ময়া য়ৌরকপদা খুম্লক্কী হুইজাওশিংনা হুইনাওদুবু চিকথৎপিগদ্রা হায়না নুংশাথিবদগী মহাক্না হুইনাওদু মথাদা পমদুনা ময়ুমদা পুরকখি। মহাক্না হুইনাওদু মচাগুম্না লুনা-চান্না য়োকখি। অসিন্নচিংবা ৱারী কয়া মাগী চরিত্রদা উবা ফংই।

শরৎনা নোংমা লম্বীদা চৎপদা শা শেমদুনা য়োনবা কসাই অমনা হামেং মচা অনী মঙক্তা থৌরি থাংদুনা চিংদুনা পুবা থেংনরম্মী। মহাক্না হামেং মচা অনীদু মমল হেন্না পীদুনা লৈহৌরগা ময়ুমদা লুনা চান্না য়োকখি।

অসুম্না শা-উচেক নুংশিবনা মরম ওইদুনা শরৎচন্দ্রনা চহী য়াম্না সি. এস. পি. সি. এ. হায়বদি 'কোলকাতা পশুক্লেশ নিবারণী সমিতি'গী হাওড়া ব্রাঞ্চকী চেয়ারমেন ওইরম্মী।

অদুগা মহাক চাংদির্দিন্নিংঙাই লৈতনা অতিথি সেবা তৌবা, মরুপ নিংবা অদুগা মতুৰু লুনা তৌবা মীশকপু ওইরম্মী। নুংঙাই-য়াইফবদা তাওদুনা লৈবা মীশক অমা ওইদ্রবসু তরু-তহেন্না লৈবদি পামজরম্মী। ইমুংদা মীয়াম তীনবদা ৱারী লিবা য়াম্না হৈ। মরুপ-মপাংশিংদা ফাগী-জোগাই য়াম্না তৌই। অদুবু মীয়াম তীনবা সভা মাঙদা ভাষণ পীবদি য়াম্না ঈকাই-থিগনবনা ঙম্লমদে। মহাক মশাগী মগুণবু মশানা করিগুম্বদসু শিংথ্নজখিবা লৈতে অমসুং মশাগী ওইজনবগীদমক করিগুম্বদসু কনাগী মফমদসু করিসু হায়জ-চৎচরুবা পাম্লমদে।

শরৎচন্দ্রগী লোইশিল্লকপা পুন্সিগী চহী খরদি তিঞ্জেন-লাইচেন্দুনদা লৈরম্মী। লায়না অমনা নৎত্রগা অমনা নাদুনদা লৈরম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৭ হৌগৎলকপদা মহাক নুমিৎ কয়ানি লাইহৌ কম্না হৌরম্মী। লাইহৌ হল্লবদা ডাক্তরগী পাউতাক মতুংইন্না দেওঘরদা মহাক অইং-অশা ওনবা চৎলম্মী। মফম অদুদা মহাক থা অহুম-মরি লৈরম্মী।




দেওঘরদগী হল্লক্লগা মুতম খরা মশা ফন্না লৈরবা তুংদা শরৎচন্দ্র সেপ্টেম্বর থাদা অমুক হন্না নারম্মী। উনা উনা নাবা কুনশিল্লকখি। চারিমখৈ তুল্লমদে। মচী মপুক্তসু নাবা ফাওরক্লম্মী।

শরৎচন্দ্র মতম অদুদা সামতাবেড়েগী য়ুমদা লৈরম্মী। লায়েংনবগীদমক কোলকাতাগী য়ুমদা লাক্লম্মী। কোলকাতাদা ডাক্তরশিংনা এক্সরে লৌদুনা য়েংলম্মী, শরৎচন্দ্র কেন্সরবুদি তৌরবনি, থোইদোক্লদুম থিবোংশিরিন ফাওবা পায়শিল্লক্লবনি।

মতম অদুদা শরৎচন্দ্রনা উইল অমা তৌরম্মী। উইল অদুদা মহাক্না মাগী সম্পত্তি পুম্নমক মাগী নুপী হিরণ্ময়ী দেবীনা হিংলিবমখৈ শিজিন্ননবা দান তৌরম্মী। হিবণ্ময়ী শিরবা তুংদা মনাও অতোম্বা প্রকাশচন্দ্রগী মচানুপা নৎত্রগা মচানুপাশিংনা সম্পত্তি পুম্নমক্কী উত্তরাধিকারী ওইগনি হায়বা ৱাফম অসিসু উইল অদুদা ইরম্মী।

হিরণ্ময়ী দেবী মাগী মপুরোইবা শিখ্রবা মতুং চাউরাক্না চহী কুনহুমদোই হিংলম্মী। মহাক সেপ্টেম্বরগী তারিক ১, ১৯৬০ ইংদা নোঙ্গাখি।

কোলকাতাগী মতম অদুগী অথোইবা ডাক্তরশিং— ডাঃ বিধানচন্দ্র রায়, ডাঃ কুমুদশঙ্কর রায় অসিনচিংবনা শরৎচন্দ্রবু লায়েংলগা লেপ্নরম্মী, শবৎচন্দ্রগী পুক্তা খূৎলায় থাবা নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা উপায় অমতা লৈত্রে।

ডাঃ মেকে সাহেবকী ৱাদগী শরৎচন্দ্রবু লায়েংনবগীদমক ময়ুমদগী খা-কোলকাতাগী নং ৫, সুবার্বন হোসপাতাল রোডতা লৈবা ইউরোপীয়ানগী নর্সি হোমদা পুখৎলম্মী। অদুবু নেসা শিজিন্নবা থিংলকপদা শরৎচন্দ্রনা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎননবা ফৈতক তক্লম্মী।

নর্সিং হোমদা অয়ুক-নুংথিলদা মী উননবগী থল্লিবা অকক্লবা মতম অদুদা নত্তনা অতোপ্পা মতমদা কদাবুসু শরৎচন্দ্রগা উনবা চঙহন্দে। মদুদা নত্তনা ইউরোপীয়ান নর্সশিংনা শরৎচন্দ্রবু লৈবাক অসিগী মীনি হায়দুনা থৌওইনা তৌবিদে হায়ৱা করিনো। মবম কয়া অসিদগী শরৎচন্দ্রবু নুমিৎ নিনিগী তুংদা মফম অদুদগী মাগী থাপ্নরবা মরি-মতা ডাঃ সুশীল চেটর্জীগী নং ৪, ভিক্টোরিয়া টেরসতা 'পার্ক নর্সি হোম' দা হোংদোরকখি।

মতম অদুগী অফাওবা সার্জন ললিতমোহন বন্দোপাধ্যায়না শরৎচন্দ্রগী পুক্তা ওপরেশন তৌরম্মী।

ওপরেশন তৌদুনসু শরৎচন্দ্রবু কনবদি ঙমখিদে।

তারিখ ১১।১।১৯৩৮ ইংদা ওপরেশন তৌখিবনি। অদুগী তুংদা শুপ্নগী নুমিৎ মরিনিথক হিংলম্মী। মহাক শিখিবদু নোংমাইজিং নুমিৎনি, জানুৱারী তারিখ ১৬, ১৯৩৮ ইংদনি নুমিৎ অদুগী অয়ুক্কী পুং ১০ গা মিনিট ১০ চৎপা মতমদা ময়াম্না হোৎনজবা পুম্নমক অরেম্বা তাহল্লমদুনা শরৎচন্দ্র তাইবাংপান থাদোকখি। মহাক শিখিবদু মশাগী চহী ৬১ গা থা ৪ শুবদনি।